# মিংনাইদবী



ডাঃ চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

# ꯃꯤꯡꯅꯥꯏꯗꯕꯤ

# মিংনাইদবী

অইবা

ডাঃ চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

গীবিবালা এণ্ড সিস্টর্স পব্লিকেসন

কৈশামথোং, ইম্ফাল

Ming-naidabi
A collection of Manipuri short stories by
Dr Chongtham Narendra Singh
Published by Km Basavdutta Chongtham, on behalf of
the Giribala & Sisters Publication
Keishamthong, Imphal

অহানবা ফোঙবা ঃ মে, ২০১৩

কোপী মশিং ঃ ৫০০

কোপী বাইট ঃ ডাঃ চোংথাম নবেন্দ্র সিংহ
কৈশামথোং, ইম্ফাল

অফোঙবী ঃ কুমাবি বাসবদত্তা চোংথাম না গীবিবালা এণ্ড
সিস্টর্স পব্লিকেসন্স কিদমক ফোঙজবা

মখুম ঃ শ্রীনিংথৌজম বসন্ত সিংহ
কাংঙবম লৈকাই, ইম্ফাল

মমল ঃ লুপা ১৫০/-

প্রীন্তব ঃ শ্রীথৌদাম কান্ত সিংহ
খুবায লম্লোঙ কৈথেল, ইম্ফাল ইষ্ট

নম্ফম ঃ লৈমহল প্রেস
খুবায় লম্লোঙ কৈথেল
ইম্ফাল ইষ্ট



স্বর্গীয় লৈতাঙ্খেম ইবোতোন সিংহ
ককৱা, লাইশ্রম শেলুংবা লৈকাই
ইম্ফাল ইষ্ট

ঐবু পৃক্লিং থৌনা পীবিদুনা ইপাঙ্গল
হাপ্পিরম্মা, থৃপত্রবসু হুসি সংসাবসিংদ
মাগী শিনুংশিতনা থল্লবা পৃকচেল
অমদি মিংলেন্দুদি হিংদুনা লৈবিবা
ঐখোয়'লক্তা ইপা শক্লবা মহাক্কী
মফমদা কংচরবনি ঐগী লাইবিক
অসি ॥

ডাঃ চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

# ৱাহৈ অমনিদং

লিম্ফোইঙম্বী পব্লিকেসন্না ফোঙবিখিবা ৱাবীমচাগী লাইবিক "পি খমহনখ্রবা মীৎ অমা" হায়বদু ২০১২ গী ওক্টোবব থাদা ফোঙখিবনি অদুগা মদুনা অবোইবা ওইবগে হায়নসু খনখ্রবনি অদুবু থা খবা অসিদা ৱাবীমচা খবা অমুক থোবকই অদুগা অমা অনি অহুম হায়দুনা মশীং যামখৎলকই । অদুদি মদু অমুক ফোঙদোক্লগে হায়না পৃক্লিংদা খনবা হৌবকই । নিশা অমগুমই লেপ্লগে হায়না ফনা নীংলুই অদুবু নিশানা লাযচুববা কনানা নিশাদু চপ হেক লেপ্পা ঙমগদগে অদুননি ঙসি লাইবিক অমা অমুক পুথোক্তবা য়াদ্রিবসে ঐগী ৱাবীমচা ৩০ খক্লা শাবা লাইবিক "মিংনাইদবী" । ৱাবীগী লাইবিক অসিবু ফোঙবিবিবা গীবিবালা এণ্ড সিস্টর্স পব্লিকেসনবু থাগৎপা ফোঙদোকচবি ।

ৱাবীমচাগী লাইবিক ফোঙবগী মতাংদদি হন্দক্কিসিনা অবোইবদি ওইগদবা মাল্লি মবমদি ইশাগী শিনফমগা মবী লৈনবা থবক্লা খবা হেন্না চিনখৎলকপা অমবোমদা পৃক্লিংগী ৱাবীমচাগী ইফুৎ অসি কংশিল্লকপা গুমসু তৌবকই । পৃক্লিংদা লাংতক্লবদি পোকই অদুবু, অওনবা হাযবসি পুন্সিগী চৎনলোনচৎনি ঐসু মদুগী অওনবদা য়াওবিবা অমনি ।

ঐগী অবোইবা ওইগদৌবিবা ৱাবীমচাগী লাইবিকসি খুৎই ওইনা লৈবিঙৈদা পাবিদুনা শ্রীমতি কৈশাম গুনীলৈমা দেবীনা লমজিংবিখি । মাবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি । লৈমহল প্রেসকি প্রোপ্রাইটব থৌদাম কান্ত সিংহনা লাইবিক অসি ওইনবগী থবক্তা নম্বা, শেম্বা শাবা তৌবিখি । মাগী লমনসু তোনশিল্লবনি ॥

- অইবা -

# য়াওফম তাকপা

# ইবুঙো

ঙসি নুমিদাং অসি গোপিকানা মাগী ওফিসকি মকোক ডি সি সাহেব চাক কৌবি । থরায যাওজনা চাকথোংবা নেত্তুনা মথেল মবাং কাযনা থোংহন্দুনা কন্না লাঙই । অখন্নবা মথেল অমা ওইনা শবেং অমা হাপ্পী । গোপিকাগী শবেং হাযদুনা ফাওজবিবনি । পুন্সিগী নৃববা চাংযেং কযাদা গোপিকানা শবেং থোংবনা চাক্কৌবদা মায পাক্তুনা লাকখি, মেট্রিক পবিক্ষাগী গার্ড তাগদবা ওঝা থামাযবদা, কনাগুম্বগী পামজবী নুপী অমা ফানবা লাং থাকপদা, পবিক্ষাদা হংলক্কদবা ব্রাহং হাযদোকহনবদা, থবক চঙনবা হোৎনবদা থবক খনগদবা কাংবুশিং পঙথহন্নবদা মখল মখা যামখ্রে । গোপিকাগী শবেংথোংবা মগাও তংখ্রবা হিংচাবা কযা সাপু ওলহনবা যাই, মৈতান অশিবনা সনা ওনহনবা যাই, নিংথৌ মহাবানী ওইবম্বা কযা লম্বেলগী চাক্লিবা ওলহনবা যাওবা যাখ্রে । অদুনা মাগী কিথুমপুবা অমগী শক্লোন্দুগী কপা নিবা লাকপা কযানা ওঝা হাযনা কৌদুনা মাগী সঙ্গ খবসু লৈজবনি শিনফমদি সবকাব লোযশঙগী পিযোন অমা কুইনা ওইবক্তুনা থবক পোথাবমদাই ওইবক্তুনা এল ডি সি অমগী থাক্তা ফম অমা ফাওবদি হাইগৎচবব মীনি । থবক শৃনীংদবা ওফিসকি অতৈশিংনা মঙোন্দা থবক যাম্না শিন্নবদগী ওফিসতগী যাম্না ইশূপ শৃপ্পা মী অমা ওইনসু তৌই, মযাম পূম্নমক্না হংখ্রে । লোযশঙ কইনা পুবল্লবনিনা, অনৌবা থবক চঙলকপা এস ডি সি, এস ডি ও ফাওবা মঙোন্দা অযাম্বা হংই । মানা মতৌল মযামদু নুম্নু শাদুনা ওফিসাবদা তাকই । চটীনা খবা অহল ওইবদুদা ওফিসতুদা থবক তৌবা ড্রাইভব, পিযোন, লম্বু, চৌকিদাবদা নত্তনা কনাগী ওফিসাব ওইবিবা এস ডি সিদু ফাওবা ইবুঙো হায়না কৌবদুনা ওফিসতুগী মকোক্কা মালহনবা ঙমই । ঙসিদি গোপিকাগী শবেং চাক্কৌবদা নৌনা আই এ এস ওইনা থবক চঙলকপা ডি সি সাহেবতু চাক চাবদৌবি । নুংদাংব্রাইবম্বু যৌশিল্লক্লে অদুনা শেন্বা শাবা কনশিল্লকই । ওফিসকি মকোক চাক্কৌবনিনা অতৈ ওফিসাবশিং, কেবানী, পিযোন, গ্রেড ফোবনচিংবা ইশু শুনা চঙলক্তুনা যাওবৈ অদুগা মযামদু গোপিকানা ইবুঙো হাযনা থৌদাদুনা ঙাইহাক্ত পোথাহন্দে ।

গোপিকানা খ্বায়দগী পামজবসি অঙম অবায় কযা খঙদনা মী অমদা অমুক্তং ইবুঙো কৌহৌবসিনি। মদু অমুক্তং মায পাকখ্রবদি মা পুন্সিদা হাইফেৎ চাওখ্রবা থবক অমা তৌজবে খঞ্জবিবনি। ইবুঙো হায়না কৌবসি চহী অহল ওইববা অমনা মশৃগুম্বা অমদকা কৌবকপসি যাম্না পকচৈ। অমনা মতম অমা মীওইবগী থাকসি চহী অহল ওইবদা লেপ্পবম্বনিনা অহলনা অঙাংদা ইবুঙো কৌবসি চৎনবীনি। অদুবু, ঙসিদি মীগী থাকসি সমাজসিদা মীনা মীশক মীমায় খঙবীবা, মচীন তোঙবা, য়াইতোং খমদোংবা ওইবকপনসু লেপ্লে। অমবোমদা ইবুঙো কৌবসি মী অমা মহী মযায চমহনবা অদুগা নমথনবদা শিজিন্নবা মিংগৌ অমা ওইবক্লে। অদুনা কৌফম ইথোক থোক্তবা কৌদ্রবসু য়াবা মতাংদা হেক্তা ইবুঙো কৌহৌনবা হোৎনবা অদুগা মদুদা অমুক্তং মায় পাকখ্রবদি মতুং তাবকপদা ইপক পকচদনা ইবুঙো হায়না অদুম কৌদুনা মীৎযেংদা শাজৎতা, খোম্থোক্তা মথক যাম্না থোংবা মী অমা শাখ্রগদবনি। মদুগী হিংসাগী ব্রাখল্লোন চেনবা মীনি গোপিকা। মী মচা মানসু মথক থোংবা ওফিসকি ওফিসাব কযাদা নমহায়দা ইবুঙো কৌহৌনবা হোৎনবদা হলেংবা লৈতবা মাগী পান্দমদি উইন কনবা মী অমগী মতৌগুম হোৎনদুনতা লাকই, চৈথেংসু ফনা যাম্না ফংদুনা ঠেকাসু ফনা য়াম্না চাবপোৎনি। কনা অমদা মানা ইবুঙো কৌকবদা অমদুনা চৈশিনবিবকপসু মশীং খঙদনা য়াওখি তোঙান তোঙানবা লোন্দাদা, "হৈ ঐগী ইমিং ইবুঙো কৌদে খঙঙব্রা"। অহানবদা মাগী ওফিসতুদা মঙোন্দগী ফমচাওবা অমা ওইবিবা অমদা ইবুঙো হায়না য়াবক্তা শায়বগা চাংয়েং অমা তৌই, মদুদা য়াখ্রে খঙলবদি মথং মথং ময়েক শেংনা ইবুঙো হায়না কৌই মদুদা কয়া আপত্তি লৈবক্রবদি মথংদি য়াম্না মপুংফানা অঙাং মখাথাবা অমদা কৌগুম্না শকথীবা পিয়োন মানা ওফিসাবদা কৌবা হৌখি অদুগা মাগী মখাথাবা ওইনা খঞ্জবা হৌই। ওফিসাবকা লৈতবা মতমদা মানা লাওথোকই, "ফমদবু ওফিসাব ওইজৈ হায়বগী ব্রানি, ঙবাংগী পেতবা মখোয়গুম্বা কয়া ঐঙোন্দা হং হংদুনা মখোয়না খঙদবা কয়া তাক তাক্তুনা লাক্লবনিনে"।

চহীনা অহল ওইবনা ওফিসাবদুনা লৈবাকমচা তানা তাদা হায়না মঙোন্দা কৌবকপদু মানা ইবুঙো হায়না খুম্নদুনা চৎনবী অমা হৌদোকই অদুনা ব্রা অমা ঙাঙবদা "ইয়াম্বা ব্রা হাযগে তাও" কা হায়বা ব্রাহৌদোক

লোন শিজিন্নবকপসি কুইবক্তুনা হৈনবী অমা ওইবকপদগী গোপিকা নিশা কাবক্তুনা মমাঙদা ডি সি ওইবম্বা আই এ এস হাংজো সাহেব হায়না মীনা লাক্লবা ঙমদদুনা লৈববা মহাক্লা অহানবা ওফিস কাবকপদা গোপিকানা "ইবুঙো, লেঙশিনবিবকউ লেঙশিনবিবকউ হায়না নমহায় তৌকবদা অমদুনা খোইববা লোন্দুনা ঙংদুনা লাওবকই, "হৈ পিযোন নঙনা ঐ লাকপদা কবিগী সলাম তৌদে"। অদুদগী শৎ চঙশিল্লক্তুনা গোপিকাগী মখুৎতু শৎ চিংশিল্লগা তুংলোমদা লৈথেক্লমই। মদু ব্রাক নুংজু থোক্লম্রে। মাগী ইবুঙো কৌজনীংবা থকশি খাশি নাইদবদুনা অহন্থংদা মখুৎ তেকখি। ডাক্তর যৌনদুনা মখুৎতু ফ্রেকচব তৌবম্বদগী প্লাষ্টর ওফ পেবিস হৈদুনা থা অমা হেন্না থবক শূবা ঙমখিদে। ডাক্তরদা লৈবা মতমদসু ডাক্তর নহাশিংদা ইবুঙো কৌহৌনবা নমহায় তৌকবদুনা নৌনা পুন্সিগী আশা অমদা থবক চঙজবক্লিবা অঙৌবা কোট লীৎতুনা ঙক্তা ষ্টেথোস্কোপ যান্থবদুনা চঙলক্লিবশিংদা মাগী পকচদবা মিঙ্গৌদুদা তানীংদমালে মনাক্তা চঙলকপা লেপ্লখি। মা যাম্না ব্রানা মীচঙ ব্রাৎলবা মী অমা ওইনা লেন্দুনা মখুৎ সিমেন্ট হৈবদু লৌথোক্তনা ওফিস কাববনি। হাংজো সাহেবসু অমকু ট্রান্সফর চৎখ্রে অতোপ্পা মফমশিনবা ওফিসার লাক্লে। গোপিকাসু এল ডি সি কাবে। মদুগী গোপিকাদুননি ঙসি নৌনা ওফিসতা কাবক্লিবা ডি সি সাহেবতু চাক কৌবিবসে।

মমশিল্লক্লে, মৈ থানগৎনবে মযাম ডি সি লাকপা ঙাইনবম্বদু লাক্লে লাক্লে হায়নবকই। হেক যৌবকপগা ময়াম্না ওক্তুনা ইমুংদা ফমহল্লে। মতমগী ওইনা হিদাক লাংথকসু লাঙই অদুবু ডি সি সাহেবতুদি শা ঙা চাদবা কবিমক্তা তৌদবা মহা সিধা অমা ওইবল্লে। অদুদদি চাকচা মাঙদা মতম লেন্নবা মতাং অমত্তা লৈত্রে চাক লোমদা মায ওনশিনবা তাবে। সাহেবতু গোপিকাগী শবেংদু শোক্লবা য়াদবা মী ওইবল্লে। গোপিকা লাইবক চুমদবা অমা ওইখ্রে। মানা খঞ্জবম্বনা হিদাক খবা খবা পায়নবগা নিশা খবা পান্নবকপদা "ইবুঙো" হায়না নমহায় অমুক অনিবক অহুম্নক্তং কৌশিল্লগা শবেং থোংবদুনা নম্মবদি ঙসিদগী ডি সি সাহেবসি অঙাংগুম্না শিজিন্নবা হৌবা নুমিৎ ওইবম্বা য়াবনি। মদুগী পান্দমদুদনি গোপিকানা শবেংনা চাক্কৌবিবসে সাহেবসি মহী ময়াই চমহনবা য়ানবা অদুবু ঙসিগী সাহেবসিদি হেঞ্জিনবা য়াদবদা নত্তনা মনাক্তা ফুট অহুম ফাওবা নকশিনবা য়াবা ওইদ্রে। মানা খল্লি হেক্তা "ইবুঙো চাক

ইঙ্গ্লাং কমদৌবিবগে, হাবা ইয়া যাদ্রব্রা" হায়না হংজিল্লসিবা । অদুবু, লিন্না চীকথ্রবা মীনা লিনগী মগুণ খঙই, হাংজো সাহেবকি ৱাফমদু কাওবা য়াদনা লৈবি । গোপিকা হৌদোকপা ঙমদনা লৈবে মতমদি হৌখিদুনা চৎনবা মতম যৌশিল্লক্লে । চৎলমদাইদা ডি সি সাহেবনা এস ডি সি সাহেবতা য়াথং তাওথবকই, এস ডি সি সাহেব, ঐখোযগী ওফিসসি ডিসিপ্লিন কাযনা চৎনবগী ৱাবী য়াম্না তাবকই, অদুনা ময়াম পূম্নমক ডিসিপ্লিন যাম্না ঙাক্লা চৎনদুনা থকশি, খাশি কায়দনবা নঙনা ক্লাস পীদুনা খঙহল্লু, ওফিসকি ডিসিপ্লিন কাযবা পূম্নমক এক্সন লৌনবা থাগৎলকউ" ।

# য়াইপুবী ইমাগী লাইশঙ

অয়ুক্কী নুংঙাইববা নুংশিংনা লিবি হুন্নিবা হৈনম লৈনম চেল্লিবা, উচেক্লা হুই খোংদুনা ঈশৈ শক্লিবা পূক্লিং ৱাখলসি ইনুংতা নুংঙাইবা মতমসিদা থোঙ হাংনবকই দুকান ময়াম, হোটেল । অসিগুম্বা অয়ুক অমদা হাংলক্লিবা দুকান অমদি সাইকল শেম্ফম ওইবিবা অঙৌবগী দুকান অসিনি । অঙনবা অয়ুক্তা চেনবা বিস্লা কয়া টায়াব নুংশিং হান্নবা, ফোংনবা, শেম্নবা, লৈশিন্নবা, শৌনবা দুকানসি থোঙ হাংদ্রিঙৈদা ঙাইদুনা লৈনৈ । ঙসি থোঙ হাংবদা ঙায়বি লৈবক মনুংদগী কনানো পুং ঝান খীঙদুনা পুথোবকই লৈতবা য়াওমাল্লে । অমনা অমদা হায়নবকই, ঐজ্ঞা লৈশংনি ঐজ্ঞা লৈশং ! তাবদা অঙৌবা স্বায় লাওই । ঙবাংতা মাগী দুকান্দা লাক্কুনা মাগী নুংঙাইতবা ৱাবী শাবমই অঙনবা অয়ুক্তনি ! মাগী ৱাসি ৱাকোই অমত্তা শূদে চুমদ্রিং য়াম্থবকই, "অঙৌবা ঐগী ইচানিপা অহনসি ঐগী ইচা নত্তমালেনহৈ- ঐ য়াম্না কন্না চিংনবক্লে । মসি ডাক্তবদা পোকপদা অঙাং ময়াম অমা চপ মান্নবা পোকমিন্নবনি অদুদা ডাক্তবশিংদুনা মফম মরাং খঙদদুনা ঐগী ইচানা অমদা অদুগা অতোপ্পগী মচানা ঐখোয়দা পীশিনবীরক্কমালে ঐ য়াম্না চিংনবেনে । থাজৌনে মসি ঐগী ইচা নত্তেনহৈ । ঐগী ইচা ওইবগবু মপানি হায়বগী মিনুংশি থকশি খাশী নাইদেনহৈ । ঐনা মাবু কয়াদা আশা চাওনা পোকখিবা । স্বষ্টিদা লৈত লৈত শুমাঙ লিলা কৌদুনা হবাওখিবা চাওবগা মপা ফূনবা পোক্লুবা তাবেনে"। মা শুং শুং কপ্লকই মনাতোন্দু হৌনা হৌনা কামই । মদুনসু তোক্তে মা মখা তাবকখি, "অঙৌবা, ঐনা নঙোন্দা হংগে লাক্লিবসে নঙদি খঙলমগনি মা পোকপা নুমিৎতা নঙ ডাক্তবদা লেকপা য়াওবা নংত্রা? নঙ শেংনা ইয়াম্বদা হায়দোকউ মসিগী অঙাংসি ঐখোয়গী ধাব কনা মানবগে । মীগী মচা য়োক্তৌ শককপুদি ইয়াম্বা হিদাক খবা থকচিল্লগা কদায়দনো তুদুনা লৈকগে, য়ুমদা সুকহন হঞ্জিল্লবোই ।" মাবু থেমদুনা য়ুমদা চঙহনবা মতমদা মা ইকন কল্লিবনি ঙসি শিবে হায়বিবসি থাজদবা অমা ফাওই । অঙৌবা মংকুম্মুদবা য়াদে অদুনা ফি হোংবা য়ুমদা চঙলকই । বিস্লা থৌবা ময়াম

অঙৌবনা য়ুম চঙখিবদুদদি মশা মশানা খুৎলাই অমমম পায়রদুনা মাগী মাগী রিক্সাদু শেমগৎলকই কনানা টিপ টায়ার লৌখোক্তুনা ফোৎনি কনানা নুংশিং হাল্লি ।

অঙৌবা তশেংনা খল্লুরকই, ঐজ্ঞা লৈশং তশেংনা পাম্মুবা মীনি । চাকথোংবা হৈবদা মাগুন্না চাকথোংবা বামোন তাঙবনি । মানবু পায়খ্রবদি ইঙ্গ্লাংসি আমৃত ওল্লি হায়নৈ, থবকসু চিনখ্রপোৎনি চাকখুম লৌবদা হলেংবা লৈবা মী নত্তে । অদুবু, অসুক মগুণ লৈবা নিপাসে চাকথোংবা হেক চৎলুবদগী হল্লকপদদি খাবৈ চেগপ পায়দুনা সোবোক্তা হাইরগা হেক্তা চঙখি । নুংদাংবাইরমসি থক্লুবগা অঙৌবগী সাইকল শেম্ফম দুকান্দা ফমদুনা উংদুনা লৈ । অঙৌবনা কয়ারক হন্না হায়, "ঐজ্ঞা মহীসি খবা তোকপিবো কৈদৌবগে হকচাং শোকচিল্লকনি, মতম খবা হিংমিন্নখিশি কৈদৌগে?" মা হায়বিবা বাফমদু ভাব অদুম তাই তোক্লগে হয়েংদগী তোক্লগে হায়না কয়াবক বাশকখি অদুবু, তকোপদি লায়বদুনা নোংমা নোংমগী হেল্লিল্লকই । ওবাং মচানিপানা চোংখৎতুনা কাওই হায়দুনা ফি হাইগৎতুনা উৎলি শংত্রিক শংনা খামদুনা লৈ । খল্লুবদা কিবা অমা ফাওই মচাবু চাওনবা য়োক্লগা মপা ফুই হায়বিবসে অঙাংশিংকা তা লাক্কনি ।

অঙৌবা তোবর্বান্দা থোবকই । পোৎলোইবদু মী পংয়াম য়ামদে । লৈরম্বা খবদুনা হায়নৈ মাগীসি লিভব সিবোসিস হায়বদুনি হায়য়ে । য়ু থকপদা মসি য়ৌখ্রবদি অদুম য়াদ্রে হায়নৈ । লায়েংসু লায়েংদে থকপসু লেপ্তবনিনে। মরম চাদনা ফেৎ শাওবা, মদু মাগী ময়ুম্বি লোইনা চৎখ্রো হায়না হেক তানবা, অকামপেৎ ঙাঙবা, অঙাংমচা মানবা থবক তৌবকপা, চাক ইঙ্গ্লাং লংখায়বা, ফিবোল মৈ থাবা, পোৎ চৈদা তাইনবা মীনকাদি খাঙঙমপোৎ নত্তেদা মপা মচা তিন্নবা য়াদদুনা লৈকাই বাখোক ওইরিবসি কুইবপোৎনি ।

অঙৌবা মতম খবা মাঙখ্রে অদুবু বাখল অমখক লাকই, য়ু হায়বসে মতীক মগুণ লৈখ্রেদকো নুংশিবা কয়া কায়নখি, মপা মচা খুৎ থোক্লখি, ইনাকখুনবা কয়া চাক্লিবা ওনখি, মশা ফববা কয়া উফুল্লক্তা ওনখি, ইজ্জৎ লৈবম্বা কয়া মীমাঙ ফমখি খঙনা খঙনা লাংসিদগী নাম্বোক্লবা অমত্তা ঙম্লদে অয়াম্বনা পুক্তি পিখমখি মসি য়োনবা কাংবুনা ফুড়া দলান শাখি । অঙৌবা

নিংশিংই মাগী ফয়েঙদা লৈবা মরুপ অমনা কালে মচীন অফবনি হায়দুনা লীক্লি অহৃমথক পীরকখিবা কুইবে ঙসিসু মঙোন্দা লৈরি । মদু থম্ফম লৈতদুনা কাচিন্দা লোংতুনা থমই । মচানিপাদু খরা পীক্লিদুনা তৌবনি চাওবক্লগা মদু করিনো খঙত্রবদি অফবা ওইবক্তবা য়াই । মরুপ্না পীবকপনি থমসু থমনীংই। কদায়দা থমসিগে খঙদদুনা লৈরকপনি । হৌজিক্তদা বাখল অমা লাকই । মাগী মথুম মচা অমা শাই । অদুগা ইংখোলগী চীংথে পাংবদা লাইশঙ মচা অমসু চেক্তেক অরেম্বদুনা চনশিল্লি । করি লাই লাংসিগে হায়না খনফম খঙদদুনা লৈরম্বনি । অঙৌবা বাখল অমা লাক্লে । মংকুম্বা ঙাইহাক য়াওরল্লগা কারক্লে অদুগা দুকান্দু খোঙ লোনশিল্লে । মা লৈঙোইগা বেলামাটিগা থীংলমই অদুগা চীংথে পাংবদা শারিবা ফুবা অদুগী মনুংদা লাই লাংফম ইহাঙ হাঙনা লৈরিবদু অহো অবাক লৈত্রা চেকশিন্না মেল্লে অদুগা কাচিন্দা কুইনা থম্ফম লৈত্রবা কালে লীক্লি অহৃমদু লৌথোরক্লে । ইমুংগী কনাসু উম্রিঙেদা মদু ফুড়া অদুগী মনুংদা মপা চানা খিল্লে অদুগা খোঙ অদু চেক চনশিন্দুনা মমায়দু নুংশিং চঙদনা থিংজিল্লমই ।

মাগী নুপী কৌদুনা থুপ থাংমে পুথোবক্লবা হায়বগা লৈ খবা কংলগা খুকমই, মপুক্লিংদা শোল্লি, "হে য়াইপুবী ইমা ইবেমা, নঙদি নতীক নগুণ লৈবীনি নচানা নিতীগী নঙগী সেবা কায়দনা চৎচগে । নচানশূ ময়াম অমা হৌরি ঐগী ইমুংদা ঐখোয় খায় তোল্লবশিংসি নঙগী মীৎয়েংদগী কনবীয়ুকো ইবেমা ।"

মাগী নুপীনা হংলকই, "করি লাইনো ঐখোয়না লাংলিসিবো নঙদি সুকহায় হায়দোক্তে ।"

অঙৌবনা খুমই, "ইমানি লাংলিবসে ঐখোয়গী ইমা নখোয়গী ইমা ইয়া য়াম্রে । ইমা ইপাদি মীংনা উবা লাইনি হায়বদু কাওব্রো ?"

# উৎত্র পৎত্র

ড্রামা অমা য়েংদবা য়াদে হায়দুনা টিকেট অনি য়োনশিল্লমই । তঙাইফদনা লৌখ্রবজাৎনি লৌনীংদনা । হৌজিক কনাগী শেল খায়বনা নুংশিংমুক হেক কুঙঙবসিদা টিকেট য়োনবা, চেফোঙ য়োনবা, শান্নবা চৎপগী শেল খায়ববা, লাইফল্লেন শেমগৎপা পূন্নমকসিনা য়ুমদা হেক লাক লাক্নুনা শেল খায়ববদা, তঙাইফদনা অদুম লৌনৈ । মদুগী মবমদি অয়াম্বা মী পূম্বা হিংনিংই । অদুনা হিংখিবদি তাই মমল খবা খবা তিংথোক্নুনা ।

ড্রামাসি নহান্না তৌনি হায়দুনা তৌকব্ববনি । অদুগা ব্বানা চৎতুনা মফমসি য়ৌকবগদি অকক্লবা নুমিৎকা থাদনা নুমিৎ য়েথোকচবে হায়না ইচাও চাওনা থেৎতুনা লৈবম্বদগী তোক্নুম তোক্লগে হায়না লৈথোক্লববনি । অদুবু ঙসিসি চৎসিবা চৎকুমসিবা খঞ্জানদুনা লৈকবগা পীথোকখিবা লুপা চাম্মদু পাম্মুমনবদগী অমবোমদা ছুতিসু ওই ঙাইহাক অব্রা পোখাবা ওইনা খোইবী হৌবগা চীংতম ড্রামা হোলদা ড্রামা যেংবা লাক্লি, ড্রামা, "উৎত্র-পৎত্র" ।

কৈথেল পোৎলক ফাওবক্লবদি ড্রামা হোলদু য়ৌবা যাদে । অদুদদি গাডী অদু থৌবকই চিল্লবা কৈথেল মযাযদু ফাওবদুনা । মীশিংসি ইপা পাখৎনা কঙাওননা পংথৌদা থৌনৈ, কবিগুম্বা নিযম অমত্তা ইনবগী ব্রা যাওদে । গাডী হেনগৎনবসু চৎনবীদা য়েৎলোমদা হেনগৎনবদুসু ওইবোমদা হেনগৎনবা অমা কন্না তৌবি । খবা নহা ওইবা মখৈনা মোটোব সাইকল অযাঙবীদা মী অহুম অহুম তোং তোংদুনা থৌনবি । বিক্সা চঙবা থিংবা মচীন্দুদা তাকবা লম্বী ঙাকপদুদি মখুৎসু লেপ্তে, মচীন্দসু হুইসেল খোংই ফুবিৎখাওদি লূমথবকই অসুম অসুম । বিক্সা অমত্তা চঙহন্দনবা মঙোন্দা শিন্নবা থৌদাংদগী খবা থৈদোক্লগা বিক্সা খবদি চঙখি মাগী ফুবিৎখাওদগী টিকেট কক্লগা । মিউনিসিপালিটিগী বিক্সা লাইসেন্স যেংনবা থৌদাং শিন্নবা খাগী শেৎপা অঙম্বশিংদুসু অউ অউবা বিক্সা পূম্নমক পংফাদা ফায । অব্রামন খবা খবা অদুম পীনৈ । লাই ফত্তবা চবান চায হায়বদুনি ।

গাডীনা মশিং যামখৎলকপসিদা গাডী থাফম কদায়দা ওইগদগে হাযবসি কনাসু খঙনদে । মফম অযাম্বদা "নো পার্কিং" হাযদুনা ইদুনা থেৎলি । হাযবদি গাডী থাবা যাদে হাযবনি । অদুদি কদাযদা থাবা তাই মযাম কঙাওনৈ ।

ট্রাফিক্কি অঙভম্বশিংনা তোংবা ট্রক অচৌবদুসু মাইক পাল্লদুনা লাও লাওদুনা লাক্লি । লৈবাকমচা তাবগী ওন্নতৈনবা খোঙ্গোক্তা গাড়ী থাবিবা মপু কয়াবু কবেম্লবিবদুনা অদুম থাফম চাদনা থাবমই হায়বীদুনা গাডীগী কোনখুম ফক ফক্লুনা গাডীদা হাপচিল্লি । আইনবু খুৎতা পায়বদুনা মপু অমনা ফুফু কামদুনা থমজবা গাড়ীশিং অদুদগী ফক্লকপা কোনখুম অমমমদা লুপা য়াঙ্খ্রে য়াঙ্খ্রেনি । চাউবাকপা ফকপা য়াবা খবা ফক্লগা অদুম চৎনখি মখোয়সু । গাড়ীগী মপুশিংদুনা ট্রাফিক্কি ওফিসতা চৎনখি লুপা য়াঙ্খ্রে চৎপী অমমম্ পায়বদুনা পাৎলিঙেদা হয়িংবু নোঙ্গকনবা । ময়াম মবকসিদা শামুঙৌগা খোইবীগসু অনিতোংবী গাড়ী মচা অমা থৌবদুনা অচিনবা মবক্তুদা লীৎ লীৎতুনা লাক্লি ।

দুকান পবেং মমাঙদুদা ময়ামসু থানবিবা গাড়ী মবক্তুদা মখোয় অনিসু গাড়ীদু থমজিন্নবা হোৎনবি । পুং অহুম্মুক্তি থনমদবা য়াদ্রি, ড্রামা অমা য়েংলুবগা থোবকপা ফাওবগীনি । গাড়ী অদু পবেং মবক্তুদা মপা চানা লেংশিল্লগা থল্লে অদুগা শামুঙৌগা খোইবীগা ড্রামা হোলদু লৈবিবা মায়গে অদোমদা খোঙনা চৎপা হৌবমই । খোইবীনা ড্রামা য়েংনা য়েংনা তৃপ্পবা মঙ্গল অপোকপা লৈবাকহৱাই অদুগা চানা খবগা ইয়ান য়ানশিন্নবদু খবা লৈবসি হায়দুনা পোফমদুদা পাকথবকপদা ঙায়বি মাগী মশা পায়বদুনা কনানো অমনা চিংদুনা কৌবি । হন্না য়েংথোক্লবদা চহীদা হৌমিন্নবকপা ওইবম্না য়াবা নিপা অমনা মাবু কৌবকই, "ইচিন্নাও গাড়ী থাম্বগী পার্কিং ফী খবা পীবিবমউ" ।

নোংমাইজিংগী কৈথেলদা য়োনবা জেকেৎ অমা লীৎলবা মমীৎতনা পুম্মম মম্বা আনোক উপ্পা, খদাং অমদি নাতোল শূমাঙগী কোইদা ফ্রান্সকি কোইখাক্তা থাক্লিবা হাইফেৎ লেম্লবা হোৎনবা শক্তম অমনি । অদুবু কুচুদি অমম্বনি মকোক্লা লূৱাওবনি ।

শামুঙৌনা ওইনা খুন্নমই, "পার্কিং ফী হায়বা" ?

— হোয় ।

— দুকান মমাঙসিদা গাড়ী থাম্বসিবু পৈশা লৌব্রানে ?

— হোয় লৌজে, গাড়ী অমদা লুপা মঙা মঙানি ।

শামুঙৌনা হংলকই, "কবম্বা ওফিসকি হুকুম্নোনে ঐখোযবু তাদেদা ?

নিপা অদুনা খুন্নকই, ঐখোয মিউনিসিপালিটিদগী ওথোবিটি অমা পায়দুনা তৌজবিবা থবক্নি । আ অব্বাংগী বেডিও টিভি য়োনফমসিদগীনা মখাবোমগী লাইবিক যোনফম সিফাওবসি ঐগী শকক্নি । অদুগী ৱাংমদনা অতোপ্পা ঐখোয়গী মী লৈবি । মাগী মাগী শকক য়েন্থোক্রদুনা অদুম লৈ ।

মফমদুদা গাড়ী থম্মিবদু থোইদোকপা মথক কুপ্পা মফম অমসু নত্তে । মদুদা গাড়ী থম্বদা মখোয়না লৌবিবা পৈশাদুনা কবি তৌবগীনো ? মদুগী মবম অমত্তা লৈতে । লুপা মঙাখক্তং ওইববসু শামুঙৌ যাম্না পীনিংঙক্তে । তাঞ্জাদুদা গাড়ী থাববিবা লৌববিবা ময়াম অমসু চৎখ্রি, লাক্লি । মখোযসু পীনিং পীনিংদনা লুপা মবি খবা পীবম অনিখবা পীবম অচোইবা যাওবা কাংবুনা অমকা পীবম্বসু যাওই । মদুগী পৈশাদু মানা কবি শৃকবগী ফংলিবনো শামুঙৌ খনবদা মমই । থাববিবা গাডীশিংদু মানা শেংদোক তৈথোকপসু তৌবা নত্তে । নোং নুংশানা যৈদনবা মথক অমা কুপ্পসু নত্তে । মাগী মথৌ হাযববু মদুদা গাডী অমা হেক থাববগা লুপা মঙা লৌশিনবনি । অদুগা মপুদু লাকপা ঙাইবদুনি । গাডীদি ইযেং যেংশিনবিপোৎ নত্তে ।

শামুঙৌগা নিপাদুগা যেৎনবদুদা অতোপ্পা খবসু যাওশিল্লকই । নিপাদুগী মীচংদি ইযাওবু যাওদে ।

নিপা অমনা হাযবকই, "ভাই মীগী গাডী থাবা উবগা লুপা মঙা মঙা লৌবদি ভিক্ষাবী মাল্লি, নশাসু তীক তীক লাওনা ফৈ, থবক অতৈ শৃকচোনো। যুগসি মীঙোন্দগী নিবগা, লাক্লগা, ফোযবগা হিংবগী চৎনবী অমা কন্না হৌদোবকপসিদা তুংদা অঙাং অমত্তা ৱাবকপা যাববোইনে"।

পাকিং শেন্নবা নিপাদুসু হন্দে, হেক্তা হাযবকই, হেবা ভাই ভিক্ষাবিকাইদি হায়বিনু, অযুক অঙনবদা ইঙ্গাং নাপী যোনবা লাক্লিবসিদগী মিউনিসিপালিটিগী মীওইশিংনা লুপা মঙা মঙা অদুম লৌনবিবনি । আ সবকাবগী ডাক্তব খানাদা অনাবা য়েংবদসু লুপা মঙা মঙা টিকেট ককইবদুনি অদুদা নত্তে, মন্দিবদা লাই খুকস্বদসু পৈশা খবা খবা কৎনবিবদুনি । মখোয়দুসু ভিক্ষাবিবা ?

মী ওমশিন্নবক্লবদি ফজববোই খল্লদুনা শামুঙৌ লুপা মঙা পীবগ্নে। লুৱাওবদুনা কদায়দগীনো টিকেটনি হায়দুনা চেজেং অমা পীবকই।

ড্রামা হোল যৌবে।

লুপা চাম্মা চাম্মগী টিকেটনি। ফম্ফমদি আ মমাঙগী পবেংদুদা ওইবমই। গেট কিপবনা তাকপা ফম্ফমদা শামুঙৌগা খোইবীগা ফমথবে। চানা, মঙ্গল, লৈবাক হৱাইদু তৃপ্তুনা ড্রামাদু হৌবা ঙাইবমই। পাক হৌদে। হোলদুদি মীনা ফনা যাম্না তিনখৎলবে। ৱাবী ফনা শাবে। ড্রামা য়েংবদা চানবা লৈবকপা অচাপোৎ পূম্বা হৌদ্রিঙৈদা লোইনা লোইখোকপ্রে। অদুবু, হৌগনি হাযবা মতমদু পুং অমা চোঙ্খবগা ড্রামাগী যুখলদু হাংদি হাংদোবক্লে।

মল্লপ তৌবা ষ্টেজদুদা নিপা অমনা মখুৎতা থাঙ অনি পাযবদুনা খৌশাবগা থোবকই। ষ্টেজদুদা মণিপুবগী ফেপ অমা থেৎতুনা লৈ। নিপা অদুনা ঙাইহাক খৌশাক্লবগা অমুক অমুক মণিপুবগী ফেপ অদুদা থাঙ মতোন্দুনা নমই। মবোন্দি অমত্তা যাওদে। মিনিট তবমাঙা ফাবে। যেংনবম্বা মযামদু মখা কবি তৌবক্লদগে যেংদুনা লৈনবম্বনি। মৈসু ঙান্থোবক্লে। মখুৎতা থাঙ পাযবা খৌশাবিবা মীওইদুনা মযামদা ওনশিন্দুনা লেপ্লগা অমুক্তং খুকমই।

নিপাদু উবদা শামুঙৌ শ্বায লাওই। কৈনো অমা হায়গে হাযদুনা মচীন্দু খীৎতং কাঙগে তৌক্বদা তুংথংবা পবিংদা ফম্বা নিপা অমনা হৌনা হাযবকই, “হৈমা মসিবু খম্বতোন নৎত্রানে”। অমনা খুমই, মানিনহৈ, নহাল যেন যোনফমদগী শেঙ্গাও লাক্লগা ময়াম মবক্তা চেনশিন্দুনা মাঙখিবদো। নিপা অনিদু ফুক ফুক হৌগৎখি।

ঙাইহাক্কী মনুংদা ষ্টেজ মনুংদা থেঙ্গাইনবা থুগাইনবগী গ্রুং গ্রুং লাওবা মখোল তাবকই। ড্রামাদু কাযগ্রে। হেবো শাবদু মহাগী কদব মপী অমা ওইবগ্নে চৈদুম চাগ্রে হায। ড্রামা যেংনবম্বা মযাম মপান্দা থোক্লবক্লে। শামুঙৌগা খোইবীগসু মপান থোবক্লে। মখোয় অনি ৱাসু ইঙাঙ ঙাঙনদে। খোইবীদি খবসু অহলনি। মথন্তা চৎপা নুংঙাইতে হাযদুনা শামুঙৌনা খোইবীবু হৌক্বনি। যাম্না নুংঙাইগদবা ড্রামানি হাযদুনা অমুক চৎনীংনবা হায়জিল্লুবনি। তৌবিবা মতৌদুদনি শামুঙৌসু ইকাইবে।

হোলগী মপান্দা থোবকপা খবগী মচীন্দগী ঙাঙনবকই, ড্রামাসিদি "উংত্র-পংত্র" কৌবিবসিদি চপ হেক চানৈ হৈ মাগী হেবো শাবিবদুগী মতৌদুগা ।

খোইবীনা হায়বকই, কৈনো হেবোদু কৈদৌবে হায়বনো ভাবকা অমত্তা তাদেনে ঐদি ।

মনাক নক্লা লেপ্লম্বা অমনা খুন্নকই, হেবো শাবিবদো খম্বতোন তাকু হায়দুনা বাজাবগী সাইকল ল্যাক্লিবা, ফুবিংখাও চপ্লিবা মহা তাকু অমনি । অদুদগী ময়াম মবক্তা শকখঙবা য়াওবমদুনা চৈসু খবা চাপ্রবনি । মানা হেক ঙমইববু মী অমত্তা য়াওহন্দনা মথক্তগী ওইবা এক্সপেরিমেন্টেল ড্রামা অমা ঙসি পুথোক্কদৌবিবনি হায়না তৌরমইবসিনি মী থাদোক্লুনা টিকেট য়োলহন্দুনা ।

অহল ইওই ওইবকপসিদা খোইবীদি মমীং ইফং ফত্তদুনা নিপাদু কনানো খঙদ্রমালে । শামুঙৌদি ঙসাইনা খঙলবনি ।

নিপাদুনি মখোয়দগী গাড়ী থাবগী পার্কিং ফী লুপা মঙা ঙাইহাক্কী মমাঙদা লৌখিবদো ।

# কংসগী ৱারেপ

ধর্ম্মসিং হন্দক মবকসি ইনুং নুংঙাইফম খঙদনা পূক্লিং ৱানা লৈবকই। পূক্লিং ৱাকবগী মবম অতৈ নত্তে মীওইবদা খুদোংথীনিঙাই ওইবা লায়না অমা শন্দোকই হায়দুনা লৈবাক্কী ওইবা ৱাবেপ অমা লৌদুনা ঙানু য়েন পূম্বা মঙক লৈথৎ লৈথৎতুনা হাৎলগা কোম তৌদুনা পংফুমতা ফুমই। অদুতা নত্তনা লৈবাক্কী অঙম্বশিংনা লৈবক খুল্লক্তা চঙ চঙদুনা কনানা ঙানু য়েন লোইবিবগে থি থিদুনা হাৎননবা খোম্বা লাক্লি। ধর্ম্মসিংগী লৈকাইদুদসু ঙানু য়েন পূম্বা হয়েংদি খোম্বা লাকনি খঙহল্লক্লি। ওম্থোকপা ৱাবেপ হায়বদুনি লায়না শন্দাকপা মহীক অমা ঙানু য়েন্দা চেল্লি হায়বা ওইবমানে। মহীক অদু তশেংনা পুববা ঙানু য়েন খন্দোকুনা হাৎপসু নৎত্রি ঙানু য়েন পূম্বা তুম্মা হেক্তা হাৎপগী মওংনি। শম্মা হায়ববদা ঙানু য়েন্না মহীক শন্দোকপনিনা ঙানু য়েন পূম্বা মুথৎপ্রবদি লায়নাদুদগী মীওইবনা হিংবা ঙমজবগনি হায়বসিনি।

ধর্ম্মসিংগী অৱাবদি অতৈ নত্তে। মাগী ঙানু অমখক লোইজবনি। তশেংনা মাগা নক্লা লোয়নজবনি। মানা বিবি হায়না কৌবদা লেংঙম শাঙমদা প্রপ প্রপ চেল্লকনি। মানা নোংমগী কৈথেল থোক্নুনা মাগী বি বি না চানবা থবোই লৈ মদু থাবিদুনা ধর্ম্মসিংহ মাগী বি বি গা য়াম্না তিন্ননা মকপ ওইনা লৈমিন্নবকই। মপুনা লুনা তৌবিদুনা মচিঙ্গাক নিংথিনা পীজবা বি বি নোয় পেল্লদুনা ধর্ম্মসিংগী মপাং ওইদুনা লৈবকপনি। লৈকাইগী অঙাওবা অঙাংশিংনা হায়নদুনা মপুক্লিংদা শোন্দুনতা লৈ, "অস হাওবনি হৈ ডিসেম্বর য়ৌববদি ঙানুদি হাওববা কান্নি।"

অঙাংশিংনা মথৌ অমা হেক ওইবমখৈ য়েংলৈ, অমনা হায়, "হৈ ঙানুবু কনানা চাবগে, মকম চাবগী ৱানি, লৈহীং নমই হায়বনি"।

অমনা অমুক খুমই, "কদায়দগী ৱানোদা, য়েন অশেম্বা য়োনফমদা য়েন্দি কিলোদা ঐতিঙ্কাইভ পিবা মতমদা ঙানুনা ৱান টুয়েন্টি পীবিবনিনে হেন্না তাঙইবনিনে" অমনা অমুক য়াওশিল্লকই, চাবা হাওবা হাওতবগী ৱাদি খুৎথোং খুৎথোংদা লৈবেনা। ঐ থোংগেসে অদুদা খঙ্গদবনি।

নিপামচা অমনা হৌদোবকই, অদু ওইবদি বাজী ধর্ম্মসিংগী ঙানুসি পৈশা খবা হুঞ্জিল্লগে হায়বগা লৈকব্বসিনা হয়েং গোর্ভনমেন্টকি কাংবু লাক্কুনা মঙক মেৎথৎলগা হাৎলগা ফুমজিনখিদৌ শকক চাথোকপনা ফৎত্রনে। ঙানু অমদা লুপা নিফুতনি পীগদৌবিবা লুপা য়াখ্খে হুঞ্জিনগে হায়ববদি য়াফম থোকই, মাগীসি শেন্নবদি কোম্পাক অমদি থোক্কদোইজাৎনি। অমনা অমুক খুন্নকই, ঐদি য়াওজবোইকো, মীনা লায়না শন্দোবকপা য়াই হায়দুনা লাওথোকত্ত্রমক্তনা য়াওমন লাকমল্লিকো"।

অমনা অমুক ওক্কুনা হায়জিল্লকই, "হে মৈদা ঙৌদুনা থোংত্ত্রগদববু কনাগী মহীক্লো য়াওগদৌবিবাসে, অথোংবা চাবদা হেক নাববদি ঐ শিংগেসে।"

অসুম্না ধর্ম্মসিংগী ঙানুসি অঙাংশিংগী মীৎয়েং চঙঙে। মসিদা নত্তে থীঙ্খাং কয়াবক্তা ধর্ম্মসিং লৈকাইগী অঙাংশিংগা ব্রা ঙাঙনবা য়াওশ্রে। মতাং অমনা পংকুই কুইদ্রিঙৈগী ব্রানি য়াওশঙগী চাকচানবদা নিপামচা তবামুক্রা ধর্ম্মসিংগী ঙানুসি লৈবগে লুপা চহ্মফাওবা মমল হুল্লম্মে। ধর্ম্মসিংনা চোংথোক্কুনা খৎনৈ ঙানু লৈগে হায়বগা লৈবাক্রী কৈথেন্দা য়াম্না য়োল্লিবনি লৈকচো হায়দুনা। অসুম্না মীগী মীৎয়েং চঙদুনা লৈবকপা ধর্ম্মসিংগী ঙানুদু হয়েংদি সবকাবগী শঙলিংবগী মখুৎতা তাগদৌবে হায়বসিদা ধর্ম্মসিংনা খাঙঙমদবা অমা সোমদা নহাবোলশিংনা কল্লক পেন্নগদবগী তৌবিবা মতৌ অমা।

ধর্ম্মসিংগী লৈকাইগীদি ভেটবিনবিদা থবক তৌবা চাওতোম্বীনা য়ুম য়ুমদা লোইবিবা ঙানু অমদি য়েনগী মশিং থীবা ইখৎপা অমদি মদু লোইবিবা মীদুগী মমিং অমদি মশানা য়াজনা তৌবা সহি অদুসু পৌখৎলি অদুগা ঙানু য়েন অমমমদা লুপা নিফু নিফুগী চাংদা হয়েংগী নুমিৎতা খুৎশিন্নগনি হায়দুনা ময়ামদা খঙহল্লি। মপু ময়ামদুগী মিং পরেংদা ধর্ম্মসিংগী মমিংনা থ্বায়দগী মকোক্তা য়াওবি।

ঙসাই অয়ুক ধর্ম্মসিংগা চাওতোম্বীগা ব্রা ঙাঙনত্রে। সোমদা সরকারগী হুকুম্নি কনাগুম্বা অমত্তা ঙানু য়েন লোইবা য়াবোই হায়বিবসে অমদি সরকারগী অঙম্বশিংদা খোম্বা লাকপদা খুৎশিন্নদবা কাংবুদু আইনগী মতুং ইন্না দন্দি

তৌগনি হায়বসিনি । মসিসু ফনা লুবিবা ব্লাফম অমনি অমবোমদা জীবগা মীওইবগা লৈনবিবা নুংশিনবসিদি অসুক নুংশি হৈত্তবা পাওখুম পীবা তাববা মদুদি মীওইবগী য়াইফনবগীদমক্তা য়েন ঙানু পুম্বা শহিদ ওইহনবা তাই ।

ধর্ম্মসিং খনবগী লোইনা নাইদ্রে নিংশিংলকই কংসনা মাবু হাৎলগদবা কৃষ্ণদু গোকুলদা থৈখ্রে হায়বা তাবকপদা মাগী খোঙমী লাম্মী থাদুনা গোকুলদা লৈব্রা অঙাংপুম্বা তুম্না হাৎহল্লি মদুনসু কবিসু কংসবু হিংহনবা ঙমখিদে । পবিক্ষিতনা মাবু লিন্না চীক্কুনা হাৎলগনি খল্লুবদা লিন পুম্নমক তুম্না মাঙখিনবা লিনগী যজ্ঞ তৌখি । অদুবু মদুনসু মাবু কনবা ঙমখিদে । মীওইবনা হিংনবগীদমক হাৎ হাৎতুনা চাবিরিবা য়েন ঙানু মীওইবনা হিংনবগীদমক্তা চিঙ্গাক অদুম ওইনবিবনি মদুসু চুমই । অদুবু, মদু নত্তবদা য়েন ঙানুপুম্বা হাৎ হাৎতুনা লৈনুংদা ফুম্বগী ব্রাবেপ অমা লৌবকইবসিবু কংসগী ব্রাবেপ নৎত্রববা । মাগী ব্রাবেপ অদুনা মাবু শিবদগী কনবা ঙমখিববা ।

ধর্ম্মসিং উপাই অমা লৈবোইদৌবি । মীওইবগী য়াইফনবগীদমক্তা মাগী মপাং ওইজবিবা বিবি নুংশি হৈত্তনা হাৎলগা শহিদ ওইহনখিদৌবে অদুগা মাগী মপু ওইবিবা মানা মবাল লৈজদবা বিবিবু শঙলিংবগী মখুৎতা কবিগী শিন্নগদৌবিবনো মাগী মবাল হায়ববু মা ঙানু ওইনা পোক্কবা অদুতনি মাগী মবাল লৈতে । মতমদি খজিক্তুং ঙায়শিল্লক্লে হয়েং অয়ুক্তগীদি শঙলিংবা লাক্কুনা থুংলবনি শূমাঙ মতোন মতোন্দা ঙানু য়েন ময়াম শহিদ ওইহনগদৌবি মীওইবগী য়াইফনবগীদমক্তা ।

ইমুংদা চঙদুনা টিভি থাগৎলি । ব্রাবী অমা লাকই মেব্রাবগী ব্রানা উদয়সিংহগী ব্রারী । মানা অঙাং ওইবিউঙদা য়োকচবী মপী পান্নানা মা মক্না পোকচবা অঙাং অমা চেনবা মতমদা তমথীববা বনবীবনা উদয়সিংহবু হাৎনবা লাকখি। পান্নানা তুংগী নিংথৌ ওইবক্কদৌরিবা উদয়সিংহবু কন্নিংখি । বনবীবনা উদয়সিংহ কদায়দা লৈ হংলকপদা থমোইদু নুংমুক কনশিল্লগা পান্নানা মচানা তুম্লিবা অদুদা খুৎ থিল্লি। বনবীবনা উদয়সিংহ ওইরমালে খন্দুনা অঙাংদুদা থাঙনা থিন্দুনা হাৎখি । উদয়সিংহদি হিংহৌবে মমা মক্তি মীৎমাঙদা মচাদু থাঙনা থিন্দুনা হাৎপদু মমীৎনা য়েংদুনা লৈহৌই পান্না অদুগা উগী খুদেং অমদা হিপহন্দুনা উদয়সিংহবু তুরেন্দা তাওথহল্লকই “হে ঈশ্বর লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরগদৌরিবা অঙাংসিবু হিংহনবিয়ুকো ।”

ধর্ম্মসিং ফমুংদা হীপথবে। মীকপ থোবকপদা নোং ঙাল্লি ঙাল্লি তৌবল্লে বিবিগী মতাংদা ৱাখল অমসু থোবক্লে। কাংখ মখাদা কুল্লিবা ঙানুদু বিবি হায়না কৌকববদা লেংঙম শাঙমদা ফুঙ্গা মপান্দা থোবকই। চফু মনুংদা ঙবাং লৈবকখিবা থবোইশিংদু পেন্না পীজবে অদুদগী মী কয়া হৌনদ্রিবৈঙেদুদা কোল্লদুনা ফিজাও অমা ইনশিল্লে অদুগা চৎলমই তুবেন তম্লা। হিদেন্দু কনাসু থোক্রবক্রি। ঈশিং চাওববা তুবেন্দু ঈচেল কন্না চেঙ্ববমই। ধর্ম্মসিংনা মাগী বিবিদু পুদুনা তুবেন্দা থাদোকখিবমই। ঈচেন্দুগী তুং ইন্ননা চেঙ্খ্রে বি বি। ধর্ম্মসিং শোব অমুক্তং হোন্দোকই।

# নাচন্না চেল্লুবা

খোনোগী ম্রাখলসি কণ্ডাওনৈ । ফম্না ফম্না খল্লি মাগী খোঙ্গ্রাও তূখিবা ফুবিৎ তূফমদু কদায়দনো কবম্বনো খনফম খণ্ডদে নিংশিংবা থোক্কে । অসুম্না পাংকাওদা কাওবসে থিণ্ডখাণ্ড য়াম্মপোৎনি । নহান য়াওশণ্ডগীদমক্তা মচে অহনবা খোঙ্গ্রাওফি অমা শীবকপনি মদু তূরুবগা শেৎলু হায়দুনা লুপা ১০০ অমসু নাকথেঙ ওইনা শীবল্লবনি । অদুনা বাজাবদা হাইগৎলগা নাপ ওল্লুববনি । লৌকলাও হায়বিবা নুমিৎতু ঙসি য়াওশঙ নুমিৎসিদা থোক্লি । অদুনা খোঙ্গ্রাও অহনবা অমা শেৎপা ফংলনি খল্লুদুনা য়াহৌবকপদগী হবাও তয়াম্না থবক ইনখাং লোইদুনা লৈজবকপনি । অদুবু, ওহ্নোকপা হায়বদুনি, খোঙ্গ্রাওদু হন্দোকউনবা শীবকপা বসিদ অদু থম্ফম খণ্ড্রে । অদুতা নত্তনা মঙোন্দা য়াম্না হেক অবাবা অমা ওইবিবদি নহান খোঙ্গ্রাও তূকবা ফুবিৎতূফমদু কদায়দনো হায়বদুনি হেক্তা নিংশিংবা থোক্লিবসে । দুকান্দু নিংশিংদ্রবসু চেজেৎ অদুতং ফংলবদি মদুদা দুকানগী মমিং ইবমগনি । অদুবু, ঙসিগী খোনোগীসিদি দুকান্দুসু নিংশিংদ্রে, চেজেৎতুসু মাণ্ডদ্রে, থিবদসু ফংদ্রে । মীগা কয়া মীমান্নদদুনা লৈববা মচানিপাসি মমা মপাদুনা মচানুশীঙাক্তা মঙা পোক্লবা মতুংদা লাইদা নিদুদা খোনোসি পোকপনি । মীগা মীমান্নদবা মতৌসিদা মমা মপানা মাগী য়াম্না বাজে । হয়েং কবম হায়না মথন্তা হিংহৌগদৌবিবনো খনবদা মমই । অসুম্না অকাওবা অমা মঙোন্দা লৈবসিনি মাগী খ্বায়দগী য়েক্লবা ওইবিবসে ।

মচানা তৌবিবা মতৌদুদা মমানা হংলকই, "নঙবু কনাগা চৎমিন্নদুনা খোঙ্গ্রাও তূকবগে, মঙোন্দা হংলগা মবাইনা খণ্ডজনি" । বাফমদুদি চুমই, অদুদা লুবিবদি খোনোদি মদু ফাওবা কাওদ্রে । অদুদি ইমুংদু মহী লাঙই । মপানা হৌদোবকই, "নঙগী মরুপ অহম মৌবোনে, নিত্যাইনে, নন্দোনে, মখোয় অহমগী মনুংদা অমদি মওইবম্মনি নঙগা চৎমিন্নবদো, অদুনা নঙগা কনাগা চৎমিন্নবগে হায়বদু ঐ হংলুগে ইরাঙ লাঙগনু ।" মপাগী বাফমদু তাবদা মা খরা তপথরে । মপানা মমান্নবশিংগী মনুংদা কনাগা মাগা চৎমিন্নদুনা খোঙ্গ্রাও তূরুবগে হংনবা থোকদ্রে ।

সোমদা ধোনোদি পংলাপ লাগুনা য়াওশঙগী শান্নখোংনবগী থৌবমগীদমক্তা মাইক্তা লাওবিবদো তাবকই । মানা য়াম্না পামজবসি মাইক খোংফম অমদা চঙদুনা মাইক খোংবা ওপরেটবগা হেক্তা মরুপ শান্নবদুনি । মখোয়গী মনাক্তা চঙদুনা মখোয়গী পাখোল্লোয় ওইবসি মানা য়াম্না পামজে । মাইক খোংবদু তাবকপদুদদি মা লমজাওবোমদা থোবকই ।

লমজাওদা য়াওশঙ স্পোর্ট তৌবগী মী কয়া লমশাং চেনবগী থৌবম ওইনা লপ্পীদা ইন্নদুনা চংনবি । মাইক্রা লাওবি, "চেনখংলু এথলেট চেনখংলু, নঙগী নশুং নমান্নবা কয়ানা লমথুংফমদা নঙবু ওক্কদবগী ঙাইরি ..... ।" ধোনো ময়ামদু উবদা ঙাইহাক্কি অরাবদু কাওই । খোঙ্গ্রাওগী রাখলকা ইকাও কাওখ্রে । মতুং ইথং থংনা অঙাং অমা লমজেন চেল্লি । মাবু উকবদা ধোনোদি অতৈ নিংশিংদে মাগী মচে ইতোন তোনবীদুগী লাইফদিবী অমা মানা নুংশিনা লাংতুনা থমজবদু লৈকাইগী হূই অমা চেন্দুনা পুখিবদা মানা য়াম্না কপখিবদো নিংশিংলকই । লমজেল চেল্লিবা অঙাংদু মচেগী হূইনা চেনখিবা লাইফদিবীদুগী শক্তা অমা চঙই । মচেগী কুইনা মাঙখ্রবা লাইফদিবীদুনা থবায় পাল্লক্তুনা লমজেন য়াওবকপা মাল্লুবে । ধোনো পংখন খন্থবা তৌদনা দুকান্দগী উম্নবা মিঠাই অনিখক লৈকবগা লমজেন চেন্দুনা অঙাংদুগী মতুং ইন্নবক্লমই । মিঠাইদু পীকবদা অঙাংদুনা হবাওই শোব থবেং থবেং হোন্দুনা চেল্লি । অঙাংদু শেন্নবনা মীগী হেনফদ্রবা মথৌনি খল্লে । অদুনা মাসু অঙাংদুগী মনাক্তা চেনবা য়াওবমই শোর থবেং থবেং হোল্লদুনা মানা হায়কই, "ইবুঙো রানি তপ্না চেল্লু য়ৌবগা লোইবে" । অতৈ শীনবা লাঙবা কাঙবুদু ময়াম চংনবি মাসু ঙসিদি শান্নখোংনবগী শীল লাঙবা কাংবুগী মনুংদা অমা ওইজবা ফংদুনা মপুক্লিংদা পোঙজবা হবাওজবা অমা ফাওজে ।

চেন্না চেন্না লমথুংফম অমা য়ৌবক্রে । মখোয়গী লৈকাইদগী ফনা লাপ্পা থোবক্রে । অদুদগী মাগী হৈনবী মাইক অদু গাড়ীদগী লৌথবা অমুক লম্পাক্তদা পানখংপা খোঙ্গংপদুদা মাইক ওপরেটবদু মতেং পাংদুনা অরা অনা কাওদুনা লৈখোকখ্রে ।

শান্নখোংনবগী থৌবম মখা চংথবদৌনা তৌরি চাক খোংবা তান্নবনি । ধোনো নিংশিংলকই মাগী মবোক হনুবীদুনা কৈথেল কাখিবদা মানা হেক

হেক চাক থোংবিবদো । মা চাকথোংবা য়াম্না হৈ । ইমুংগীসু নুপীনা মশীং য়াম্বদা মাসু চাক মবক মবক্তা থোংদবা য়াদদুনা থোংই । মানা খল্লকই, "ঐগা তান্নরবদি ঐনা থোইনিসে ।" মপুক্লিংদা খনবদু মচীন্দা হায়দোকখি । মদু তাহৌবা অকোয়বদা লৈবন্না কাওবুনা মাবু চিংথোক্লুনা য়াওহল্লি । মানা পামজবা শিনফম্নিনা ইকাই ইকাইনা থোনো খুদে হোংদুনা চাক থোংবা তান্নবা য়াওবা তারি মীরেকাইদুদা ।

ম্বা লাওনা থাবকপগা ময়াম তুবেন্দা চেম্নুনদুনা চুপ লুম্বুবগা ঈশিং শোক্লক্লুনা উচান চুদুনা মৈফম শেন্নগা মৈ হৌগৎলমই । থোনোদা শীং নুংঙাইবিবসি অতৈ নত্তে মা চাক চাবক্রিবনি অদুনা চাক য়াম্না লাম্মে চাক্লু থুনা থুনা লোইনীংবা অমা ফাওদুনা কন্না মৈ য়াঙলমই । মা অতৈ কবিমত্তা খন্দে মাগী চাক চফৃদু শৌহনবগী ৱাখলতনি । আলুদু চামথোক্লুনা চাক্লুদা হাপচিনখ্রে । মৈনা য়াঙলবদা ঈশিংনা কয়া কুইনা শৌদবা য়াগনি । অকোন অহান তান্নবদা কনানা থোইগদগে হায়বা কাওখ্রে থোনোদি মাগী ৱাখল হায়ববু চাক্লু থুনা লোইদুনা চখোম অমত্তং চাদ্রবদি মীং তন্দন পাইবক্লদৌবি ।

চফু শৌদুনা শোম্বুবে, মহী চিথোক্লুনা য়াইবে । মাদা নত্তে অতৈ মী তবামাথোই নিথোই লম্বা তৌনবি । চাক লোইদুনা থিবা ফাওবা য়াওখ্রে । থোনোসু পংকান কান্নহন্দনা চাক্লু থিবে য়োৎপা য়ানবা আলু অঙাঙবা চাক্তা হাপখিবদু খনগৎলগা ঈশিং ঈচমদা থুম খবা হাপ্পগা ইরোম্লে লৈবাক্লী চফুদগী থিবকপা চাক অশাবদুগা আলু অঙাঙবা ইবোমবদুগা মনমদু তাবদা অদুঙৈদা মবোক্লা অয়ুক্তা চৌবী চফৃদা চাক থোংবগী ওইনম্বা মনমদু তাবদা থোনো চাক লাম্বনা তিন য়োৎলমই । মদুগী অকোন অহান য়েংশিল্লিবা ময়ামদুদা চাক অদু লা মচেৎ অমদা হাপ্তুনা পীরবা মতুংদা য়ারে চাবা হৌবো হায়বকই। অতৈ মী মবি মঙাসু কন্না তান্নবি মখোয় হূকপা হৌখ্রে । মী অমদি চখোম চাওমনব্রদুনা পংপন্দা পল্লি ঈশিং চখোম খুদিংগী থক্লি । থোনোসু চাবা হৌবে, "ইসঃ গর্ভসি হেক ঈংই, ওসাইমখে ঐদি আত্মাসি ওম্বোক্লা ওৎলুবেদা, হৌজিক্তদা হেক নে তাই হৈ" । মপানা চৈবদু নিংশিংলকই, "হৈ নিপা ওইৱা পোক্লবদি শা লান্দা তৌবগুম্না ৱাখল খনগদবনি চাক চাবা য়াম্না থুগদবনি, থন্নসু চাগদবনি" । মদুগী ট্রেনিংদুনা থোনো চাবদা পংতপ তক্লা মী নত্তে । উসোবতা মহাপ্রসাদি হেক লাওবগা হৱাইমুগ লাক্লিঙৈদা চাক্লক

সিং নান্না চাবা মীদুনি । মীনা থীবোঙলাও হায়না নোক্লবিবদো ঙসিদি থীবোঙলাওবতনা মকোক তানবা পান্নে ওইবে ।

ধোনো চাক চাবা লোইবে । চাক্তু চেঙওইনা ঈশিং গ্লাস অনিখক্তং ওল্লগা পীবা ওইবনা চাক্তু খবদি কৌবে চখোম তবামুক্তংদি হাপহন্নিংবনি অদুবু ফবে লাম্বদুদি কোকপ্রে মখাদি য়ুমদা অমুক হল্লুববা হায়বদুনি ।

অকোন অহান লাওথোরক্লে, ধোনোনা ফার্ষ্ট তাবে । প্রাইজ লৌখো হায়দুনা খাম্বদগী মা শান্নখোংনবা য়েংদুনা চাকসু চাববনিনা জ্ঞান তানা ফমথবমই । নুংদাং ওইবে প্রাইজ য়েম্থোক্লে । প্রাইজ ওইনা ফংলবা চেঙ সেব অমা, হৱাই সেব অমা, ঙাবী সেবমথায় অমা অদুগা অচাথাও লীক্লি অমা বোরাখাওদা হাপ্তুনা পীবকপদু পুবদুনা কৈথেল কুম্লকপদৌনা ধোনো ময়ুমলোমদা হল্লকই । হল্লকইবদি ঙসাই লমজেন চেল্লকপা লম্বীদুদনি । মদুদা চুম্না চৎলগা মখোয়গী লৈকাই তাবনি অদুতনি মানা খঙবা ।

ফনা শাংনা লাক্লে । লৈবক অমদা মোইবুঙ খোংদুনা ময়াম বা বা লাকই। য়াওশঙগী হোলিদি নত্তে অদুদি কবিনো ধোনো য়াম্না খঙনীংলকই অদুনা লৈরক মচীন্দুদা মোইবুঙ খোংবা কাংবদু থোবকপা ঙাইদুনা লৈবমই।য়াম্না নকশিল্লক্লে । হাপলালটেন অমা থাল্লদুনা মীয়াম অমা লাকই সোবোক মচীনগী লম্লোঙ অহূম ফাংবদুদা অদুগা মখজায় অনিদু পোঙথোক্লদুনা নিপা অমনা মোইবুঙ খোংলি মাইবা মাইবী অমনিসু য়াওবি । মাঙ থংবা মী খবনা মুশি মুশি মঙান্দুদা লাওবকই “সিদা লৈবে” । “সিদা লৈবে” ! অদুদগীদি মাইবীদুনা চোংশিন্দুনা ধোনোবু তাপ ফায় মানা পায়বক্লিবা লীচে কাংহুদুনা মঙক্তা কোংলগা চিংশিল্লি অদুগা তাইবেন মশানা মনঙ্গদা ফং ফং কল্লি। মমা মপা মচেশিংসু লোইনা য়াওবি । মাইবদুনা হায়বকই, “নাচন্না চেনবা হায়বদুনি, লমতা থাসিদি শবোয় ঙাবোয় কনপ্রবা মতম্লি অঙাংনুবী চেকশিনগদবনি”।

মপানা চেনশিন্দুনা ধোনোবু কোল্লমই । চেঙ হৱাইদু মুন্দুনা হৈদোক্লে তৌই । মানা লাওবমই, “মদু পায়গনু ঐনা স্পোর্ট য়াওক্লবগী প্রাইজনি”। মাগী মকপ মৌবোসু য়াওবি । মানা হায়বকই, “ভাই নঙগী খোঙ্গ্রাওদু হন্দোকউববনি ফ্রেণ্ডস টেলর্সতা তুখিবদুবু নঙ নিংশিংব্রা ?

ধোনো ঙসাইমখৈ কাওক্লববা মাগী খোঙ্গ্রাওগী ৱাদু খংনীং নীংশিংলমই । মাইবা মাইবীশিং অমদি মোইবুঙ খোংবা কাংবুদি মখোয়না শরোয় খাঙবদগী নাচন্না চেল্লম্বদু থাদোক্লম্বনি হায়বি । অমা খঙদে অমা খঙদে ময়াম মাঙঙুববা ধোনো থিবা ফংবদা হৱাওনবে ।

খ্বায়দগী হেন্না হৱাওখিবদি মোইবুঙ খোংবদুগী মখজায় অনিদুনি ।

# সনষ্ট্রোক

এবোপ্লেন তোংদুনা লমচৎপা ইৱা ৱাদনা থুনা যৌই অদুবু লাইবক থীববদি প্লেন মতমচানা লাক্তদুনা নুমিৎচুপ্পা অমা কবিমত্তা তৌদনা ঙাইদুনা লেনখিবসু অদুম মযাওনৈ । ঙসিদি প্লেন মতমচানা লাক্লে । তোংবু তোংশ্রবদি পুং অমগী মনুংদা যৌবনি । চন্দ্রহাস শমুঙৌগা লোযনদুনা প্লেন তোংদুনা ঙল্লবা অযুক সিদা চৎলি যুম্লোন্নবা লমদম অমদা । চৎলিবগী মবমদি সোসিও লিগেল ট্রেনিং কোর্স অমা চাওনা শীল্লি মদু হাংদোকপিযু হাযনা চিফ গেষ্ট ওইনবা কৌবদগী চৎলিবনি । চন্দ্রহাসনা মাগী খোঙবু ওইনবা শামুঙৌ হৌদুনা পুবনি । মখোয পোৎ চৈ অকম্বা অমত্তা পুদে এয়াববেগ অমমম নাকন্দা যানবদু নত্তবা অতৈ পুদে । ট্রেনিং মফমবু যৌববদি মখোযগী গেষ্ট হাউসতা থুংলুবনি লৈফম চাফম মখোযনা লোইনা তৌবনি ।

ৱাখলবু ইখন খনবা নংহৌদে পাইখৎলুবা প্লেন অদু লৈমায়দা তাবে ওস্থোক্লা থুনা যৌথোকখ্রে, অযুক্কী পুং মাপল মুক্তম তাবি। পোৎ-চৈ অতৈ যাওদবনিনা মখোয অনি খাও অমমমদু নাকন্দা যাল্লদুনা প্লেন্দগী কুমথবগা চুমদ্রিং থোবকই এযাবর্পোট অদুগী থোঙজাওদু লাম্থোক্তুনা। টেক্সি ড্রাইভবশিংনা মীপুবা হানবা তান্ননবা মী অমা হেক থোবকপগা মযাম হূপচিন্নবদো, ঙসিদি খুন্তাক লানশিবে ।

চীল্লবা মফমদুদা জীপ অমদি থাদুনা লৈ, ড্রাইভব অমসু ফল্লি । মখোযবু সহব ফাওবা পুবিবা ঙম্বদি মাদা মঙাযবে অতৈ কনাসু লৈতে । অদুদি পন্থবা কান্নদে মঙোন্দা চঙজবা তাই ।

এযাববেগ অমমম য়াল্লদুনা মখোয় অনি ড্রাইভবদুগী মনাক্তা চঙশিল্লমই। ড্রাইভবদু য়েংলকই । চন্দ্রহাসনা নোঞ্জনা ড্রাইভবদুদা মখোয় অনি সহব য়ৌগদবনি গাডী অমত্তা লৈত্রে মাগী গাড়ীদুদা মখোয় অনি সহব ফাওবদং পুবিযু হায়না হাযবা লোইফাৎত্রিঙৈদা মখুৎও মশাও ফব ফব হাইবদুনা ড্রাইভবদুনা "নহী হোগা" হায়না ৱাহৈ খুদিংগী খুমই । চন্দ্রহাসনা হাযবিবদো অমুক্তং তাবিববদি সেগা মাইগা খন্নবা য়াবদো, মাদি "নহী হোগা" হায়না

পংখুমদা খুমই । মতৌদুদদি মাগী মতেং অমা লৌবা ওইখোক্কদবা মাদ্রে । শামুঙৌনা বারৌনা চন্দ্রহাসতা হায়রকই, "তামো তোকপিবো, মখোয়গী জাৎসি মীগী মতেং অমত্তা পাংদবনি মপুকচেল য়াম্না পীকপনি, মাগী মতেং লৌদৌ শরুক খোঙনদুম চৎসি, সহরবু কয়াম লাপ্পমগবনো ইম্ফাল এয়াবপোর্টকা খাইরম্বন্দ কৈথেলগা লাপ্পবদুমুক মঙায়" ।

চন্দ্রহাসনা শোক্লি, "ঙরাং অহিং টেলিফোন তৌরক্কুনা লাকপগী বাফম নাখে অমা শেংনখ্রবনি ঐখোয় ঙসি প্লেন্দা লাক্কনি হায়বসে । বন্দ অমা লৈ হায়রবদি মখোয়সু ঐখোয় লাকপা য়ানবা শীনফম থোক্রা"?

শমুঙৌনা হৌদোরক্লিবা বাফমদু য়াবা তাই মরমদি মদু নত্তনা মখোয়গী মফমদু য়ৌনবা উপাই অমত্তা লৈতে । য়াম্না নুংঙাইনা মতম চানা প্লেন তোংলকপদুদি হৌজিক খোঙনা শাংনা চৎপা মতাং অমদুম য়াওরক্কদৌরি মদুসু হাইগৎলক্লিবা শাম্রবা নুংশানা কোকতোন্দা য়ৈরগনি । খোঙনা চৎপা তাববদি বাকিংগী খোঙউপ তোংলগা চৎলবদি কৈসু লৈতবনি অদুবু, লমদমসি অশাবা লমনি হায়দুনা সেন্দল অমমম তোংই অদুগা হোপ হোপ লাওবা খোজ্জাও অমমমগা থবাক্তা লাইয়েকশিনবা টি সার্ট ঙকশম পান্দবী অমমম শীৎলগা লাকপনি । পম্বুবা কান্নদে, এয়াবপোর্টকি থোজান্দু লাম্থোরক্কুনা সহবোমদা ইতাক তাক্রুবা লম্বেলদুদা চৎপা হৌরমই ।

ইবাপ লাগুনা চাবাগান ইশাং শংনা চীংমায়দা লৈরি মদুদা নুপী ময়াম্না চা মনা হেক্লি । মখোয়দি উরুম খরা লাংই উজাও ময়াম্না উমংশানা হৌবা মফম্লি অদুগা মখোয়না চৎলিবনা মৈ হৌনা শারবা সোবোক লৈমায়দনি । নুংশা কন্না কনখৎলকপা মতম্লি খোঙয়াদু মৈমুক শাগৎলকই । অসুম্না কিলোমিটর মরিমুক চৎলবা মতমদুদা তুংদগী জীপ অমা থৌরকই । য়াম্নদি তোংনীংবনি অদুবু মখোয় মীগী অৱাবদা মতেং পাংবগী চৎনবী লৈতে হায়রুববসু বাদা মাঙদুনা তোক্কনি । নকশিল্লক্রবদি খঙজে, জীপ্তু ঙসাই এয়াবপোর্টতা লৈহৌবা মখোয়না তোংগে য়াখিদবদুনি, মনাক্তা মী অমসু তোংই । মখোয় হেন্দোক্কুনা চৎখ্রে । মখোয়না পুবিববদি ঙন্না য়ৌগদবনি অদুবু মীসু ইহাঙ হাঙলিবনি জীপ অদো মখোয়বু হেন্দোক্কুনা চৎখ্রে ।

চন্দ্রহাসনা হংই, "শামুঙৌ বাব্রা?"

- "বাদেবো, নুংদুম নুংঙাই মীবমদা খোঙনা চৎপগী এক্সপেবিয়েন্সনি অদুসু শাববা নুংশাদা, তাঙনা থোকপনি য়াম নুংঙাইবো", শামুঙৌনা খুম্নকই ।

বাদবু নুংঙাই হায়বনি, নুংঙাইনবা মরম লৈতে । নুংশানা কোকথক্তা মৈনি, খোঙয়াসু পোকখোকপমখৈ শাই, হোঙ্জিল্লিবা নুংশিং অদুসু মৈ মনিল্লি, শোর চনীং চমাঙ শম্নবক্তবা অমা তৌবকই, হুমাংনা চনগ্নবে, নুংশিংকা অমত্তা হুমদে চপ লেপশ্রে অদুগা সহর যৌনা চংকদবা কয়াম বাংলি মদুসু ভাব তাদে । অদুবু মখোয় মাঙলোমদা চঙশিল্লি মখোয় এথলেটনি । চংনা চংনা চন্দ্রহাস শোব হোনবা বাবকপা অদুগা চনীং ময়াদা নাবা অমসুং ফাওবকই । শামুঙৌনা হৌদোরকই মদু সনষ্ট্রোক ওইবা য়াই মখোয় অশাবা লমদগী লাকপা নত্তে । নিংশিংলকই সনষ্ট্রোক খুদোং থীনিংঙাইনি চমপ্রা, থুম, শঙ্গোম অফম্বা অফংবা খবা থকপা তাই । মানা খুল্লক্তা চঙদুনা চমপ্রা অশাংবীদু থিরুরগা থুম য়ানশিন্দুনা মহী শেল্লগা থকচিল্লি । অমুক মাঙলোমদা চঙশিল্লি । চংনা চংনা মখোয় অনি শারবা নুংশাদুদা অবাবা লেল্লনবা বারী হৌদোক্লরকই । চন্দ্রহাসনা হৌদোরকই থায়না খোঙনা বৃন্দাবন চংপগী বারী । মখোয়গী মপা মপুশিংনা চীংনুং মানুং লান্দুনা নুমিৎ কয়ানি খোঙনা চংখিবদো মদু খল্লুববদি মখোয়না চংলিবসিদি করিসু নত্তে । শামুঙৌনা বায়খৌ শগোলগী বাবী হৌদোবকই । বায়খৌ পাংতগী ঙা তীকউরগা ঙাখুদেং মকোক্তা খোনগংলগা খোঙনা খাইরম্বন্দ কৈথেলদা ঙা থাবা লাকপা চংপগী থবক নোংমকা লেপখিদবী ঙায়োনবীনি মখোয় । মখোয়বুনি বায়খৌ শগোল হায়না কৌরিবসে । তশেংনা শগোলদা শগোলনি । মখোয়না খোঙনা চংপদু মীগা তাল্লবা ফংবা নত্তে ।

ঙসি মখোয়না থাংলিবা খোঙথাংসি ঙসাইবাইদি খরা কল্লম্বনি হৌজিক্তি তপথরে । অকোয়বগী নিংথিজবদা পৃক্লিং খরা চঙলম্বদো হৌজিক্তি য়েংনিংলক্তবে । মখোয় অনা লোয়রদুনা নুংথিলগী পুং ৫ তাবা অদুবাইদা সহর উচিন নাচিল্লা যৌরে । মখোয়গী মবুক্লিংদা পোঙজবা অমা ফাওই বন্দনা মখোয়বু অপনবা পীবা ঙম্পোৎ নত্তে গাড়ী ফংদ্রগা কৈদৌনি খোঙ পাল্লিবসিদি ।

লম্বেলদা মী অমা অনিদি চংনবা উই । মখোয়না হুং হুংদুনা ট্রেনিং মফম অদুগী থোঙ্গান্দা লেপ্লরে । থোঙ্গান্দা জীপ অমা থারি মদুদা ড্রাইভরদু ফমদুনা উইদুনা লৈ । শামুঙৌনা হায়বকই, "তামো, ঙসাই এয়ারপোর্টতা লৈহৌবা জীপ্তু অসিনি" । চন্দ্রহাসনা হায়দোকখি, "হৈমা ! কয়াদা ফংখিদ্রবা মবুক্লো, সিদা চংকদবসু ওইবা মীসু হাঙবা ঐখোয়বু খজিক্তং মতেং পাংবিবা য়াবদু

মানা ঙমদুনা অদুম তোংহন্দ্রবনিকো, মখজায়দা অমুক্তং হোৎচিন্দুনা থাসিবা গাধাসে ”।

মখোয় অনিনা থোঙ্গান্দা লেপ্পবদুদা ট্রেনিং মফমদুদগী মী অমা চেম্থোবক্তুনা ইম্ফালদগী লাকপবা হায়বদুনা মিং হংনদুনা খঙব্রে মখোয়গী হয়েংগী চিফগেষ্ট থুংলবে ।

নিপাদুনা ইংলিসনা, “অয়ুক এয়াবপোর্টতা গাড়ী থাখিবনি লাক্কে হায়দুনা রিপোর্ট তৌববে অদুদি হয়েং ওইনা লাক্কদৌবমালে খল্লুববনি, কবম হায়না য়ৌবকপগে?”

চন্দ্রহাস ব়াবৌবা অমা ফাওবকই, “ব়ুই হেব কম ওল ডি ৱে ওন ফুট ফ্রোম ডি এয়াবপোর্ট” ।

নিপাদুনা মচীন্দা শোল্লি, “ও মাই গুডনেস! অদুদগী ড্রাইভবদু কৌশিন্দুনা মমীৎ শূক্তোক্তুনা থীনা ঙাঙবীবমই । নিপাদুনা হায়, “জীপ অদুগা ড্রাইভব অসিগা এমপ্লোই অমগা সাবৰু ওক্লবা থাখিবনি” । অদুদগী ড্রাইভবদু সসপেণ্ড তৌনি হায়না চৈবিবমই ।

চন্দ্রহাসনা খুমই, “ঐখোযনা এয়াবপোর্টতা মাগী গাডীসিদা খবা তোংগে হায়ববু মানা মনাদা হাপ্তুনা নহীহোগা নহীহোগা হাযনা তোংহন্দবনি” ।

ড্রাইভবদুনা মবাল লৈববা অমগুম চপ লেপ্লী । মানা খুম্লকই, “সাব অনিগী মিংদু এয়াবপোর্টকি এনাউন্সিং বুথতা পীবগা লাওথোকহল্লি” ।

চন্দ্রহাসনা হংই, “ঐখোয়না তোংগে হায়বগা নঙনা যাদবনা কবিগীনো?”

নিপাদুনা ইপঙ পঙনা খুম্লকই, “ঐদি টাই পুনবা এটেচিকেস পায়বা ইম্ফালদগী চিফ গেষ্ট লাক্কনি ওক্লুচো হায়বকপনিনা মীচমশিংগা তোংমিন্নবা য়াবোই হাযদুনা নহীহোগা হায়খিবনি, ঐনা খঙদদুনা তৌবনি ।”

চন্দ্রহাসগা শামুঙৌগা অমনা অমদা য়েংনবমই মখোয়গী ফীজোলদুদা। অশাবগী চাংদু ইহন হন্দ্রি । কুইনা লেপ্তুনা চৎলকপগা মীনা লাকচখিবগী অপঙ তাবদুগী, পুক্তা বম্ভ অমত্তা তাবক্তবগা পুক মথক মখা ওল্লি অশাবা লমদা সনস্ট্রোক তৌই হায়নবদুবা চিংনবকই । মদু ওইবন্নবদি অনাবদু খবা কনশিল্লমগদবা মাল্লি মবমদি চন্দ্রহাসগী মফমদা ফাওরিবা অশাবসিদি নুংপান ওল্লবনি ।

# শৈদাংফম থিবদা অহিং অমা

নোংয়ায় য়ৌবে । বস অদু যৌগদবা মফমদু যৌবদুনা থাবমই। তোংলকইবা পূন্না লোইনা যৌগদবা মফমদু য়ৌববদুদদি কদায়দা থুংগদগে খন্নবা হৌবকই । গাডী থাবিবা মফমদু ধর্ম্মক্ষেত্র কৌই । মীবমদা ওইজববসু ইমা ইচা ওইবা মীওই লোননি তিন্নবা মৈতৈ কাংবু অমা তাবিবা লম্লি ইবৈকায অমদা থুংলবগুম পূক্লিংবু ইকম লুমই । বস খবা থেঙনা থুংবগী তৌবনি নক্তবদি খুড়া ব্রজমোহোন গাড়ী থাফমদা ঙাইনি হায়বল্পনি অদুবু, নোংয়ায মতুংসিদদি কদাযদগী ঙাইবমগবনো । বিশম্ভবগা মকপ মধুসুদনগা খোঙবু ওইমিন্নবকপনি কবিসু ব্রানিঙাই লৈতে হং হংদুনা থিবগা লোইবে খল্লি । খুড়া ব্রজমোহোন মৈতৈ লৈকাইসিদা লৈবা মীনা মীশক মীমায় খঙবা মীনি । মচানুপী অমত্তং পোকপনি থাজ যোঞ্জদুনা লুহোংবা অমা পাওথোক্কদৌবিবনি লাক্তবা যাদে হাযনা হন্না হন্না বার্ত্তোনবু থাবকপও টেলিফোনবু তৌবকপও হাযবকপদুদা চংপা ঙমখিদে চহী অমবু ফাবে হন্দক অব্রাং নেংপোক্কী সমস্যা খন্ননবা মৈতৈশিংতগী ওইবা মীফম অমা ফমগনি হাযদুনা থৌবম অমা যাংত্রবনি মদুদা যাওবনবা বার্ত্তোন তৌবকপদুদা মপা অমা চাবে হাযদুনা লম কোযবা ওইনা লাকখিবনি । মফমদু য়ৌশিল্লবদি লৈফম চাফম লোইনা শীল্লম্লগদবনি । নোং ঙান্দ্রবদি মফমদু চঙবা য়াবোইদৌবি । খুডা ব্রজমোহোন উন্নববদি য়ুমগুম্না অদুম থুংবা যাববনি । লম কোয়বা ওইনা লাকপনি অদুবু, অহিং অসিদা কনাদনো হংগদবা বিশম্ভব খনফম খঙদে অদুবু বস থুংফমদুদগী থোবক্তুনা লমজাওদি যৌবে । নোংয়ায়সিদবু কনাদনো হংগদবা খুডা ব্রজমোহোনগী মযুম । নিংথম থানি নোংয়াযদু অদুম মইংই । অইংবা নুংশিং অমা হুম্লকই অমসুং হকচাং পূন্না তু চুংই কিবগী তু চুংবদু নত্তে ইংবগী তু চুংবনি । বিশম্ভবগা মধুসুদনগা ঙাইহাক খন্নে । মৈতৈ তাবা লমদমনি মৈতৈ ইমুং অমা হেক ফংলবদি হংনবদা ইখঙ খঙলনি ।

মধুসুদন্না হায়বকই,- “মৈতৈ ইমুং অমবু থেংনববদি হবাও হবাও তৌদুনা লেকখ্রোগা চাখ্রোগা অমুক্তোইবা ইমা ইচা মক্তনি ইম্ফালগী কাংবু লাকপসি ওম্বোক্লা লুনা তৌই হায” ।

বিশম্ভবনা শাজিল্লি, মৈতৈ ইমুং অমা হেক থেংনবা অদুদগী হবাও হবাও তৌদুনা ইমুংদা কৌশিনবিবা ফোঙ ফোঙ শাবা চাবা কবিনো যাউম অমত্তংদি থকপা ফংবা তশেংবনি মখোয অনি বস তোংবদা চাবা থকপা হৈনদে হাযদুনা কবিমত্তা চাদনা লাকপনি খোঙথাং খুদিং কোকলোমদা ফুং ফুং ফাওবকই লমহুন নুংশিৎ অমা কাঙলকপগুম তৌই। তৌবকইবা মতৌদুনদি পোত্থাবা মথৌ তাবকই।

চৎনা চৎনা মখোয অনিনা উবকই লন্মীগী নাকন্দা মন্দিবলাই শঙ মচা অমদা মৈঙান খবা উই। নকশিল্লুবদা উবকই লাইশঙ মাঙ্গোন্দুদা মৈ হৌবদুনা নিপা অনিখক্তি তুমদনা ব্রা ঙাঙনদুদা লৈবি গঞ্জা মনমসু নম্লকই। মশাদা লীৎলি ইল্লিবা ফিসু যাম্না পায। ফনবু মথৌনা লৈ ইংখ্রবা মবক্রুদা। মখোয হিন্দী লোন্দা ব্রা ঙাঙনৈ। ব্রা হংগে হাযববদি মখোয অনিদা ঙাযবে অতৈদি কনাসু উদে।

বিশম্ভবনা হিন্দি লোন্দা মণিপুবী অমগী যুম অমত্তা তাকপিযু হাযজকবদা মখোয অনিদুদি মপুক মপাও ফবা ওইবন্লে। মহাদেবগী প্রসাদ কংক্রঙান্থক মৈ চাক্লুনা হব হবগী নাম শোন্দুনা নোং ঙানবা ঙাইবমইবা জাৎনি। ইচীক হুল্লবা অহিংদুদা ব্রা অমত্তং হংনবা মখোয অনি লৈবমইবদো নত্তুবদি জীব অমা উদ্রবা খুন্তাক লানশিববা লমদম অমা মাল্লমগদৌববনি। অতৈ কনাসু উদে।

মখোযনা তাকপা মতুং ইন্না পংলাপ লাপ্তুনা মৈতৈগী যুম লৈবন্লে। মখোয অনি অব্রাবা কোক্লগনি খল্লুবদা নুংঙাই। যুম অদুদি শঙ্গোয লুকোয লৈবা ইংখোল শম্বল লৈকোল মবাং কায়বা ইমুংনি নুংঙাই য়াইফবা মাল্লি। পন্থদুনা কান্নদে মধুসুদন্না সুমাঙ মতোন্দা লেপ্তুনা কৌবমই, "হো কনা কনা লৈবিবগে, ঐখোয ইম্ফালগীনে ব্রা অমত্তা হংজগেবা"।

পাওখুম অমত্তা লাক্তে মদুগী মহুৎতা হুই অমনা চাবগে মতাগুম হৌনা হৌনা খোংই। ইমুংদসু লোক খুবা তায। মদুনা তাকপদি মপান্দা কৌবিবদু ইমুংগী মীনা তাবে হায়বনি। অদুবু, হন্না হন্না কৌববসু থোঙদি হাংবা কৌবা লৈত্রে। ইমুংদুবু মৈতৈ ইমুংনি হাযবসিবু শোযদ্রববা তশেংনা চমম্লবা ব্রাফমনি। অদুবু মৈতৈ ইমুং নত্তুবসু শূমাঙদা চঙদুনা মীনা কৌববদি যুম্নু

ওইবা মখোয় থোবক্কুনা হংবা যাবেনা নত্ত্রবসু ইমুংদগী হংলকপসু যাইনা অদুবু, খুম্ফম থোকপা মীনা অমত্তা খুন্নক্রুবদা অঙাওবা তাববা অতিথী অনিদু অমুক লমজাওবোমদা থোবকই । তূমদবা মী হৌদোকপা ব্রায হায়বদু তাবে । তশেংনা তূন্নন্না ওইবন্নবদি মীকপ থোকপা যাবে কৌবিবদো ।

যুম অনি অমগা অমুক চঙলুবে কনাসু থোঙ হাংদে তশেংনা মৈতৈ ইমুং নত্তবজাৎলা ভাব অমা তাদ্রে । বিশম্ভবগা মধুসুদনগা অমুক হন্নকই মৈ মন্নবা লম্বেল মপানগী মহাদেবগী লাইশঙদুদা হন্দক্তি ভক্ত অনি অদো হৌগৎলক্লে মখোয় অনিগী মতেং পাংনবা মখোয় চৎপা হৌবে । মখোয়সু মফমদু অদুক যাম্না খঙনবদি নত্তে অদুবু, মৈতৈ উশুবা অমগী মযুম খঙই হায়দুনা চঙলকই যুমদু তম্না ।

যুমদু ব্রফক্কা থোঙ পানবা যাম্না নেম্বা খাংপোকশঙ ওইনা তৌই । উ শূবগী পালং অমদি হোবায় মকূপ্না ইচাই চাই । মধুসুদন্না কয়া কন্না আশা তৌদনা অদক কৌদুনা যেংবা হায়বদুনি হায়দুনা থোঙগী মনাক্তা চঙদুনা কৌনরুই হানগী মত্তৌ অদুগুম্না, "কনা নৈবিবগে, থোঙ অমুক্তা হাংবিযুবা ব্রা অমত্ত্রা হায়জগে" ?

ব্রাদু ঙাঙবা লোইদ্রিঙৈদা নুপী অমগী খোঞ্জেলদা তুন্নুবদগী অফিং অফা ওইনা খুন্নকই, হা ! অদুদগী পন্থদনা থোঙ হাংদোবকই । মৌ নহা অমনি ওন্থোক্লা ইচঙ থৌই । সোবোক্তা থানবা ইলেক্ত্রিক মঙান্দা মমায়দু উবা ফংই । মা তুমথকুববজাৎনি, কবিগীসু তুন্নোইদৌবিবনো নোংযায় যৌববসিদবো ।

বিশম্ভবনা, পন্থদনা হায়বমই, "ঐখোয় ইম্ফালদগীনি হয়েংগী মফমসিদা পাঙথোক্কদবা যৌবম অমা যাওবা লাকপনি, বস থেঙনা থুংব্রে, খুডা ব্রজমোহোনখোয়গীসিবু কদায়ব্রাইদনো অমুক্তা তাকপিযুবা"?

লাংতক্লবা শক্তম অমা চেল্লম্বী নুপীদুনা ইতপ তপথনা হায়বকই, খুডা খোয়গীদি অব্রাংলোমসিদা মাইল অমমুক চৎলগা নৈবনি খবা ব্রাৎলি । নুপী অদুনা মখা তাবকই,- "ঐখোয়গীসিদা অহিংসি লেকখিবসু যাবনি অদুবু, ঐখোয় নিপা নৈতে । মা থবক শূবা চৎখিবনি ঙসি হন্নক্রে । ঐ মা ঙাইনা ঙাইনা নৈবম্বদগী তূন্নুববজাৎনি তাদখোয় ব্রাবৌবা যাদে" ।

মধুসুদন্না খুমই,- "ইবেমা নঙনা তবাম তবাম তৌবিবসিদগী হেন্না নুংঙাইবা লৈত্রে, ঙসাইদগী ঐখোয়না মৈতৈগী যুম তাকহল্লগা ফনা থোঙ থীন্দুনা য়েংলুববনি, অদুবু কনাসু থোঙ হাংলক্তে, নঙদনি নথৌনা লৈবী নুপী খুড়া ব্রজমোহোন খোয়গীদি য়ৌনবা চৎকে ঐখোয়" ।

নুপীদুনা খুল্লকই, "তাদা, নহানব্রাইদি ইম্ফালদগী মী লাকই হায়বগা ময়াম য়া য়া তৌদুনা নুংঙাইমিন্নে, হৌজিক্তি আতঙ্কবাদি ময়াম অমা লাকই মৈতৈসু য়াওই, মখোযনা লেকশিল্লন্নগা মতুং তাবদা পুলিস অমদি সিফাইনা ওৎনৈবা যাম্না য়াওখ্রে অদুনা কনাসু থোঙ হাংলোই । অহিংসিদি ঙম্ভানা থোঙ অদুম লোন্নে সিদা ।"

ব্রজমোহোন্না হংই, "ইবেম্মদি কবিগী থোঙ হাংইবনো ঐখোয়না কৌবদা"?

নুপীদুনা খুল্লকই, "মৈতেবোন্না কৌবকপদুদা ঐখোয় নিপা হঞ্জিল্লক্তবদু ফত্ত নুংদা থোক্লব্রা হাযদুনা পাখৎতুনা থোঙ হাংবনি" ।

মযাম ঙাইহাক নোকমিন্নবে মতৌদুদা । বিশম্ভবগা মধুসুদনগা মহাদেব ভক্ত অনিদুগা অমুক লমজাওদা থোবক্লে । মীচা মীখুনগী লমদমসিদা লোনলি ফনা খঙনদুনসু ইমা ইচা ওইবগী মওং অমা ইউ উদে । অদুবু, লম্বীচৎপা মখোয় অনিগী আশাদি খুড়া ব্রজমোহোনগী যুম থিবনি । থেংবু থেংনববদি ময়ুমদুবু খঙলবদি ঐখোযনি হায়দুনা মিং পন্দুনা থোঙ থীল্লবদি শোযদনা হাংগনি । পম্থবা কান্নদে মাইল অমখকপু কযাম লাপ্পনো অহিংদি ইচীক হল্লকই। বিশম্ভবগা মধুসুদনগা থোঙ থুনা থাংদুনা অব্রাং পাংনা লমজাওদুদা চৎলি নাকন্দা বেগ অমমম যাল্লদুনা । মখোযগী আশাদি মখোয়গা খঙনবা খুডা অদু থিবনি । হয়েং নোং ঙাল্লগদি থৌবম মফমদুদা মখোয়গী লৈফম চাওনা অদুম লৈগনি । ভক্ত অনি অদু লাইশঙদুদা অমুক চঙহৌবে ।

কুইনা চৎলগা দুকান মযাম লৈবা মফম অমা য়ৌবকই থোঙদি লোইনা থিংই । মদুদা মৈ থাল্লগা গাড়ী শেমদুনা মী অনিখক লৈবি । নকশিল্লগদি খঙলে মখোয মৈতৈ লোন ঙাঙবা কাংবুনি মধুসুদনগা বিশম্ভবগা আশা অমা উবমই । মখোযদা ওনশিন্দুনা বিশম্ভবনা খুডা ব্রজমোহোনগী যুম হংলুববু হন্না ফাওবা যেংথোবক্তে যাম্না শম্না খুল্লকই, "ঐখোয়সু খঙদ্রেবো" ।

লাক্লিবা মীওই অনিদুনা মখোযসি অদুৱাইগী নত্তেকো অহিংসু থেঙলে ৱাবম্লনি অদুনদি কবি মতেং পাংবা য়ায কা হাযবা মীওইবা অমনা খনগদবা ৱাখল মখোয খন্দে । অহিং হাযবা চীংলেম্বা অঙকপতনা থন্না থোকপা মতমসিদা তশেংনা অঙকপনি অহিংগী মতমদা তোঙানবা শক্তমনি লৌবিবসে খুন্তাক লানশিবা মাল্লবা মতমদুদা কনাগুম্বা অমগী মতেং অমা লৌবা ফংবা হাযবসি আশা তৌকব্বা য়াদে ।

অদু ওইববদি কনাগী মতেং লৌবা য়াই, কদাযদা অহিংদু লেনগনি মতমদি পংশাং শাংনা ঙাইববোই নোং ঙাল্লক্লগা তোপ তোপ্লা অহিংবা মীশিংগী পুক্সি অমদি উবা ফংগনি । অহিংসিদদি থমোই লাংহ্নক মুক্তং চাওনা ফক্লাং মবিগী কা মনুংদা মৈ মযহল্লদুনা নোং ঙানবা ঙাইনবিবজাৎনি । গাডী শেম্বা অনি অমা, মহাদেবগী ভক্ত অনি অমা, অদুগা হঞ্জিল্লক্লবা মপুবোইববু ঙাইদুনা লাংতক্লনা অহিং মিশেন খাঙলিবী নুপী অমা মখোয়তা ঙায়বে অহিংদুগা শীংনবিবা ময়ামদুগী মনুংদা মমা মচা ওইবা মবোল ইবোল তিন্নবা মী অমত্তং ফংদুনা লেমহৌবিবা অহিং অদুদং শৈদাংফম ফংনবা থিবিবা লম্মুক্লববা লম্বী চৎপা অনি অমসু য়াওশিল্লি ।

বিশম্ভবনা হায়বকই, "নঙনা হৌবদা কনা লাক্লবদি নদোম চৎলু হায়বা ৱাফম অমা লৈবদাই"? মধুসুদন্নসু ওক্কনা খুন্নকই, "নঙগী কনা লৈত্রবদি ঈশ্বব লৈ হায়বদুনিদা । মখোয়গী ৱাখলদা খংলাক লাকই, মহাদেবগী মন্দিবদুদা ভক্ত অনিদুগী নাক্তা চঙলগা লেল্লুবনা খ্বায়দগী খুদোং চাবনি ।

মন্দিব অদু য়ৌবক্লে । ভক্ত অনি অদো লৈবি মৈ যাইবদুনা মখোয় লাকপা ঙাইবগুম তৌবি । মখোয় অনিনা কৌশিল্লকই বোবা অনিখক তিংথোক্লদুনা অহিংদু লেল্লুবাও হাযনা তবাম তবাম কৌই । মুৎশি মুৎশি মৈ চাক্লিবা মন্দিব মনুংদুদা লম্মুক্লববা মখোয় অনিদো অমুক্তং যাঙলেন তিংথোক্লমই । মখোয়বু মফমদুদদি কনাসু তাথী তাওইনা তৌদে । ভক্ত অনিদুদগী অমখক্লা হংলকই বাহংদি নখোয়গী মী অমত্তা থোঙ হাংদ্রব্রা? শম্না খুমই, হোয় । ভক্ত অমদুনা খুন্নকই, "কোই বাত নহী, জিসকা কোই নহী হৈ, উসকা ভগবান হোতা হৈ, "সুবহ হোনেদো সবঠিক হো জায়েগা" ।

# থোক্লিবা পুন্না য়াইফনবা মঙনি

ধর্ম্ম লৈবা কনাগী মফমদা ঈশ্বরনা শামিন খরা খরা ফংহল্লকপগী ৱাবিদি থাজবা য়াই অদুবু পাপী চন্দাল কয়াগী মফমদা ঈশ্বরনা শাফোঙবীরকপা ওইথোক্তবা ৱানি । অদুবু ময়াম কন্না শঙ শাদুনা ঙাওনবক্নে মদুদি, ফত্তবা শাক্কীনা ওইবা খুদম কয়া পীবক্নে কন্না হায়নবকই । নহান খবরদা হাপ্নবকখিবা জগন্নাথগী মুর্ত্তিগী মখুৎতু কনানো অমনা থুদেক্লক্লে । মতমদুমক্তা অঙ্গো চীংগী মখোঙদা লাৎলিবা কাইনগী থৈবোঙনা শাখিবা বাধা বোমোনগী মন্দিবদু মৈ থাদোক্লক্লে অদুবু, মুর্ত্তিদুদি উচীন নাচিন্না পুজাবীদুনা চোংশিন্দুনা কলহৌবেদি হায়বি । ভক্ত বৈষ্ণব কয়ানা খায়গৎনদুনা লাইশঙদু শাগৎনবা কন্না হোৎনবি হায়বি । ঙসিনা ময়াম কন্না নিনফুং নিনফুং ঙাওনবকই, কালিমাইগী মুর্ত্তিদু অয়ুক খোঙ হাংদোক্লবদা তুদুনা লৈরমই হায়বি । ৱাখল ময়ামদুনা মিপাই হল্লবা মীয়াম অমা নোংঙাল্লমদাইসিদা বৈকুন্থ নাথগী মন্দিব তম্না লাক্লবি হীয়াংথাং ববদু ঙায়খ্রে । ময়ামদুগী মনুংদা তোম্বাপুসু য়াওবি ।

কুইনা লাইগুরুগী নাক্তা নকচবা ফংজবক্লবা তোম্বাপু খন্থবা হৌবকই । মন্দিবদা চৎত্রবসু লাইসি নীংবা য়াদ্রবা । হোয় য়াই অদুবু লাইশঙ অমদা চৎলবদি মুর্ত্তি অমা উবা ফংই, পূক্লিং লাকশিনবা ঙমই, নুংশিবা ধুপ অমদি নুংশিবা লৈনমসু য়াম্না নমই, পূক্লিংদা অইংবা নুংঙাইবা ফাওহল্লি । কবিগীসু ফাওবোই, মৈফু মনাক্তা নক্লবদি য়াইকদ্রবসু মৈশা অদুম ফংই, অদুগুম্না লাইশঙ মনাক্তা নক্লবদি ঈশ্বরগী ওইবা মনিন খবা ফংবা মশানা তাবনি । অদুনা মীনম্বা ঙাওনীংলোই, হিংসা তৌনীংলোই, তৌহে অমদি তৌহৈদে হায়বা লোনচৎনা ইশাবু পুনশিন্দুনা মাঙনা তাক্লবা ৱাখল কয়াদগী ইশাবু কঞ্জবা ঙমগনি । তোম্বাপুনা চৎনা চৎনা খল্লি, লৈবাক্তা ঙাওনবকইবা অবা অনা কয়া নংলবা য়াই হায়বিবা ইঙ্গিৎ ঈশ্বরনা পীবকপসি অশেংবা ওইববদি, ঈশ্বর নীংলগা খেৎপা ঙমগদ্রা ? অদুবু, ময়াম লাইগী মন্দিবদা ফীঙৌ শেৎতুনা চৎনবি মশাদা অবা অনা থোকহনবিনু হায়না লাইদা চঙজবি মবাল লৈজদবা শাৎচবিবা লৈ কয়া নুংশিহৈতনা হেক্তোকপিদুনা ।

বৈকুন্থনাথগী লাইশঙ য়ৌবদা ঙায়বি, ময়াম থোঙ্গাল তম্না চেহ্নোক্লবকই। ঙসিদি মাপন্নিসু পাল্লি, অসিগুম্বা কনগ্নবা নুমিৎসিদা নোংমাইজীংসু থোক্নি ময়াম্না হৈ-লৈ কৎপা লাইনুংদা চঙনকবদা বৈকুন্থনাথগী কোক্কী চুড়াদু কোক্তগী নাহ্নদুনা লৈমায়দা তাবকই হায় । উহৌবা কাংবুশিংনা ফত্তবা খুদম্নি হায়দুনা ময়ুমদা লৈহৌবা অঙাংনুবীশিং লৈহৌবদু ফত্ত নুংদা থোক্লমগদ্রা হায়দুনা য়ুম্নোমদা চৎনখিবসু য়াওনবে ।

য়ুমদা হন্নবনি হায়দুনা থোক্লবকপা ময়ামগী মনুংদা তোম্বাপুনা বাবুচৌগা উনরমই । বাবুচৌনা হান্না লৈবম্বনি । তোম্বাপুনা হংলমই, "ভাই লাইগী কোক্কী চুড়া মথন্তা নাহ্নদুনা লৈমায়দা তাই হায়বসিবু চুন্না"?

বাবুচৌনা খুমই, "হোয়, ঐনা চঙবা মতমদা মদু লৈমায়দা তাদুনা লৈবমই। পুজাবিদুনা লৌখৎতুনা অমুক হাপকৎপ্রবনি"।

তোম্বাপুনা হংই, "মদুবু কবম হায়না তৌবজাৎনো"?

বাবুচৌনা ইবায় লায়না খুন্নকই, "নূহূপ হায়বসি কোক্তগী নাহ্নোক্তনা তাবা য়াবা নত্রানে ? পুজাবিদুনা চেকশিনবা রাৎপদগী মফম চানা খিলহৌদদুনা নাহ্নোবকপসু ওইবম্বা য়াদ্রানে?

মবানি কুইনা রাবী শাবা য়াদ্রে মীনা চীক্না চায়না ঙম্নদে খবা অমনা লাইনুংদা চঙগ্রি খবা অমনা থোক্লবক্লি । তোম্বাপুসু অমুক্তংদি লাই দর্শন তৌবমগে খল্লুবনি অদুবু লাইশঙ থোঙজাওদু লোনশিনখি । আজা পুজা প্রতিকাব অমা তৌথোক্লদৌবি হায়দুনা লাইনুংদা চঙবগী খুদোংচাবদু ময়ামদা পীদ্রে । মতৌ অদুদদি তোম্বাপুসু য়ুমলোমদা হল্লকপা তাবমই ।

য়ুমদা হল্লকপদদি পাও তাবে য়ুম্নোম্নবদা লৈবা অবোক লৈবিক্তু তুশিল্লি হায়দুনা ময়াম্না থাংজিন্নে তোম্বাপু কৌবকই হায়না তাবে । তোম্বাপু পম্থবা য়াদ্রে থুনা য়ুম চঙদনা অবোক লৈরিক্কী য়ুমদা চঙলকই ।

অবোক লৈরিক ফম্মাঙদা ফক্তা কুন্দুনা মকোক্তা ঈশিং য়েদুনা লৈবমই। যুগকা চানদ্রবা মীওইনি অহল ওইববনি । মশূ নিপা অমা লৈবনি পূং তৌবনি। জগোই ঈশৈগী কাংবু অমা পুদুনা জাপান্দা পূং ঈশৈ তৌবা চৎনবদা য়াওখিদুনা

য়ুমদা লৈতে । লৈবাক্কী ওইবা ফত্তবা খুদম কযাদু উবা তাবসিদা অবোক লৈবিক নুংশা থীবদগী লমদম তাম্না চৎখিবা মশূ নিপাদু কবি ফত্ত নুংদা থোক্লগদগে খনবদা লাংতক্লবজাৎনি । তোম্বাপু চঙলকপা উবদা ঙাঙবা হৌবকই, "নঙনা কদাযদনো লৈবাক্কী সি য়ৌনা কিনববা মতমসিদা য়ুমগী মখাদা লৈত্রিসিবো"?

তোম্বাপুনা অহল অদুগী মশাদু নম্বীদুনা মাগী লাংতক্লবদু খবা কোক্লনবা খুন্নমই, "কৈদৌববগেনে? লৈবাক কবিসু তৌদেনে" ।

হনুবীদুনা চৈবকই, "হে চন্দান নঙবো, লাইগী লূহূপ কোক্তগী নাম্বদুনা লৈমায়দা তাই হায়বসি তাদ্রানে, য়েংউকো ঐনা হায়বা লৈবাকসি মতৌ অমা তৌদৌবিবজাৎনি, ননাওদুনা আ জাপান হায়ব্রা কদায়দনো লৈখিবদো কবি ফত্ত নুংদা থোক্লমগদগে ঐবু পোত্থাফম খঙদেদকো ।"

লৈকাইগী মী খবা লৈবম্বদুসু তোম্বাপু লাকপদগী চৎনখ্রে তোমবাপু মথন্তা লৈহৌবে । হনুবীসিনা মাবু লুনা তৌবনি । মানা খোঙহামপুন্দা ঈশিং হাপ্তুনা ফুঙ্গাদা শাহল্লে অদুগা ইকজনবা মপান্দা হৈদোক্লুনা থম্বীবে । হনুবীদু খবা নে তাবা উই, হায়বকই, "ঐখোয় অনি চাক চাসিসে, নঙ পুখ্রিদা চূপ লুপ্লুবো অদুগ্যা চফুসি থাঙ্গৎলুসে" ।

ব্রাফমসি কাওখ্রবোই নীংউই, 'অদুবু অবোক লৈবিক কাওবমদে, হংলকই, "ইবুঙো ঙসিসিবু মাপন্নিসু পাল্লি নুমিৎসু নোংমাইজীংনি অদুগা লাইগী কোক্কী চূড়াসু লৈমায়দা তাই, অফবা ওইগদবা মান্দে, ঐখোয়বু কমদৌসিগেনে" ? তোম্বাপুনা খুমই, "মাপন্নি পাল্লগা কৈদৌবগেনে? মাপন্নি হায়বসিসি ওহ্লোক্লা ফখ্রবা নুমিৎনি । বাম পোক্লিবসে মাপন্নি পানবনি বামনবমি খঙঙব্রা, খুদোপ্তা হাপ্তুনা দষা কোক্লবা শিবিবা নূঙ নববন্ত নূঙ মচল মাপন নত্রা, দেবী পুজাদা নববাত্রি হায়বসি শ্বাযদগী মকওইবা দেবীগী বব নুমিৎ হায়নবিবসিনি অদুনা মাপন্নি হায়বসিদি লাইগী নুমিৎ মঙ্গলগী নুমিৎনি, খঙব্রা খঙদ্রবা পংঙাঙদা ঙাঙবা লাইবিক হৈতবা ময়ামগী মবা লৌদে। নোংমাইজিং হায়বসিদি অব্রা পোত্থাবা নুমিৎ ছুটিনি নুংঙাইখ্রবা ব্রাই শংখ্রবা নুমিৎনি ।"

হনুবীদুনা অমুক হায়বকই, "অদুগা লাইগী কোক্কী চূড়া লৈমায়দা তাবিবসিদি, নঙনা কবি খঙদুনা ঙাঙইনো"?

*তোম্বাপু খন্থবা হৌই, কবম্বা ব্রাফম পুথোক্নুনা হনুবীসি খবা তপথহনবা* যাগনি । অসুম খল্লম্বদগী ব্রাফম অমা লাকই, মশূনিপা পূং যৈবনি অদুনা পূংলোমদা পূথোক্লগা ব্রাফমসি ফাগি তাথোকপা যাব্রা যেংগে । মানা খুল্লমই, "অবোক, কোক্তগী চূডা লৈমাযদা তাবসি ফত্তবা ইঙ্গিৎ নত্তেনে । সঙ্কির্ত্তন ময়ায়দা চোলোম তৌবদা পূং যৈবশিংসি মখোযগী কোযেৎতু থৌওইনা লৈমাযদা থাদবিবসিদি । মদু মাগী হবাওবা নুংঙাইবা মতোন লোম্বা মতমদনি । অদুনা ঙসি লাইনা পূংযৈবগী শক্তম লৌদুনা চোলোম তৌদুনা চূডা লৈমাযদা থাদবকপা ওইবম্বা যাই ।"

তোম্বাপুগী ব্রাদু তাবদা ঙসাইমখৈ লাংতক্লবনা মকোক্তা ঈশিং হৈদুনা লৈবল্লবা হনুবীদু নোকথোবক্লে, "হোযনহৈ, অতো নঙগীদু নাতৈদুম ফনা চাযনহৈ, ফত্ত নুংদা থোক্তবা ওইসনু কো" ।

# নাশা! থোঙ লোল্লো

## নুমিৎযুংবা মতম্মি

নুংশাদু যাক্লা শাবি । অয়াম্বা মীওইপূম্বা থবক চৎনখিবা মতম্মি । মতমসি যুমপূম্বা অযুক নুংথিল নুংদাং থাক্লনা থোঙ্গাল লোল্লগা লৈনে । অদুঙৈদদি ব্রানা কোম্থোঙজে ওইদুনা থিংবা কোম্থোঙনা অয়াম্বনি ষন চঙবা থিংনবনি । কনাগুম্বা মী অমনা কোম্থোঙজৈ শৎলগা চঙনীংবা মতমদা চঙবা অদুম যানবমই । অদুবু, ঙসিদি ষন চঙদনবা থিংবা কোম্থোঙ নক্ত্রে, ষন নত্তবা কয়া অমা চঙবা থিংনবনি । যুম শঙহৌবী কনা অমদা মমানা পুকমেন পাওমেন্নজৈ, "ইবেমা মীনা থোঙ হাংউ হাযববসু থোঙ হাংউনুকো, তাশিন্নদনা লৈয়ু ইচাসিদি" । অসুম্না পুকমেন পাওমেন্নবসি লাইখুৎশাংবীগী মতম অদুব্রাইদগীনি । নুপী অমনা মথন্তা লৈবিঙৈদ্রে লাইখুৎশাংবী লাকখি। নুপীদুগী নুপাদুদি থবক শূবা চৎখি। মপান্দগী লাই খুৎশাংবীনা হংলকই, "ইবেম্মা নঙগী নিপা লৈব্রা"? নুপীদুনা হাযজিন্দুনা খুমই, "হো কনানো লৈযে তূমইযে"। লাইখুৎশংবী নুমিৎ অদুদদি চৎখি। নোংমদি মাগী নিপা লৈবা নুমিৎতা থোঙ ব্রাংমদগী হংলবনি ব্রাহং অদুমক। নুপীদুনা নুমিৎ অদুদি খুমখি মাগী নিপা চৎথোকখি যুমদা লৈতে হাযদুনা। অদুদগী লাইখুৎশাংবীনা যক্লাং অহোবদা মখুৎ থিংজিল্লক্তুনা নুপীদুগী মখৌবী মেৎনবা হোৎনবকপদা মাগী নিপাদুনা থাঙজৌনা লাইখুৎশাংবীগী মখুৎ ককখি। লাইখুৎশাংবী মখুৎ কেনবদগী লাওখোংদুনা চেনখ্রে, অমুক লাকখিদ্রে। চুবাম্থাবা চৎপা অমুক হৌনবকই অঙাং খাওদা নমদুনা ফায হায। সন্ধ্যা পোৎলাক হাযদুনা কাংবু অমসু চৎলি হাযদুনা কন্না হায়নবিবনি। মদুসু তোক্লখ্রে অদুবু অমা অদুম মবাকই যুম যুমশিংসি মিহুন চেঙ্গুম চেঙ্গানৈ যুমদগী কৌথোকখিবা কয়া অমা শিনা ফংনখি। লৈবাক ঙাক্লবা লৈবা শম্বন্নসু হব্রাইমতোন চাবম্বগী ব্রাবীসু খুবক হাঙদনা লৈ। টেলিফোন অমনা টেলিফোন অমদা শানবি ব্রাবী তেমশিংনবা ব্রাফমলোমদা লাক্লবকই, পৈশানা মেনবা যাগদ্রা"? ফনা যাম্নসু মেন্নখ্রে থব্রাযনা পোম্থাসু ওইনখ্রে। থোক্লিবা ব্রাবী মযাম লীবগী লোইবা নাইদ্রবা ব্রাবীনি ফক্লাং নঙনা লীবো লৈবাক নঙনা তাহৌবো লোইবা নাইদ্রবা ব্রাবী মযামদো, লোইশিনবা তাববসূ মতাং চানা লোইশিনবীবকউ নত্রবদি মঙদা

শামুনা তাল্লি হাযনবদো। ঙসিদি তাইবঙদসু শামুনা অদুম মতাল্লি। শামুনা তাল্লবদি য়াবক্তা চেনশিল্লু হাযনৈ। যাবক্তা চেনশিল্লুবা কয়া খুদোংচাবা ফংগনি চেনশিল্লুবদু শামুনা তানবদি তোকখ্রে অদুবু কাঙখা থাঙ ওইদুনা তানখ্রে। মীনা কিবদি মীনা মহেল্লে, লাইদুদি কিনদ্রে অদুনদি ইশোয় শোযদবদি থোঙ লোল্লো! নশা থোঙ লোল্লো!

অবোনবা থোঙগী ব্রাংমদগী নোংমসু কৌবকখি হনুবী অমনা মবুংগী মখোল শাদুনা, "হো ইবুং তবেৎকি থাবাতোন, নবুং তবেৎ লাক্লে থোঙগী নাতৈ কাঙলো, চাবগী পৌবোল শৎলো"। থোঙ হাংলুবদদি মবুংদি লৈবমদে উবদা শ্বায লাওবা কবুই কৈওইবা ওইবম্লে। ওস্থোকপনি! নমথাক্কী লাংদা থুহনখ্রে লৈকাইগী মবোক অমগী খুজিন্দগী ফাদুনা পুবিখ্রেদো তীন্না কাঙনা ফাওবা শোক্ত্রিবীদো। থোঙ লোল্লো! নাশা থোঙ লোল্লো!

লাইবক থীবী থোঙনসু ব্রাবৌবকই। মাঙ্গোল কাদুনা মাগী নাক্তা পুকচেল তিংবা লিন্দা চুম্বা মী লাকখিদবা কুইবে। মথন্তসু খন্থজে, যুম অমা থোঙ হাযদুনা পাল্লিসিবু যন চঙবা থিংনববানে, নত্তে, চঙহন্নিংদবা মী চঙদনবা থিংবনি। মতম অমদদি মপু তাদনা লোল্লবা থোঙনা লোন্দুনা চঙনবকপা যেনখা পাওদাবা খোংবান লাল্লুম্বা কযা অমগী মতৌশিং লোম্থোক্তবা থোঙনা তুমিন্না কুম্ফে যেংদুনা লৈখিবদু মখোযসু মপু তাখিনি লাংতক্লখিবনি। অদুবু, ঙসিদি মপু অমা লৈ হায়বা ইকাই খুম্নবীবক্তে, থোঙ কাওথেক্লনসু চঙলকই অকন অবিং শীংলদুনা। লৈবাক্কী অঙম্বশিংসু লন্নাইগী অঙম্বশিংসু ঙমদবশিংসু মীগী থোঙদা কনাসু ইকাই খুম্নবিদ্রে। অদুবু, থোঙ লোন্দবদি যাদ্রে, অকনবা থোঙ য়োংকি পৌবোল কাওথেকপদা তেক্লবোইদবা শাবংগুম্না পানবা যুমগী থোঙজাও থোঙজাও ব্রাংমদা লাকপা শা ময়াম্না থুদেক্লনা চঙলকপা ঙমদনবা শাবংদুগী মনুংদা। থোঙ লোল্লো! নাশা থোঙ লোল্লো!

ব্রাখল ময়ামসিনা কোক মনুংদা লৈদুনা নুমিৎ যুংবা মতমসিদা চীক্লবা যুমসিদা নাইতোম লৈহৌই মিবাবাই লোনশিল্লগা থোঙসিগী মনুংদা। তাঞ্জাদুদা কনানো অমনা কৌবা তায কোম্থোঙগী ব্রাংমদা। ঘড়িদা য়েংই বাবো চপ চানা তাই। লাইথোকই হায়না কিনবা পুংজানি খুম্থোঙ ঙানবী লাইবেম্মনা

মশম শাংনা থাদোক্লুনা লমজাওদা চৎপা কনাগী গাড়ী মনিংদা নপ্পকই হায়বা তাঞ্জাদুনি। নুপীগী খোঞ্জেল ওইনা তৌই কৌবদু লেপত্রি। অমুক অনিবক্তি কযাবু তাশিন্নকদ্রবনি অদুবু খোন অদু অসুম শাজিনবদা অব্রাংথঙবগী মচে বমনীগী মখোল য়াম্না মাল্লি কৌবি মিবাবাই! মিবাবাই!

বমনী হল্লকপী লুখ্রাবীনি। মপামগী থোঙ্গালদা পান দুকান অমা ফল্লি। মবক মবক্তা মিবাবাইখোয়গীদা মবোয় হেকপা, ঈশিং হোনবা হেক হেক চঙলকপনি। মিবাবাইখোয়গীদি ইমুং মনুংগুম্বনি। মানা কৌবদি খুমদবা য়াববোই অদুনা, মিবাবাই থোঙজাও হাংদুনা সুমাঙদা থোক্লক্তুনা কোম্হোঙ হাংলমই য়োংকি পৌবোন্দু শৎলদুনা।

থোঙদু হাংবদা তৌবল্লিবা মতৌদুদি কবুই কৈওইবগী ফনদুম মাল্লি! হনুবীগী শক্তম লৌববী ইচে বমনীনা নাইতোম লৈজবিবী থাবাতোন মিবাবাইসিবু নিপা অনিদুনা কৌববদি থোঙ হাংলবোই হাযদুনা যুল্লোন্নবা পান দুকান ফম্বী মানা কৌহন্দুনা থোঙ হাংহনবগী মওংনি। কবুই কৈওইবগী ব্রাবীদদি হনুবীদু থাবাতোন কৌবল্লগা লোংখি অদুবু মচে বমনীদি চেল্লমদে টাই পুনবা মখুৎতা অচৌবা শউনগী বেগ পাযবা নিপা অনিখক্কা লেপ্তুনা লৈবম্মী।

থোঙ হেক হাংদোবকপগা নিপা অনিদুদগী অমনা যাম্না খঙনখিবগী মওংদা ঙাঙবা হৌবকই, "সোবি, ঙসাইদগী কৌবদা তাদ্রদুনা ইচেদা অমুক্তা কৌবীযু হাযনা কৌহল্লবনি"। অতোপ্পা অমদুনা অমুক শমথবকই, ঐখোয় মতম য়াম্না শাংনা লৌজবোই, কম্পানী অমগী মীহূৎ ওইনা লাকপনি, পোৎ-চৈ খবা উৎচগে লাকপনি উবগা খঙবিগনি, বজাবদা লুপা লিশিং লিশিংগী মথক্তা পীবা পোৎ ঙাক্তনি, ঐখোয়না দিস্কাউন্ট পিজগনি ঐটি পার্সেন্ট।

কোম্হোং ব্রাংমদা লৈবম্বদগী মনুংদা চঙলক্লুনা উকল্লাংবা মচি অমদা পুথোক্তুনা অমমমগী মগুন হাযথবা হৌবকই, লীক্লি অমমম পাযখৎলদুনা! মসিনা নোযবা হম্থনবনি, মসিনা তুম্বা য়াদবা ফহন্নবদি, মসিনা খোঙ হাম্বা যাদবা অদুম যাবে, মসিনা মায়হীং কাবা শোয়দনা ফহল্লি. .....।

মিবাবাই ৱাবৌবা অমা ফাওবম্বদগী ফনদুম নুংঙাইবা অমা ফাওবকই। মখোয কবুই কৈওইবা নৎলমদ্রে ইচে বমনীসু হনুবী অদু নৎলমদ্রে । নিপা অনিদুদি পোৎ চৈগী মমল মথং মথং হায়থবদুনা মচিন্দা কবোক পোকথবকই।

বমনী লৈকাইগী মচেনি। নিপা অনিদুনা অমুক্তা কৌথোকপীয়ু হায়বদুদা খঙনবা ওইবমাল্লে হায়দুনা অদুক কৌথোকপিব্বগী ৱানি হৌজিক্তি খঙলে, মখোয কম্পানিগী পোৎ হাবা লাকপনি থোঙ লোন্দুনা লৈজবী লৈশাবী অমা থোঙ হাংহনবদু মাগী দুকান ফম্বা শীৎলে মাবু অপঙ শিবা নত্তনা কবিসু নত্তে। বমনীনা ওইনা হাযবকই, "ইবুঙো পোৎ হাবা কান্নবোই অঙাংসিদি মমা মপা অনিমক থবক কাখি, মানা লৈবা য়াগদবা পোৎ অমত্তা নত্তে নখোয়গীদো লেঙখৎলো, লেঙখৎলো"।

নিপা অনিদুগী মনুংদা পোৎচৈ পুবকপা অদুদি পোৎ লোইশিনখ্রে, হিদাক পুবকপা অমদুদি পোৎ অমত্তা ওইববসু লৌ হায়বি। মিবাবাইদি কবিমত্তা খুমদে। মচে বমনীনা ঙাইহাক খন্নবগা হিদাক য়োনবা নিপাদুগী হিদাক ময়ামদু উবদা ৱাখল অমা লাকই। মানা হায়বকই, "ইবুঙো মপান্দা থোক্লসি ঐ হিদাক অমত্তা তান্ননীংই"।

মদু হায়কববদগী হিদাক য়োনবদু ফুক হৌগৎতুনা বমনীগী মতুং ইনখ্রে। দুকানগী ফান মথক্তা পোৎতু থম্লগা মানা ৱা অমা হায়বা উই। নিপাদুনা মদু তাবগা মাগী হিদাক পুবা বেগ অদু য়ানখৎলগা চৎপা হৌখ্রে। মিবাবাইনা খঙনীংবা অমা ফাওবক্তুনা মচে বমনীগী মনাক্তা চঙদুনা মখোয়না থুনা চৎখ্রিবদু কবি হায়বদগীনো হংলুই।

মচে বমনীনা খুল্লকই, ইবেমা খঙদেদা, নতৈদুনা য়ু ঙাওবদুদা খাঙবা ঙমদদুনা ইপামদা হল্লকপনি যু ঙাওবা ফব্বদি হঞ্জিন্নদুনা অমুক্তং লৈবা য়াব্রা য়েংগে হাযদুনা য়ু ঙাওবা ফহন্নবা হিদাক যাওবিব্রা হংলুবনি, লৈ লৈতে হায়বা মখা তাবমদ্রে অদুম চৎখ্রিবসিনি।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংনি নুংশাদি কনখৎলকই। টাই পুনবা অনিদো খাওজাও অমমম যাল্লদুনা মখোয়গী খোঙচৎ হৌখ্রে, লোনশিল্লবা কোম্বোঙ হাংদুনা পোৎ হাবগী খোঙচৎতা। মিবাবাইনা খল্লকই, মখোয় চুবাম্বাবা নত্তে, লাইখুৎশাংবীসু নত্তে, কবুই কৈওইবসু ওইবমদ্রে অদুবু থোঙদি লোনবা তাই।

## মতমগা চুনরবা পাঞ্জি অমা

কৈবেনবুঙগী তাইরেনখোক মপান্দা মেডিকেল কেম্প অমা ঙসি ফমই। অনা অয়েক লৈবা কয়া অমনা লাক্লুনা মিং চনখৎলগা লেম্না লায়েংবগী খুদোং চাবা ফংহল্লি, হিদাকসু লেম্না পী। য়ুম থুংনা মাইক পান্দুনা লৈকাইগী নহাবোলনা ঙবাং নহান মীয়াম তাননবা লাওব্লবনি। ঙসিদি নুমিৎ অদু থোক্লবে। ডাক্তব বিক্রমজিৎনা লুচিংবা ডাক্তব, নর্স ময়াম অমা ঙন্তানা থুংলদুনা লায়েংবা হৌব্রে। নংজবা অমদি লম্বী-থোং কয়া খুদোং চাদবনা মবম ওইদুনা পাঙথোক চানবা কয়া অমা অনা লোয়ব ফাওবদা ডাক্তব অমুক্তা য়েংলক্তবা কয়া অমা ডাক্তরগা মায়োক্লনা ফন্নবে। ডাক্তরনা খুৎলাই থাদুনা য়েংলগা হিদাক পী পীদুনা লায়েংবদা নাবস্না মীদু হিদাক চাদ্রিঙৈদা ডাক্তবনা য়েংলে খল্লুবদা নাবস্না তম্থায় অমা কোকপগুম্লে। লায়েংবদা নত্তনা নাদ য়েক্তনা লৈনবগী পাম্বৈ কয়ামসু নীয়ম খঙনবা মাইক্তা লেপ্পা লৈতনা ঙাঙথবকপগী থৌবমসু যাওবি। ডাক্তব বিক্রমজিৎনা ঙাঙলকই:-

নাদ য়েক্তনবা চেকশিন থৌবাং ওইনা ঈশিং শৌহল্লগা থকপা, খুৎ-শা শেংনা সাবন্না হামদোকপা, অমোৎ অকায় মফম চানা পৈবা, খোঙহামফম বৈজ্ঞানিক ওইনা শাবা, চাবা থকপদা মচি ওইগদবা পোৎ-চৈ চাবা, নত্তবা অকাম্বা শাজৎ থাদোকপা, ময়ায় কাবা পোৎ চাদবা হায়বা ইশাগী চেকশিন থৌবাংনা অনা অয়েক্তগী নাম্থোক্লবা পাম্বৈবোমদা কন্না ময়ামগী পুক্লিং চিংশিনবতা নত্তা আইচ আই ভি এইডসতগী ঙাকথোক্লবা উপাই ময়াম অমসু লীবকই, এইডস শন্দোকপসি নুপী নিপা য়ুম্বাল মবী লৈনবা, হিদাক কাপ্পগী য়েতুম শিবিঞ্জ তিন্নবা, মীবোনবী মমাদগী মচাদা লৌবকপা অমদি ঈ লৌবদা আইচ আই ভি লৈববা মীদগী ঈ লৌদুনা কাপ্পা, পুম্নমকসিনি। কনাবু তাবিবগে অসুক লুবা ব্রাফম্মু। হিংবা শিবগী লানফমদা অতৈ ব্রাফম কয়াদি ইরু লুনবু লৌনদ্রবনি। হৌজিক হৌজিকসি হিংবা তাই। ব্রা ঙাঙবা তশেংনা তাবা মীবু ইয়াম য়ামদে।

হৌজিক মতমসি লুহোংবদা চেকশিনগদবা মতাং কয়া অমা লাকপগী মতাংসু বিক্রমজীৎনা ঙাঙথরকই। থায়নদি লুহোংবগী পক্ল ব্রায়ন য়েংবগী ব্রাফমসি পাঞ্জিদা য়েংনবমই। ঙসিদি ঐইচ আই ভি এইডসকি ব্রাফম অমসু

য়াওশিল্লকপনা পক্ক বায়ন য়েংবসি পাঞ্জি য়েংবগী মথক্তা ডাক্তবদা লাক্কুনা য়েংনবগী তঙায়ফদববসু লৈবে। ঈ লৌদুনা নুপী নিপাদু লুহোংদ্রিঙেদা য়েংলবদি মখোয় পক্ক বায়ন য়েংবগুম্না লাইথুং তীনথুংগী মবমদসু হেন্না খঙদুনা মচা ধারা পানবদা ওইগদবা নত্রগা মায় পাকপা ওইগদবা বাফমসু য়েংথোকপা ঙমই। ডাক্তবদা লাক্কুনা পক্ক বায়না য়েংথোক্লবা বাফমসু হৌদোকস্ত্রে।

থৌরমদু ফনা শাংনা চথববনি। ঙসাইদগী মথৌদা চঙনকবা ময়ামদো ঙাইহাক চাবা থকপা তৌদুনা পোত্থানৈ। তাঞ্জাদুদা নুপী মীয়ায় চল্লবী অমনা বিক্রমজীৎপু উনদুদা বাবী অমত্তং চীক্কা শান্ননিংই হায়বকই। মতৌদুদদি বিক্রমজীৎনা থংনবা কাখল অমদা নাইতোম ফমদুনা নুপীদুগা বাবী শান্ননবা শেম শাবম্মী। অদুবু অতৈ মী অনি অহুম চঙলক্কুনা বাবীদু ইহৌ হৌবা য়ানদ্রে। নুপীদু বা কয়া কাঙথোক্লিংবা উদে তুমিন্না ফমদুনা লৈ। মী অয়াম্বা চঙলকইবদুদি ডাক্তবগী নুপী নিপা পক্ক বায়না য়েংহন্নবা মতাংদু ঙাক্তা ওইনা তৌই। লাক্লিবা ময়ামদুগী মনুংদা নুপী খবা অমনা অমুক হৌদোক্লবকই, কবিগুম্বা ঈ লৌদুনা পক্ক বায়না য়েংবদা নিপাদুদা নত্রগা নুপীদুদা আইচ আই ভি লৈবস্লে হায়ববদি কায়নবা তাব্রা য়ুম পালহনবা য়ানবা বাফম লৈববোইদ্রা?

বিক্রমজীৎনা খুমই, "মদু খঙদোক্লবদি মাগা য়ুম পানগদ্রা পাল্লোইদ্রা মশানা লেপচবা তাবেনে। আইনলোমদা হায়বগা য়ুম্বানবগী অধিকাবনা কনব্রা হিংবগী অধিকাবনা চাওববা মশানা বাবেপ লৌজবা তাই। ঐনা হায়বিবসি ভাব তাবমগনি খল্লি।

লায়েংবগী মতম লোইশিল্লক্লে, মীসু কয়া থোক্লবক্লে। ময়াম থৌবমদু থুপচিনবা লোইশিন খমজিন লোইবকপা মতম অদুবাইদা বিক্রমজীৎনা নিংশিংলকই, ঙসাই নুপী অমনা মঙোন্দা বা অমা তান্ননিংই হায়বম্বদো। বাফমদু নিংশিংলক্কুনা নুপীদু কদায়দা লৈবগে কোইয়েং য়েংলকই। হৈনৌ মখোঙদা থারিবা ফানশাং অমদা মা মথন্তা ফমদুনা ঙাইদুনা লৈবি। হন্দক্তি ডাক্তব বিক্রমজীৎনা মশানা খঙনা নুপীদুগী মনাক্তা চঙলকই। নুপীদো হৌগৎলক্লে। ডাক্তব বিক্রমজীৎনা হায়বমই, "নঙনা চীক্কা তাহন্নিংবা বাফমদো হায়বো ঐখোয় চংকদৌবে"।

নুপীদুনা কবিমত্তা হায়দনা ঙাইহাক লেপ্লগা হায়বকই, 'য়াবে ঐ কোন্না মতাং চাবদা ওইনা হংলগে'।

ডাক্তবনা খুমই, 'কবিমত্তা চিংনগনু অনাবা অমনা ডাক্তব অমদা পুক্লিং তিংথোক্তুনা হায়দোকপা যাই মদু ডাক্তব অমত্তনা অতোপ্পদা তাকথোক্লদে। ঐখোযসু মদু ঙাক্লা চৎলিবা মীনি, মতম মাঙহনগনু'।

নুপীদুনা হায়দোকপা ঙমদদুনা তুমিন্না অমুক লৈশিনখি। মতৌদুদা ডাক্তব বিক্রমজীৎ ডাক্তব ওইবতা নত্তনা সোসিয়েল ৱার্কব অমসু ওইবনিনা নুপীদুনা হায়দোক্লিংনবা মপুক্লিং থৌদুনা হংলমই, 'নঙগী নচাগী ব্লড টেষ্ট তৌনীংবা লৈব্রো'?

নুপীদুনা মদুগী ৱাহংদুগী পাওখুমদি পীবক্তুগা তপ্পা হায়বকই, 'ডাক্তব নিপাগী ফম্বী হাৎননবা হিদাক্কা লৈব্রা খীৎতা নিগে হায়গে তৌবনি'।

বিক্রমজীৎ মদু তাবদা পংঙক ঙক্তে। মা অদুগুম্বা ৱাফম মমাঙদা মী খবদগীসু তাপ্রে। অৱাবা নংলবা মী অমদা লৈবা সমস্যা যার্মই। মসিসু নুপী অমগী সমস্যানি, নোক্লগদবা নত্তে লোইনা তাবিগদবনি। নিপাগী ওইবা পাঙ্গল শক্তি কনখৎনবা মী কয়ানা শেল তিংথোক্তুনা হকচাং শাজেল তৌদুনা, হিদাক চাদুনা, অখঙ অহৈ তান্নদুনা কন্না হোৎনবিবনি অদুগা ঙসিগী নুপীসিনা নিপাগী ফম্বী হাৎননবা হিদাক পান্নকইবনি। ঈশ্বরনা পীবকপা নিপা ওইবগী পাঙ্গল হাৎনবা হিদাক খবা নুপী অমদা পীবা হায়বসি ডাক্তব অমগী চৎনলোনচৎতা যাদবা পোৎনি। অদুবু মদু অৱাবা মী অমগী ৱাকৎনি অবায়বা নত্তে।

মমায়দু লৈমায়দা য়েংলগা নুপীদুনা মখা তাবকই, 'ঐনা মঙোন্দগী চহী খবা হল্লি। ফনা কুইবে লৈমিন্নবকইবা ঐখোযগী অঙাং লৈতে। অদুবু, অহিং অহিং যু থকচিল্লগা লাকই অদুগা যাম্না নৈ লেপ্তুনা ঐবু তুম্ফম চাফম খঙহন্দে, ঐ তৌফম অমত্তা খঙদে'।

ময়াম কেম্প অদু থাদোক্লবা শেম শাবে গাড়ীসু ষ্টার্ট তৌবে পম্থবা যাদ্রে। বিক্রমজীৎনা ফুবিৎখাওদগী মাগী ঠিকানা যাওবা কার্ড অমা শৎলগা নুপীদুদা পীবগা হায়বকই, 'নঙগী ৱাবীসি খবগা কুপ্পা তাবা তাই। নঙ মাবু পুবগা নোংমা ঐগী নাক্তা লাকউ। ঐ মাগা ৱাবী শাবা পামই। নঙগী অৱাবা কোক্লবা উপাইদু ঐ পুথোক্লবা হোৎনগে'।

# মিংনাইদবী

দুকান্দা চংলকপা মীয়ামদু মশিং হন্থবক্কুনা হেমন্তগী মপা য়ৌবল্লে। দুকান মপুদুদা কবি তৌজৌ হায়বগে হায়বগী মওংদা মঙোন্দা মায় ওনশিল্লক্লে। হেমন্তদি মোবাইলগী বিচার্জ কার্ড, সিম, বিভেলিডেট লৌবা অমত্তা নত্তে। মানা লাকপদি মোইবাইল নম্বব অমখক পুথোক্কুনা মদু কনাগী মিংদা লৈবনো খঙবা লাকখিবনি। দুকান মপু অমনা পামগদবসি মঙোন্দা পোৎ লৈবা লাকপনি অদুনা, হেমন্তগা মায় ওনশিন্নবদা মাগী পংকান কান্নগদবা নত্তে। অদুমকপু, দুকান মপু অদু মবুক তপই। মী জাৎ শুনা লোয়নববা ম্যাদি অখাঙ কল্লি। হেমন্তগী অপাম্বদু ফংহন্নবা মমাঙদা মৈ পীৎ পীৎ ঙান্দুনা লৈবিবা খুৎলাই অদুদা মেৎপা হৌখ্রে। নাকোংদসু মবী অমা নমশিন্দুনা তাবি, মখুৎতা বোলপেন অমা পাযবদুনা চে মচেৎ অমদা ইশিল্লি। মী অনি অহুম অমসু লাক্লে তাঞ্জাদুদা। মখোয় মোবাইল ফোনগী বিচার্জ কার্ড লৈবি। খবনা বিচার্জ কার্ড লৈবগী মহুৎতা পৈশা ওইনা কাপ্পীয়ু হায়না হাযনবি। খবনা চিল্লবা মবক অদুদা কন্না ৱাবী শাগৎনবক্লি। হেমন্তদি ঙাইবি।

মোবাইল ফোন হায়বসি নুপী-অঙাং, অহল-নহা, খাক্তনা লোইনা পায়নৈ বিস্লো থৌবদগীনা পোৎ য়োনবী ফাওবা, দোলাইতোংবদগীনা ৱাইকুপ পুবী ফাওবা, লোয়শঙকাবীদগীনা য়ুম্মুবীফাওবা, খোংবান লাম্লুম্বদগীনা য়েনখা পাওদাবীফাওবা, পাও ফাওবদি ইফাওদা ফাওনবে। লাইনি তশেংনা লাইনি কনা কদায়দা লৈবিবগে কৈদৌনবিবগে ইখঙদা খঙনখ্রে। মতম লীক্লা শিজিন্নবদা ওইনা শিজিন্নবে য়াবে, মতম মাঙহনগে হায়বসু য়াবে কবুই কৈওইবা ঐ তাইবঙ মীগী মীবোল লোন্নিংঙে ইনীং, পাম্বা কৈগী শাবোন লোন্নিংঙে ইনীং হায়বদুনি। চীংয়া-তময়া, লবুক-লমহাঙ, উমং-ৱামং, খাগী-খাম্রং পুম্বা ইপামতা পাম্নবে চীংলোন মাপল ৱাংমা লাল্লে তানীংবা খোঞ্জেল তাবা ফংলে লাপ্না লৈনববসু, কিহন খংহল্লক্লবসু অহিং নুংথিল খায়দ্রে। মসিনি বিজ্ঞান, মসিনি চাউখৎপা মসিনি মীওইবগী হৈ শিংবা।

দুকান মপুদুনা চেজেৎ অমদা মিং অমা ইবকই লৈফমসু য়াওই মদু ফংবদা পুংখায় অমা চঙখ্রে অদুবু হেমন্ত মাগী অপাম্বদুদি ফংলে মিং অদু, কোজম মংলেমজাও, মাক্লং সাবন লৈকাই। পোৎ লৈবা নত্তবনিনা অদুক কুইনা

থবক তৌবিববা দুকান মপুদু পৈশা লৌহৌ হায়বা য়াদ্রে। মানা ৱাবীবগী মমলদি থেঙ্ক য়ু হায়বদগী হেন্দ্রে। মাদি মদু ফাওবা থুম্বা শংজদে অতোপ্পা অমগী থবক পায়বা হৌখ্রে। হেমন্ত য়ুমলোমদা হল্লক্লে। চাক চখোম অমা চাবগা সোবোক্তা থোবক্লে মবমদি মোবাইল ফোন অমা তাবমদুনা নহানখুনবদু মপুদুদা য়াম্না য়ৌহন্নিংই। ঙসি নিনি শুখ্রে মানা খুল্লিবা। ৱাফমদু খববদা হাপলকপ্রা য়েংদুনা লাকপনি অদুবু মপুদুনা খববদসু হাপ্লক্তে। কান্নববোই খন্দুনা হাপ্লক্তবা ওইবমগনি মবমদি কনাসু মোবাইল খুল্লগা মপুদা হন্দোবক্তে সিম অদু লৌথোক্তুনা মাঙহনখ্রগা অতোপ্পা সিম অমা হাপচিল্লগা মাগী অদুম ওইথোকখিনি নত্রগা মমল হোঙনা অমদা অদুম য়োম্থোকখিনি। মিংনাইদবী হেন্দসেট অদো খুৎতগী হেক নাম্থোকখিবদা অমুক হঞ্জিল্লক্তবী অমগীদা ওইববসু অমগীবু ইয়াদা য়াবীদো। হেমন্ত য়াম্না পেনখিদে মাগী লৈজবম্বা মোবাইল ফোন অদু তাহৌই অদুগা অদুম হঞ্জিল্লকখিদ্রে। ফোন তৌশিনবদা খুল্লিবা মীদুগা ৱাবী শাদুনা ৱাফংনখি মানা হায়বকখি, নঙনা পায়বিঙেদা নঙগী, হৌজিক্লা ঐগী, ফনা কুইনা নঙগী সেবা ফংজবক্লবনি ঐগী অমুক ওইজবগে, তম্বা ঙমদে হয়েংনা অমুক কনাগী খুৎতা, গুড বাই। ওম্থোক্লা চাউখৎখিদ্রবা লৈপাকমচা তাদবা লোনচৎ অদু হেমন্ত তুকচ্চখি। মাগী মনে ঙাবীযোনবী অমা লৈবদু নিংশিংলকই। মাসু মোবাইল ফোন অমা পায়বি। মানা হায়, মদু মানা লুপা চাম্মা যাঙ্খ্রেদা খঙনবা কমান্দো অমনা য়োল্লকপনি সিম অহনবা অমসু হাপ্পীবকই হায। অসুম্না খুল্লকপা মোবাইল হেন্ডসেট অমা খুৎ অমদগী খুৎ অমদা অহোঙবা মমলদা চৎখিবজাৎনি। অদুনা ওইবা তাই বিক্সো থৌবা অমনসু মমল তাঙলা তাঙলবা মোবাইল ফোন পায়নবি, পায়বি পাযবিদুনা চাওনবীনি। অদুবু হেমন্ত হন্দক্কিসিমদি মপুগী খুৎতা য়ৌহল্লগা মানা কয়াম হবাওবগে হায়বদু য়েংনীংই। মদু তশেংনা মপুগী খুৎতা যৌহনগে খল্লে "কোঙ্গম মংলেমজাও, মাক্লং সাবন লৈকাই"।

কৈথেল ময়ায়গী ওটো থামফমদা মাক্লং য়ৌগদবা অমা থিদুনা মদুদা কাখৎলে। মী পংয়াম য়াম্না তোংদ্রবসু গাড়ীদু থাবে। মাক্লংলোম তম্না চৎপা থোঙচৎ হৌবে। ওটো মনুংদুসু অদু মঙায় মোবাইল ময়াম পুথোক্লবক্তুনা ৱাবী কয়া শাগৎনবকই। গাড়ীগী ইঞ্জিন মখোলদুনা খবগা হৌবগা মোবাইলদা ৱাবী শাগৎনবকপগী মবোল অমা লাঙবগা হেমন্তদি ইপাই হৌদুনা চনীংদা নমথদুনা ফাথৈজে। অদুবু, গাড়ীদু ফনা শাংনা থৌবক্লে। হেমন্তনা শাজিল্লি, মপুদুনা ওম্থোক্লা হবাওনিদকো। অমুকসু খল্লকই মিংসিদি খবা অহন ওইবমগদবা মাল্লি য়ুমদুদা চঙলগা কবম হায়না হঙ্গনি। মংলেমজাও লৈত্রা

হেক্তা হংবদা মতম্নগা ফত্তবগা ইমুংদু ইপা পাখৎনগদ্রা। অদুবু ব্রাফমদু খঙনবক্লবদি হবাওবগী ওমখৈ লৈতবা য়াই। খন্না খন্না মান্নং য়ৌশিল্লক্রে।

লম্বীদা নুপী ময়াম অমা লম্বী থৎলদুনা অইবা চেবোল ইদুনা অচৎ অওক থিংদুনা চৎহন্দনা বন্দ তৌদুনা লৈবগ্নে। কনাসু লাম্দুনা চৎপা ঙম্মদ্রে। হায়বি, কম্বাইন্দ ফোর্সকা কাপ্নবদা নিপা অমা শিবে, মঙোন্দগী কাপ্পা য়াবিবা কন্ত্রিমেদ পিস্তোল অমগা কাপ্পা য়াবিবা মক মঙাগা তোক্লিং মবিখক্তা ফংলে। মাইক্তা পেন্দনা কনা কনানো বা কন্ন ঙাঙই। নুপী অমনা মশম মনা ইফা ফানা কপ্তুনা লাওবি, ইচাদি মনীনি, ঙবাং ইমুংগী চানবা থা অমগী চেঙ চাক লৈকনি হায়দুনা মখুৎতা শেল খবা পায়দুনা থোকখিবনি, চাক চাখো হায়বফাওবা থুনা হল্লক্কনি হায়দুনা চাদনা চৎখিবনিনে"। নুপী অতৈনা মাবু থেন্নবা তৌই লবাই লেম্ফুদা ঈশিং চাইদুনা ফাথনবা হোৎনৈ। চেবোলদা ইদুনা থেৎলি, মংলেমজাও লালহৌবা নত্তে মীচমনি, মীহাৎপা কমান্দো ফাঁসি তৌগদবনি।

হেমন্ত খঙনীংবা অমগা লোয়ননা মফমদুদা লেপ্লিবা নিপা অমদা হংলমই। নিপা মচাদুনা হায়বকই, ঐখোয় লৈকাইগী কোম্সম তা মংলেমজাও কমান্দোনা লমলাইগী লৈমখোং মপান্দা কাপ্তুনা হাৎখিবনি, অন্দবগ্রাউন্দনি হায়দুনা চার্জ তৌবনি। অশিবদু মোর্গতা লৈবি ঐখোয় লৌদ্রি। এনকাউন্টবনি হায় অদুবু মাদি শেল খবা পুদুনা চেঙ লৌকনি ইম্ফালদা কাখিবনি। মোবাইল অমসু পায়খিবনি মদুসু পৈশাসু মঙোন্দা অমত্তা য়াওবমদ্রে।

নিপা অমনা পাংশিল্লকই, "খঙদে শেলবু খবা য়াম্না হাপ্তুনা থোকখ্রবা অদু ওইববদি অদুম হঞ্জিল্লক্তে মথংগী নুমিৎতা খববদা হাপ্লক্কনি, কম্বাইন্দ ফোর্সকা কাপ্নবদা শিবে। পিস্তোল মক মঙা তক্কক পায়বা নহা অমগা কম্বাইন্দ ফোর্স গাড়ী মপোৎ অহুমগা কাপ্লে হায়বিয়ে অদুগা শিবিবদুনা লবাইলেম্ফুদা পাল্লি কবম হায়না কাপ্নবিবজাৎনো"।

হেমন্ত জ্ঞান অমা ঙাইহাক মাঙই। মোবাইল ফোন অদু খুমন লম্পাক ময়াদা নাসিক পাম্বী মখোঙদা তাবম্বনি। মঙোন্দগী শৎতোক্লগা হন্দোক্লম্বা ওইবম্বসু য়াই। অদুবু মদু পুথোক্লুবদা বা য়াম্নবক্কবদুদি উবে। মবম চাদনা মা লাংদা থুবা য়াই।

মোবাইল অদুগী সিম অদু শৎতোক্রে। মিংনাইদবী খুৎলাই অদু হেমন্তগী মখুৎতা মাগী য়াথং ঙাইদুনা লৈদ্রে।

# তম্বা হৌরকপা পারা

খুল্লক অদু মচু মচুগী ফিজোল শেৎনবদুনা নুপীমচা নিপামচা কয়া কয়া শঙ্গু শঙ্গু চেন চোংদুনা শান্নবি অমনা অমগীদা কোয়বা চৎনবি মফি মবোল কেনা কেনা শেৎ চাবদুনা য়াওশঙ কুম্মৈগুম্বই। মী কয়া অমসু লাক্লবি হয়াও কুম্মৌদু যাওননবা। থোং থাকপা হৈববা কাংবুশিংগী হবাও কুম্মৌনি অদুনা চাবদা মহাও খঙম্লবা কয়া অমনা কাওবা ঙমদদুনা চৎনবি মখোয়গা হান্না খঙনখিবা কনাগী ইমুংদা হবাও কুম্মৈদু য়াওননবা। মনীসু তামহেগী য়ুমদা লাক্লি।

মহৈ, তামহে হায়না মৈতৈ খুল্লক্তা খঙনববা মীওই অমনি। অহানবদা বিক্সা থৌদুনা বিদুবগী ভাড়াদা লৈবক্মদগী কুইনা লৈবক্তুনা লৈকাইগী মী ওনখ্রে অদুগা লৈকাইগী উৎসোবতা চাকচানবদা পোৎ-চৈ, শীং-য়েন, ইঙ্গাং-নাপী, চেঙ-চাক পুম্বা লাওবা অফবা অবাংফম অমগুম ওইবক্নে শংবু শংনদ্রে অমনা অমুক অমনা অমুক মাগী থবক তৌগদবগী নেকপদা খ্বাইদগী থবক চিনবা মী অমা ওইখ্রে। মানা ইদ য়াওবনবা হায়বদগী মনী ঙসি লাক্লিবনি।

ময়ুম য়ৌবগা খঙই তামহে লৌ ইংখোল চৎনবা য়ানা লৈবা মবল বাৎতবা মীনি। মাগী ঙা য়োকপা অচৌবা পুম্রি লৈ অদুগা ইংখোল অদু ইঙ্গাং নাপীনা ইশং শংই, য়েংবদা মীৎ ইংই। অশাৎপা হঙ্গাম মপালনা ইংখোল নাকপাক অমদি সনা মচু মশেক অমা য়েবকপগুম তৌবি। কুবাক মখল মচু কয়া অমনা হঙ্গাম মপালদা তোংলবি। ইংখোলদু য়েংবদা মনীদি ইঙক ঙক্তুন লৈবি, তা মহেদি শূবা কনবগী বানি শূদ্রবসু মবল মবাং কায়না লৈবা নিপানি। ঙসিদনি মাগী ময়ুম উকবদা উবক্লিবা ময়ামসি অঙকপনি।

তা মহেনা চাবা থকপা তৌনবা শেম শাবে হায়বক্রে। ইমুংদা চঙলুবদা ফক থাবদুনা চাক প্লেট ময়াম অমা শেম শাদুনা লোইবন্নে। ইঙ্গাং মথেল খবা লৈবা উই। থংনবা য়ুমদগী পাত্র অমদা পুবকই, কাংঙ থোংবনি হায় পম্বুবা কান্নদে মনীনা ফমথদুনা চাক কোৎথবগা মদু হান্না হৈদুনা হুক্লম্বই। মহীদু মঙোন্দা য়াম্না হাওবা মথেল অমা ওইহল্লি। মনীদি ইশু শুনা চাবা মীনি কাংঙকসি থোৎমল্লি অদুদদি তা মহেদা হায়বম্বই, "নঙগীসি থোৎমল্লি খবা কনবা লৈত্রববা, পুবকউনে"।

**তা মহেনা খুল্লকই, "হন্দক্কি কুম্মোসিদি মচানি মথংগীদুনা অচৌবনি মদুদদি মথেল খবা যাম্না তৌবমগে"।**

মনী ঙসাইমখৈ ব্রা ইওই ওইকদে। ময়াম কোযবা চৎপা য়াওদবা নুপীমচা অমা মচি অমদা লৈবি। মাগী চাক পুখমদুগী মপান্দা চনা কাংঙৌ খবা তাবি অদুগা নিপা মচা অমনা হব্রাই থোংবা তোৎপিবগা চাননবা থেল্লি। অঙাংদুনা নিংঙাই তৌবি।

মনীনা যেংলুবদা নিপামচাদুনা হাযবকই, মাদি শা ঙা কা অমত্তা শম্লবা যাপোৎ নত্তে। ঐখোযগী কুম্কে লাকপা খুদিং মযাম্না হবাও তযাম্লবা মতমসি মাদি মচি অমদা তুমিন্না চঙদুনা লোৎতুনা লৈ। মাগী খনবদা ঐখোয যাম্না ব্রাযনে। মানা হযেং মযুম পাল্লগা কবম হাযনা তৌদোইনো মীগী মযুমদুদা।

তামহেনা মখা তাবকই, ঙসি শা থোংইবসি ইনাওশিংগীদা চত্তুনা থোংউবিবনি মাগী যেংদুনা।

মনীনা কত্তক তৌবা শব্দ অমা চীক্লগা হংলকই, "কৈনো ভেজিতবিয়ান ওইবগী ব্রাবা"?

- হোয

- ঐঃ কৈনোনে।

তামহেগী নুপীদু মচি অমদা লৈ। মানা নোক্তুনা খুল্লকই, ঐখোয অবোক লৌবিবনে, ঐখোয বোক্তো মৈতৈ নুপীনে।

চাবা থকপা লোইবে ।

তামহেগী মচানুপী অতোম্পী শা ঙা যাদবীদু যাম্না নুংশিবা অমা ফাওবকই। মনীনা লুপা তবা চৎপী অমা অঙাংদুদা পাযহল্লমই। মনীগী মচানুপী মেমচাপিশক্কা হৌমিন্নবা ওইবমগনি। ইঙ্গ্লাং নাপী খবা হাপ্লকই। যুম যৌববদা ইঙ্গ্লাং নাপীদু কাচিন্দা থমগে চঙবদা কাচিন্দা অমুবা অমা খবা খবা লেঙবা উই। ব্রেটি কাপ্তুনা যেংবদা ব্রায়খু অচৌবা অমা ওইবমই। মনীনা হৈমা হাযনা লাওথোকখি। মসিদি কদাযদগী লাকপনো? মনীনা ভাব তাবকই, চহী অমগী মমাঙদা মনীনা ব্রাযখুদু নোংমা লৈবক্লগা খুদেংদা যোক্তুনা থম্বদগী মাঙখিবনি। **মাদি চহী চুপ্পা ইমুংগী কাচিন কোযাদা লোৎ লোৎতুনা তীন কাঙ ফাদুনা চাদুনা লৈবকপা জাৎনি।**

জীবনা হিংনীংবসি অঙকপনি। মীওইবনা ফাদুনা চাখিদনবা মাসু চহী অমদি লোৎতুনা লৈবকপনি। ঙসিদি মা অমুক মীগী মখুৎতা তাবে।

মনীনা নোংমা চীংদা লৈবা নকুপ থংলেনগী ময়ুমদা চাক চাখি। ৱায়খুগা তোনীংকোক্কা মেৎপদু নুমিৎতুদি ফনা হাওখি অদুনা মাসু অমুক্তা ৱায়খু মেৎপা চানবা কৈথেল লুকমায়দগী লৈবকপনি, অদুগা মাঙখিবনি। ঙসিদি পুক্কা ইথন থল্লি অদুনা হয়েং চাবগে হায়দুনা চেগপ্পা চপ্তুনা ফাবগা চেনখিবা ঙমদনবা বালটিন্দা হাপ্তুনা য়োক্লমই।

শান্নবা চৎখিবা মচানুপীদু হল্লক্লে। ৱায়খুদু উবদা মাদি য়াম্না নুংশিরমই। অমরোমদা মপাদুদি উবদা য়াম্না চানীংলমই। মচানুপী মেমপিশক্না হায়রকই, বাবা, মা হাৎপিগনো নুংশিয়ে।

মচানুপীদু মদুদগী হেন্না হায়খিদে মবমদি মা খঙই মাগী মপানা কৈদৌঙেদা মানা হায়বদু তারোই। মাদি থবোই মনীং কক্তুনা থোংবা, ঙাকিচৌ শোক, ৱায়খু মেৎপা, নাওশেক মেৎপা, খোইমচা ঙানম মানা শ্বাইদগী পান্বনি। মানবু কদায়দগী য়াগবনো মখুৎ চল্লবা ৱায়খু অদু কনবিগনি হায়বসে। মানা নোংমতা অদুগুম্বা জীব অমত্তা কনবিখিদ্রি মমাঙদসু মেমচাপিশক্না অদুম হায়না কয়ারক হায়গ্রে অদুবু অরেম্বা তাখি। থম্মোইদদি নুংঙায়তবা ফাওবা মেমচাপিশক্তু শিরগদবা ৱায়খুদুদা য়েংই। মদু চহী অমা লৈরদুনা মুশিন মুনা চাওবে। মীগী মখুৎতগী নাম্থোক্লবা য়াবমখৈ হোৎনকরগা শঙলিংবগী মখুৎতা অমুক তরে।

নুংদাং ওইরদুনা ময়াম তূম্বা হীপ্পা চঙনরে। মমাগী মনাক্তা চঙদুনা হীপল্লবা মচানুপীদু কৌদুনা হংলকই, 'মেমচাপিশক তুম্লব্রো'? ঙাইহাক কান্নবগা খুম্লকই, উং। তুম্মো তুম্মো। ঙাইহাক অমুক কান্নরগা মেমচাপিশক্কি মখোল অমুক তারকই, "বাবা ৱায়খু থাদোকখ্রসি"।

মনীনা নাথৈরগা খুমই, "ইবেম্মা ঙা হায়বা, থরোই হায়বা, ৱায়খু হায়বা লোইনমক অচাপোৎ ঙাক্তনিনে"।

মেমচাপিশক মখা তারক্তে মরমদি মা খঙই মদু মখা তাবা কান্নবা পোৎ নপ্তে।

অয়ুক ঙন্না মীকপ থোক্লবকই। নীতিগীদি মেমচাপিশক য়াহৌ ঙন্না হৌবগা লাইবিক ঔবাইবনি অদুবু ঙসিদি হৌগৎত্রি। মা ঙাইহাক তুমখিসনু। মনীনা উবোং শুমজীৎ পায়দুনা শূমাঙ শীৎপা হৌবমই। ঙবাং লৈবাক্কী কুম্মৈদা তামহেগী মচানুপীদুনা শূকথবদুনা লৈবদু নীংশিংলকই। মপানা তাথি তাওইনা তৌবদি লায়বদুনা মচাগী মপুক্লিং শোকখিনি হায়দুনা শা থোংববু মনাও নিপাগীদা থোংহল্লি। মবুংনা বাজহৌই হয়েং ময়ুম পাল্লগা কবম হায়না তৌদোইনো হায়দুনা মমাদুনা শোঙ্গহৌই মবোক্কী মতৌ তম্বনি মৈতৈ নুপীনি হায়দুনা। অদুগা মাদি নোংমতা মচানুপীগী মবুক্লিং শোক্কনি হায়বা খল্লুদে। মঙোন্দা অচৌবা পারা অমা ওইরমই।

সুমাঙ শীৎপা লোইববা তুংদা মখুৎ হামদোক্কুনা ইমুংদা চঙলকই অদুগা কাঙখল হাইদোক্কুনা য়েংই। তপ্না কৌরমই, "মেমচাপিশক নঙবু হৌদ্রিবো"।

মেমচাপিশক তূল্লমদে, তপ্না হৌগৎলকই অদুগা মপাদা হায়রকই, "বাবা বায়খুদু নঙ কৈদৌঙৈ চাদোইনো"?

-নঙ কৈদৌগে হায়বনো অদু হংইদো?

-নুমিৎ অদু ঐ অবোকখোয়দা লৈরুগে তৌবনি।

মচানুপীদু মথবায় নুংঙাইতনা উই। মাগী খনবা হৌরকই মচাগী মথবায় নুংঙাইহন্নবা তৌবা তাই মদুদি ইরায় লায়বা বানি।

মানা মচানুপীদা হায়রকই, "ফরে লাকও, বায়খুসি তুরেলদা থাদোক্লসি লাকও"।

অঙাং অদুনা হবাওবদু উবদা হায়কম খঙদনা নুংঙাইবা অমা ফাওরকই। নুংঙাইবা হায়বসি মীবু নুংঙাইহনবদা লৈরমই হায়বসি মানা মচানুপীদগী ঙসিখক্তং তম্না হৌরকপদা ঙায়রি।

# ফেক্সি ফেক মক্তা

মল্লবা বস অদু ঙল্লিঙৈদগী তোংলকপনা তেক কায়ববা শেম্বীদ্রবা লম্বেল নোংজু থা কয়াদা ঈশিংনা তৌখায়খিদুনা অকুৎ অতোং ঙাক্তা ঙায়ববা অদগীসু মথক্তা উ চিংখোকপা লাকপা ট্রক্লা অৱম্বা পুদুনা কুম্বী কালেন খাযদনা চৎপনা লম্বেল অদু গাডী চাকা লীক্লম অনি নাইদুনা লৈবিবা মদু শোক্তনবা থৈ থৈদুনা গাডিদু থৌবনা তোংলিবা পুম্বা দোল মোন হাইদুনা খাঙলিবা খোঙচৎনি। কনা অমনা মৈখু থক্লৎনবকপসু য়াওনবকই। তোমচা চৎলি চীংগী লমদা লৈবা ম্যানমাব বোর্ডবগী স্কুল অমদা, মানা ওঝা ওই হাযবিবা স্কুল অদু যৌনবা।

বস অদু কাইনথঙদা খান্নে মফম অমা যৌবদুনা, ময়ামসু কুমথবে। কৈথেল মচা অমা লৈদুনা মী খবা তিনবা মফমনি, চীংমীশিং মযাম মথৌ শূনবি মমায হাইগৎতবমখৈ। তোমচাসু মফমসিদা কুমথবে। লম্লোঙ অহুম ফাংলিবা মফমদুগী নোংপোক পাংনা চঙখিবা চীংলম্বী অদুদা তেনজৈ অমনা থিন্দুনা তাকুনা ম্যানমাব হাযনা থাবি। মদু ম্যানমাববোমদা চৎপা লম্বীনি। মানা চঙগদৌবিবা খুল অদু তাবা লম্বীনি। হৎনবদা খঙই, খুল অদু নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা যৌগদবা মফম্নি যাম্না কন্না লাপ্পদি নত্তে হায। মী অমনিসু চঙনবি, মখোযগী মতুং ইন্দুনা মাসু চঙবা হৌবমই খাও অমা যাল্লদুনা।

তোমচা লমদমদুদা লৈবা স্কুল অমগী ওঝানি হাযদুনা লৈবক্লিবা চহী তবামঙা মপুং ফাবে। অদুবু মানা ওঝা ওই হাযবিবা স্কুল অদুদা চৎতুনা মফম খঙদোক্কে খনববু খন্না খন্না পাঙখোকচানবা চহী তবামঙা হৌজিনখি ঙমদদুনা  অদুম লৈবকপনি। আব্দুল মতলিবনা শীনবিবনি মাদি ভাব অমত্তা তাদে থবক অদু চঙলকপগী মওংদো ইন্টববিয়ুসু যাওখিদে, সার্টিফিকেটকা অমত্তা চংদে শেলতনি চঙখিবা, মদুদি কোকথোং অমনি। মা নোংমদি ওইবকই চীংগী স্কুলগী ওঝা। আব্দুল মতলিবনা শীনবিদুনা স্কুলদুদা অমুক্তা চঙলুদ্রবসু লমদমদুগী মী অমনা মহূৎ শিনহল্লগা তলব তঙ্খায় য়েন্নদুনা তোমচা থা খুদিংগী তলব তঙ্খায় চাবা সবকাবগী স্কুলগী ওঝানি তৌবতবু মশামক্তি থিকা তৌদুনা সপ্লাই তৌদুনা তোঙানবা শিনফমগী মীনি।

আব্দুল মতলিবনা হায়খি, "সবকাবগী থবক অমা পূব্রা হনব্রা তৌদুনা চঙহৌবসিনা হয়েং থবক মতম লোইববসু পেন্সন ফংই, নুপী অঙাংসু পেন্সন ফংই, দাই ইন হার্নেস হায়দুনা থবক তৌনা তৌনা শিববসু মচানা কবিনা থবক মহূৎ অমা ফংজবা য়াই, শেল পাম্মুকনুনে"। মানা মখাসু হায়খি, "নঙনা শেল তাল্লুগদবা নত্তে, শেল্লনা নঙ তান্নবক্কদৌবনি য়েংউ, চহী অমা য়ৌদনা অদুম হঞ্জিনগনি। অদুদা নত্তনা মেট্রিক পবিক্ষা অমুক লাকপদা মী ময়াম অমা থাগে লাকখিনি মদুদা শেলতনা উৎ ৱাইদৌনা চাইনবকখিনি, থেঙখাং খুদিংদা শেলনা স্বায়-স্বায় কেনগনি।

শেল উচিন নাচিন্না হঞ্জিনথ্রে, চহী তবামঙা কবিমত্তা ইকায় কায়নদনা লৈবক্লবনি। অদুবু, হন্দক ইকুই কুইদ্রি "ফেক এপোইন্টমেন্ট" হায়বা ৱাফম অমা কন্না ঙাঙনবকই অদুনা জেদ ই ও না পুলিস পুদুনা ফুল ফুলদা চৎতুনা ওঝাশিং কাবিব্রা অমদি থবক চঙলকপগী ওর্ডব চে-চাং কন্না থিগৎনবক্তুনা ওঝা কয়া অমা ফেক এপোইন্টমেন্ট ওইবমই হায়দুনা অফা অপুন তৌনথ্রে। মবম অদুদগী মথং মথং হংনবদা তোমচানা ওঝা ওইবিবা ফুলসিসু ঙসি নোংমা নিনিসিদা লাক্লনি হায়দুনা থাজবা য়াবা মফমদগী পাও ফংবদগী তৌফম খঙদ্রদুনা য়ামদ্রবদা ফুল অদু ফাওবদি য়ৌহৌদুনা ইন্সপেক্সন লাকপদা উৎনা ৱাইনা মেনবা য়াগদ্রা হায়দুনা চেল্লক্লিবনি। খোঙচৎ অসি মী অতৈদি লোয়নবা য়াবা নত্তেকো খন্দুনা থবায়কা লাংহূক মুক্তং চাওদুনা শোব চনীং চমাঙ শন্নদবমখৈ ফি তাখৎত্তুনা চেল্লক্লিবনি তোমচা, মানা ওঝা ওই হায়বিবা মা মশা ফাওবা অমুক্তা লাক্লিবা ফুলসিদা।

আব্দুল মতলিব লৈবন্নবদি ৱাখল খবা থোক্কদবনি, অদুবু, মাসু সার্টিফিকেট অশাবা ময়াম অমগা কোন্ননা পুলিসনা ফাখিদুনা জেলদা চঙখ্রে অদুনা তোমচা মিপাইবা হৌবকপনি। মাগী থবক চঙবগী এপোইন্টমেন্ট ওর্ডবদুদি মী ময়াম অমা পুন্না থোকপনি অদুগা মঙোন্দা কোপী অমত্তা লৈহৌদে, উসু উদ্রি।

তোমচা ঙন্নবা উনুং অদুদা ফনা শাংনা চঙশিন্নক্লে। মবক মরক্তা উ পুবা ট্রক থৌদোরকপা থেংনৈ, মদু ঙাইহাক থৈদোক্লগা অমুক চঙশিন্নি মাঙলোমদা, খুল অনিদি লাম্ছোবক্লে। লম্বী চৎপা অমা অনিদুনা মঙোন্দগী

য়াঙবা হেনবনা মখোয়গা নকশিন্না চৎনবা হোনিবদা শোব ফৃইনা ফৃইনা হোল্লি। তাঙ্গাদুদা ট্রক অমা খালি কাবকই লম্বীদুদা। মখোযগী মনাক্তা যৌবকপদা খামই মযাম গাড়ীদুদা কাখৎনৈ মাসু কাখৎলে। গাড়ী অদু পংকুই কুইনা খৌদ্রে, মাগী স্কুলদু লৈবিবা খুল অদু য়ৌবে। মল্লি মল্লি তৌবা মতম ওইবে। অদুবু, খবা তাম্না নিংথি তুবেলগী তম্পাক উবা ফংলিবা খুল অদুদি পৃক্লিং হূনা ফজে।

মীয়াম কুমথবে।

খঙনবা খঙনদবা পংহংদা হংনৈ কদায়দগীনো, কদায চৎকেবা, কোয়বকপবা হাযবনচিংবা ৱাহৈ কয়া হাযনবদুনা। খুল অদু যৌববনিনা তোমচা চঙফম থিবা হৌবে। মাগী ডাইবিদা ইখিবা মিংদু ফাক্তোক্তুনা যেংই, "ওঝা হোনবৈ", মাগী মহূৎ শিন্দুনা পুবিবা ওঝাদুনি। অমুক্তবু উন্নদ্রি, খঙসু খঙনদে। খুল অদুগী ভিলেজ ওথোবিটিগী চেয়বমেন উন্নবগা ৱাখল খবা থোক্কদবা মাল্লি অদুনা হং হংদুনা ভিলেজ ওথোবিটিগী চেযবমেন উন্নবা চঙলকই। অদুবু মদু কান্নদ্রে মাদি ইম্ফালদা চৎখিবল্লে ঙসি হযেং হল্লক্কনি খঙদে হাযবকই।

খুল অদুদা উ চিংবা ট্রক ড্রাইভবশিংগী খোল্লা অমা লৈবিবদুদা তৌফম খঙদদুনা তোমচা চঙলকই। মদুদা তোম্বী কৌবা ড্রাইভব অমা যাওবল্লে। মানা হবাও হবাও তৌদুনা মখোয়গীদা লেকউ য়ানি হায়বে। তোমচা খবা নে তাবে অদুবু মা কবিগী লাকপনো হায়বা অশেংবা হায়দোকপদি চুমদমাল্লে হায়দুনা নাথৈবগা খুমই "খুলসিদা লৈবা ওঝা হোনবৈ হাযবা স্কুলগী ওঝাদুগী মকপ্পি মাগীদা লাকপনি।"

তোম্বীনা খুন্নকই, ওঝা হোনবৈ হাযবা নৎত্রা?

- হোয়

তোম্বীনা কবেম্নবা মীনোক অমা নোক্লদুনা হায়বকই, "ঙবাং ইম্ফালদগী ওফিসাব ময়াম অমা পুলিস পুদুনা লাক্লমই, মদুদা স্কুলসিগী হেড মাস্তব চার্জ পুই হায়বিবা ওঝা হোনবৈদু ফেক এপোইন্টমেন্ট ওইবল্লে হায়দুনা ফাদুনা পুব্রে"।

তোমচা পাওদু তাবদা শ্বায় লাওই। তোম্বীনা মখা তাবকই, "ঙবাং লাক্লম্বা মযামদুনা হাযবমই স্কুলসিদা ওঝা ওই হাযদুনা মমিংদি লৈববা ফেক এপোইন্টমেন্টনা থবক চঙবা অতৈসু যাম্না ফাগদবা লৈবি হাযযে"। খুলগী চেয়াবমেনসু ওঝা হোনবৈ থাদোক্লবা উকিল তান্নকনি হাযদুনা ইম্ফাল কাখিবনি।

ইমম মন্বা কা অদুদা মৈজাও থাগৎতুনা চাক থোংবা হৌনখ্রে। মুসুবি হ্বাই থোংশি লফু ইবোনবা তৌনি হাযদুনা খবনা ইঙ্গ্লাং শেমগৎলি। ফান অমা লৌদুনা তোমচাসু ফমথৈ। মাগী ব্রাখলদি হৌজিক মা কবি তৌবা তাই। থুনা যুম যৌবদি ফৈ অদুবু, নোংদি ঙালহনবা তাই। তুমিন্না সুম লৈবা নুংঙাইতদুনা চফু মৈ যাঙইবা । তোম্বীদা তোমচানা হংই,- ইচিন-ইনাও স্কুলদুবু কদাযদা লৈবগে?

তোম্বীনা খুল্লকই, "চহী ২০ হেল্লপোৎনি ঐনা খুলসিগা শম্নবক্লিবসে। স্কুল অমা লৈবম্বনি অদুবু ওঝাসু লৈতে ছাত্রসু লৈতে। চহী তবাগী মমাঙদা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অমা শীৎখি, মদুদা হুমদোকখ্রবনি। অদুদগী সবকাবনসু মদু অমুক শাবিদে ওঝা ছাত্রসু লৈতে হাযদুনা খুলগী চিফনা তেমথোক্তুনা মং ওন্থোক্লে মী শিবগা ফুম্ফম ওইনবা। স্কুল অমা লৈবমই হায়বগী মমি ফাওবা লৈত্রে"।

ইঙ্গ্লাং শেমদুনা ইবোম্বগী লফু শোইবিবা ড্রাইভব অমনা অমুক খুন্নকই, "ঙমখ্রবা থম্মোযনিনে, ঐখোযনা উ চিংবদা শযেং হীক্তোকপমখৈ শৃবি চবা অনিদং পুক থন্নবা। মখোযনা বাবু শাদুনা লাইবিক তশ্বীবা ওঝা হাযবা মিংথোল পাযদুনা শগুন তৌবিবনিনে লৈবাক্কী লন পূম্বা"।

অমনা অমুক খুন্নকই, "তুমিন লৈযু ইবো, মা মানা তৌবনা মা মানা ফংবনি। যাম্না কন্না চীন কাঙথোক্লনুসি মতমসি ফত্তেকো, মীনা শিবনা চীন্দা কাউগনু"।

কাচিন্দা কাংথক্তা হীগুনা বেবী অমা চিংলগা অমম্বদুদগী অমনা অমুক খুন্নকই, "হেন্না কুম্ব্রে নুংঙাইগদৌবিবদি ইড্রকেসনগী লমদা লৈনুংগী কাংবুসু য়াওশিল্লক্তুনা চপখৎলকইসিনি বেসোন তাদৌবিপোৎনি, লীৎনিংঙাই লৈতেবো"।

তোমচা খোল্লাগী মপান্দা থোবকই। তৌফম খঙদদুনা মাগী গুরু ওইবিবা স্পেসিয়েল ক্লাস কন্ট্রেক্টব লাঙ্গোলজম চাওবদা মোবাইল ফংব্রা য়েংই। উচিন নাচিন্না ফংই। তোমচাগী ব্রা পুন্না তাবগা মানা খুন্নকই, "নঙ হয়েংমক থুনা থোবকউ। কৈসু লৈতবা বানি। ঐ নঙগী এন্টিসিপেটবি বেল লৌনবা তৌবমগে"।

চাক চানবা ময়াম ফমখবে। মতমদুদা অথেংবদা থুংবা ড্রাইভব অমসু চঙলকই অদুগা হায়বকই, "ওঝা হোনবেদু ফেক এপোইন্টমেন্ট ওইবন্নে হায়দুনা জেলদা থাজিনব্রে"।

তোম্বীনা চাক হাপ্না হাপ্না শোল্লকই যোমোন তৌবদুনা, খঙদ্রে যুগ অসে "ফেক এপোইন্টমেন্ট" হায়দুনা ঙানু ফাওবা ফেক ফেক হায়দুনা খোংঙবনি। ফেক এনকাউন্টব হায়বা অমসু হাপচিল্লকই, লোইদেহৈ অনৌবা ফেক অমা কবম্না লাক্কদৌবিবনো ভাব তাদে ফেক্কী ফেক মক্তা।

# ঙাইহাক ওইখিবা খোঙবু

ঙসিদি দেবী পূজাগী বব নুমিৎনি। বেঙ্গোলি কোলোনীদু চবাংনবি হবাও কুইক্লোতনা। অদুঙৈদদি মধু মফমসিদতা লৈবম্বনি অদুবু, মদু হৌঔে। অদুব হিদা লৈবিবা অঙাংশিংনা ঙসিদি মাবু খঙবগী বা লৈত্রে। লাইগী লম্পাক অদুসু পীকশিল্লন্নে। লম্পাক অদুগী ময়ায়দা লৈবিবা লাইবুঙদুদি মীনা ফীঙৌ ফৌঔে। মী মখল শুবে, গাডী কাব ময়াম অমসু লাক্লবি।

নুমিদাংবাইগী কান্নি, নুমিৎনা চীংয়া থাংবা কান, তাময়ানা কোবী চেনবা কান। ফীজোল অনানবা শেৎতুনা চাক্তান ফিদান্নবা মীয়াম পুম্নমক্কী মায়খোঙদু মকা ইবাম লায়ে। লাইনুংদগী থাবকপা মেক্রক্লা অকোয়বদু লৈচিন থাবি। হৈনম লৈনম্লা থল্লবা হবাও মোমোন মায়খোঙ ঙাক্তনা কোয়না উবিবা লাইমাঙগী মান্দব অদুগী মনুংদা পালা অমা বাগ হৌগদবগী শেম শাবদু মৈতৈ নুপীশিংগী পালানি। মদুগী লাইবুঙদুদা মদু পঙনা উবা ফংদবা পালানি। অদুঙৈদদি বেঙ্গোলিশিংনা ববীন্দ্রসঙ্গিত শকই বেঙ্গোলি ড্রামা মচা কয়া কয়া উৎলি। মদু কয়া নুংঙাইবা নৎত্রবসু কোলোনীদুগী লক্ষ্মী কৌবী নুপীদু মধুগা লাইবিক তমিন্নবকই। মধুদি মাগা উনবদুনা খ্বাইদগী নুংঙাইবা মতাংনি। ময়াম্লা লক্ষ্মীবু লোকখি হায়না কৌবদু মধুনসু কৌই ওই লো। নুংশিবা মী কৌবদা মাগী অহৌবা শব্দদু কৌবদু চৎনৈ।

মান্দব অদুদা তঙ তানা ফমদুনা পালাদুনা শক্লিবা য়ৈবিবদু তাবিবা মীদি ইযাম য়ামদে অদুবু চৎখিবা লাক্লিবা মীদি অতৎ অখম লৈতে। থায়নগী পাওবৌ হীয়াঙ য়েংলিঙৈদা তুম্বাগী শেল থৌবা হায়বদু নিংশিংলকই। অদুঙৈ খঙনখিবা খঙনখিবী কয়া কয়া মবক মবক্তা য়াওবকই। মখোয়গা কৌনবসু য়াওই অদুগা ইকোই কোইদুনা কৌবক্তবসু য়াওই। ময়ামদুগী মনুংদা কাছাবদগী হোংলক্তুনা লৈখিবা ওঝানা শিনফম ওইবা ওঝা কৃষ্ণমনীদু উবে। মধুনা নমস্কাব হায়দুনা খুৎ লোন্নে। ওঝানা হায়বকই, 'মধু উদবা কুইবেদা, ঙসিদি ঐনা লাইদা অথুম অহাও সন্দেস খবা কৎতুনা নুপী পালাসি কৌকবনি। নঙ লোইবা ফাওবদং য়াওখোকো সন্দেস খবা প্রসাদ ওইনা হাপকে তৌবনি'। মধুনা খুমই,ওঝা লাইবক ফবনি, লাইপ্রসাদি হায়বসিদি নিবগা লৌজৌ হায়বনি ঐঙোন্দদি ফংজবো হায়না তাকপিবসি কৃপানি।

মীয়াম্না মবোল অমা নিনবনে পান্নানা শকপগা য়ৈবগা খীওবগা ব্রারী শাবা তাববদি খবা হন্দোকপা তাই। ওঝা কৃষ্ণমনীসু মাগী পালি তাবা ওইনা তৌবদুদা কুইনা ফমিন্নবা ঙমদে, হায়বকই, "ইবুংঙো লেঙখিবা য়াবোইকো, ঐদি থবক খবা তৌদবা য়াদে, ঙাইহাক নাক য়েংতা চৎথোক চৎশিন তৌগেকো"।

মধুসু কোয়না লাইবুঙদুদা চৎলি। মাবু খঙবিবা কনাসু উদে অদুবু, মাগী মমিং অমা পন্দুনা কৌবকপদা উবকই ক্বা, চা, চুরুপ, বেবী য়োল্লিবা বাঙ্গালি নিপা অমনি। অতৈ কনা নৎলমদ্রে, পানু ঘোষ মাগা ক্লাসতা তমিন্নবস্বনি। মধুনা চঙদুনা মাগী পোৎফম মমাঙগী থাবিবা ফান অদুদা ফমথবকই। ময়ামসু ফমদুনা চাবী থকই মা মথন্তনা হোৎনবি। মাগী নুপীদি মপামদা লৈখি হায়। হেক ফমথবগা পানু ঘোসনা হালুব্রা প্লেট অমা লাল্লকই। 'মোহোনভোগ' হায়না কৌবনি অচাপোৎ অদো। অদুঙৈদা লোকখিখোযদা চৎপদা মানা হৌবগা পুথোবকপদুদি হাওবদা অমৃতনি। চুম্নগী হাওবদা নত্তে নুংশিবা অমগা লোয়ননা পীজবকপনি মদুগী মহাও অমসু য়াওখিবদু কনানসু হাপ্না ঙন্না মহাও নত্তে। পানু ঘোসনা য়াব্রা হংলকই। মধুনা খুমই, হাওবদা নত্তে লোকখি না পীজবদু নীংশিংই।

পানু ঘোষ নোক্লকই, "মদু থায়নগী ব্রাবীনে। মাদি লুহোংব্রবা মতুংদা মখোয়গী ইমুং মনুং পুন্না হায়লাকাব্দিদা য়ুম হোংখ্রে, কনাসু লৈত্রে"।

লোকখিখোয়দা মধুনা চাবিঙৈদা মাগী মমাদু হেক্তা থোবকই মাবু লুনা তৌই। মানা চাবিবদু হাওববা হংখি। মধুনা মখোয়গী মবোন্দা খুমখি, "লক্ষ্মীনা থোংববু হাওতবা হৌনববা, ফার্ষ্ট ক্লাস"।

মমাদুনা মনঙ্গন্দা পোপ পোপ ফুদুনা হবাওনা নোকই, "তৎ পাগলা" হায়দি অঙাওবা হায়বনি মা তশেংনা অঙাওবা ওইখি। মমানা থোকস্ত্রগা লোকখিনা চৈবকই, "নমায়দু ইকাইদ্রা অদুম হায়না হায়বিদো? মধুনা খুমখি, কৈনো লক্ষ্মীমক্লা সাক্ষাৎ খাংববু হাওই হায়বনি, শাওনীংত্রা কবিনো"।

চাব লোইবে। পানু ঘোষকা ব্রাবী শাবা ফংপোৎ নত্তে মা মথৌ য়াম্না চিল্লি পৈশা লৌ হায়বসু য়াদে অদুন থোরকই চাবা লোইবদুনা। ঐখোয়গী

থায়নগী মকপ ময়ামসু অমুক্তং খোমজিল্লগা চাক চানসি হায়না হায়হৌই। অদুক ৱাবী হায়বদুনি কনানা খোমজিল্লুগদৌবিবনো। পালাদু লোইদ্রি ফাওবদংদি ফমখিবা তাই কদায়দনো মচি অমদা। শাড়ী ফজ-ফজববা মমল য়ান্ন য়ান্নবা কয়া শেৎ চাবদুনা ইনখৎলকপী বেঙ্গোলি নুপী ময়াম অমা চৎথোক চৎশিন তৌবি। মধু খঙই, মখোয় অয়াম্বা ভাবাগী য়ুমদা লৈবনি লোকখিখোয়সু। মধুনা নোংমদি হায়খি, "লোকখি, নঙ ঐখোয়দা লাকওনা"। মা মমায় ঙাঙখি অদুবু ৱাফমদু য়ানীংলমগদ্রা মধু খঙবা ঙমখিদে। অদু হায়কব্বদগী ইকাইদুনা উনবসু য়াম্না লৎখি ৱাফমদু অমুকসু হায়খিদ্রে। মধুনা কাইনথঙদা মাগী লুহোংবগী বার্ত্তোন ফংখি, মদু অঙকপনি। মধুনা লুহোংবদগীদমক্তা লাকপদা খবা থেংখ্রে। লাইবুংসিমক্তনি মকোক্তা চুড়া থেৎলদুনা অবংবা চমকি থিনবা, শাড়ী নিংথিনা লৈতেংলবা বাসমন্দল মাল্লবা মফমদু মীনা থন্ন তিল্লি মানা চঙদুনা ৱা ঙাঙনকব্বগী মওংদি লৈববোই অদুবু মখুৎতা হাপ্লকপা মচু শঙলবা চেঙ বব কন্যাদা চাইবদু মধুসু চাইখি অদুনা অদুম লোইবে। মাগী মমাদুনা মধুবু কোল্লগা কপখি, মদুনা অবোইবনি। লম্বী চৎপা ময়াম লম্বী পূনবদগী খোঙবু ওইখিবা ঙাইহাক্তনি। মতম্না য়ৌববদা অদুম মাগী মাগী মায়গৈদা অদুম মচৎনখি। পুম্নিগী লম্বীদা মতম খবা খোঙলোয় ওইনা চৎমিন্নখিবা লোকখিসু অদুম চৎখি মখাদি উখিদবে। মাদা নত্তে ক্লাসতা তমিন্নবম্বী মনু, শিখা, স্বপ্না, মন্দিবা, মিবা, শিপ্রা, পোলি লোইনমক কনাসু লৈবমদ্রে মখোয় য়ুম হোংখ্রে লুহোংখিদুনা অবাপ অবাপ্পা মফম কয়াদা।

মাগী পালাদু লোইবে কুইনা শকপা য়াপোৎ নত্তে অতোপ্পা পালাসু ঙাইবি শক্লনবা। ওঝা কৃষ্ণমনীনা মাগী ময়ুমদা কৌশিল্লকই। নুপী পালা শক্লুবী ময়ামদুসু মাগীদা চঙলকই। মখোয় ফি হোংবগী চবাংনৈ। পুংয়ৈবা অনিদুসু ফি হোংই। অদুদগী পুংয়ৈবা অমদি ওঝা কৃষ্ণমনীগা কোইনদনা ইমুংদা চঙখি। পুংয়ৈবা অমদুগা মধুগা ফমিন্নে অদুগা ৱাবীসু লৈতবনা ঙাইহাক তুমিন লৈনৈ। মধুনা ৱা হৌদোকই, "ওঝা পুংয়ৈবা, অতৈ শৈফমসু চৎকদবা নৎত্রা"?

পুংয়ৈবদুনা খুম্নকই, "অহোয়, মফম মবী মঙাবু শক্লনি হায়বি"। অদুদগী মানা মখা তাবকই, "ইবুংঙোদি কদায়দগীনো"?

শন্নপ খুমই, "য়াইষ্মুলদগীনি"।

পুংয়ৈবা অদুনা মধুদা য়েংলকই অদুগা হংলকই, "ইবুংঙোবু পোকপীদু সনাহনবী কৌববা"?

মধু ইঙক ঙকই, খুমই হোয় চুমই।

পুংয়ৈবা নিপাদুনা শোল্লকই, "ঐনা খনবনিনে শোয়দনা ওইবমগনি হায়দুনা, নঙসি নমাদুনা নহা ওইবিঙেদু কয়াদা মানশ্রবনো। য়াইষ্মুলদগীনি হায়বদুদা ঐনা শাজিনবনি, চুম্মেদনা"।

পুংয়ৈবনা হায়বকই, "নঙ খঙনীংলমগনিদো ঐনা নমাবু কবমহায়না খঙইবনো হায়বদো, হায়দোক্কদববু ইকাইদা"।

মধুনা তকশিল্লি, কবিগীনো নিপা মশেন্নি ইকাইনীংঙাই লৈতে কবম্না ইকাইবা য়াবা ৱানোনে।

পুংয়ৈবদুনা খুল্লকই, "অতৈ নত্তেদা, নখোযগী ইমাদু থাযনা হায়নদুনা ঐঙোন্দা থাজনি হায়না মখোয়গী পাবুং ইমাশিগা ঐখোয়গী বাজীখোয়গা হায়না শীংনবনি, ঐখোয লৈকাই লোন্নবনি। অঙাং ওইনা খঙনবকই।

মধুনা মবক থৎলকই, এঃ কুইববা ৱাবীনিদা।

মধু ঙকপ্রে ৱাবীদুদা পুংযৈবদুদা য়েংই। মানা নোক্লগা মথন্তা শোল্লি "মসিনা ফৈদা মাগী মচা সহেব ঙাক্তা পোক্লিবদো পুংয়ৈবা ঐগুম্না অমদা লৈবদা মদু ফংঙোইদা, মবায়বক ফবীনি"।

মধুসু মখা খবা হংনীংবনি অদুবু পালা নুপী ময়ামদু মফম অমদা শক্কনি হাযদুনা কৌনবকপদগী হৌগৎনখ্রে মখা ৱাবী শাখিদ্রে।

পূন্সি মতাংদু যৌবক্লবদা মানা মানা তম্বা লম্বীদা অদুম চৎনখিবনি লম্বীচৎপা পুন্না খোঙবু ওইখিবদি ঙাইহাক্তনি।

ওঝা কৃষ্ণমনীনা খোবক্লুনা মানা য়োম্বীবা অথুম অহাও ময়োমদু মধুদা পীবদুনা হাযবকই,- ইবুংঙো হয়েং দেবীগী বলি নুমিৎসিদি অয়ুক প্রসাদি খুল্লুবাও, চীন্না বার্ত্তোন কৎলিবসিনি, কবিমত্তা চিংনগনু ঐনা কৎপা উৎসবনিকো।

# মসিসু শেন্দাল লম্বী অমনি

ঙসি ৱাংখৈগী 'তম্পাকলৈমগী লুহোংবনি। যন্দংখোংদগী ইতোচা কৌবা নিপা অমগা মাগা লুহোংখ্রে। গাড়ী ময়াম অমগা বস অমগনা লুহোং থিনবা চৎপা ময়ামদু থিন্নবা শেম শানবিবদুদা অঙম অঙম্বা গাড়িদা কাখৎনখ্রে। লুহোংবা থিনবা চৎলিবা ময়ামদুগী মনুংদা তোলহনসু নুপী ময়ুমগী ওইনা বসতা কাখৎলি। বস অদুদা তোংলিবদু নিপা ময়ুম নুপী ময়ুম ইশু শুবে। গাড়ী চেনবা হৌখ্রে। লুহোংবা থিনবদু হাইফেৎ খোঙহাই চাদবা লমসু লাপ্পা মফম অমা ওইবনা গাড়ীদু খবা কন্না থৌনৈ। মতমনগা ফত্তবগা মীশিংসি নুংদাংবু ওইখ্রবদি ময়ুমদা হঞ্জিন্নিংই। সোবোকসু শূমাঙসু খুদোংথিনিংঙাইদি ইওই ওই যুগ অসে। শূবগা চাগনি হায়না খল্লিবা ববসি থাগৎনিংঙাইনি হায়না শোন্নবকই। বব অসি ফর্নিচব শূবা ফম্মুং কাংথোল চনবা মিস্ত্রিনি উশঙদা থবক তৌবা লাকপদগী লৈকাইদুগী নুপী অমগা অবাপ্পদা লৈবা মাগা চাবৌ মৌবৌনবা অমা খোক্লকপনি। গাড়ী অদু চৎলি যন্দংখোংগী মায়গৈ তম্না লুহোংবা থিনবগী খোঙচৎতা। তোলহন নহান লুহোংবগী ৱা লেপ্লবা ওইনা যন্দংখোং অনিবক চৎলুবে। মদু নিংথিববা খুঙ্গং অমনি, শীঙ্গীনা নম্না তাবা চীঙ্গোন্দা য়ুম তাবা তেবা পাম্বী কাবুলিয়া পাম্বীনা কুঙনা লন্না ৱাংবা তান্নবগুম খম্ব্রাং খম্ব্রাং লেপ্তুনা লৈ। ফাইবেন থানি, তেবা মপাল অঙাংবা শাৎতুনা চীংয়াদনা হানৌনা লেঙ লেঙ চৎলকপা মতমদা অবাপ্পদা অনকপদা তুম্নৌনা য়ুমথক কুপ্পা খুঙ্গংদুদা লমখুনুনা মখৌ পোঙনা খোংবা চোংঙা অমুবী শঙ্গুনা কাবুলিয়া পাম্বীদা তোংলিবা, উবোক্লা লমহাঙগী লৈতেং ওইজবিবা মতমগী নুংশিংনা কয়া য়ৌঙমদবা লমদম অমা ওইবম্বদুবু উবদা তোলহন নুংঙাইবা অমা ফাওজে।

ঙসি সহবগী লমদমগী নুপীসু লমদমসিদা ওঙবা য়াওবকইবসি ফনবু নুংঙাইবা ৱানি। ৱাখলসি খন্না চৎলিবা তোলহন্না অতোপ্পনা ঙাঙনবকপসু বস মনুংদুদা তাবা ফংই। খবা অমনা শোন্নবকই, ওঃ তম্পাকলৈমসে মাঙঙেদো, মানা আ কদায়দা উচি মখুন অমদা চঙদুনা ময়ুম পাল্লুবিবসে। য়ানীংদবা অমনা খুন্নকই, "নুপীগী পুন্সিদা ময়ুম অমা লেপ্পা ফংজবা হায়বসিদগী হেনবা লৈত্রবনি, শাজা য়ুথকপা নৎত্রবদি মবমবু ওক্লবদি মবাইনা

নুংঙাইজবক্কনি। মদুবু য়ানীংবা অমনা অমুক ওক্কুনা খুন্নকই, হৌজিক্তি পক্ক-বায়ন য়েংবসি কুঠি নৎত্রবসু ডাক্তবদা কাদুনা ব্লদ টেষ্ট তৌবনবু চুন্নবনি। তোলহনসু সুম তুমিন্না ফমদুনা লৈবদু তাদুনা বাবীদু য়াওশিল্লি। নিপা ময়ুমগী অহল অমা নক্কা ফন্নমই। মানা হৌনা ঙাঙলকই, ইচিন ইনাও কনানবু হল্লমদোইনো, নুপী ময়ুমসি কোনুং খরা নক্কা লৈ ঐখোয়গা মতীক মপা চাদবদি ওই, অদুবু হয়েং খঙবীবক্কনি ঐখোয়গী নিপা অসে খুঙ্গংদগী ওইজববসু মরম ওকপগী হায়রুববদি অতাঙবনি, কালগী থবকসু অমত্তা য়াওজদবা পুন্না সিথানি, নিপা অমনি হায়বদা পংবাৎ বাৎত্রবনি। নুপী ময়ুমগী অচাওবম পাম্বা খবসু য়াওরমই। অমনা য়াওশিল্লকই, "হেবা চমদুনবু চমফুৎনবু কয়াম হাওবনো, ঙসি বোকেটকি য়ুগসিদা মোবাইল ফোন পায়দবা কাব তোংদবা মীবু মীনি হায়না লৌগদ্রা"। অমনা অমুক পাংশিল্লকই, তামোনা তাকপিবিবদু চুমত্তবজাৎনি নুংঙাইগে হায়ববদি পৈশা চঙই, পৈশা থাধদনা নুংঙাইবা ওইথোক্তবনি, মবম ওকপা ঙাক্তনা য়াবোই।

বস মনুং অদু চুকপ কন্না চমখৎনবক্তুনা কাঙমৈ খুবকই। শোব হোনবদা ইফুন ফুনবা হাবা অমসু য়াওবকই। খবনা লোক কংখু খুনবকই। অদুবু, চৎপবু লেপত্রবদি য়ৌশিল্লক্কমালে বস অদু খাম্লে। তাঞ্জাদুদা নহা খবা গাড়ীদা কাখৎলকই। মখোয়না ক্লবকি শঙ শানি মদুগী শেল হাপ্পু হায়দুনা শেল তোনখিবদৌনা চঙ চঙদুনা থৌববি। ময়াম তৌবক্লিবা মতৌদো কয়া য়েংনীংত্রবনি অদুবু, য়ুমদা লৈহৌবা মমা-মচা, মচীন-মনাও, নুপী-অঙাংশিং অমুক উনবা ফংগে হায়রবদি পৈশা খবা তিংথোক্তুনা শেনখায় খরা তিংথোক্তুনা তঙাইফদনা অঙম অঙম্বা পুথোক্লবকই।

তোলহন মদু উকব্বদা খল্লকই, "য়ুগসি শূবগা নোম্লগা শেল তানগদবনি হায়বসি কাওনম্লে"। কনা অমনা তলব ফংগ্রে শেল কায়গ্রে হেক খঙবগা মদুগী শরুক খবা পীয়ু হায়দুনা শরুক তানবসি শেম্মোক লম্বী অমা ওইরে। মদু হৌরক্লিবা অঙাংশিংনা জ্ঞান হেক তাবকপগা তমগ্লগদবা লমচৎনি অদুনা সংস্থান অমা হেক লিংবা অদুগা গ্রান্ট তান্নবা লোন লৌনবা বানোম্বা এন জি ও তৌবা মদুগী লাকপা পৈশাদুনা লম্নাইগী ওইথোকপা মীয়ামগী সেবাদদি কয়া শিজিন্নদবা মদুনা চৎনবী ওইরে। মসিদি ইকাই খঙদ্রগা পুক থল্লি হায়বদুনি।

ময়াম নিপা ময়ুমদা চঙলকই। লমদি পাক চাওই শূমাঙ থেলোং মবাং কায় ময়াম চঙদুনা ফক্তা ফমথনৈ। চান থক্লবা দক্ষিনা য়েন্নকই। ঙসাই নুপী ময়ুমদা য়েনবদা দক্ষিনাদা লুপা তবা চংপী অমমম থুংখি। অদুবু, সিদদি কবোক অফাবা দোনা অমমমদগা লুপা চংপী চান্দি অমমমনা দক্ষিনা তৌবকই। ময়াম বাদি ঙাঙনদে অমনা অমদা য়েংনদুনা মমীংনা অঙকপা ফোঙদোক্লুনা হংনবকই, "হৈমা, কৈনোনহে তৌরিসিবো লুপা চংপীকা হায়বা চাক্লিবদা পীবদা ফাওবা লৌদ্রবা মতমসিদা কদায়দগীবু থিরুবিবনো ময়ামসি কোন্ননবা অচোইবা কায়রুবিবনো। নুপী ময়ুমগী ময়াম চানবগা দক্ষিনাগা থুংবদা ঙায়বি কোম্বোঙলোমদা খংন চৈনবা অমা তারকই, ময়াম ওমশিন্নৈ। তোলহনসু চেম্বোকই মবমদি অঙাং জ্ঞান তাদবা মশেল য়ৈনরকপদা নুপী ময়ুমগী মবৈকাইগী অঙাংশিং য়াওবমদুনা খংন-চৈনবা থোক্লম্বা তারবদি চোংথোক্লুনা খামহৌবা তাই। মতমসি ফত্তে অদুনা হনগদৌবিবসি লাপই নুপী অঙাংশিংসু য়াওবি।

ময়াম কয়া খামদোক্লমদে। নহা খবনা চঙদুনা মী অমা ফুবি। ববগী ময়াম্বনি, ববগী ময়াম্বনি হায়নৈ। তোলহন পম্বদনা মবক্তা চোংশিন্দুনা খামই, "ইচাশা ইনাওশা' কৈনো তৌনবিবসি, য়েংও খংনখিগনু"।

মখোয় খবা হন্দোক্লম্রে। ববগী ময়াম্বদু ময়াম্মা ইমুংদা চঙহনখ্রে। নহা অমনা হায়রকই, "পাবুং, ঐখোয় লৈকাই ক্লবনা বাবেপ লৌগ্রবনি লুহোংবদা কবোক কা দক্ষিনা তৌনদবা হায়দুনা, অদুগা মানা অফাওবা শাদুনা ঐখোয়গী বাবেপ থুগাইবিবনিদো অদুনা খবা থীন্দবা য়াদদুনা তৌবনি।

মানা খাম্বদুদা অঙাংশিংদুনা য়াবদুদা তোলহন খবা নে তাবমই, হায়বমই, "য়েংও ইচাশা ইনাওশা! নখোয়না হৌদোক্লিবদুদি য়াম্মা ফবা বানি, লুহোংবদা কান্নদনা শেল চঙহনবসে ঐখোয়সু পামদে, অদুবু খংন চৈনবদি তৌনুসি ফজনা হায়নবগা লোইবেনে নখোয় খবা তপথৌনে"।

অঙাংশিংদু তপথম্লে। ময়ামসু চঙদুনা ফক্তা ফম্লম্রে মিহুল চেনখংনখিবদুসু খবা হম্বনবে। চাদি চাঙাং ওইনা তৌই থৌনাও কংনরক্লবদুদদি মদুতনা থৌনাও চোংহন্নবা পাম্বে ওইদুনা ময়াম ঙাইনরকই মাগী মাগী মপা য়ৌনরকপা। তাঙ্গাদুদা নহা ময়ামদু অমুক চঙলকই। মখোয়বু উরুবদা চা

য়েনবদু লেপস্ত্রে। কন্যাগী পোৎলোই হোংবা লোইস্ত্রে হায়নবকই। মাম্মনা ফম নাম্বগী মপা য়ৌরক্লে। নহা অমনিনা ফন্নিবা নুপী ময়ুমগী মী পূম্নমক্তা চঙ চঙদুনা চান্দি লুপা ময়েক দক্ষিনা তৌখিবদু থুংবা থুংদবা থিদনা মী খুদিংমক্তগী লুপা অমমম খোমগৎতুনা লৌখৎখি। নহানা খোমগৎপা পৈশানিকো হায়দুনা য়েৎনদনা ময়াম লোইনমক পৈশা পুথোক্লবকই। লুপা চৎপী থুংখিবা কাংবুনা লুপাদু হন্দোক্লে দক্ষিনা থুংহৌদবা কাংবুদি লুপা ময়েক য়াওদবনা লুপা মঙা চৎপী তবা চৎপী নোট ওইনা হন্দোক্লবকপসু য়াওখি।

# মেক-অপ

ব্রজেন্না য়ুমদুদা হেক চঙলকপগা মেক-অপ তৌবা লাকএ' মেক অপ তৌবা লাকএ' হাযদুনা ইনিল নিন্নবকই। য়ুমদু মী মশীং ফনা য়াম্না তিল্লমই মথং মথং চঙলকপসু লেপত্রি। নোং চুখিবগী ইংখোলকদু ইচোৎ চোৎলি। উ ব্বাকাদু ইতেক তেকথদুনা মক লূক্রা লৈ। সুমাঙদুদা ইচে থোইবীনা কন্না মাইবী জগোই শাগৎলি মফি মবোলকা মফম মবাং খঙদনা। ময়ামদুনা তিঙক তিঙক য়েংলি ইচে থোইবীনা মচান্দা শক্লি-

কুঞ্জমালা ভঙ্গাইবে

ভানুবী মতৈ ফৈগঞ্জাও

তোনুগী মবুং কাংদ্রুমথুন

লৌনবে লৌনবে ঙাখা তুঙ্গোন স্বায়।

মানা শক্লিবা ঈশৈসি অনৌবা নত্তে, ব্রজেন্না কযাবক হন্না তাখ্রে। নোংজু পন্থাগী ঈশিংনা মংহিদেন পাৎথবী ঈশিংনা স্বায় পাবা মতমদা ইচে থোইবীনা ঈন চিংই অদুগা পংশক্তা শক্কুনা লৈবা ঈশৈনি। মানা হাযখি, মদু অদুঙৈদা মমাশিজনা লৈশাবিঙৈদা ফৌশু লঙনবদা শক্লবন্বা ফৌশু ঈশৈনি হায়।

তৌবল্লিবা মতৌদি মওং অমনি ইচে থোইবী মাইবী লাই তোংলি মশমকা ইফা ফাবদুনা অদুগা মাগী নিপাদুনা মনম পোম্হোক্কুনা নিঙ্গাং ফমদুনা তুমিন্না লৈ। মী খবনা ব্রজেন্দা ফম্লনবা মোবা থাই। ব্রজেন্না মোবাদুদা ফমথবদুনা মাগী মেক-অপ বোক্স অদু নাকন্দা ঙাদুনা থল্লগা কৈদৌদোইনো খঙদনা তুমিন্না লৈবমই। সোমদনা মাইবী জগোইদি তান অথুবী অমদা কন্না চোংখৎলকই-

থিংকোবে থিংকোবে, থিংকোবাংমৈ থিংকোবে

লাইবেনকোকপা থিংকোবে, অথিংকোবে থিংকোবে

যা যা হো যা, যা য়া হো যা . . ..... .

লৈকাইগী লাইহবাওবদা লমথোকপদা থব্রায য়াওজনা শকক য়াজবী মাইবী জগোই শাবদা মাঙজিন থাদুনা অশেংবা মাইবীশিংগা লম্বা তৌ তৌদুনা চোংবদা মাইবীদগী হেল্লিবী ইচে থোইবী শেৎতোক চাথোবকপদদি মচু তাজবী কেথোবকপদা মতৌ অমা লৈবিবী লৈকাইগী ধর্ম্ম কর্ম্মদা মাংজিন থাবী ইচে থোইবীনি। লৈকাইগী অহলসু অঙাংসু মঙোন্দা ইচে থোইবী অদুম কৌই। লমতা থাংজগী শবোয থাঙবদা ইচে থোইবীগী মশক মগুন চপ চানা উবা ফংই। মকোক্তা কোকশেৎ অমা শেৎলদুনা লেংজুমদা থাংজৌ হাইগৎতুনা খ্বাংদা খ্বাঙচেৎ লাক্তুনা লৈবমউদো খঙগনি হাযবগী মওংদা জম জম থোবকপদি শবোয ঙাবোয কা হাযবদু লৈবম্লবসু কযা কন্না ফেব তৌবা ঙমংদবা মান্দে। মথৌসু চিনখ্রপোৎনি, কৈথেন্দা পোৎ তীক্লুবা মদু লৈকাইগী পোফমদা থোক্তুনা যোম্থোকপা, ইমুং মনুংসু অদুম মযেংশিনবা লৈকাই থৌ নিংথৌ  থৌ ইচীৎতা চীৎথদবীদো ঙসিদি মীনা ফীঙৌ ফৌখ্রবা মাগী শূমাঙদুদা শাদুম শাদোক্কে হাযবগী মতাগুম মাইবী লাই কন্না তোংলি। মযাম্না কুন্মৈ যেংলি।

ব্রজেন্দ্র লৈকাইমচানি। শিনফন্না মেক-অপ মেন ওইবক্বদুদা যুমগী মখাদদি ইবৈ লৈতে। ড্রামা সিনেমাদা অমা হেক লিংথৎনবকপদাগী থবক ইব্রাৎ ব্রাৎত্রে মবমদি মাদি শেলসু যাম্না তানা লৌই। শউনগী উপু অমদা কাখল নাইনা লেংদুনা থম্লবা কোসমেটিক মযামদু মানা মপান্দগী চেন্দুনা লাঙদুনা থমই। ড্রামাগী গ্রীন রুমদা সিনেমাগীনা মচি অমদা মানা মী কযাদা মেক-অপ তৌখ্রে। কুচু মুহনবা, ঙৌথোকহনবা, অহল ওইহনবা, কোই হাপ্পা, শম শঙবা, মায চাম্বা উহন্দবা কযা অমা অশেংবদু কুপশিল্লগা মচু মবাংদুনা পুমওন ওনবা শক্লোন অমা পুথোকপনি। হন্দক্তা হোলিউদতা উৎলুনবা বার্ত্তোন তৌবক্লবা কংলৈ সিনেমানা পুথোকপা সেলুলোইড ফিলমদুগী হেবোইন্দু ব্রজেন্না মেক-অপ তৌখিবনি। মা মী কযাদা মেক-অপ তৌখ্রে। ফাইবেন লমতা থাদা লুহোংবা পাম্থা ওইনা তৌবা কান যৌবকপদদি লুহোংগদবা কন্যাগী মেক-অপ তৌবগী থবক অমগা হাপচিল্লক্কনি। নুপীমচাশিং মেক-অপ তৌবসিনি খ্বাযদগী কোক ঙাওবিবসে মখোযনা মিংশেল যেং যেংদুনা তাকশিল্লকপদা জ্ঞানকা পূম্মাঙ মাঙখি। অদুদা নত্তে, মিস কন্টেষ্ট, ফেসন সো লাকপদা অমুক্কা থবক হাপকৎলক্কদৌবিবনি। লাইবক ফদনা মনা মেক-অপ তৌখিবী নুপীদুনা ঙিনবকা ওইবক্লবদি দক্ষিনা চাওই।

ব্রজেন হাপ্তা অমগী মমাঙদা য়ুম থাদোক্লুনা শিলচবদা মৈতৈ লুহোংবা অমগী কন্যা মেক-অপ তৌননবা যাম্না অখন্ননা নেক্লকপদগী চৎলুদুনা ঙবাং অহিংদা থুংঙবদা ঙাযবি। ঙসি অযুকসিনা ইচে থোইবীগীদা মেক-অপ তৌবা লাক্লবা যাদে হাযদুনা লাক্লিবনি।

কন্না চোংলুবদগী খবা তপথবক্লবা মতমদদি ইচে থোইবীদু শোব মপী হোল্লদুনা শদৌ থোংবমখৈ চোংনা চোংনা ব্রজেনবু উখিবমই। অদুদগীদি মনাক্তা প্রপ প্রপ চঙলক্লুনা হাযবৈ, ইবুংঙো ব্রজেন নঙ লাকপা ফবেদা, যেংও ইচেনা নঙগী অরামন চপ চানা তৌনি খবা কেদবা যাদদুনা নঙ কৌবিবনি। মী অনিনি নঙনা তৌদৌবিবসে, ঐসুনি অদুবু অহানবদা নচননুপী চনহনবী হান্না তৌ। আ শঙ্গোযদা হীপ্তুনা নঙ লাকপা ঙাইদুনা লৈবিবসিনি। ফোটোগ্রাফবসু কৌখ্রে লাক্লনি।

শঙ্গোযদা ফীঙৌনা কুপ্তুনা ফক অমাদা হীপ্তুনা মী অমা লৈবি। মনাক্তা মী খবা অমনা শঙলি। অদুগা ফীঙৌনা কুপ্তুনা হীপ্লিবীদো চনুহনবীনি হায। ব্রজেন্না মমাযদু মেক-অপ তৌগদৌবিবনি। মা মমাঙদা অদুগুম্বা মেক-অপ অমত্তা তৌখিদ্রি। ৬কপা অমগী মথক্তা হৈনদবা অমসু কন্না ফাওবকই। মা চনুহনবীনা অঙাং ওইবিবৈঙেদগী লৈশাবী ফাবকপা উদুনা লাকই। ঙসিদি লৈশাবী মপুং ফাববা মতমসিদা মা শিববা হাযবদুনি অদুনা যামফক তানা হীপ্তুনা ফীঙৌনা কুপ্তুনা লৈবিবসিনি। অদুগা মমাসিনা ঙাওবদুনা মচানুপী লৈশাবী অসি শিবদা কপকে হাযদ্রদুনা জগোইদুম শাবি যা যা হো যা হাযনা মচীন্দা লাওবদুনা অদুগা মাগী নিপানা ফুম্বংনদুনা ফল্লি, কনাসু কপ্তে তিল্লিবা মযামদো। ইচে থোইবীনা ৱা হৌনা হৌনা ঙাঙলি, "মেক-অপতু লোইববদি কন্যাগী ফি শেৎপিবদুনা নিপা মযুমদা কোক হেক থিন্দোকখ্রসি"। পোৎলোইদি তৌবনুসি অহানবা লাঙবা মাগী ফনেক মপান নাইবা অমা লৈ, মদু হেক্তা শঙ্গাহল্লসি।

চনুহনবীগী থৱায যাওদ্রবা হকচাংদুদা মখোয খবনা ফি অহনবা হোংদোকপিবি। ব্রজেন্দি পুন্নমক্তু লাপ্তক্লা উবনি। ব্রজেন্না নিংশিংলকই মকে শেম্বদা ঙাওজবী চনুহনবী কেবগী মচল হংবা লাকই। ইংখোল মচিদা হৌবিবা এলো বেবাদু মানা মকা মকা শেৎপদা মকক্তা ইকোক কোকই। ব্রজেনখোযগী লৈহাওপাম্বীদা কাদুনা লৈহাও হেকপা লাকই। উ কাবা যাম্না হৈ নিপা নহাদৌনা তৌবনি। ঙসিদি ফক মথক্তা অনৌবীগী ফীজোল শেৎপিবদুনা মমা

অসিনা নিপা ময়ুমদা থিনগদৌবিবনি হায়দুনা কন্না ঙাওবি, অদুগা কুম্মৈ পাম্বা কনানা কুম্মৈ য়েংদুনা লৈনবি।

ব্রজেন হৌজিক মেক-অপ তৌবা তাবি। লৈকাইগী খবা জ্ঞান তাবা অহল ব্রজমনী য়াওবি। মানা হায়বকই, "ইবুংঙো ব্রজেন তৌদবা য়াববোই, মেক-অপনি হায়দুনা খবা কোক হেক তৌবসি মমা অসি পেন্ননবা"। ব্রজেন্না খুমই, "তা ব্রজমনী, তাদসু খবা য়াওবীয়ু ঐদি ইহে হৈনদ্রে। হিপহল্লগা মেক-অপ তৌবা নুংঙাইবোই, শৌগৎলগা ফক্লাংদা ঙাথদুনা ঙাক্লগা ফমহনসি। . থুনা হেক্তা লোইজগে"।

ব্রজমনীনা খুম্নকই, "ফমহনবা য়াববোইনে ইবুংঙো। নঙ তারবা নত্রো থৌবী য়াম্দুনা শিবম্বনি। মঙক অসি থৌবীনা লাকশিনবগী লেকথববনি, শৌগৎপা য়াবোই"।

মানা মখা তানা হায়বকই, "থায়নদি সিগুম্বসি ষনগাড়ীগুম্বদা হাপ্লগা মঙাবককানবীদা হন্দোকনবমইপোৎনি, পোৎলোইনবমপোৎ নত্তেনে"।

ব্রজেন ঙাইহাক্কী মমাঙদা চনুহনবী থৌবী যাল্লমই হায়বদি তাববনি, হংবা চৎকেসু তৌবম্বনি অদুবু ইচে থোইবীনা অমুক্তা থুনা চৎথোবকউ হায়দুনা পাও থাবকপদগী লাকপনি। ব্রজমনীনা হায়, "অয়ুক যাহৌবদা মাঙ্গোলগী উখোকতেন্দা যান্দুনা লৈবম্বদগী মমানা হান্না থেংনবক্কুনা থৌবীদগী মানা লৌথবনি হায়"।

মমাদুনা হন্না হন্না হায়বি, মেক-অপ তৌবা লোইববা মতুংদা দলাইদা ফমহল্লগা নিপা ময়ুমদা থিনগনি। লৈকাইনা পোৎলোইনবা শেম শাবি সোমদনা মমানা নিপা ময়ুমদা থিনগদবনি হাযবি। কনাগী মৱা লৌগদগে ময়াম পংফমদা ফমদুনা চবুন চবুন লৈবি। মপাদুনা ফুম্বংনদুনা লৈ মমাদুনা লাই তোংলি মবক্কুদা ব্রজেন মেক-অপ হৌনবা শঙ্গোইদা অনৌবীগী ফীজোল শেৎপিববী চনুহনবীগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং তাদুনা লৈবিবদুদা মেক-অপ তৌদৌবি।

ব্রজমনীনা হায়, "ইবুংঙো ব্রজেন, তৌবে হায়বদং থোকউ, লাইট ওইনা খবা কোক তৌশিল্লো"।

মমাদুনা চঙশিল্লক্কুনা হায়বৈ, "ইবুংঙো হোবেন ফাওবা কুইনা চৎনবা খবা থানা তৌসিকো। নচনসি মীগীদা চৎখিগদৌবিবনি ফজহল্লুকো"।

## বার্থ ডে

সনাথোইনা মাগী খরা নক্লবা মরুপ মপিজা খবা বার্থোন তৌবে অখন্ননা জেনিফববু মবক মরক্তা য়ুমদা লাক্নুনা য়েংবিবা ডাক্তর চন্দ্রগী ইমুং মনুংবুসু অখন্ননা বার্থোন তৌই, মাগী মচাশিংসু পাও তাকখি। লৈকাইগীদি অদুম পাও তাকখিদ্রে, অঙাংশিনা মীমান্নদবনে থৌরমসিসু ইচম চম্বনি অমরোমদা মচানিনা মমা মপাদা পংনুং নুংশিকব্বগী বানি মীনদি কয়া নুংশিপোং নত্তে। অচা অথক মবাং কায়না লাওগ্রে। নুংখিলদগী পোংলোই শেংপী লাক্নুনা পোংলোই শেংপা হৌগ্রে। নুংঙাইবগী ঈরাং অমদা পোংলোই শেংপীদুনা হায়বিমখে ইল্লদুনা পোংলোই শেংকংগ্রে, কয়ামুক্কী মতীক হায়বা ইনবগে হায়ববু য়েংতুন্নকা শোয়দুনা মবুক্নুদা থিল্লবফাওবদা অয়ো হায়বা ফাওবা হায়খিদ্রে। ময়াম লাক্লবে মথং মথং। মী ফমফম কা অদু ঙসাইনা নিংথজনা শীং শেংদুনা থল্লবনি, মদুদা অঙাংগী মপাদুনা কৌশিন্দুনা ফমহনগ্রে। সনাথোইদি মচাগী পোংলোই শেংপগী কুপ্পোদুদা ঙাওদুনা লৈরি। মচানুপীদুনা নিংঙাইদনা তৌদুনা লাকপদু ঙসিদি অসুক হবাওবসি মাগীসু পূক্লিং নুংঙাইবা নুমিৎ অমা ওইবে।

মীগা মীমান্নদ্রবা মচা অমা য়োকপা থাকপা তৌরকপা অমা ওইনা সনাথোই অৱাবা কয়া মোমোন নোক্রা খাওদুনা লাক্লি। পাওরৌদা য়াওবা বাফম কয়া মঙোন্দদি ইচুম চুমদবগুম তৌই। মবা ফত্তবা শিবা ঙাইয়ু মচা ফত্তবা চাওবা ঙাইয়ু হায়বদু মঙোন্দদি মচা চাওরক্লিবা মখে বাবনা হেক্তিল্লকই। খবা পীক্লিঙৈদদি চাগে থক্কে হায়রম্বদু ঙসিদি শকফম ফীভমদা মীমান্নদ্রবসু জেনিফব লৈশাবী ফাবক্লে। লৈকাইগী লুহোংবদা কন্যা থিনবদা থোন মৈদুনা থোবকপদু কোম্বোংদা চেপ্পোক্নুনা য়েংই অদুগা মমাদা নিংঙাই তৌই, "ইমা ঐসু পোংলোই শেংপীয়ু"। মচাগী অনীংবদু থুংহন্নবা মমানা গোষ্ট অষ্টমিগী যনশেনবা য়াওহনবা কৃষ্ণগী ফীজোল শেংহন্নবা হোংনরব্বদা কপখিবদগী বাম্বুরক্তদুনা শারে হৌরক্লগা শোর ফুন্দুনা হেক্তা লাক্লবনি। ডাক্তরনা হার্ট অমদি লঙসতা বেরা লৈ অদুনা য়ারিবমখে শাওহনগনু কপহনগনু হায়বদগী মমা মপাদুনা মাবু থেমদুনা থল্লবা হোংনবদা অৱাবা অমা ওইরবনি।

মমানা মচানুপীগী অপাম্বদু থুংজবদা পোংলোই অমুক্তংদি শেংহনগে খন্দুনা কাইনাদা কংপা বসন্তবাসদা পোংলোইদং শেংলগা ফমহনবীয়ু

হায়জকরবদা য়াবিবক্তবদগী মচানুপীসি কবম হায়না থেমগদগে খনবদা অৱাবা অমা ওইখি। লুনা চান্না তৌবদগী কেথোক্তুনা পোৎ-চৈ থুগাইদুনা কাং-খোং চাইহল্লকপদগী ফুকবসু যাদা য়াম্না ৱানা খাঙলকপদগী উপাই লৈতদুনা মমা সনাথোইনা মচানুপীসি পোৎলোইদদি শেৎহল্লসি হায়বদুনা মাগী বার্থ ডে নুমিৎতা ওইনা তৌবগে নীংলকপদু ঙসি তাববে। ডাক্তব চন্দ্রসু মাগী নুপী পুদুনা য়ৌবক্লে।

ময়াম্না পুবকপা প্রেজেন্টেসনশিংদু টেবল মথক্তা অবংবা মচু মচুনা য়োমদুনা লোনখৎনদুনা লৈবি চোকলেট, বার্বী শান্নপোৎ, ফিবোল, টি সার্ট পুম্নক্তুদা জেনিফব পূক্লিং চঙদে মাগী হায়ববু মিংশেল মমাঙদা মাগী পোৎলোইদু য়েংলদুনা লৈখ্রে। মাবু মী ফমফম কাদা মোবা অমদা ফমহল্লদুনা ময়ামগী মবক্তা য়াম্না হায়না তানা য়ানা লেম্না ফমদুনা লৈখ্রে।

মোমবতি মুৎথৎখ্রে কেক ককখ্রে, ময়াম হেপী বার্থ ডে টু য়ু শকখ্রে। চানবা থক্লবা য়েল্লক্লে মযাম চাবা থকপা হৌখ্রে। পোৎলোই শেৎপীদুসু বার্থ ডে লোইবগা পোৎলোই হোংদোক্তুনা পুখিনবা ফমথদুনা জেনিফবগী বার্থ ডে য়াওবি। ফনা কুইনা মবম ওক্না ফমদুনা লৈবন্থনি অদুবু কুইদে মাগী ইবাং অমা অমুক হৌবকই, "ইমা ঐ লুহোংনীংই"। মযাম ৱা লাওনা নোকই। সনাথোইদি মীমাঙ ফল্লমই। লুহোংনীংইকা হায়বসি মীয়াম তিনবদা অদুক ফোংনা ঙাঙনদবনি অদুনা নুপী অমনা মীয়াম মমাঙদা লুহোংনীংই কা হায়বা যাবপোৎ নত্তে। সোমদনা শক-চুদা, ৱাখল-পূক্লিংদা মীমান্নদ্রবী অমসু ওইবিবা মঙোন্দদদি অচোপ অবেম কা হায়বা ৱাফম লৈপোৎ নত্তে। ৱাফমদু অমুক হল্লক্তনবা মমানা থৈদোক্লবা ফনা হোৎনৈ অদুবু জেনিফবদি অনম কনশিল্লকই, "ইমা ঐ লুহোংনীংই"।

বার্থ ডেগী নুংঙাইবন্বা কুন্ধোদু কায়বা তাবক্লবদদি ডাক্তব চন্দ্রনা হৌদোবকই, "ফবেনে মখুৎতা লৈ পবেং অমা পীবো অদুগা কনাদনো মানা পান্বা অমদা হূকহল্লো, মদুনি লুহোংবা হায়বদো কৈনো"। ৱাফমদুদা ময়ামসু য়ানবে অদুদি মমানা ইমুংদা চঙখিদুনা উপু মনুংদগী বথযাত্রা নুমিৎতা জগবন্ধুগী কাংদগী ফংলকপা লংহুমগী অঙৌবা পবেংদু জেনিফবগী মখুৎতা পীদুনা মানা অপান্বা মী অমা খল্লগা হূক্লনবা পীরমই। শম্না হায়ববদা জেনিফবগী

স্বয়ম্ববনি, মানা অপাম্বা মী অমা খল্লগা লৈ হূক্কদৌবিবনি। ময়াম বার্থ ডে য়াওবীয়ু চাবীয়ু থকপীয়ু হায়দুনা বার্ত্তোন তৌদুনা কৌবগা ওম্থোক্লা পাল্লোইদবা, পক্তবা, নাতে চাদবা কুম্কে অমা হাপচিল্লকপসি কার্ত্তুন পীকচবদকা তৌগদবা কার্ত্তুন মানবা থবক্লি পোৎলোই শেৎলবী নুপী অমনা বার্ত্তোন তৌদুনা কৌবা মী তবামুক্তুদা অমদা খল্লগা লৈ হূক্কদৌবিবনি। মতুং তাবদা কমদৌবা তাবিবা। চুম্লা লিলা ড্রামাদৌনা খন্দোকপা য়াগদৌবিববা মমা মপা ইমুং মনুং পূম্বা লাংতক্লবা ফাওবক্লে। মখোয়দা ফাওবা খম্থবদা মচাগী কুম্কেনি হায়না তৌবিবদু বাশী অমা য়াওবক্তবে। সোমদনা লৈ পবেং খুৎতা পায়বদুনা, কন্যা অমগী শক্তম মাল্লবী জেনিফবনা পোৎলোইদুনা হাইবদা নোমহৌ নোমহৌ কোয়না য়েংলকই, কনাদবু লৈ পবেংদু হূক্কদগে। ময়াম্লা য়েংশিল্লকপদুদা খবা হৈনদবা ফাওবদি মাল্লি অদুনা ওইবা তাই মনাক নক্লা ফল্লিবা অমদা লৈ হূকখিবমই। ময়াম খুবাক খূবমই। অতৈ কনাদসু নত্তে মাবু লুনা তৌবা মপাগা পোকমিন্নবা মনে অতোম্বীদুনি। মনেদুগী থম্মোযদু পেৎশ্রমাল্লে মীমান্নদ্রবী মমৌ নুপীদুদা কোনশিল্লগা মখোল হৌনা কপথোবকখিবমই। লিলা মখা তাবক্লিঙৈদা কাযনবা চুমই, বার্থ ডে লোইবে। মযাম চৎনখ্রে। ইমুং মনুংনে অদুগা মাবু লায়েংলিবা ডাক্তব চন্দ্রনে পোৎলোই শেৎপীদুনে মখোযদি ফমথহৌবি। সনাথোইসু খবা শোব হোন্দোকচবে। জেনিফবদি থংনবা কাদা পোৎলোই শেৎপীদুনা পোৎলোইদো হোংদোকপিগে হাযবদা য়াদদুনা নিংঙাই তৌবকই। মাদি পোৎলোই শেৎপদুদা পেল্লদুনা লৌথোক্কে হায়বা যাখিদ্রে। মতৌদুদি মমাদুনা পোৎলোইদো হোবেল খবা থেঙনা হোংদোক্লগা মদুগী পুথোক পুশিনগী পৈশা হেন্না পীবগে হায়দুনা উচিন নাচিন্না য়ানদুনা পোৎলোই শেৎপীদু থাদোকশ্রে। মমাদু খাইদুম ইশং শংই, 'সিবু য়ৌববদি থোক্লবা অমা লাক্লনি মাগী অপাম্বসি মনীং থুংলসনু'। জেনিফবদি মাগী শান্নপোৎ থম্বা কাদা পোৎলোইদুনে কবিনে চঙশ্রে। ময়াম্লা পুবকপা চানবা থক্লবা হাংদোক্লনা যেংলি। মমানা থংনবা কাদা ফল্লিবা ডাক্তবদা হাযবকই, "ডাক্তবনা মাগী পোৎলোইসি হোংদোকসি হায়বা য়ানবা অমুক্তা তৌবীবমউ, ডাক্তবনা হায়ববদি মাদি হেক্তা ইনবনি"।

ডাক্তবনা খুল্লকই, ঐ তৌগে য়ানি ঙাইহাক শেৎচখিসনু। পোৎলোইনা য়াম্থবা হায়বসি য়াম্লা লূম্বা পোৎনি মা লৌথোক্লিংলকখিনি, মদুদা তপ্না তৌবা য়ানি। ময়াম চাদু অমুক্তংবু হনখিসি।

চা য়ৌরকয়ে। বারী মখল কয়া কয়াসু হৌদোক্লরকই, ফনা শাংনসু হৌয়ে। অদুবু পোৎলোই হোংদোক্তবদি য়াদরী জেনিফরদি মখোলবু অমত্তা তাখিদবে। মা পোৎলোই শেৎপা ফংবদুদা পেল্লমালে তুমিন লৈয়ে। ডাক্তরনা অনাবা হায়বসিগী খনগল্লি। মানা জেনিফবগী পোৎলোই হোংনবা মতম য়ৌবে খল্লকখি। টাইড ওইনা ফি শেৎপসিসু শোর হোনবদা অপনবা অফা অপুন থোকহল্লি অদুনা মাবু থেমদুনা পোৎলোই হোংহনবা তাই। অদুনা ময়াম্না মী ফমফম কাদা ফম্লহৌরগা ডাক্তব চন্দ্র জেনিফরগী শান্নপোৎ থম্ফম কাদা চঙলকই। মাদি পোৎলোইনে করিনে লৈমায়দা হীগুনা লৈরমই। ডাক্তবনা মনাক নকশিল্লবদা ময়া কাবমই। য়ানুংদা লড় মচেৎ অমা উমদুনা লৈবি। মমীৎসু লংখৎতুনা পাগুদুনা লৈ। মা লড়ুদু চখোম চাওনা হুক্লবদুদা পনবজাৎনি মদুনা নুংশাশোব হোনবা য়াদদুনা শিনবগী মবম ওইবজাৎনি।

ডাক্তব চন্দ্র হৌজিক কবি তৌবা তাই। অশিবা থেংনবদা ডাক্তব অমদি পাখৎপগী মহুৎতা য়াম্না তপথবকই। ওপবেসন থিয়েটব মনুংদা ওপবেসন তৌবদা শিববা মীওই অমা, ইমুং মনুংশিংনদি থোঙজিন্দা ওপবেসন লোইবগা ইস্লোবকপা ঙাইবিবশিংদুদা ডাক্তব চন্দ্রনা কয়াবক হন্না অনাবদু শিবগী পাও পীগ্রে। মদুদি ইবাং কয়া থোকগ্রে অদুবু ডাক্তর অমদা মদুগুন্বা মতাংদুদি থোকখিবদুনা অবোইবা নত্তে কয়াবক হন্না থোবকখিগনি অদুনা মদু থেংননবা লিংজেন থৌনা অমদি লৌশিং চঙই। মদুগুন্না মগুন চেল্লবা ডাক্তব চন্দ্রদু ঙসি জেনিফবগী কাদগী থোবকই মী ফমফম কাদা ফমহৌবিবা মমা মপা মবী মতাশিংদুদা ওপবেসন থিয়েটরদগী মপান্দা ফমলিবা ময়ামদুদা য়ুম্মাঙ পাও তাক্লবা অদুঙেদা থোকখিবা মতাং কয়াদা শিজিন্নখিবা লিংজেন থৌনা অমদি লৌশিং শিজিন্নদুনা ডাক্তব অমত্তনা মমালোন্না ঙাঙবগী পাঙ্গল লৈজদ্রবা অকক্লববা মরোল অদো "আই এম সোবি" সি হেজ ব্রিথেড হাব লাষ্ট"।

# কন্যাদান

নোংয়ায় চবুকসিদা কোম্থোঙ কোম্থোঙদা পাওজেল লাকই তোবর্বান্দা থোবকও মী লৈতবা য়াওই। ময়াম থোক্লবকই কনানো লৈত্রিবসে হংনবকই। অতে নত্তে তম্ফাইবেম্মগী মচানুপী মীওই লাল্লুপ চাদবী অমা লৈবদুনি। লৈকাইগী মীওই খবনা হায়নৈ, অঙাংসি শিখিবনা ফবেদা, মানা যুমলেপ্তুনা লৈবা য়াবসু নত্তে, মমা মপাসি ৱাববনি খবা ৱাই শংজবনি।

মমাসিদি মচা কৌবনিনা ফিভম চাদবীবু ওইজববসু থমোই কায়দুনা কপ্পী। পোৎলোইনবা তৌবসি হায়বা য়াদদুনা কোন্দুনা থমম্রে। নোংয়ায় চবুকসিদা লৈকাই ময়াম পূম্নমক মোংফমলোমদা চৎননবা ময়াম মবাঙ মবাঙ তৌই। অহন খবনা হায়নবকই, নোংঙাল্লগা ফজনা যাত্রা তৌশি। ময়াম থবক মথং মথং তৌশিল্লকই মতমসু অদুম হৌখি। মমাদুনা লাওখোংই।

অনাবী অসি কোক্কা মোনগা তাইনবকইবসি ফনা কুইস্রবনি। মা পোকপদগী মীওই লাল্লুপ চাদনা মীগা মীমান্নদনা হৌবকপনি। মমা মপাদি মবল মথুম মবাং কায়না লৈবা মীনা মীশক মীমায় খঙবা মীনি। মখোয়সু মবল তিংথোক্তনা মপান্দা চৎতুনা ফনা যেংবনি, অদুবু লায়েংদুনা ফবা যাবোইদবা মওংনি ৱাখলদগী, পূক্লিংদগী হকচাংদগী তশেংনা মীমান্নদ্রবনি। চহী মতম শাংনা পুন্সিবোই হাযদুনা অখঙ অহৈশিংনা মোত পীস্রবনি। মবম অদুমক্লা মমা মপা মচেম মনেমশিংনা মাবু নুংঙাইনবদা মখল মখা কযাগী সেবা তৌবীদুনা লাকখি। সমুদ্র য়েংনীংই, প্লেন তোংনীংই, জহাজ তোংনীংই, লীলা ড্রামা যেংনীংই, জগোই শানীংই, থাবল চোংনীংই লোইনা মনীং থুংহন্নবা হোৎনৈ। মীনদি কয়া নুংশিনা তৌনীংবগী মবম লৈতে অদুবু মমা মপাগীদি মনীনি। মা ফমুংদা অয়াম্বা লৈম্রে, হৌগৎলক্তবগী ফবনি অদুবু য়েংবদি লেপ্তে শেল য়াঙ্গোল যাঙ্গোল অমা থাদবদুনা। ফমুংদা লৈখিবসিনা খবা ফৈ মবমদি মমা মপাদা ওম্থোক ওম্থোকপা থবক তৌ হায়দুনা নিংঙাই তৌই মীনা পু থাংবা ঙম্লোইদবা কয়া অমা হায়। ফমুংদা লৈনা লৈনা অমুক তৌবকইবা নীংঙাই অমদি ওম্থোক্লা থেম্নবা য়াদবা অমা ওইবে, "ইমা ঐ লুহোংনীংই, ঐবু লুহোংবিযু।" লৈশাবী ফাবক্লবনি অদুনা নুংদগী ফাওবকপা কনাসু ইনশিল্লুদনা মথন্তা ঈহৌবকপা ঈখিলদুনি মকা ফোংলকইবা। মাগী

অপাম্বসি কবম হায়না থুংহনবা য়াগদৌরিবনো। মদু থৈদোক্লবা হোৎনৈ অদুবু মাদি কাওবা লৈতে।

মপাদুদা তান্নববু শাওদুম শাওবকই, "তোংজৈ মবিন্দা শামু সীৎহল্লু হায়বা নিংঙাইদুনা হেন্না ফৈনে। বর শাবীয়ু য়াগদবা কনানো, লুহোংববু ফাগিবা। মীওই লাল্লুপ চাদবী ফনা ওইজববসু মাসু লৈশাবী ফাগৎলকইবনি লৈ হুক্রহল্লুরবা মতুংদা নিপাদুগী মনাক্তা লুহোংবা থিল্লু হায়বা নিংঙাই তৌবক্লগনা কমদৌবা। ফবেনে, কনাগুম্বা পুকচেল চাওবা নিপা অমনা য়াবিবক্লবসু মখা তাবা থবক্তদি কমদৌবা? শিজপ্রবদি ফগদবনিনে, মী ওৎতুনা অসুম কয়াম কুইনা লৈগে হায়রিবনোনে"?

পুন্নমকসি মমা ওইব্বা তম্ফাইবেম্মা পুক্লিংগী অৱা পোৎলুম্মা নম্বুবক্তুনা লেল্লকইবসি ফনা শাংলক্লে। মায়থোঙদদি কয়া উৎত্রবসু নুংদদি থাঙমদবা মৈচাক্লি। মী তাহনবা য়াবা ৱা নত্তে, শঙ শাদুনা ঙাওনবক্তনি, লৈবাক কুম্মৈ ওইগদবা থবক্লি। অদুমকপু মাগী নিপানা ইথৌ থৌওইবিদ্রবদা তম্ফাইবেম্মসু মী অমা অনি তানদুনা য়েংউবে মচানুপীগী অপাম্বসি থুংহনবা ঙমগদ্রা হায়দুনা। ঙবাং নহালতা খবরদা ফোঙলকখি নুপী অনিথক লুহোংশ্রে অমনা নিপা শাই অমনা নুপী অদুম ওই বব কন্যাগী ফীজোল শেৎলদুনা খববদা ফোটো হাপ্লকখি। মদু নিংশিংলুবদা তম্ফাইবেম্মা ৱাখল অমা খল্লকই, কনাগুম্বী নিপাশাবী নুপী অমা হায়জদুনা ববগী শক্তম লাংবিয়ু য়ানববদি অনাবীসিগী মনীংসু থুংজবে, ওইথোকপা য়াবা ৱাফমসু অদুম ওই। অদুবু পোবম অমত্তা শীনবা মায় পাক্তদুনা লাকইবনি, সোমদনা অনাবীদুনা নিংঙাই কনশিল্লকইবনি। মপাদুসু পুক্লিংদা অৱাবা ফাওই। নিপানিনা মমাদুগী পুক্লিংদা ফাওবিবা অৱাবদুমুক নৎত্রবসু খল্লুবদা মাসু অনা লোয়ববনি।

নোং ঙাল্লক্লে, পুং ঝাল য়ৈবক্লে মোংফমলোমগী থবক লোইশিল্লক্লে যাত্রা তৌবা য়াবে হায়বক্লে সোমদা মমাদুদি অশিবা মচাদু থাদোকপা কৌবা লৈত্রে। তাঞ্জাদুদা নিতিগী লায়েংবিদুনা শাজেনগা লোয়ননা হিদাক তৌবীবিবা ডাক্তব দাসসু মাগী অনাবীদু শিবে খঙদবনা মতম য়ৌবদুনা য়ৌবক্লে।

তুমিন্না ফুম্বংনদুনা লৈবম্না মমাদো ডাক্তব দাস উবদা মখোল থোক্লা কপ্লক্লে, "দাদা, নঙ লাক্লে, ঐগী ইচানুপীসি অমুক্তা য়েংউনে, মাবু শিবে হাযবসিবু চুম্ববানে"?

অশিবা থেংনবা হায়বসি ডাক্তব অমগী পুন্সিদা অনৌবা নত্তে, মাদি ইহ্না হাদে। মানা তপ্না হায়বকই, “নঙ হান্না অমুক্তা পোখাহনবা তাই, ঐ হিদাক অমা কাপ্পীগে”।

ডাক্তরনা হিদাক অমা কাপ্পদগী তম্ফাইবেম্মা তুমথপ্লে। ময়ামসু মঙ্মুম্লে ডাক্তব দাসতি তম্ফাইবেম্মা হীগুনা লৈবদু শেন্নহৌবি। অকোইবদা শীংপা শেংবা মখল মখা কয়াগী চবাংনবা লেপ্পা লৈতে। লৈকাইগী নুপী অঙাং অমদি ইমুং মনুংগী মীওই কয়া মংদগী চোংনা চোংনা কানবকই মৈ ওক্লদুনা মুমদা হুঞ্জিন্নবকই। মঙ্মুম্না য়াওকদবা মী কয়া অমসু শঙ্গোয়বোমদা ফন্নি। কনা অমনা ইমুং মনুংদা চঙদুনা ফমুং কাংথোন হুগৎতুনা শীংপা শেংবা কয়া তৌবি। নিপা হায়বসিদি নিপানি মপাদুদি অব্বা অনা অমত্তা মায়থোঙদা উংতে। মাগী তুন্নিবী নুপীদুগী মনাক্তা ফমদুনা লৈবিবা ডাক্তবদুদা হায়বকই, “দাদা, অদুম ফম্বীয়ু ঐ মপান্দা মী লাকপা উনগে অঙাংশিংনা চাকা তৌবিবনি”।

ডাক্তব কানুদাস ডাক্তব দাস হায়না খঙনৈ ময়াম্মা। মাবু অহলসু অঙাংসু দাদা হায়না কৌই। মা হোমিওপেথি অমদি নেচবপেথিগী ডাক্তবনি, ব্রহ্মচাবীনি। খায়দোক্লিবা ভাবতকী ঢাকা হায়বা বাংলাদেশকী মফমদুদগীনি। নীংতম্না ভাবত ওইবকপদা মা ভারততা চঙলকখি অদুগা বেঙ্গোলদা সবকাবগী ডাক্তবদা থবক পুবমই খুঙ্গং খুঙ্গংদা চৎতুনা মী লায়েংবা চৎলকই। থবক পোখারদুনা পেন্সন ফংলবা মতুংদা মণিপুবদা লাক্লুনা অবাপ্পা চীংখোঙ অমদা অঙাং য়োকফম অমা লিংখৎতুনা মদুগী অশীন অবাঙ অমা ওইনা থবক তৌবা হৌবকই, ঙসিসু চৎথবি। মদু তৌনা তৌনা মানা হৈজবিবা লায়েংবগী বিদ্যাদু মীওইবগী সেবাদা কৎথোক্লুনা লায়েংমন লৌদনা সাইকল অমা তোংদুনা অনাবনা কৌবকপা য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ খুদিংদা কোয়না চৎতুনা লায়েংই। চুম্না হিদাক খবা পীবগা তোকপা নত্তে, ঈশিং লুমদুনা, হীগা য়ৈবীদুনা, শাজেল তৌহন্দুনা নাবিবা মীদুগী পূক্লিং থৌগৎপিবগী থবক অমসু মাগী লায়েংদা য়াওবিবনি। মতৌদি মখোঙ য়াঙবা লাম্মী অমগুমই। তম্ফাইবেম্মাগী ইমুংগা শম্নবকপগী মওংদি মাগী মচানুপীসি তশেংনা তঙ তানা নাবমকসু নত্তে। মা শোনবনি, মীমান্নদবনি ফিভম শোয়বনি। মাবু অঙনবা অয়ুক্তগী মখল মখা কয়াগী শাজেল তৌহনবা হীগা য়ৈবীবা, হিদাক

শেমদুনা পীথকপা কুপস্লবা থবক নর্স অমনা তৌবিবফাওবদা ৱাগদবা থবক্লি। মদু কয়ামকম তৌবা তাবকপদা মদু ডাক্তব অমত্তনসু মায়পুননা তৌবীবা ঙম্বা থবক নত্তে। মদুগী মতাংদা মাবু নুংশিবিবা কয়ানা ডাক্তব দাসকি মমিং পল্লকখিবনি। মাসু য়াবকখি, অদুদগীদি নিংথম কালেন খায়দনা ডাক্তব দাস তম্ফাইবেম্মগী মচানুপী অশোনবীদু লায়েংবগী ওইনা অয়ুক অঙনবদা সাইকল অমা তোংদুনা বেগ অমা য়াল্লদুনা লেপ্পা লৈতনা চৎথোক চৎশিন তৌবদগী লৈকাইগী অয়াম্বগসু খঙনববনি ময়ামগী দাদা ডাক্তব দাস। চুমতা অনাবা লায়েংবীবা নত্তনা ইমুং মনুং খৎনবদসু খামই, থেমই, চৈ-থাংবা ফাওবা তৌদুনা অহল অমগী মফম চাওনা কনখ্রবনি। অনাবা মশাদুনা মাগী অনাবদু তম্খায় অমা ফববগুম খলহনবা ঙমই। কনাদসু তাথী তাওইনা তৌদে। অঙাং য়োকফমদুগী চোঙলম চাদবা অঙাংশিং অমত্তসু ফূ-চৈবা তৌদে। খোইববা মৈতেলোন্দা ঙাঙদুনা অঙাংশিংবু মখোয় লোয়না লোয়নৈ। তম্ফাইবেম্মনা ঙাঙই, "কৈনো দাদা নঙগী হিদাক্কুদি পৈশানা লৈবা নৎত্রা, নঙনা পৈশা লৌদ্রবদি কদায়দগী লাক্কদৌবি?" মানা হেক হেক খুমই, "ঐনা সবকাব ডাক্তব ওইবিগৈদা থবক তৌবম্বদুগী পেন্সন ফংইনা, ঐগী পৈশা য়াম্না লৈ"।

তম্ফাইবেম্মনা অঙাং য়োকফমদা মবক মবক্তা অঙাংশিংগী চাননবা ফৌ তক্কুনা থিল্লি। মদুগী ডাক্তব দাস মানা হিদাক কাপ্তুনা তুমহনখিবী তম্ফাইবেম্মনা তৃম্বদু মীকপ থোকপা ঙাইদুনা ফমদুনা য়েংদুনা লৈবিগৈদা মা মীকপ থোবকই অদুগা কপ্পা হৌবকই, "দাদা হন্দক মবকসি ইচানা লুহোংবিয়ু হায়না যাম্না হায়বম্বনি, ঐ ইচাগী নীংবা থুংহনবা ঙমখিদ্রে। ওম্থোকপনিদা ঐগী লাইবকসে, হিংলিগৈদসু মীমান্নদবনা ময়ামগী নুংঙাইবা অমত্তা য়াওবা ফংখিদ্রবনি, দাদা ঐসু শিজগ্লগে ঐঙোন্দা হূ পীযু মদুনা ঐগী অৱাবা কোক্কনি"।

খবা কুইনা কপহল্লবা মতুংদা তম্ফাইবেম্মা খবা তপথবকই। মদুগী মতাংদু য়ৌববদা ডাক্তবনা তপ্পা হায়বকই, "মানা লুহোংগে হায়বম্বা ওইববদি মাগী অনীংবা থুংব্রেনা নঙনা তুম্বদুদা নঙনা উহৌদবগী ৱানি"।

তম্ফাইবেম্মা কপ্লম্বদগী চপ লেপ্পী, "কবি মা লুহোংখি হায়বা? কনাগা? নঙনা ঙাঙইবদু কৈনো দাদা নাখৈ শেংনা হায়বকউনে"।

খোইববা মৈতৈলোন্দা মানা খুন্নকই, "তাও, বেঙ্গোলগী মুর্শিদাবাদ হায়বা মফম অমা লৈ। মফমদুদা বাউল হায়বা জাতী অমা তাবি। মখোয় হিংলিঙৈদা লুহোংদে। শিবনা মখোয়গী খ্বাইদগী নুংঙাইবা নুমিৎনি মবমদি নুমিৎ অদু শিববা মীদুগী লুহোংবা নুমিৎনি। অনৌবীগী ফীজোল হোংবিবগা মা লাইদা ওঙহনখ্রগদবনি। মদুমক্তু ঙসি থোকখ্রেনা নচানুপীদু কন্যা থিন্নবা দলাইনি ময়াম্বা মবিগী লেং মথক্তা পুং ঝালনা য়ৈদুনা মাঙ থাবগা চৎখিবদু ববগী ময়ুমদা থিল্লিবনি। মৈ ওক্লদুনা ওঁ ক্রব্যাদাগ্নী স্বাহা হায়দুনা মহাক্কী মপানা শোল্লদুনা কন্যাদান কৎপ্লবনি"।

মমাদু অঙকপা অমগা লোয়ননা য়েংদুনা লৈবদু উবগা মখা তাবকই, "ঐখোয়না নঙবু হৌদোবক্তবদি লুহোংবা নুমিৎতা কন্যা থিনবদা মমা যাওনদে, অদুননি। মা লাইদা ওঙখ্রবী লুহোংলবী নুপীনি। নঙগী অনীংবসু থুংলে, মাগী অনীংবসু থুংলে"।

মদু মী ফনা য়াম্না তাহৌই। ডাক্তর কানুদাসকি অঙকপা মগুণ অমনি। মা ডাক্তর ওইবতা নত্তে, ঈশ্বরগী ওইবা পুন্সি মবেন্দা মহা পণ্ডীত অমা ওইবমই। অব্রাবদসু নুংঙাইবদসু পূক্লিং লেঙদনা চপ চানা থম্বা ঙমই, তশেংনা ব্রহ্মচাবীনি, যোগীনি। তম্ফাইবেম্মনা ঙক্লদুনা কপ্পা তোকখি।

ডাক্তর ফল্লম্বদগী হৌগৎলক্লে। মচীন্দা ঙাঙলকই, "পোকপা শিববু নঙ ঐনা খঙবা ঙম্বরা, পূক্লিং ফাজিল্লু। মীওইবা ঐখোয়দি সেবা তৌগদবনি ইথৌ তৌদবা যাদে। ঙবাং হায়বসি ইতিহাসনি ওইখ্রবনি, হয়েং হায়বসিনা চমম্লবনি, ঙসি হায়বসিনি নঙগী নবল মসি মফম মতম চানা শিজিন্নৌ। ঐসু মফম অমদা লয়েংবা চৎকদবা লৈ, ঐ চৎলে, হয়েং অমুক লাক্কেকো"।

দাবি মপান্দা ঙাদুনা লৈবিবা মল্লবা লান মমাঙগী সাইকল অদু ইল্লোক্তুনা ডাক্তর দাস থোকখ্রে কোম্বোঙলোমদা।

## ডাকুগী মখুৎতগী ডাকাতি

মীপূম খুদিংমক ইঞ্জিন পানবা গাড়ী নৎত্রবদি থৌনদ্রবা সাইকল তোংবা মীকাসিদি লল্বীদা ইচৎ চৎনদ্রবা ইকোনোমিক ব্লোকেডনি হায়দুনা নেসনেল হায়বেশিংদা মীওইবনা শিজিন্নবদা চঙদবা য়াদবা পোৎ-চৈ পূম্নমক চঙলকপা থিংবদগী পেট্রোল ডিজেলকা ফংনদদুনা অহিং মীশেন খাঙনদুনা গাড়ীগী থাও খজিক্তং ফংনবা অকোন অহান ঙাইনদুনা য়ুমগী মখাদা লৈনদ্রবা মতমসিদা কাব স্কুটবদি ওঝাসু ছাত্রসু চীৎথদনা অদুম তোংনবি অৱা অনা কনাসু উদে অদুবু, ওঝা ধর্ম্মোদি মাগী মথৌ ইকায় কায়দনা চাকঙন চাবদুনা মাগী সাইকলদু থৌবদুনা কলেজ কাবকই। মানা নিতিগী ঙাফম ওইবা মফমদুদা সাইকলদু ঙাশিল্লগা অঙনবা ক্লাস অদুদা চঙলকই। ছাত্রদি অমত্তা লৈবমদে অদুবু, মাদি চঙদুনা চৌক্রিদা ফম্লদুনা ছাত্র লাকপা ঙাইবি। অযুক্কী পূং ১০ হেল্লবনি অদুবু ছাত্র অমত্তা ওইববসু ক্লাস তৌগদবনি অদুগা কোর্স থুনা লোইশিনগদবনি। ওঝা ধর্ম্মোসু মতম চানা অদুম লাকচবনি। ক্বালিটি ইজুকেসন পুবক্লবা কন্না ঙাঙনবকপা মতমনি। মায়পৈ পূম্বদগী য়েংশিন্নবক্তুনা থবক তৌজবা ওঝাশিং কাসি মীনু চঙদুনা চিংখৎপা হেক ঙমদমখৈ শূনবকপা মতমনি ছাত্রদি অমত্তা লাক্ত্রি। ছাত্র অমত্তা লৈতবা ক্লাস অদুদা ওঝা ধর্ম্মো মমীৎ উইশিন্দুনা ৱাখলদা উংদুনা লৈ। থায়নগী মতমদা গুরুশিংসি আসন্দা নৎত্রগা উখোঙদা ফমদুনা ধ্যান তৌদুনা মমীৎ উইশিন্দুনা লৈনৈ শিষ্য লৈগেবা লৈবোইবা। শিক্ষা ফংজনীংবা শিষ্যশিংনা লাক্কুনা গুরুগী মমাঙদা ফমদুনা গুরুনা থৌজানবিবকপা ঙাইনৈ। ওঝা ধর্ম্মোসু থায়নগী গুরুদু মঙায় তুমিন্না ফমদুনা মমীৎ উইশিন্দুনা ৱাখল খন্দুনা লৈ।

- মে আইকম ইন সাব

- য়েস প্লীজ, কম ইন।

ওঝা ধর্ম্মোদি উইকৱে। পূং তবা মখায় তাবহ্লে। ছাত্রি অমনা হৌদুনা ছাত্র নূপী নিপা তবামুক চঙলকই। ঙসাইমখৈ ছাত্র লাক্লে হায়দুনা তল্লম্বদু মখোয় মযামদু উবদা ওঝা ধর্ম্মো মমীৎ মনা শিংলকই নুংঙাইবে ছাত্র ফনা য়াম্না লাক্লে। পূংখায় অমগী মতম লৈবি। ওঝা ধর্ম্মোনা য়েংলকপদা ছাত্রশিংদু

অমুক্তা উদ্রিবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। মাগী ক্লাসকি ছাত্র ওইবিদ্রা? ব্রাহং অদুমক হংলুই, নখোয় ঐগী ক্লাস কয়াবক য়াওবে?

- ছাত্রি অমনা খুন্নকই,- ঙসিনা ফাষ্ট টাইমনি।

ওঝা ধর্ম্মো ইঙক ঙকই, - কবিগী ক্লাস হৌখিবা থা মবি ফাবেনা।

- ছাত্রিদুনা খুন্নকই,- সাব ঐখোয়গী য়ুম লাপই, কাংপোকপীদগীনি। নহানমখৈ বন্দ ব্লোকেদ লৈবনা লাকপা য়াদে। ঙবাং ব্লোকেদ হাংলে অদুনা ঙসি লাকপনি।

- ঙসিদি কবিগী লাকপনো নখোয়দি?

- সাব ঐখোয় ট্রাইবেলনি অদুনা ট্রাইবেল স্কোলাবসিপ ফোর্ম থাগৎপা লাকপনি। ঐখোযগী সার্টিফিকেটশিংসি এটেষ্ট তৌবিনবা ওঝা অমত্তা কাবক্রি অদুনা সাবদা এটেষ্ট তৌবিয়ু হায়না বিকেষ্ট তৌজবনি।

ধর্ম্মোগী চীন্দগী খোঙ্খোক অমত্তং থোকখি, ভালো! ফৈ ফৈ ওনেষ্টি ইজ দি বেষ্ট পোলিসি।

মহাক্লা ছাত্র ছাত্রিশিংদুগী সার্টিফিকেটশিংদু এটেষ্ট তৌবিবে। মখোয় লোইনা হৌন খঙই মবমদি মখোয়গী থবক্তু হেক লোইবগা থেক্কয়ু সাব হায়না মচীন্দা নোল্লুকপা উৎলকই। মখোয়গী থবক লোইবে। মখোয় ওঝা ধর্ম্মোগী ক্লাসকি ছাত্র নত্তে। অদুনা মখোয় চৎলগে হায়না পার্মিসন লৌবকই। ছাত্রি অমনা হংলকই, - সাব ট্রাইবেল স্কোলাবসিপ কবম্না থাদা য়েনগনি?

- ওঝা ধর্ম্মেনা খুমই, "মদুদি প্রিন্সিপালদা হংউ"।

মখোয় লোইনা খোকখ্রে।

ছাত্র মশিং য়াম্না লন্না কাবকপা কলেজ অদুদা দঙী পাল্লবা ওঝাশিং ফনা য়াম্না কানবক্লে। কাব স্কুটব তোংবা ছাত্র খবসু কানবকপগুম তৌবি অদুবু মখোয়সু কলেজগী মচি মচিদা পুল্লগা পুল্লপ ফমদুনা মতম লেল্লবি। ছাত্র য়াম্না কাদবা উবদা কলেজ কান্টিন অদু ইতন তম্ভদুনা অচা অথক ইহৌ হৌদবদু উবদা ওঝা ধর্ম্মোসু ওঝাশিংদুনা হৌবদুনা কান্টিন চঙবদা য়াওবকই।

চা ঙাইবা ওইনা ৱাবী শাগৎনবকই। কবি ৱাবীদি ওইনি বন্দ ব্লোকেদ নত্তনা। ওঝা অয়াম্বা গাড়ীগী থাও হাপ্পবা পেট্রোল পম্পতা লাইন্দা অহিং হৌদুনা লেপ্পবগী নোক্লিংদবা ফাগি তৌনবকই ইপক হেক পক্রদুনা ওঝা ধর্ম্মোদা ওনশিন্দুনা নোক্লবিবকই সাইকল তোংবা কলেজ ওঝা হায়বদুনা।ওঝা ধর্ম্মোনা ইহা হেক হাদনা হায়বকই, "ওঝাশিং গাড়ী থৌনবা থাও লৌনবা মাঙহল্লিবা মতমদু মাঙহন্দনা সাইকলদা চপ মান্ননা থৌনববদি মতমসু ওইজবা অদুনা ব্লোকেদ তৌবিবা কাংবুশিংনা থাও ফংনদবা কাংবুনা তুম্ফম চাফম খঙদ্রিবসিদা পেন্নবিবসে মপূক্লিং হনগদবনি। মখোয়না ঐখোয়বু ৱাহল্লে হায়দুনা মখোয়দি পেন্নবিবনি।

তাঞ্জাদুদা মিলিটবি গাড়ী ডোজ অমা থৌবক্তুনা মৈখু কামথোক্লদুনা কান্টিন মমাঙদুদা থৌজিল্লক্লগা থামই। ওঝা ময়ামদু চঙক্লদুনা লৈ। কবিবু ওইবা য়াবগে মীফা মীপুন ঙম্বা কাংবুদুনা কান্টিন্দা থৌজিল্লকইবসে। মনাতোন শূমাঙদা কুঙনা মকোই থাক্তুনা মহা ডাকু মাল্লবা উক্রাইমুক ৱাংবদুনা মখুৎতা নোংমৈ যাল্লদুনা অতোপ্পা অমনা তুং ইন্নদুনা চঙলকই। মতৌদুদা কান্টিন ফম্বী সখিদি কবিমত্তা হঙ্গোইদনা চেষ্থোবক্তুনা মহামল অদুগা মায়োক্লদুনা মখুৎও মশাও ঙাঙনবকই।

নিপাদুনা হিন্দিদা কবিনো খবা হাযবি। মদুদা সখিনা খুম্নকই, "কৈনো নঙনা থাও লিটবদা একসো একসো লৌনি হায়বিসিবো। ঐনা একসোদা লৌববদি কয়াদা যোন্দোইনো। থাও সষ্টা ওইবে, একসোবিস পীবে। বিসখক তোংনবা য়োনগদ্রো। ঐখোযদা য়াম্না মাঙজৈ। অতোপ্পা সিফাই নখোয় নত্তবা খবা লাক্লগা কমিসন অমুক লৌখিবা তেবি, মেবি তাদুনা তোকই। মবিফুদা য়াবগা লৌবে আসি, আসি, খঙলব্রা?

নিপাদুনা হাযবকই, ইমা, নবৈব নবৈব পীবো য়াবেকো।

সখি হন্দক্তি য়াবে। পেট্রোল লিটব কুন কূন চনবা পিপা মঙাখক লিটবদা মবিফুতবা মবিফুতবাদা শেল থীনম্রে। ওঝা ময়ামদু ইউ উবিবা ঙাক্তনি অদুবু লৈবাক্কী অৱা অনা খঙবিনবা ফম্নাইবনি কাববাব তৌবা লাক্লমইবদো। মখোয়গী চৎননবা লেম্না পীবা পেট্রোলদু ব্লোকেদকী মনুংনি হায়দুনা খুদোংচাবা লৌদুনা কালাবজাব তৌবা লাক্লিবনি। ব্লোকেদনা মখোয়দা কবিমত্তা অৱাবা পীদে অহোয়নদুম শেন্দোংবু ফনা য়াম্না কান্নে।

চা ঙাইবা ওইনা কুন্নৌ ফনা নূংঙাই সখিগা সিফাইশিংগা মখুৎও মশাও মমীৎও মনাও তৌদুনা ঙাঙনবিবদো। চাসু লোইবে ময়াম চা থকপা হৌনবদা মঙায়বি। অতোপ্পা গাড়ী অমা অমুক থৌজিল্লকই মদুসু সিফাইগী ফীজোল শেৎপা কাংবুনি মৈতৈবোল ঙাঙবা মী ইনেম ইনেম নেম্বা খুউ খুউমুক ৱাংবা খবনি মমীৎ শোকপগী অনোক উপ্লসু য়াওবি। মখুৎতা পায়বিবা নোংমৈদুনা ঙম্বা ঙাক্তনি। মখোয়গী মল্লবা জীপ অদু খাল্লদুনা অদুদগী অমা কুমথবক্লগা সখিবু কৌথোকখি। মখোয় থোঙজিন ৱাংমদুদা কন্না কন্না ঙাঙনৈ পাক লোইদে। সখিনা শৃক্তোক্লবা মমায়দু পুবদুনা বাক্সিদগী লুপা চাম্মা চৎপী অহুম পুথোক্তুনা থোকস্ত্রগা সিফাইদুদা পী। অমদুনা নোক্লদুনা হায়, মবিদংদি শুহল্লু, মবিদংদি শুহল্লু। সখিনা শাওনা অমদি হৌনা হায়বকই, কবিনোদা নখোয়সু থাও লিটবদা চাম্মা চাম্মদা লৌহৌবনি নখোয়দা চহুম অমুক পী অতোপ্পা অতৈসু লাকখিনি, ঐখোয়দি কবি য়োম্দোইনো নখোযসু হকমল্লেদা।

সিফাইশিংদু নোক্লদুনা চৎখ্রে লুপা চহুমখক কবিমত্তা শৃদনা ফংবদুদা নুংঙাইবদুনা। সখিনা প্রপ প্রপ চেনশিল্লক্লুনা ওঝা ময়ামদা হংলকই, ওঝা মযাম চানবা কবি তৌজবকউগে খঙদেদা মীপোক মীহিংঙম্বা ময়ামসে ঙসাই মমাঙগীদুনা ময়াঙ সিফাইনি মখোয়গী থাও য়োম্হোকপা লাকইবনি। ৱোকেদনা মখোয়দা কান্নবা যাম্না পীখ্রবজাৎনি।

ওঝা ধর্ম্মোনা হংই, "হৌজিক্কিদুনা অমুক কনানো"?

- ওঝা মখোযদুনা ঐখোয় ইবমদমগী সিফাইনি। ঐঙোন্দা থাও খবা হোঙনা ফংখ্রে খনবসিদা চামায় কোৎপা লাকইবনি। থাও লিটব চাম্মখকসিদবু দলালি লুপা চামবি পীয়ু হাযবিবা। ডাকুগী মখুৎতগী ডাকাতি তৌবনি।

পিয়োন অমনা ওঝা ময়ামদু প্রিন্সিপালনা কৌই হায়বদগী ময়াম থোক্লকই। ওঝা ধর্ম্মোদি ক্লাসতা চঙদুনা ফমদুনা লৈখ্রে ছাত্র অমত্তা লৈত্রবা ক্লাস অদুদা ছাত্র অমদি চঙলকই। ওঝা ধর্ম্মোনা হংলকই, - নঙদি ক্বালিটি ইডুকেসনগীনি হায়দুনা এক্টিভ ওইবা ষ্টুদেন্ট লীডবনি নঙদি অসুক থেঙলকইবা কবিগীনো?

- সোবি সাব, পম্পতা পেট্রোল লৌনবা নোংঙান্দ্রিঙৈদগী লেপপ্লুবনি হৌজিক থাও ফংবদা ঙায়বি।

# থেঙলবসু থেঙনা

অয়ুক্তি।

শ্যামানন্দগা লেংমান্নবা হাফপেন্ট শেৎপা নিপা অমগা সলবাব শেৎপী নুপী মপাং অমগা নুপীদুনা চেন থাংলবা হুই অমনা তুংইলহল্লদুনা বাকিং চৎলি। শ্যামানন্দবু উবদা গুড মোর্নিং হায়না বুইশ তৌনৈ। মখোয় অদুম হেন্দোক্লুনা চৎস্রে। শ্যামানন্দ ঙাইহাক য়েংদুনা লৈকই। মখোয় লুহোংবা নৌবিবা মতৈ মনাওনি। অতৈ বাকিং চৎলিবা ময়ামদুগী মনুংদা মখোয় অনিগী বাবীদি মঙোন্দা অখন্নদা চোংথোক্লুনা তারবা বাবীনি।

থম্বৌগা ভানিস্নাগগী লুহোংবগী বার্ত্তোনসি মী ফনা য়াম্না চীৎথদনা ফংনখি। মীনা হীয়াংথাং ববদু ঙায়খি। লুহোংবগী থৌবমসি অনৌবা, অঙকপা অমদি তাঙনা থোকপা থৌদোক নত্তে। মহৌশাদগী ফাইবেন, লমতা থাসি লুহোংপম্বা ওইনা অদুম লাক্লবনি। নোংমা লৈকাই অমদা লুহোংবা অনি অহুমকা ফাংনবিবনি মী অমনা নোংমদা লুহোংবা মফম মবি মঙাদা চৎনবিবনি। অদুবু মখোয়গী লুহোংবনা মতৌ অমনি। থম্বৌ মশাগী চহী হুম্ফুমঙা শুববা মতমসিদা ভানিস্নাসু মাগী চহী লেঙ্গানি পাখং লৈশাবী অবিবী ঙাক্তেনি। মখোয় অনি লুহোংগনি হায়বিসিনি ময়াম্না কুম্মৈ ওইনা লৌবিবসে। ববগী মমান্নবা ময়ামদু সিনিয়াব সিটিজন্না নমই কন্যাগী কাংবুদুসু অদুমঙায়। পোৎলোই শেৎপী কন্যা অমদি কোয়েৎ য়েৎপা বব নত্তে। মবমদি মখোয়বু লুহোংবিনবা অহল লমন কনাসু লৈনদ্রে। অদুনা মখোয় অনি ঙন্তানা মেবিয়েজ বেজিষ্ট্রেসন ওফিসতা চৎতুনা লুহোংবদু আইনগী মতুং ইন্না বেজিষ্টাব তৌদুনা হোঙবনি। অদুগা ইভনিং ডিন্নব পার্টি ওইনা চাওনা তৌখি। মী তিনফম শঙ বায়দুনা মবাং কায়না পাঙথোকপা থৌবমনি, কল্লক পেন্না শীনবা থৌবমনি ভাবিগী থৌদোক মেলাগী থৌবম হায়বদুনি। লুহোংবগী পোয়েংগা অমত্তা লৌদে। ষ্টেজ ফম্পাক শেমদুনা ঈশৈ নোংমাইগী থৌবম অমনা ময়াম্বু ওকই। হীয়াঙ য়েংলিঙৈদা তুম্বাগী শেল থৌই হায়বদুমকনি। কুইনা উনবা ফংনখিদ্রবা ময়াম উনবা ফংনদুনা মখল মথেলগী বাবী তৌনবকখি। শিস্রে হায়না লৈনরুববা কয়া লুহোংবা লাক্লুনা অমনা অমদা খুৎ শোক্লস্রে।

শ্যামানন্দ কৈথেললোমদা মায় ওন্দুনা কৈথেল পোংলক্তা চঙদুনা অনৌ অনৌবা অহোঙ অচাও খবা লৈখিনবা লাকখি। মখোয় অনিগী বাখলদু মখা তানা খল্লকই। লুহোংবা নুমিৎতুগী ডিন্নরদু ঙা চাবা কাংবু, চাদবা কাংবু হায়না খায়দোক্তুনা ময়াম বফেড টাইপতা মশা মশানা চঙদুনা লৌদুনা চানখি। বব কন্যা অনিমক ফম্বাক মথক্তুদা থোবকহন্দুনা ময়ামগা মায়গা মায়গা ওনশিন্নখি ওম্ব্রোক্লা চান্ন চিন্ননা উই মখোয় অনি। অদুগা মখোয় অনিমক্কি পুন্সিগী বাবীদি শ্যামানন্দ মুন্না খণ্ডই।

থম্বৌ চমজবা ইমুংগী মচানি অদুগা ভানিম্নানা মমা মপা ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচানি। মখোয় অনি অমদি শ্যামানন্দা লোইনমক কলেজগী পুন্সি ফাওবা ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নবকখি। থম্বৌনা ভানিম্নাবু খোয়দাখিবনি অদুবু ভানিম্নানা লায়ববা চুদৎনবনি হায়না খনখিদুনা থম্বৌবু মী ওইনা থানদে কয়া উশীৎ থৌওইদনা তৌবিদুনা থম্বৌনা মাবু নুংশিজরবসু লেং মান্নদে হায়না নুপীদুনা খনবদুনা মখোয় অনি মপাং ওইবকপগী বাফম লৈখিদ্রে। থম্বৌ সবকাবগী ওফিসতা থবক মচা অমা ফংদুনা শিনফম অমা পায়খ্রে। ভানিম্নাদি নুংঙাই য়াইফবা ইমুংগী মচা ওইকবনা মপান্দা চংতুনা লাইবিক তম্লুই অদুদগী থোবক্তুনা কলেজগী ওঝা ওইখি।

থম্বৌ মপুক্লিংদা বাবৌবা অমা লৈখি নুপী হায়বী ময়ামসিদা শাওনীংবা ফাওখি অদুনা মা লুহোংদুনা য়ুম লেপখিদ্রে। ভানিম্নাদি য়ুমপান্নিংবী নুপী অমা ওইনা মতাং অহুন্নক্তা পান্ননবা হোৎনখিবনি অহুন্নক্তুদা মানা নিপাশিংদু মাগা লুহোংবদা মতীক চাদবা ঙাকনি হায়না লৌকদুনা থোয়চৎনদুনা অহেনবা থিবিঙেদা চহীদি হাপকৎলক মপাং ওইবম্বা য়াবা অমা অনিদুসু মাগী মাগী চানবা য়েংদুনা য়ুম পান্নখিবদগী মা ইকাইখাঙদগী হন্থবা নিপা অমদা ওঙউবসু য়াদা অঙাং অমা ফাগদবসু মতাং অমা চাহৌদা সিনিয়ার সিটিজন হায়বদুগী কাঙলুপ্তা তপ্পা তপ্পা চল্লকই, থিংবা ঙমহৌদে। মা নুপীগী সংস্থান লিংদুনা নিপা হায়বা জাৎসি কবম তৌবগা সংসাবসিদগী মুৎহনবা য়াগদগে হায়বগী পান্দমদা কন্না থবক তৌকববনি। অদুবু অওনবা হায়বসি মীওইবগী পুন্সিদা অদুম লাকই। অদুগা পুন্সি হায়বসিনা অনৌবা পারা কয়া অমা তম্বীরকই। অদুম্না পাখং অরিবা অমদি লৈশাবী অরিবী ওইনা মখোয় অনিমক অদুম লৈনম্লবনি মখোয় অমনা অমদা কৌনবা নংত্রে শিনফমসু পুন্নদ্রে অদুম

লাপ্পদুনা লৈনপ্পবনি। পুন্সিগী য়াচঙবা মতমসিদা লুহোংলবনি হায়দুনা হৌনদুনা ৱাকিং চৎলি। মসিবু নুংঙাইহ্ৱবী নত্তনা কবিদি ওইগদগেনে। মখোয় কবম্না অমুক চিংশিন্নবকপনো হায়বদু লুহোংবা নুমিৎতা কন্যা অদুনা মাইক্তা লাওথোক্কুনা লীখিবা ৱারীদুনি।

কলেজদা ওঝা ওইবিঙৈদা ভানিম্না মাগী মপাং ৱাংতে। ছাত্র ছাত্রি মবোল মবোল চৎনখি অমুক অনৌবা মবোল অমনা মফমদু শিল্লকই। মখোয়না লাইবিক হংবা লাকই চহীগী পিক্নিক, এক্সকর্সন কয়া চৎখি, মরূপ মপাং কয়া লাকখি অমুক্তবু পোত্থাখিদে। মতমদুদা মপাংগী অৱাংপা লৈতে। অদুবু থবক্সা হেক বিটয়াব তৌববদুদদি কনাসু লাকখিদ্রে, কলেজসু কাখিদ্রে, লাইবিকসু ইনীংখিদ্রে পোত্থাবা তাবকপদা মপাং অমা লৈবগী মথৌদু তাবকখি। মতমদুদা ভানিম্না ভাব তাবকই, লুহোংবা হায়দুনা লৈবল্লিবসে পুন্সিগী মপাং অমা নাইবনি অদুবু মা কনাগা লুহোংগনি। চহীনা মতম্না লৈবিঙৈদা হোঙহৌদা মা তশেংনা নীংঙম্মকখিদে। লমকেৎপী ওইদুনা নুংশিবকা হায়বা থমোইগী ওইবা ৱাফমদু ফ্রং কম্পুৎতুনা ঐনা মহেল্লে কা হায়দুনা ঙক হাইগৎলম্বদু ঙসিদি মবুং মৌপ্পাশিং অমদি মখোয়গী মচা মশূনা লৈবিক লৈবাক থন্না লৈজববসু মাদি তশেংনা নাইতোম তাদুনা মাগীনি হায়বা কনাসু লৈত্রবগুম খলহল্লকই। মা উনবা লাকপা মীসু য়াম্না লংলে। মথন্তা মতমসি নাইতোম লেম্দুনা নাইতোম থোং থাক্কুনা লেল্লকপদা মতমসিদা মা খঙবা ঙম্লকই মা কনাগীদমক্তা হিংবগী মথৌ তাবিবগে। নোংমা কলেজগী এলুমনাই এসোসিয়েসন লিংখৎলি হায়দুনা কলেজদা তমখিবা অবিবা ছাত্র ওইখিবা পূম্বা চাক চানবগী থৌবম অমা পাঙথোক্কুনা ময়াম পুনবদা মাগী বব ওইবিবা থম্বৌগা থেংনখি।

মযাম্না ববগী ৱাবীসু তাসি হায়বদগী থম্বৌনা মাইক্তা থোবক্কুনা মাগী মতাংদু অমুক লীবকই।

অপীকপা ফম অমদগী হৌবক্কুনা প্রমোসন্দা ওফিসাব অমা ওইবক্লবা মতুংদা য়ুম পান্নিংবগী ৱাফমদি ইখল থল্লুদ্রে। মবী মতা কয়ানা য়ুম পান্ননবা নুপী কয়াগী মমিং মথা পুবকখি অদুবু থম্নৌ য়ুম পাল্লবোই লেপপ্নে। মশানা ময়ুমগী শীন্দোক শীঞ্জিন তৌবা হৈবক্লে মতেং পাংনবা মী খবসু লৈখি, নুপী

অমা লৈবগী তঙাইফদবদু ইখনবু খল্লুদে। অদুবু থবক্না রিটায়াব ওইবদগী নিত্তিগী ওফিস কাবগী থবক্তু লোইখ্রে। অয়ুক ব্রাকিং চৎলবসু হোটেল্দা ফমদুনা থেঙনা হুঞ্জিনবা থেংনৈ। অদুদগী চাক থোংদুনা চাবা তাঙা চাদ্রগা হোটেল্দগী চাদুনা য়ুমদা মৈ হৌদ্রবসু য়াববা থম্মৌ কনাগীদমক্তা হিংগদবনো খল্লুবদা চমন্নবকখি। মাগুম্বা কয়ানা লৈ পোলাং পায়দুনা গোবিন্দগী লাইশঙ কাবা চৎলুবদুসু মাদি হৈনজদে লাইবুদি কিনা চৎচববসু। চহী কয়াগী মতুংদা এলুমনাই এসোসিয়েসনগী চাক চানবা নুমিৎতা থম্মৌনা ভানিন্নাগা মায়গা মায়গা ওনশিন্নরকই। শক লিখৎপী নুপী অদুবু কয়া থৌওইনা লৌকদে থম্মৌদি অদুবু মাদি মোমোন নোক্লপগুম তৌবকই। চহী কয়াসিদা থোয়চংনবী ভানিন্নাদু মোমোন নোকপা তন্নন্নে অদুদদি থম্মৌসু "স্মাইলস আব ফ্রী, দিষ্ট্রিব্যুট দেম ফ্রীলি" হায়বদু নিংশিংদুনা মোমোন নোক্লুই অদুদগীদি চহীবু ফাখিদে পূক্নিগী মপাং অমমম পান্নবকপা মতম্না ওইবগা অমনা অমদা চিংশিন্নবকই, হিংমিন্নবা পান্নকই অমনা অমগী মপাং ওইনা। মফাপ কয়ানসু মতেং পাংশিল্লকই "বেটব লেট দেন নেভব"। মখোয় অনি থেঙলবসু থেঙনা পুক্নি লৈপুন ওইবে চহীনা হুম্ফুমঙা শুনববা মতমদা।

মদুগী বব কন্যা অনিদুদি ঙসি ব্রাকিং চৎলি অমনা অমগী মপাং ওইনববদুনা। মখোয় ইঙ্গ্লাং নাপী লৈদুনা মদু য়াম্লদুনা য়ুমলোমদা হুনখ্রি। শ্যামানন্দ লেপ্তুনা ঙাইহাক য়েংই।

অদুঙৈদা অঙ্গুব লাম্বা ফংদবদগী লমহূই অমনা হোৎখৈ হোৎনবগা ফংদ্রবদা অঙ্গুব য়াম্না শীক্লি হায়না মপূক্লিং ফাথজবগা অঙ্গুব ফংনবা হোৎনবা তোকখিবা লমহূইদুদি তশেংনা অঙ্গুবগী মহাও খঙখিদ্রে। অদুবু ভানিন্নাদি অঙ্গুবগী মহাও খঙলে। ময়ামসু ইখঙ খঙনবদুনি, মদু থুমই।

# মালিনীগী মঙলৈবাক

মালিনী শকহেনবীনি৷

লাইশূমাঙগী লৈকোল শঙবীনি, লৈকোল শেম্বনা মশীন ওইবীনি। মশুং মমান্নবীনি হায়না লৈমিন্নবক্কবা লৈ ময়ামগা লোম্দিন শাৎমিন্ননা লৈরকপা লৈবাংগা পাঙখক ওই নোংমা লৈখোক্কা থাইনবা নুমিৎতু খল্লুবদা মিপাইজনা হিংজবনি। অয়ুক নুংথিলনা তাইবঙ মীগী মরক্তা লৈব্বা হেন্নদুম মিপাইবা পোকই কনানা খঙ্গনি নুংশিহৈতবা খুৎ অমনা মনুং মতম চাদনা লৈখোক্কগী থদৎপিগদৌবিব্রা। নহান লাই শূমাঙগী থাদোইনা লাইদা কৎননবা লৈ অমত্তা হেক্কে লাকখি। মালিনীনা গল্লাদা শাৎলিবা লৈ পান্বীদুমক পীদুনা মদু পুদুনা কৎলুবগা অমুক হনবিবকউ হায়দুনা পীখি। লৈ অমা লৈখোক্কগী থৎতুনা শমজিদা থেৎকনবী থাদোইনি, কনানা খঙবনো গল্লাদগী লৈ অদু থদৎলগা শমজিদবু থেৎনগ্রববা?

মঙ মঙই মালিনী, তোয়না তোয়নসু মঙব্রে অহিংনা ঈচিক হুনবা কান মীচীক মীবাওখোল তাদ্রবা কান। মখল মখা কয়াগী লৈবাংশিংগী মবক্তা চেন চোংদুনা শান্নমিন্নৈ, "উদগী চাওবা খোংনাংনি, মনা পূঙবা হৈনৌনি, মবেপ বাংবা কেলিনী, তে তে তেনবা কৈশামপাৎকি তেনবা, হৈনৌনা মুল্লগা তেনবানা হবাওই উ-উ-উ ।" অব্রা নুংঙাই বাবী কয়াসু লীনৈ, কয়া নোকমিন্নৈ, কয়াসু কপমিন্নৈ। মখোয়না মখুৎ য়ান্দুনা শাপ তৌই, "মখোয়গী নুংঙানবা ঐখোয়বু কবিগী থদৎলিবনো? লৈশিংসিবু মীওইবনা হেক্কৎনবা শাৎলম্ববা?"

বাকৎ অদু লেপ্তুবি, "ঈনুংসু ঙান্দবি খোন্নেন তুমদুনা তান্নবি, লমজাও সোবোক মতাইদা শাৎচবিবা ঐখোয়বু খুৎতা মৈবি চমদুনা উনা হাইদোক্লুনা থিবকই। মঙলান অমদা তাওদুনা খোন্নেন মঙলান চাদা নুংঙাই ঈপাক্তা তাওজবম্না ঐখোয়বু হিংথৎ হিংথৎ থৎলি, লৈখোক লৈখোক্লুদগী। ঈনুংতসু ঙালহনখোদা, মখোয় ধর্ম্ম লৈমন্দে চোঙলম চাদবা ময়ামদো।

উমাথেলগী কেতুকি তিংখং পান্দুনা কৈদৌনি মখুৎহৈবা তাইবঙমীনা য়াম্ছৎখি মখোঙ থেংনা। কেতুকি মাঙখবে, মাগী লৈনম কাওনম্রে অনৌবা

মীবোলনা মাবু মশক খঙলরোই। শিবোই চীংগী লিলিনা তমদা শাৎলু য়াব্রিবা মীনা হেক্কনি কিবনি। চীংপ্রাও পাম্বীদি লাইবক ফৈ। মাদি লাইদা কৎপা য়াদবা লৈনি হায়না নমু তাইবঙনা হেক্রদে।

মালীনীনা খুন্নকই. "ইতা নখোয়সু শাওবিনু লৈবাং ওইনা শাৎলুবা ঐখোয় অমদি নখোয় মীওইবনা হেক্কুনা মপুগী খুয়াদা কৎপিবা লাইবক্তা তন্নক্রবা নৎত্রনে"?

লৈবাং মশুং মমান্নবী ময়ামদু য়ৌ য়ৌ খুন্নকই, "নহানতগী ৱানি লৈবাক্কী অঙম অথৌ লৈখিদবগীনি হায়দুনা দেশভক্ত ময়াম অমনা লৈ খোম্বা লাক্রখি গাড়ী মপোৎ অমা ফানবা। কয়াদা নুংশি হৈতনা ঐখোয়বু লৈখোক্তগী থদৎতুনা পৈদুনা থমই মচি অমদা। কয়াদা ৱায় শোব ফুল্লি নৌজবিবী হকচাংসি নৈথেকপি। অদুদগীদি, লৈঙোই কোৎননবা বেবচান্দ অমা খোঙনা ইনশিন্দুনা ঐখোয়বু কোৎখৎলে অদুগা নুঙ লৈঙোই হাপ্পদৌনা লংখৎলি গাড়ীদা ঐখোয়বু। ফবে ৱাববসু ৱানা শোব হোন্দোকপদা মঙায়বি, অমুক কোৎথৈ ঐখোয়বু গাড়ীদগী লৈঙোই থাবদৌনা। অয়ো ইমা' কয়াদা নাম্ভবা, কয়াদা ৱাম্ভবা, কনানা খঙবিগে। ফবে, অঙম্বশিংগী খুভমশিংদা ঐখোয়বু খুজোক খুজোক কৎলবা তুংদা শাববা নুংশাদা খুইবদুনা লৈহল্লি। কয়াদা নুংশি হৈতবা নমু তাইবঙ মী। ঐখোয় হিংবা পামই। কবিবু লাল্লুদুনা কনাদবু লঙজকদুনা, ঐখোয়দা অসুক শাথীবা চৈবাক পীবিবিবনো"।

মসিনসু লোইদে অমনা অমুক মখা শমথবকই, "লৈ কৎলগা তাইবঙ মীগী য়াইফবা ওইগনি হায়না ইবন্নিবা শাস্ত্রশিংসিসু লৈগী অৱাবা উবিখিদববা? হে ঈশ্বব' হৈবাং লৈবাং পুম্বসি নঙগী খুৎশেমনি হায়বদাই। মদুনা অচুম্বা ওইববদি নঙগী খুয়াদা কৎনবনি হায়দুনা ভক্ত বৈষ্ণব কয়ানা ঐখোয়বু লৈখোক্তগী থদৎতুনা নঙোন্দা অমুক কৎলিবা,মসিবু নঙগী অপেনববা? নঙগী নপোৎপু হেক্কুনা নঙোন্দা অমুক কৎশিনবা মদুনা অপেনবা ওইববদি, ঐখোয়গী ইবালনা কবিনো?"

লৈহাও লৈরেন্না তেংথারকই, "নহান লৈকোয়পুঙগী বেনীমাধব লৈখিদবগী শ্রাদ্ধগী ভেক কৎপগীনি হায়দুনা ঐখোয়গী যুম্বুরেন্দা হান্না বোয়না থাদুনা লৈহাও শীঙই। অদুদগীদি উজাও কাদুনা হেকতৎলি অমত্তা খাক্তনা

পোমশাংনবকপা হৌবকপদা ময়াম অমসু য়াওখরে। লৈহাওতনা লাইতং অমা থনখরে। ঐখোয়না লৈশাং তম্নুরগা ইহৈ য়াল্লকপা মতমদা পাইবকউ হায়না পাওমেন্নখিবা উচিন্নাও শঙ্গু ঙম্না কঙাওনবনি। নুমিদাংবাইগীনা কান্দা পাইবকউ হায়নখিবা ইকাদা তোংলমগদবা লাংক্রবী ময়াম পুম্বা লোইনা নীংবা কায়নবনি। য়াবে, হেক্লসনু, শ্রী গৌবচন্দ্রগী খুয়া য়ৌবা ফংজবা ইবায়বক ফৈ খল্লসি। অদুবু, কুইদে ঐখোয়গী ইথক্তা শ্রী গৌরচন্দ্রনা লেঙশিনবদি ঙাইহাক্তনি। ভোগ আবতি কৎলগা লাই লেঙখোকপ্রে, অদূদগীদি লাওবকই লাঙবনা মথৌ ওইববা অবাঙফম অঙম্বদুনা, লৈশাবীশা লৈশিংসি খোমদ্রোকপ্রো আ বাপন মখোঙদা লৈশাবীশিং মথৌ তৌবা হৌপ্রে, ঐখোয় বাপন মখোঙদা পৈবে। লৈবাং লোইনা কেল্লম্নবদা পাইপ্রে খোইবাবা লৈবাং কেনপ্রে হায়না অদুগা ঐখোয়না বাপন মখোঙদা কপই তিংখং তুম্বৌথক্তা হীপ্লদুনা"।

অবাপ্পদা লাই হবাওবা মখোল অমা তাবকই, শক্লকই, "চীংদা শাৎপা ইঙেল্লৈ, চিন্নদনা কেনখিবা কল্লকইদা কল্লকই...। কবিগী কল্লকপিবিবনো, শাৎচসনুনা, চিন্নদনা কেনগে কেনসনু লৈখোক্তগী থদৎলগা পূন্সি লোমখিদৌ শকক। কনা অমসু ঙংলি, মেল্লৈ লৈম্না নুংজুমপান, কদাম্বদি লৈনুংশি, লৈবাং লৈচন খঙদনা, মাঙ্গদবা পাম্মুইদা"। পাম্মুবীকনু মনীং তম্না শাৎচসনু চিন্নদনা কেনগে কেল্লসনু। মখোঙ য়াঙবা চীংজাও লান্না পাইবা ঙম্বা খোইমু খাঙজেংবা মবাইনা লাকচনি। অচীকপদা উনবা ফংবা মদুনদুম হেন্না নুংঙাই, লৈখোক্তগী থদৎলগা উফুল্লক্তা মাঙহনখিদৌ শকক।

কনাগী শঙ্গাইনুংদনো থাবকই কবি ববীন্দ্রনাথনা লেংদুনা মহাক্না শক্লম্বা ঈশৈ, "আমাব মল্লিকা বনে, যখন প্রথম ধবেছে কলি, আমাব মল্লিকা বনে...। ঐগী মল্লিকা বন্দা, অহানবা লৈ পোম্লকপদা ঐগী মালিকা লৈকোন্দা...। মালিনীনা খোয়দাজবা ঈশৈনি। কম্নাদা নুংশি হৈপ্রবনো মাদি লৈরাংবু লৈখোক্তগী হেক্তংলু হায়না ইবমদে, ঐখোয়বু নুংশিবীবমই। ঐখোয়বু নুংশিবিবা অশৈবশিংসু ইয়াও য়াওদবা নত্তে, শক্লমই, 'হো শিঙ্গাবৈ, কেল্লবোইদো কবি নুংগী শাৎলুববা পাম্মুই পাম্মুই ইতাবোই'। হে অশৈবা, ঐখোয়বুসু হিংহল্লু নঙগী ঈশৈগী শুবনা। য়াকায়হল্লু অনম অহা চুববা তাইবঙ মীগী পূক্লিং।

লৈবাং মতাবোই ময়াম্না মালিনীদা ব্রাকৎলকই। মথুরা লমদমগী লৈগী কুঞ্জে। উমংদা লৈবাং শুনা শাংপা কান লমতা থাগী থাজিন্দা বসন্তগী ঋতুদা কোকিলনা কুহু খোংবা কান শাংলি জবাকুসুম, মালিকা, পারিজাত, জাতিকুপ্পী, মাধবী, শিরিষকুসুম। য়ুমথোঙ খুদিং খুন্তাকই চংনৈ লৈগী কুঞ্জে য়েংলুনবা চাক্তান ফিদান্নদুনা নুপী নিপা পূম্নমক হরাও মথোই কানৈদো লৈবাংগী লৈনম্লক্তা পূক্লিং মবাঙ হৌনবদুনা। আঃ কয়াদা লৈতাববা অকি অখং লৈত্রবা লমদমদো। মখোয় লৈবাং হেক্তংকে। কনানা ইখি কবিতা, "পুস্পোংকি অভিলাষা" পেন্দ ব্রাকৎ পুথোক্নুনা ফুগায়না শাং লৈনমতবু য়েঞ্জনীংবা লৈবাংবু লৈখোক্তগী থদংপিবা কয়াদা নুংশিখঙদ্রবা।

ব্রাকৎ ময়ামদুনা ফুস্বংনহল্লবা মালিনীগী মাগী, মীৎয়েং নোংথাঙ শন্দোকপ্রি খাগী মালংদা বাধা কুণ্ডগী মপান্দা থেংলুবি, লৈবাংশিংগী খোঙ্গুল লীকবদা। লাইশঙ মন্দিব কযাদা খীঙলকই শবিক নিল্লি কাংশী পুং মাঙ্গংগী শুব মবক্তা। ভক্ত ময়াম্না শক্লি বাম কোবতাল পায়দুনা সন্ধ্যাগী লাই গৌবি, ভালি গৌবাচান্দেবো আবাতি বানী বাজে সংঙ্কির্ত্তন বাজে মধুব সধনী ধুপ বর্ত্তি হাইবি পূজাবি কৎলি পঞ্চ আবাতি শঙ্খ ধবনী মবক্তা লাইগী চবন ফাওবদি ঙাইহাক মিকুপ য়ৌকববা লৈখন শুনা পৈকবা চবন্দগী খোমদোবকই তিংখংপাস্বী মখোঙদা তুমিং কাঙ মবক্তা আতোবগুলাপ, তখৈল্লে, সনাবৈ, নুমিৎলৈ, দালিয়া, অপবাজিতা, থবো অশংবী, থম্বাল চাম্মা নিপাল, অঙাঙবা বক্তকববী ওন্না থোইনা খাঙলি তিংখং তুম্বৌ মবক্তা ওঃ ওম্বোকপনি! মসিনসু লোইদবি, মালিনীদি ওইবি লৈচিনগী মপাং লশিংগী মফোন ওইবদুনা। তাবকই বাঝায় বেঙ্গুন মখোল অমা লৈতেং তৌনা খল্লবা লুহোংবগী মান্দোব অমদা। কন্যানা লৈকোয়বা মতাংনি পঙতপসু তপুনা পঙকনসু কন্দনা কাঙগী খোঙথাংদা তাম্থা চানা থাংলি খোঙথাং কন্যাদুনা, পালানা শক্লকই ঈশৈসু জাতি, জুতি মুতিয়া মাধবী...। লৈ চাইবি কন্যানা লুহোংফান্দা ফন্নিবা ববগী কোয়েৎ মথক্তা শিংকুপ শানা শেগায়বিববা লৈবাং খুজোক খুজোক্রা হন্না হন্না তবেৎলক। লুহোংবা লোইখবে লৈবাং চোইজাইননা তাবি লৈমায়দা। মদুবু শীৎচিন শেংজিন তৌবদুনা হুন্দোকথ্রে ইংখোল চিথেক্নি কোমদুদা অমোৎ অকায় পৈফমদুদা।

য়ৌরক্লে হন্দক্তি, মালিনীথানগী লৈকোন্দো পূর্ববাঞ্চলগী লমদমনি পরশুরাম কুণ্ড মপান্নি অঙৌবা লৈরাংতনা কুণ্ডনা শাৎলিবা পশোৎকুম্না ঙৌখবে কুন্দো লৈনা শাৎলিবা উমংগুম ওইখরে। মৈতে লমদমগী কুন্দোনা সিদা কবম্না শাৎলম্বা মালিনীগী পূক্লিংদু গুকপগী খম থেংখবে। মতা মালিনী উবদা কুন্দোগী পূক্লিংগী ৱাফম চীন্নালথোঙদা থোক্লকই, "চর্তুমাস ব্রত থা, লুহোঙ কৈহোঙ য়াদ থা হৃবি শয়ন নুমিৎতগী হৃবিউথান নুমিৎ ফাও। ঐখোয়দি শাৎলকপনি বব কন্যা অনিগী গুকশমদা হুক্লনবা লৈবাং পরেং ওইদুনা। অদুনা লুহোংবগী পম্থাদি ঐখোয় লোইনা হেকত্রসু। লুহোং পম্থা নত্তবা মতমদি ইনীং তৌনা শাৎচরমই। অদুবু, থায়নগী লোনচৎ ঙাক্লবক্লে, লুহোং পম্থা নাইদরে, ঐখোয়সু শাৎপা ফংজদ্রে। ঐখোয়না কিবিবসি শা কৈ নত্তে, ঐখোয়না কিরিবদি মীনি মী।

ৱাহৎ অমা হংলুই মালিনীনা, "কুন্দো নখোয়দি কবম্না শাৎলিবা মফমসিদা"?

কুন্দোনা খুন্নকই, "হিংসাগী লমদমদুদা লৈবা ঙন্নক্লদুনা খুল হোংগ্রে ঐখোয় খবদি ইপাম লমদম থাদোক্লুনা হিমালয়গী নাপোমদা মালিনীথানগী লৈকোন্দা অকি অখং য়াওদনা য়াইবী মবাং কায়বদুনা। মীবমগী মী ময়াম্না য়েংবা লাক্লে তোয়না তোয়না মৈতে লমদমগী কুন্দোবে লুহোংবদা বব কন্যাগী গুকশমগী লৈতেং মদুগী খুদম ওইবিবা কুন্দো পবেং অনিগী নুংওন ৱাবী শীংবুন্দো।

মপান্দা কনানো অমনা কৌবগুম তৌই, মালিনী মঙফাওনবকই, ইনুং ঙাল্লম্লে। মা কয়াদা নুংঙাইগ্রবা লৈবাংতনা থন্না শাৎপা মঙলৈবাক অমদা লৈব্ববনো লৈ ময়ামগী ৱাকৎ তাবদুনা।

থোঙ হাংলুবদা মপান্দা লৈবমই থোইবীরে মচানুপী লৈহাও লুহোংবগী হুক্লনবা কুন্দো লৈত্রি হায়দুনা লাই শূমাঙগী লৈকোন্দা কুন্দো শাৎপ্রা হংবা লাকপনি। কুন্দো শাৎপা মতম নত্তে মাগী অনীংবদু থুংহনবা ঙমখিদ্রে। মানা অদুক হংলকই, "কুন্দোগী মহূৎ শিনবা লৈ অঙোৎকাদি শাৎলিব্রা"?

মালিনীনা নোক্লদুনা খুমই, "মদুদি মথায় থায়নগী ৱানি মমাশিজনা লৈশারিঙৈ ফনেক খোয়দোম শেৎলিঙৈ শন্নাং কোয়কক্লরিঙৈ ৱানি। ঐদুম অঙোৎ চাবা অমত্তা থাগে হায়না খাগী খাত্রং কোয়দুনা থিরিবনি, ফংদবগী ৱানি।

# রাইট টু বিকম ওল্ড

অহলশিং য়াহৌনখ্রে! তেন্বগী ওল্ড এজ হোমদুনি।

লাইশোল ঈশৈ অমা পীক্লা থাবকই চীংখৈনা ফীদুপ হনবা কান অদুদা। লৈকোন্দা শাৎপা জাতিকুপ্পী, মালিকা অমদি শিজ্জাবৈনা মেঙলবা লৈনম অমা শন্দোবকই। খোইনীংশিংসু হুই খোংলকই। শম্বন ময়াদা অনেম্বা শকক্তা তখৈল্লেনা শাৎকায়বদুনা মোমোন নোক্লি। তেন্বগী ওল্ড এজ হোমদু নিতীগী মতৌগুম মখৌ তৌবা হৌরকই। মীদি পংয়াম য়ামদ্রি, কনানা হন্না য়েংবীদবা অহল মঙাখক্কি লৈফম ওইরি হৌজিক ফাওবদা মখোয় লোইনা হিংলিবমখৈ তেন্বনা থাক্কদৌরিবনি থাকসু থাক্লিবনি। মানা থবক্কগী পোত্থাবকপদা ফংলকপা শেলবুন অদু থাদবগা লিংখৎপা শঙনি য়ুম কায়ববা কনানা হন্না য়েংবিদ্রবা অহল ওইববশিংগীদমক। মখোয়বু হিংহন্নবনি। হিংবা হায়বগী বাহল্লোক্তি হিংহনবা হায়বনি। তেন্বা মখোয়বু য়াম্না হিংহন্নিংই মবমদি মানা হিংহনবা ঙমখিদবা মকপ গৌবিশ দাসতু, য়ুম কৈ পান্দবা পাখং অদো, মা লমদমসিদা লাক্কুনা অঙাং য়োকফম অমগী অশীন অবাঙ ওইদুনা লৈজবম্বনি। অদুবু, চহীনা অহল ওইশিল্লক্কবদা মাবু থবক্কগী পোত্থাহল্লমই, পেন্সন ফংবা থবকসু নত্তে, মাবু ফাজিনবিনবা মীসু লৈখিদে। মানা তেন্বদা ওল্ড এজ পেন্সন অমত্তং ফংহল্লু মা মফমসিদা শিবগে হায়না কয়ারক হায়খি। তেন্বনা মাগী লোকেল এম এল এদা মদুতংদি মতেং পাংবীয়ু হায়না কয়ারক হায়খি, অদুবু মদু ঙসি হয়েং য়েথোক্লিঙৈদা মা থমোইগী লায়না অমনা নারকখি অদুগা নোংমা মৈতান্না বাখৈদুনা লমদমসিগী লৈমায়দা তিনখি। তেন্বা খঙবা ঙম্লকখি অহল ওইশিল্লকপা হায়বসি থিংবা য়াবা নত্তে। মখোয়গী সেবা তৌবীবা হায়বসি পাঙ্গল কল্লিবশিংনা তৌবীবা য়াবা সেবা অমনি। মাগী ওল্ড এজ হোমসি খবা ঙম্না লিংখৎলন্নবদি গৌবিশ দাস শিঙম নাঙমদনা শিমদুমক্তি ওইবল্লোইদবনি, য়াম্না নীংঙম্মকখিদ্রে।

মী অমসু লৈখি, মাগীদমক্তা পূক্লিংদা অসুম নীঙদুনা লৈহৌরবা মাসু চংখ্রে। শিঙম নাঙমদনা শিখি মাসু কনানা ফাজিনবিবা তৌদনা। মানা নোংমদি হায়রকই, মতম্না য়ৌববদা মখোঙ থোংনা ইনাক্তা লাক্কনি অদুবু, মা অদুম লাকখিদরে। কনাদসু পুকমেন পাওমেল্লমদনা চংখিবনি। মখোয়গীদমক্তা কবিসু তৌবীবা ঙমখিদে তেন্বনা মতমদুদা খল্লকই ঙসি ওইরন্নবদিকো।

তেম্বগী ৱাখলদু কায়রমই। য়ুমদুদা লৈরিবা ইচে অপাবীদু চা লোনবা লোইরদুনা চা পুরকই। তেম্বগী শক্ক অদু তেবলদা থল্লদুনা কোয়না য়েংলকই অদুগা পোৎ চৈদু লোইশিল্লি। মা নহানতা শঙসিদা লাকখি ঈশিং ইচাওদা য়ুম তেকখিদুনা ময়ুম লৈতবদগী লাকখিবনি। মতম খবদি হৌখ্রবনি অদুবু মাগী ৱাবৌবদু লোইদ্রি। শেংবা শীৎপা তৌনা তৌনা মচীন্দা ঙাঙলকই, "ইচা পোকই হায়দুনা কৈদৌনদোইনো, পুকয়েকপা মমল ফাওবা হঞ্জিন্দে। মখোয়বু ফৌ শংবায় অমনা ঙাখা তুঙ্গোল অমনা চাওবকপবো"?

ইচে অপাবী পোৎফম ফম্বীনি লুকমায় পানবীনি অদুবু, শোল্লে ঙসিদি ঙমদ্রে। মানা হায়, মাগী নিপানা শাবিবম্বা য়ুম মচা মানা লৈজবিবদু ঈশিং ঈচাওদা থুমদুনা তেকপ্রে। মানা লুকমায় পান্দুনা য়োক্লকপা মচাশিংদু ডাক্তব ওইখ্রবনি। অদুবু, মমানা লৈবিবা শঙ ঈশিং থুম্বদু উনা উনা দলান মথক্তুদা মাগী নুপী অঙাংশিংগা নীংঙাইদনা লৈখোকই, পৈশিল্লবা মাল চাংদু নীংখায়বা ঙমদনা লৈববনিনা মদু চা থক্তুনা লৈ, মমা হনুবীদু ঈশিং থুমদবা মফমদুদা লৈশি হায়বা ফাওবা মচীন্না হায়দে। মা ৱাবৌই মফমদুদা হঞ্জিল্লবোই হায়দুনা তেম্বগী শঙসিদা লাকখিবা ইকুই কুইদ্রি। মা ঙাঙ ঙাঙদুনা ৱাই তৌবি।

তেম্বনা হায়বকই, "ইচে য়াম্না কন্না শৃকনু খবা খবা তেক তেক হকচাং নুংঙাইনবা শৃবগা লোইবে চাকাদু থক্তুনা ঙাইহাকসু পোত্থাও"।

তেম্বা নুংঙাই, কনানা য়েংশিনবিদ্রবা অহল খবা মানা সেবা ফংজবিবসে। মখোয়না কোইবা ইংখোল সিদগী লোকপা ইঙ্খাং নাপীতনা চাবা কোন্নে, কৈথেলদগী পংলৈ লৈদে। মখোয় ইংখোল কোইবদুনা, শৃ নোমদুনা, চাদুনা, পোত্থাদুনা খবা ঙাঙনা খবা শক্লা তৌদুনা লেল্লি। তেম্বগী লৌদগী লোকপা ফৌনা চহী অমা চাবা কোন্নে।

ঙসিগী খববদুদা যেংই। খববদুগী মমাঙমক্তদা, হন্দক কাবা মন্ত্রিদুনা মাগী ফোটো হাপ্লদুনা লাওথোবকই, য়াম্না থুনা কনা লৈজদ্রবা অহলশিংগী লৈফম অমা লিংখৎলগনি। তাবদা কয়াদা ফজখ্রবনো অদুবু মদুদি থীল্লে পম্বুবা চুমদ্রে। নিংথম থা চঙলক্লে মখোয়গী মনমদা পোমফ্রীদা ওইববসু খবা থানা কুপ্লিদুনা অইংবা হাযবা মখোযগা মরুপ ওইদ্রবা কুম্বাল অসিদগী কঞ্জনবা পাম্নে অমা পীবিববদি মহৈমক ওইনি। খবব অদুগী লামায়দু মশেল মবাং

তৌবকই বাখল অমদা অমুক উংদুনা লৈবকই। অঙাংগী নুমিৎ লাক্লে, ওঝাগী নুমিৎসু চংখবে, নুপীগী নুমিৎ য়ৌবক্কদৌবে অসুম্না অখন্নবা নুমিৎ কয়া অমা লৈজববসু অহল অশোন অনাগী নুমিৎতি কনানসু থম্লিংদগুম তৌই। ঙসি নহা হায়বসি ঙবাং অহল কযানা পোকপি থাকপি তৌদুনা চাওহল্লকপনি। ঙসি মহৈ চাবিবা উহৈ কয়া মখোয়না অদুঙৈদা থাবিবম্বনি। ঙসি মহৈ যাল্লিবা উশিংসি ঙবাং মব্দ হুনখিবনি অদুগা হয়েং মহৈ য়াল্লক্কদৌবিবনি। লাইবিক হৈহৌবা ফম পায়বম্বা অহলশিংগী সংস্থান অচৌবা অমা "অহল ইবুঙোশিংগী ফৃরুপ" ওইনা শেমগ্রে হায়বা পাওদি তাখি। অদুবু মদুদা য়াওবা য়াবোইদবা মোংতাই চুদাইনবা অহলসু য়াম্না লৈহৌবি। মাগী য়েংবদা কনা উদ্রবা, মচা মশ লৈজববসু মখোয়বু থৌওইবিদ্রবা, মপা, মপু, মবোক কয়াদুদি চহীনা অহল ওইশিল্লক্কনু য়াদ্রিবা। মখোয় তপ্না তপ্না শোঞ্জিল্লকই মহৌশাগী চৈথেং খাঙদুনা ৰাকচিংগী উল্লেন, কালেনগী নুংশা, ইঙা ইঙেনগী ঈচাও, নোং যুবল্লিবা য়ুমথক, চানবা চবা অনি, শেংনবা ফি মতং অমা ফাওবা লৈশিল্লক্কবা। মীওইবগী অধিকাব য়াম্না লৈব্রে হিউমেন বাইটস কয়া য়াওবি ইউনির্ভসেল ডিক্লাবেসন ওফ হিউমেন বাইটস হায়বা মালেমগী চংন পথাপুদা। হিংবগী অধিকাব রাইট টু লাইফ হায়দুনা লাকই অদুবু "বাইট টু বিকম ওল্ড" হনুবগী ফিভম ওইবকপদগী অধিকারদি চীখবম্বগুম তৌই। হনুশিল্লকপা কনানসু খিংবা ঙমদে। বৈজ্ঞানিক ডাক্তর কয়ানা মীওইবদা লাক্কদবা হনুশিল্লকপা শক্তমবু লাকহন্দনা নহা ওইনা অদুম লৈহন্নবা হিদাক পুথোক্কনি হায়না হোংনবা লৈব্রে। অদুবু মখোয়সু হিদাক্কু পুথোক্লবা এক্সপেবিমেন্ট তৌনা তৌনা হনুশিল্লক্কুনা শিনখি। মীওইবনা হনুশিল্লকপসি উকবদা গৌতম বুদ্ধনা নিংথৌমচা ওইবগী নুংঙাই য়াইফবা থাদোক্কুনা লাইনীংবা ওইখি খোম্লোক অমখক্তং য়েল্লম্লগা বুদ্ধম শরনম গম্বামি, সংঘম শবনম গম্বামি সত্যম শরনম গম্বামি, ধর্মং শরনম গম্বানি। মাসু মীওইবশিংনা অহল ওইশিল্লকপদগী নাম্থোকচবা য়াবা পাম্বে থিবা ফংখিদে। হিমালয়গী মফম খরদা লৈবা মীওইপুম্বা হনুরকপা নাইদনা নহা শুম ওইনা তগং তগং তেক্লা পাজল কন্না লৈ হায়নবা মফম লৈ হায়নৈ। অদুবু মদু বারী ওইনা তৌমালে অদুদা কনাগুম্বা খরা হনুশিল্লক্তনবা য়ুম হোংনখি হায়বা তাদে। লাইগা হিংচাবগী বারীদা লাইনা অমৃতা থক্কুনা অমর ওই। হিংচাবনা তপাস্যা

তৌদুনা লাইবু পেলহল্লগা অমর ওইনবা বর নি অদুবু, অমত্তসু ফংখিদে। সংসারসিদা পোকপু পোক্লবদি শিবদি শোয়দবনি নোংমা। অদুনা হিংলিবা মীওইবনা চংকদবদি ধর্ম্মদি মিনুংশি য়েন্নবা অমসুং সেবা তৌবনি মসিগী অতোপ্পা মমিং অমা দান তৌবা কৌই। মসিগী বাখল ময়ামসিনা মকোক্তা নিন্দুনতা লৈবা তেম্বা থবক্তুগী পোথারদুনা থবক পোথাবদা ফংবা শেলবুন্দুনা কনা লৈজদ্রবা অহল ওইরবশিংগী লৈনবা, চানবা, শেংনবা সেবা তৌরগে হায়দুনা ওল্ড এজ হোম কৌবা শঙ অমা লিংখৎখিবনি।

তেম্বগী বাখলদু কায়বকই, মাগী ওল্ড এজ হোমদুদা ভোলুন্টিয়ার ওইবা প্রেমকুমাবনা মী ফমফম কাদুদা চঙলকই অদুগা হায়রকই, "তাদা, ঙরাং কনানা হন্না য়েংদ্রবা অহল অমা কঙাওননা লৈবে হায়দুনা  এন জি ও অমনা থেংনরকপদগী ঐখোয়গী হোমসিদা থমগে হায়বকই। ঐনা ঙসি অয়ুক পুং ৮ তাবদা পুবকউ হায়বম্বনি, হৌজিক লাক্লনি মতম য়ৌবে"।

প্রেমকুমাবনা হায়বকপদুদগী তেম্বনা মচিন্দা শোল্লি, উম! অহল তরুক্তি শুবেদনা, ফবে ফবে মাগীসু লৈনবা শেমউ ঙসিগী চাকসু হাপ্পু মাগী।

প্রেমকুমারনা হায়থবকই, "অহন্দুদি বেবাগী অহল্লি হায়। মা হিংনা হিংনা মশানা শোরাং শোঙ্গ্রে হায় অদুনা গাড়ী থাফমদা কৈথেলশঙদা লৈদুনা শিবা ঙাইরিবনে হায়"।

তেম্বা ঙকপদা খম থেংই, ঙক্লুনা প্রেমকুমাবদা য়েংলদুনা লৈ। প্রেমকুমারনা মখা লীথবকই, "মীনা ঙাঙবকা কয়া লৌদবা মানা তৌবনা মফবে খনবা মী ওইবজাংনি ঙাঙনবা বাগদৌরিবজাংনি। মবল মথুম কা য়াম্না লৈবা মপান ফরিঙৈদা মচীন তোঙবা মী অমা মরৈকায়দুদা ওইরম্লজাংনি, মচা নুংশিবিবনি হায়দুনা মাগী ইংখোল লৌ পুম্বা মচাশিংদুদা পানশিনগ্রে। অদুদগী মাগী নুপী শিরবা মতুংদগীদি মচানিপাদুনা মপাদু তাম্বোরক্লুনা লৈফম লৈতবদগী শাওরিনি হায়দুনা হিংলিঙৈদা শোরাং শোন্দোকচরগে হায়দুনা মশানা হিংলিঙৈদা মশাগী শোরাং শোঙরিমালে। শোরাং শোনম্রবনিনা লৈকাইগী ধর্ম্ম কর্ম্ম ফাওবদা বার্ত্তোন তৌবিদদুনা হিংনা হিংনা শিরবা মী অমা ওইনা লেল্লকপা ফনা কুইরবা লৈকাইদগী মমিং মৃৎপ্রবা অহল অমা ওইবমাল্লে।

গাড়ী অমা কোম্বোংদা খাম্না তারকই। মী খরা কুমথবকই গাড়ীদুদগী। প্রেমকুমারনা ওক্লুনা পুশিল্লকুনা তেম্বদা শক তাক্লকই। মখোয়গা তেম্বগা খুৎ শোক্লদুনা ফমথনৈ। মখোয়গী মতুংদা অহল অমা পোল্লি পোল্লি চঙলকই। অহল অদুবু হেক উরুবদা তেম্বা শ্বায় লাওই।। মাগী হান্না নুংদা তুমদুনা লৈজবা লমহন নুংশিৎ অদু নুংদগী খংকাঙ কাঙখৎলকই। মাগী মমীৎ তন্দন পাইবগুম তৌরকই, ভুত ওক্লরবোই খল্লকই। মমীৎসু খুনম্না নোইরগা শৃক্তোক্লুনা য়েংলকই।

অহল অদুনা মমায়দু অমুক্তং য়েংখৎলদুনা তেম্বগা মীৎ চানবগা মমায়দু ফীজিনা খুমজিন্দুনা শূৎ শূৎ কপখি। তেম্বা ঙকপদগী ঙকপদা খম থেংগ্রে। অহল অসিনি শোরাৎ শোনগ্রে হায়রিবা মাগী নুংশিজরবা তা মাধোপ। তেম্বদি হিংনা হিংনা শোবাৎ শোনবগী বাদি খল্লুদবনা শোরাৎ শোনগ্রে হায়না তাবদুদা শিগ্রে খল্লুবনি। তেম্বগী মচীন্দগী শোল্লকই,- "তা মাধোপ নহানমখৈ কদায়দা লৈকই"?

- থোকউ থোকউবা মফমদা, ঐনা হায়খিবা মতম্না য়ৌবক্লবদা ইখোঙনা থোংনা ননাক্তা লাক্লনি হায়খিবদো, ঙসি ইয়াম্বা নঙগী খোক্সুল লীবকই।

তেম্বা হায়ফম খঙদনা নুংঙাইবা অমা ফাওরে। গৌরিশ দাসতা কবিমত্তা তৌখিবা ঙমদ্রবসু তামাধোপকি সেবাদি তৌবিবা য়াবেদনা। তেম্বা ফাগি অমা তৌনীংলকই, ফবে মসিনা নঙগী অনিশুবা মপোক্লি নঙবু মধবদাস হায়না কৌরগেকো তাদা। মসি নঙগী যুম্নিকো।

# শগোল হঞ্জিন কৈনা চাবা

মতমসি ওল্হোক্লা চবাংনবা মতম অমা ওইবি। ময়াম মিহুন চেঙ্গুম চেঙ্গানৈ। হন্দ্রেড ফোবটিফোব অমদি কর্ফিয়ুনা নুংশিংমুক হেক কুণ্ডই। ঙবাংতা খববদা য়াওখিবদুনি, নুপীমচা লৈশাবী অমা মানা খঙনৈ হায়বা নিপা অমনা মোবাইলদা কৌথোকখ্রগা মাবু গাড়ীদা হাপ্তুনা পুবিবগা সহবদগী খবা লাপ্পা লৈবা মফম শঙাইবুঙদা লৈবা ফার্ষ্ট ফুড রেষ্টুরেন্ট অমদা পুশিল্লগা মহী অমা পীথক্লগা ব্রাম্ভহল্লগা নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনখ্রে। নিপাদুনা অতোপ্পা মমান্নবা অমগা মখোয় অনি চঙদুনা থবক অদু পাঙথোকখিবনি হায়। নিপা অনিদু পুলিসনা ফাবে হায়। নুপীশিংনা হৌবক্লুনা রেষ্টুরেন্ট অদু শীদোক্লুনা মৈ থাদুনা তাঙ্গোই ওলহনখ্রেসু হায়বি। ব্রাফম অমনা, চীংগী লমদম অমদা খুৎলাই পায়বা মীওইশিংনা স্কুল কুম্লকপা লৈশাবী মচা অমা নমদুনা কিহল্লগা নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনখ্রে হায়বা অমনি। মীপুম খুদিংনা পেন্নদনা শোন্নবা ধর্ম্ম লৈতবা নুপীবু ইকাই খুম্নদবা শা ঙাগী লমচৎনি হায়বদুনা নিপাশিংদু লৈবাক্কী আইন মতুং ইন্না ফাঁসি তৌ হায়দুনা মায়গৈ মায়গৈদগী লাওনবকই। নুপীগী লিংবা সংস্থান, কমিসন অমদি এসোসিয়েসন কয়ানা ব্রাফমশিংদু হকচিন্না লৌদুনা কন্দেম তৌনবকই। মদুগী মনুংদা "নিংঙোল য়াইবী কন্নলুপ" হায়বা এসোসিয়েসনগী সেক্রেটরিদুনা মিটিং কৌদুনা ব্রাবোল লৌখ্রে মদুদি, নুপীসু মৈগী শক্তম লৌবসি, অফংবা তাঞ্জা অমত্তা নাম্বোকহন্দনা নিপাগী মথক্তা লান হৌবসি। নুপীসু ইবাং হৌরক্লে হিংসা চখবক্লে, অউ অউবা খুৎ থাবা হৌরক্লে হায়না উৎতুনা নুপীশিংসি অশোনবী নত্তে হায়না চপ চানা উৎতবা য়াদ্রে।

ব্রাফম অদু য়েৎনবা লৈখি, য়ানীংদবা ফোঙদোক্লবকই, মবাল লৈতবা নিপাদা খুৎ থাবা হায়বসি হিংসানি। আইন্না ফাদুনা বিচার চখরনি হায়ববনিনা আইন্দা থাজবা থম্না চুমই। নিপানা নুপীশিংগী মথক্তা হিংসা চখবনি হায়না লৌবা চুমদে। খঙনবী নুপীশিং কৌথোক্লুনা কোয়মিন্নবা রেষ্টুরেন্টতা চঙমিন্নবগী অয়াবদি নুপীশিংদু লোইনা লৈকবনি, তৌবতবু মখোয়গা খঙনরিবা নিপাশিংদু চাউখৎতবা ধর্ম্ম লৈতবা ওইরুবদুনি লাইবক থীবদি। মখোয় ফাববনিনা চপ চাবা দন্দি তৌনবা খোঙজঙ চঙশিনবনা ফৈ হায়বনি।

অদুমক্তদা, হকথেংননা খুৎথাবা হায়বা ৱাবেপ অদু সেক্রেটবি ওইবিবী লিম্ছোই লৈমানা নমদুনা লৌহনখ্রে। মদুগী মখা তাবা ওইনা ফাববা অনিদু কোর্টতা পুথোবকপদা নুঙনা থাজিনবা, মমায়দা খোঙউপ্পা কনবা অমদি তিন শীৎচিনবনা চিংবা থবক তৌনবা নুপী কাঙলুপ অমা শেমখ্রে। অতোপ্পা কাঙলুপ অমনা লমজাওদা কৈথেন্দা খোক্তুনা নিপাদা খুৎ থাগদবগী শেম শানখিবনি। অদুনা কৈথেল পোৎলক্তা চঙদুনা নিপাশিংনা পোৎ য়োনবীদা খোন খবা কল্লপ ঙাঙনবা উবদা চোংশিন্দুনা মখজায়দা খুপাক্লা শেৎ শেৎ থাজিনবা কয়া অমা হৌবক্রে।

মোবাইল ফোন্দা পাও লৌ লৌদুনা লৈবিবী লিম্ছোইলৈমা হবাওবগী মথোই কাবি। নিপাদা হিংসা চত্থবা মতাং পূম্বা মাগীদি হবাওবা ওইবি। মখা চত্থনবা নুপী মৈকিদবী ময়ামদুদা ইনশিল্লি। অদুগা মোবাইলদা মখা তাবা খঙহল্লক্লবা হায়খি। মা মশক উংতে অয়াম্বা মতমদা মোবাইলগী মতেংনা অশিন অবাঙ ওইদুনা অদুম লৈবি।

লিম্ছোইলৈমা সমাজ সেবী অমনি হায়না মশানা হায়জবা মচীন তোঙবী নুপী অমা ওইববনি। মানা থাজে, মৱা ফত্তবা শিবা ঙাইবা, মচা ফত্তবা চাওবা ঙাইবা হায়বা মৈতৈ পাওবৌদো। মানা থাজবা মৱা ফত্তবা শিবা ঙাইবা হায়বা ৱাখলদুদি মাগী নীংবা থুংখ্রে। মা মচানিপা অমা লৈববা তুংদা উচিন নাচিন্না লুপ্রা ওইবে। মানা হেক পাম্বদুমক থোক্লে। মানা থাজবা সমাজসেবানি হায়দুনা নুপীশিংদা হকচিন্না খলহন্নবা হোৎনৈ মদুদি সংসাবসিদগী নিপা হায়বা জাৎ অসিগী মথক্তা দয়া অমত্তা য়েংলোইদবনি, পুবা মুৎথ্রগা মুৎথ্রসনু। নুপীনা লিংবা খুন্নাই অমা হৌদোক্কদবনি হায়বসিনি। মানা নুপীশিংদা নিপাগী শান্নপোৎ ওইদুনা লৈগদৌ শকক য়ুম পান্দনা লৈয়ু হায়না ময়ুম পান্দবী লৈশাবী অবিবী ফনা য়াম্না শেম্বা ঙমখ্রে। লিম্ছোইলৈমা কন্না মৈনা ফগৎলকই। পুলিসকাসি মা ঙাঙনবা ঙম্বগী ৱা লৈত্রে। কনাগী মাগী নিপাদু ফাওবা মানা হেক ওৎপদা খাঙবা ঙমদদুনা চৎথ্রবনি। মচানিপা তাইবঙঙানবতদি নিপা ওইজববসু সংসাংবসিদগী নিপা পূম্বা তুমখিবদা য়াওহল্লিংদে, মবমদি মাগীনি হায়বদা হেক য়েংবদা মচানিপাসিতা ঙায়বে। লৈবাক্কী মচীন তোঙবী মমাগী মচানিপা ওইবদুনা হাইনা হুম্না পাল্লি, চিঙ্গাকসু অফা ফত্ত শুনা চাদুনা অমত্তা চিলহাও থিজদবা, মীপোক মীহিং ঙম্বী মমা

লিম্হোইলৈমাগী মচানিপানি। লিম্হোইলৈমানা নিপা য়াদবগী হায়রুববদি লমজাওদা নুপী নিপা চৎমিন্নবা উবদা খৎনবা হৌরুবগা মতৈ মনাও ওইবম্বা য়াওদুনা ইকাইবা নংবসু য়াওখ্রবনি। মথন্তা মপুম থীৎনা শাওদুনা মশাগী লাইমন তাঞ্জবিবসিনি।

মদুগী লিম্হোই লৈমাদুনি নুপী মেম্ববশিংদা চপি থাবিবসে মোবাইলদা তাওথবকপা য়াথং ওইনা। নুমিদাংবাইবমদা শঙাকফম কৈথেলদা খুৎ থোক্লম্রে।

শঙাকফম কৈথেলগী লল্লোঙ অহুম ফাংবদুদা হাইবং তুবং তৌদুনা থোকচবকপা নিপা অনিখক নুপী মেম্বব মযাম অমগী মীৎযেংদা তাকবে। অমদি নাম্হোক্লুনা চেনখবে অমদি ফাহৌবে। ব্রা ঙাঙনবগী তাঞ্জা পীখিদ্রে, হিংসা চখখ্রে কনানা হন্না য়েংনদনা শোবোক থক্তা যাম্ফক তাখবে। নিপাদু খবা থীনা শোকপা উবদা শিবা নাবা যাওববদি ব্রা য়াম্নবক্কনি হাযদুনা নুপী মেম্ববশিংদু মহৈ মহৈ লৈথোক্লখ্রে। ময়াম শবা শন্নবকই, খোযশাওনববী নুপী ময়াম্না ইবাং হৌবক্লুনা ফানবা ঙম্নদনা নিপা অমদা খুৎ থাবদা নিপা অদু শোক্লুনা ডাক্তব খানাদা পুখৎখ্রে।

নিপা হায়বা জাৎসি সংসাবসিদগী মুৎহল্লসি হাযবগী পান্দমদা লিংবা সংস্থান্দুগী অচৌবা মায় পাকপা অমা ওইখ্রে। মসিদা নত্তে মফম খবদসু থোকখ্রে হিংসা শোন্দম নাদম্বা নিপা খবা অশোক অপন নংখ্রে।

ব্রাফমশিংদু লিম্হোইলৈমাগী নাকোঙদা যৌবকই মোবাইল ফোন্দা পীবকপা পাও ওইনা, হবাও মথোইদুম কাজবমই। মোবাইল ফোন মথং মথং লাকই, অদুবু, পাও মযামদুগী মবক্তা নিপাগী খোম্হোক্তা পাও অমা লাকই, হল্লো, তাবিবিব্রা ইমা লিম্হোইলৈমা নৎত্রা?

লিম্হোইলৈমা ফোন্দু ককথৎলগে খল্লবনি মবমদি মা নিপাগা ব্রাবী শানীংদে অদুবু টেলিফোন্দুনা মাগী পূক্লিং থুক্কৎহনখি, "ইমাগী ইচানিপা ওইবমালে তাইবঙঙানবা, নুপীশিংনা ফুই হায়দুনা শোক্লুনা ডাক্তব খানাগী কেজুযেলিটিদা লৈ হাযবসি পাও তাকচবনি"। টেলিফোন্দু ককথৎখ্রে।

# মাগী মতম্না শুরক্লবদা

ঙসি অবি অনৌ শিন্নফম থোঙ্গালদা লেপ্লদুনা চান্না মিকৌনা কৌনবি পোইবৈ মদাইবেম্না য়াইফথোইববু ওইবিয়ু লাক্লিবা কুম অসিবু, লমজাওদা চহী হৌবগী চবাংনবি। ময়াম নিয়ু য়্যাব পিক্লিক চৎনখ্রি হবাও তয়াম্নবি কৈশুম শঙসিগী ব্রাংমদা। কৈশুমশঙ মনুংসিসু চবাংনবি অদুবু, নিয়ু য়্যাবগীদি নত্তে। কৈশুমশঙগী য়ুম্বুবেনবী শানোয়বী কুন্দোবৈ ব্রান্থবকপননি। ডাক্তব লাক্তুনা হিদাক কাপলি। মাগী নিপাদু ফুম্বংনদুনা লৈ। মখোয়গী অমত্তা পোকচবা মচানিপা পাইখোম্বদু নিংথৌ মচাগুম কেথোক মৌথোক্লা য়োকচবকপনি, পাখংমচা অদুসু ঙসাই অয়ুক্তগী নিয়ু য়্যাবগী কুম্মৈ কাব পুদুনা ইবাংদা তাওদুনা চৎখ্রি। মমানা লেকথদুনা লৈহৌবিবসি মাদি তাদনা লৈবমগনি। কবিগী ব্রান্থখ্রিবনো হংজনবা পাঙ্গল লেশ্বীগী লৈতে।

লেশ্বীনা অমুক্কা হেন্না ঙক্লিবনা মানা কুইনা উনহন্দ্রবা মাগী অপোকপা মপাদু চবাংনববা ইমুংসিদা লাক্লে। মপাদু ময়াঙ ইকং কংই কোইসু কোক্তে তুফক তুফাই  ইচন চন্না উই। মপানা লেশ্বীবু উবদা হায়বকই, "ইবেম্মা লাকও চৎলসি লাকও ইপানা নঙ লৌকগে লাকপনি  নফি শেৎচিল্লো"। লেশ্বী ব্রাফমদু তাবদা ঙকই মাগী নুমিৎ শুববা। ইমুংদা চঙদুনা মাগী ফনেক ফিবোল অমা অনিদু যোমশিল্লি, মপানা মপান্দা ঙাইহৌবি।

লেশ্বী নিংশিংলুবদা ঙকই। মখোয় নুপী অনিতনি পোকমিন্নবা মতম্না যৌবক্লবদা মাগী মচেদু লুহোংখি। লুহোংবগী অচঙবা পৈশা পুম্বা পুথোক্লবা লৈতবা মপাদুনা মীগী মবন শোৎপা তাবকই। শেঙ্গংদা শেল পূফম লৈ হাযদুনা খঙবা অমনা পুশিনবিখি শানোয়বী কুন্দোবৈগী মনাক্তা। অদুবু, পৈশাদু পূক্নবগা শেন্দোইদি পীবা ঙমদবা হাযববু ওইখি। মপানা ইকাই ফীকুক খুমদুনা মীগী মীচৈ ঙাক্তা তাবকখি। মাদু য়েংবা ঙমদদুনা লেশ্বীনা মপাগী অব্রাবা কোক্লবা ব্রাফম খনবা হৌখি। মথংগী থাদদি মথোই পীবা ঙমদবদগী খুৎকনবী কুন্দোবৈনা মী থাদোক্তুনা মপাবু ফাদুনা পুবদা মাসু মপাগী মতুং ইল্লকখি। মযুম যৌবগা মাগী শনম মিনম তাদ্রবা মযুম কৈশুমশঙদুদা পুশিন্দুনা মপাবু ফু চৈবা তৌবদুদা অঙাং ওইবিবী লেশ্বীনা হাকন চঙজবকই। অদুদগীদি শাথীগ্রবা ব্রাবেপ্তু লৌখি। ব্রাবেপ্তুদি থা থাগী লুপা চামঙা শকচিন্নবা লেশ্বীবু

শানোয়বী কুন্দোবৈগী য়ুমদা বন্ধান ওইনা নমদুনা ফাহৌই। শেন্দোই শেল্লেপ্তু চীৎথদনা শিংগৎপা ঙমদ্রিফাওবা লেন্বী য়ুমদুদা থবক শূবি। মীনায় অমা ওইনা লৈহৌবদা তাবে। মহাক মপাগী অবাবা শব্দক য়াবা ওইনা মশানা য়ানা লৈহৌবনি। লৈকাইগী স্কুলদা মমান্নবী উন্নদুনা লাইবিক তম্বা কাবম্বা, উবাওবী তান্নদুনা শান্নবা, য়াওশঙ থোক্কুনা শেল মুনবা পুম্বা অমত্তা য়াওবা ফংখিদ্রবী লেন্বীবু নৈবা য়াবমখৈ নৈদুনা চাবা তঙ্খায় তূম্বা তঙ্খায় তৌহন্দুনা লৈহল্লকপা অসুক কুইববসিদা ঙসিনা নুমিৎ শুবকপা অঙকপনি! মাগী ময়ুমসি কৈশুমশঙনি হায়বদা ব্রাৎলবনি। জেলদা অদুগুম্না শাথীবমগদবা মান্দে। ব্রাংলবা চেক্কি ফক্লাংনা চেকশিন্না কোয়শিল্লবা মনুংদা কোনুংগুম্না খিন্দুনা লৈবিবা চেক্কি য়ুমজাও, লৈনুংগী কা, লৈকোল, পুখ্রি, গাডী কাব থন্না লোইবিবা কংসগী কোনুংদুদা লেন্বী মীনায়নুবীনি। মশাগী চহী তবানিথোইদগী লৈবকপনি কুন্দোবৈগী ঈশৌ লাংবী খোইবেন মশা পাইবীদুগী মীওৎ মীনৈ মখাদা। থা তকক্কখক্কিনি হায়দুনা লৈবা হৌখিবদগীনা চহী অনি অহুম হায়বক্রে য়ুমজাওসিদা থবক শূবা মিয়াৎ তাদুনা লৈবক্লিবা। লৈবাক্কী কৈশুমশঙদি বন্দি অমনা মবম ওকপা থবক তৌকব্বগী মহৈ ওইনা মিয়াৎ মতম ককথৈ হায় অদুবু লেন্বীগী মিয়াৎসিদি মবম ফনা ওক্কুনসু কৈসু কান্নদে, মতম শাংদোকপতনি, ফুবা-চৈবতনি চাক পীজদবনি, তুমহন্দবনি পোত্থাহন্দবতনি। মানা ঙাইবকখি মাগী মতম শুবা নোংমা নিনি থাদগী চহী অনি অহুম মপানা পূকবা শেল শিংখিবদি চহী অমা ফাবে হায় অদুবু, শানোয়বী কুন্দোবৈনা শেল শিংলবসু থাদোকপা মতম শুদ্রি য়াদ্রি হায়দুনতা লৈবকপনি। ঙকই, ঙসিনা কবম হায়না নুমিৎ শুবিবা। নোংমতা ফাওবা কোম্থোং কানশিনহন্দবা মপাদু মী থাদুনা কৌহল্লুবনি হায়।

পোৎয়োম মচা অমা পায়বদুনা লেন্বী থোবকই নোংমা মপানা থিনজিল্লম্বা থোংজাওদু কাম্থোক্কুনা চঙলকখিবা নুমিৎতগী অমুক্তসু থোকহন্দবা কোম্থোঙদু হাংদোক্কুনা। মপানা হায়বকই, নঙ পাবুংদা চৎলগে হায়বম্মুদনা। হায়কদ্রবসু মাগী পাবুংদুনা অদুম হায়বকই, চৎলো চৎলো। ভবা ওইখিনবা লুপা অমা ফাওবা পায়হল্লক্তে।

কোম্থোঙদা মীনা ফীঙৌ ফৌবম্মী। অমনা অমদা হায়নবকই অফবা অমত্তা হাযনদে। অমনা হায়বকই,ঙসিনা কোম্থোংসি কমহায়না হাংইবা

কাংদা থোঙ্গালদা জগবোন্ধু লাই লেঙঙকপদসু হৈকক্কা ওকপিপোৎ নত্তেনে। “অমনা অমুক খুন্নকই, য়াওশঙদা অঙাং শেল নিবা লাকপদা চঙউববু হূই থৌজিন্দুনা তাম্বোকপা ঙমইবনিনে”। কুইনা থোংদা লোন্দুনা লৈবা য়ুম লৈকাইনসু ইচঙ চঙদবসু চেপথা চেপথা য়েংনবগা অমনা অমুক হংলকই, “কোনুংমান্না শাবিবা মখোয়বু কবি থবকপু তৌবগেনে”? অমনা অমুক খুন্নকই, “হো শেল শানবা, মীগী পেন্সনবুক বন্ধান লৌবা, মীগী ব্রানোশ্বীবগী শেল লৌবা, নুপী শেম্বীবগী থবক তৌবা অমুক্তোইবা অহিং নোংয়ায়ফাওবা গাডীগা গাডীগা আমিয়া কাদুনা লৈবা কাংবুনি”। অমনা অমুক হায়জিল্লকই, “পোৎতা বন্ধান লৌবা নত্তেনে মী ফাওবা বন্ধান লৌবনি”। অমনা অমুক ওকশিল্লকই, “মখোয় মী তিন্নদে। মখোয়গী পুন্সি মবেনসিদা য়াওসি হায়বদা যাবা মঙা তবা অমা খল্লগা মখোয় মশেন অমনা অমবু থাগৎনদুনা পংলেন্দা লেনবনি”।

তিল্লিবা ময়ামদুনা শানোয়বী কুন্দোবৈগী মগুন কন্না শক্লি লেপ্পা লৈতে ঙাঙথবকই, বন্ধান হনবা লাকপা, থম্বা লাকপা, শেঙ্গংদা পূবা লাকপা, পোৎ থম্বা লাকপা কাংবুশিংদা মা থীনা ঙাঙবা, ঙাঙবদা ব্রাজাও নত্তনা ঙাঙদবা, শেন্দা লিশিং লাক্ষকি ব্রা নৎত্রবদি ঙাঙদ্রবা মখোয়না চঙবা য়াবে হায়বা মী নত্তনা কনাসু চঙহন্দবা থোংদু ঙসিদি হাংলে। লৈকাই শীংলূপকী শীল্লাংবা তাচৌ চঙগ্রি। ডাক্তবগী গাড়ী অঙৌবদু থৌজিনখি।

লেশ্বীগী মপানা কবোক খবা লৈকন্দুনা থোঙ্গান্দা থাদোকই মচানুপীগা লোয়ননা খুকমদুনা শোল্লি, “হে ইমা য়ুমজাও লাইবেম্মা, ঐখোয়বু মফমসিদা অমুক হলহনবিবনুকো”।

নুংথিলগী খবব লাক্লুনা মফমদু য়ৌবক্রে “নিয়ু য়্যাব কোয়বা চৎপা নিপামচা অমা লোংমৈনা পাল্লে, মখোয় মশেন কাপ্লবনি “অশিবদু মোর্গতা থমগ্রে” হায়বি।

মনুংদা চঙলুবা শীংলূপকি তাচৌনা থোরক্লুনা ময়ামদা হায়রকই, “হৌজিক খবরদা য়াওবিবসিনি, মখোয় মশেন কাপশিন্নবদা শি হায়বিবা

নিপামচাদু ইনে শানোয়বীগী মচানিপা পাইখোম্বদু ওইরম্মে। সংস্কারদি হয়েং পোষ্ট মোর্টেম তৌরগা নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা তাবনি। ইনেসু বাম্বদু জ্ঞান তাদ্রি ডাক্তরদা পুখৎকনি হায়বি মপান্দা পুদৌবিমালে।

লেশ্বীনা হৌজিক্তা ভাব তাবি মাগী নুমিৎ করিগী শুবকপনো। ইয়ুং শো লোন্দুনা মপান্দা চৎপা তাবকপা, মচা শিবা পুম্নমকসিনা লৈদুনা শিজিন্নখিবা মীনায়পুম্বা খুৎশুমন পীদনা থাদোবকপনি, মিনুংশি নত্তে।

ময়ামসু শোন্ন শোন্নদুনা অদুম কায়নখি, ও! মী মীগী মতম শুরবা হায়বসি য়াদেকো। কুন্দোরৈদু মানা মী ওৎলকইবসি ফনা কুইরে। মখোয়দি শিরোই নাববোইদবোই নীংবনি অদুবু, অদুম মবাকইকো মাগীসু মতম। মানা মী ওৎতুনা তানখিবা শেনফমদু কেদৌননি মচাদুসু চৎস্ত্রে মাসু মচাদুগা লোয়নখিগদ্রা খঙদ্রি।

# আইনগী পোৎলুম্না নম্থরকপদা

অয়ুক্কি।

মহেন্দ্রগী উকিলগী চেম্বর হাংবদা ঙায়বি ওফোকপা পাও অমা লাকই। পাও অদুদি ঐজ্ঞা বেনীমাধব লৈখিদ্রে হায়বনি। মহেন্দ্রদি য়াম্না পুক্নিং শোকই নীংঙমদবা অমসু ফাওবকই।

ঐজ্ঞা বেনীমাধব য়াম্না ধর্ম্ম লৈবা মী অমনি। মাগুম্বা মী তাঙই। ধর্ম্ম কর্ম্মগী শকশোনবা, মান্দোব মপু ওইবা লাই পুজা তৌবা মখল কয়াগী ঈশ্বরগী সেবাদা কখোল্লবা মী অমনি। মা য়ুম পাল্লমই হায় অদুবু, মচা অমত্তা লৈত্রিঙৈদা মাগী থৌবানীদু ঙন্না লৈখিদবনি হায়। অয়াম্বা মতাংদা নিপাদি নুপী হেক লৈতবগা ফীবোয় ঙাইবা ঙমদনা অমা হেক্তা থিজিল্লকপনি অদুবু, মাদি তৌদে। মা ময়ুম পান্দনা ব্রহ্মাচাবি অমা ওইনা অদুম লৈবকপনা চহীসু য়াম্না পুন্সিববনি। চহীদা য়েংলুববদি মতমবুদি য়ৌববনি। অদুবু মাগুম্বা জ্ঞান লৈবা মী অমা মহেন্দ্রগী পুন্সিদা ফংগদবা মান্দে মানা ঙাঙখোবকপা বাসি বাখল খনবা য়াবা ওইনা তৌবা ঙাক্তনি। খুদম ওইনা অঙাং মনা হূৎপগী যজ্ঞ তৌনবা তানকববদা হন্দক্কি কুম্বালসি যজ্ঞ লৈতে হায়না পাঞ্জিশিংনা হায়নৈ হায়দুনা হায়কবদা ঐজ্ঞানা তপ্না হায়বকই, -"নুপী অঙাংশিং জ্ঞান লৈতবা কাংবুশিংদা চমন্নহন্দুনা মদুগী বাদু হায়বোইদবনি যজ্ঞ তৌবা য়াদবা হায়বা লৈতে য়েংউ ঐ হায়গে নখোয়দি লাইবিক হৈবনি তাও। ঐজ্ঞানা মখা তাবকখি- "শাস্ত্রদা যজ্ঞ তৌ হায়বসি পোকপদা যজ্ঞ তৌ, নাহূৎপা কর্নবেধ পুজাদা যজ্ঞ তৌ, উপনয়ন নগুন থাংবদা যজ্ঞ তৌ, অদুগা লুহোংবদা, শিবদা যজ্ঞ তৌ হায়বনি সংস্কাব তবানি। পোকপা অমদি শিবদা যজ্ঞ হায়বিবসিনদি পোক্নিং কান্দা পোকপা য়াদে, শিনিং কান্দা শিবা য়াদে। অদু ওইববদি পোকপদা শিবদা নুমিৎ অফবা কা হায়বা ঙাইবা য়াব্রো? অদুম যজ্ঞ তৌবা তাবা নংব্রা? অদুনা ফত্তবা নুমিৎ লৈতে নপুক্নিংনবু থাজরবদি নঙনা ফৈ হায়না খনবা নুমিৎ অমদা হেক্তা যজ্ঞ তৌ, ইপানা হায়রিবসি ভাব তাব্রা?"

মহাক মবক মবক্তা মহেন্দ্রগী চেম্বরদা লাক্লুনা হেক হেক ফল্লে অদুগা বাখল খলহন্নবা জ্ঞান থন্না য়াওবা বাফম হেক হেক ঙাঙলমই। মদুগী ঐজ্ঞা

বেনীমাধবতুনি লৈখিদ্রে হায়রিবসে। ঙবাংতা ফোন অমা মঙোন্দা তৌবকই হায়দুনা তানবা লাক্লম্বনি অদুদগী মকোক ঙাওবকই হায়দুনা ময়ুমদা থিল্লুবনি। মাগী হান্না লৈবা লমহুন নুংশিৎ অমা লৈবনি মদু কাঙলকপনি হায়। ঙসি নুংথিল কোর্টতগী হল্লক্লগা হংবা চৎলুবগে খল্লম্বনি অদুগদি লৈতবগী পাও ওইনা লাকই। ঐজ্ঞা বেনীমাধব লৈত্রে হায়বা ব্রাফমদু মহেন্দ্র খনফম খঙদবা অমা ফাওই পূক্লিংদা।

মাদি হেক ফল্লবগা খবব পাই অদুনা মদুদা য়াওবা ব্রাফম অমা হেক পায়খৎলকই। অঙাং থবক শূহনবা আইন্না থিংলে, অঙাং পূম্বা মশাগী চহী ৬তগী ১৪ ফাওবা লেম্না অমদি চীৎথদনা স্কুলদা কাহন্দুনা লাইবিক তমহনগদবনি। ব্রাফমদু থবক ঙম্মোক্লবা হোটেলদা কবিদা অঙাং থবক শূহনবা থিংনবা সবকাবনা খোঙজঙ চঙশিল্লি হায়বা ব্রাফমদা ঐজ্ঞানা খুল্লকখি। "ইবুঙো মমা মপাসু লৈত্রবা অঙাংশিংদা থবক খবা হৈহন্দুনা শূবগা শেল তানবগী হৈনহনবগী পূক্সি অমা তম্বীবনা ফৈদা। মশাসু থবক হৈহন্দ্রে, অমবোমদা শৌগৎপিনবা কনাসু লৈত্রে অদু ওইববদি চাওবক্লগা পাঙ্গল ফাবক্লগা লমহেনবা থবক তৌবক্লুনা মাঙ তাকপা ওইবক্লোইদ্রনে। ইপানা হায়গদবদি শূহনগদবনি, থবক হৈহনগদবনি, শূবগা শেল তানবা ব্রার্ক কলচব লৈহনগদবনি। তৌবতবু অঙাংগী মতীক মপা চাদবা থবক শূহনবদুদি থিংবা চুমই"। মানা মখা তানা হায়খি, "শূবগা শেল থোকই হায়বসি তম্বীহৌদবদগীনি নহা ইনখ্ৎলকপা ময়াম্না মীনা তাঞ্জবা শেলদা মিহৌদুনা পার্সেন্টেজ খাইবা, দিমান্দ তৌবা, কিহন খংহল্লগা মীগী মবল মুনবগী ব্রাবী য়াম্না থোবক্লিবসে"।

মাগী ব্রাফমদু মীনা কয়া হায়নদবা ব্রানি। সোসিয়েল ব্রার্কবশিংসু পোলিটিসিয়ানশিংসু অঙাং থবক শূহল্লোইদবনি হায়বা খোল্লাওসিতনি। অদুবু, ব্রাদবা থবক খবা হৈহনগদবনি হায়বা ব্রাফমদি ঐজ্ঞা বেনীমাধবতগী তাবিবসিনি।

নোংমগী নুমিৎ অমনি, নিপানা নুপী লোনবগী ব্রাফম হৌদোক্লবকপদা ঐজ্ঞাসু য়াওশিল্লিকই। ময়াম চৎনখ্রগা মানা তপ্না হায়রকই, "নঙগী আইন্দো ইবো, ইপা কয়া য়ানীংদেদা। নুপী অতোম্বীদি নিপানা ইম্বোকপিরবা

কান্দা আইন্দা চাকথাক ফংনিংঙাই ওইদে হায়বিবসিবু কবিগী য়াবোইদৌবিবনো? নিপাদুনা লৌবিবগা মচা পোক্লুনা লৈমিন্নবদুনা লৈবাক্না মতৈ মনাওনি য়ানদুনা লৈকাই থৌ নিংথৌ থৌ পুদুনা নিপা অদু অহন্দুনা হন্দোক্লুনা চৎপ্রবদু লৈবাক মমাঙদা ময়ুম অমা লিংদুনা মচা মম্বা সেবা তৌবিবিদু তবাইনা লৌবা য়াত্রা? নুপী অহন্দুনা শাওবিনি হায়দুনা নোংমতা ফাওবা হংলদ্রদুনা অতোপ্পীদুনা য়ুম লেপ্তুনা লৈরক্লবদুবু, নিপানা হন্দোকপিবা মতমদা চাকথাক তানবা য়াবোই হায়বিবসিবু আইন শেম্বা কাংবুসি সংসাবসি মশক খঙদে তাকপা নৎত্রা?

মানা মখা তারকখি, "ইবুঙো, আইন্দি মীগী অম্বাবা য়ারিবমখৈ কোকপিনবা চৎনা পথাপলোমদা শেম্বীগদবনি। মী ওৎনবা আইন ওইববদি প্রজা ওইনা হিংলুবগী কবি কান্নে"।

নিপানা নুপী লোনবগী ম্বাফমদু ঐজ্ঞা বেনীমাধবসু মাগী ম্বাবল্লোন অদুম মফোঙদোবকখি। ইবুঙো, নুপীগা নিপাগসি লুহোংলকপা নুমিৎতদি পৃথিবীসিনা মায়গৈ অমা ওইজরবসু মখোয় অনিনা মায়গৈ অমা ওইবগা লাল তৌনববসু তৌনক্কবসি হায়না লাকখিবা ঙাক্তনি। অদুগুম্বা নিপাদুনা মা লৌদ্রবদি শিবগনি হায়বম্বা নুপীদু নত্তবা অমা অতোপ্পী ওইনা লোল্লকইবসি নিপাদু যৈ হায়বদি হায়নীংদে অদুবু, য়ুম হায়বা লেপকদবদি নুপীনি। মানা য়ুমদু নুংঙাইহল্লবদি নিপাদুনা কদায়দগী নুপী অমা থিনীংগদগে। কদায়দগী নুংশিনৈ হায়না লাকইবা নুপীদুদি মচা অমা অনি পোকপ্লবদি নিপাদু কবিমত্তা থৌওইবক্তে। ছুটি নুমিৎতনা মচা পুবগা মপামদা চৎখি ইমুংগী চাক ফাওবা থোংলমদে। অদুদদি নিপাদুগী মপাং অমা ওইবিবা ঙম্লিববা। অদুদদি মাসু মানা থোকপা হায়দুনা কয়া কন্না অফ ফত্তা খনবা ঙম্লক্তবা মতাং অমদা অদুম নুপী লোল্লকপা নৎত্রানে"?

অসুম্না ঙবাং মীনা তৌশিল্লকই হায়বিবা কেশতু নিংশিংলকই। ঙনপ্রবা অয়ুক অদুদা হৌনা হৌনা কৌদুনা থোঙ হাংনবা লাওরকই। থোঙ হেক হাংবগা ঙাঙবা হৌবকই, "সে শঙ্গোয়সিদা ফক অমা থাও ঐ নঙগী মথকসিদা কাবা ঙম্মোইনে, কেশ অমা তৌবকইনে মদুগী সোমোন্নি হায়দুনা ঙবাং কোর্টকী মী লাক্লুনা পীরমই। নঙনা য়েংদ্রবদি খঙলরোই হায়দুনা পুবকইবনি। ঐবু কোর্টতা হাজির ওইররাও হায়রমইনে"।

মহেন্দ্রনা চেদুদা অমুক্তং য়েংই অদুগা ভাব তারে মদু কবিনো হায়বদো। লাংতক্লনা ঐজ্ঞা বেনীমধেবনা পীশুম শূক্তোক্লনা য়েংখংলকখি। মহেন্দ্রনা হায়গদববু তল্লি। মবমদি, মদু হেক হায়কবদা মানা গুাগুথবক্তদবা ময়ামসি অমুক্তোইবা লোইগদবনি। অদুবু হায়দবা য়াদদুনা হায়খি, "পাবুংগী ওটোরিক্সো অমা ড্রাইভর নেক্লনা চেলহনব্রা"?

মানা খুন্নকখি, "হোয়নে, ইপাদি শূবা নোম্বসু গুন্নক্রে অদুদদি লৈজবা পৈশা খরনা ওটো অমা লৈদুনা চেলহনবনি অদুক ভাড়া চাগে হায়দুনা"।

অদুদগী মানা মখা তারকখি, "ড্রাইভরদুনা মমায় ইগুাও গুাওদুনা মী তক্লরে হায়দুনা নহান পৈশা কোকথোং অমা তিংদুনা গাড়ীদু জিমাদা লৌথোক্লনা শূমাগুদা ইনশিন্দুনা লৈরে"।

মহেন্দ্রনা হায়বকই, "গাড়ীদুনা তক্লবা মীদু শিরমালেনে"।

মাসু খুন্নকই, "হোয় হোয় ইবুঙো লৈখিদ্রে হায়নে নুংগুাইতে অদুবু মদুনা মদু ওইবে, গুসিগী কেশসিনা কবিনো নগুসু অদুক হায়বকউদনা"।

- পাবুং শিবিবা ইমুংদুনা কেশ তৌরকইবনি, ক্ষতিপূরন তাল্লকপনি।

- কনাদা?

- পাবুংদা।

- ইঃ ঐগুোন্দদি কবিগী?

- পাবুংনা গাড়ী মপুনিনা মনাই ড্রাইভরদুনা তৌবদি মপুদুনা তৌবনি হায়না আইন্না লৌবননি।

- ই! ঐনা নেক্লনা থৌহনবা ওইরবসু ঐদি মাবু মহী থকচিল্লগা মী তক্লনা হাংলুচো হায়খিদেনা।

ঐজ্ঞা বেনীমাধব শংত্রিক য়েংলকই অদুদগী গুংদুনা হায়রকই, "ইপাদি কনাদসু লাল্লুদ্রি। চন্দোন লাইপোং ইষ্টদেব কোন্দুনা লেল্লবনি। অদুগা মহাপাপী চন্দান্দুনা মহী থকচিল্লগা মী তক্লনা হাংলুরগা করিসু লাক্লদবা

ইপাদা তাইননি হায়রিবা নগুগী আইন্দু মী য়াইফনবা আইন নংত্রে মী লৌগে হায়বা নংত্রো? হেয়া! চোগুলমচাদবা, নাপ চাদবা, জুং চাদবা আইন্নিদা মদু ইপানা য়ানীংদেদা। ভীষ্ম চারগা শকুনীনা ঈশিং চাইদুনা লাক্লবা হায়বদু মহাভারততা পগুয়াগু য়াওবনি লাইগী বাবীনি। গুসি মীনা শেম্বা আইন্দবু য়ু থকচিল্লগা ড্রাইভরনা মী তকউ খুদিং মপুদা তাইননি হায়বসিবু নাতে পুতে চাদবা আইন নংত্রো"?

গুাইহাক তুমিন্না লৈনখি। অদুবু চা গ্লাস অমত্তং পীথকুনা ফাথদ্রবদি গুাওদুনা চংখিবা তারে। মানা হায়রিবসিসু মীওইবা অমগী কৈ ফত্তে খনবা গুন্না বাখলদগী থোকপা চহন পাখাগ্রো য়েংবদা য়াম্না চুম্বা বানি অদুবু, আইন হায়বদুদি আইন্নিদো মাবু করম্না ভাব তাহনগনি থমোই য়াওদবা আইন্দো।

চাদুদা অমুত্তং চিংলগা হংলকখি. "ক্ষতিপুবব কয়ানো তাল্লকইবনা"?

মহেন্দ্রনা শোল্লপ্না হায়খি, "লুপা লাক্ষ তরানি"।

ইঃ ঐঙ্গাদু মচীন্দগী খোঙ্কোক অমত্তং থোকখি। থক্রম্বা চা গ্লাস অদু লৈবাক্তা থমই অদুগা শোল্লকই, "ঐবু লুপা লাক্ষ তরা পীবা তারিবা"।

মহেন্দ্রনা খুমখি, "হেয়া পাবুং কেশ হায়বসিদি কেশনি মখোয়না হায়বা গুাক্তা পীগদবা নত্তে, ঐখোয়সু থেংনগদৌরিবসিদি"।

ঐঙ্গাদু করিমত্তা চগুদে মচীন্দা শোল্লকই, "ঐদি অদুক য়াম্বা শেন্দি কদায়দগী পীনি। ঐ মীগী মরল তোল্লগা শিবা পামদে আইনগী লৈবাক্তা ঐসু প্রজানি, আইন্দি ইনবা তাইনা"।

মহেন্দ্র গুাইহাক ঐঙ্গা বেনীমাধবকি বাখলদা উংউরে। মাগী জুনিয়র উকিলশিং লাক্লরে। মাদি ইমুংদা চগুদুনা ফি অমা হোংলে অদুগা মা অশিবা হংবা চংলুগে হায়রল্লগা থোরক্লে। মপুক্লিংদা খল্লকই, "চহীনা অহল ওইশিল্লকপগা, আইন্না নম্বুরকপগা হকচাং মৈ শোম্বুরকুনা ঈংথরকপগা ইপা শোদুনা ঐঙ্গা বেনীমাধবসু প্রান থাবা হায়বদু ওইরবনিকো।

# অঙাওবনা ফৌশুবা চরা নোংখন্নৈ

ইবেমহল চাকচা তোক্নুনা ইমুং লোইশিন খমজিন তৌবি। মাগী নিপাদি ওফিস কাব্রে। মাসু চৎকদবনি অদুনা হাথু হাথু তৌবিঙেসিদা কনানো অমা লোনশিল্লবা খোঙ্গাল ৱাংমদগী খোঙ থীন্দুনা কৌরকই, -"হো কনা কনা লৈবিবগে, চে অমত্তা পীজবমগে"।

খোঙ হাংলুবদা মীয়ায় চল্লবা নিপা অমা সাইকল পায়দুনা লেপ্লমই। ইবেমহলবু উবদগী হংলকই, "নিংথেমগী পেবেন্ট ওইবিরব্রা"?

ইবেমহল ইপা পাখংলি মবমদি মমাঙদসু মী কয়ানা ৱাহং অসি হংব্রে অদুগা অমত্তা অকবা ৱা ওইবমদে। নিংথেম মাগী মচানিপানি স্কুল কাখি অদুগা শকখঙদবা নিপা অমনা ঙসি অমুক খোঙ থীন্দুনা কৌথোক্লগা নিংথেমগী পেরেন্ট থিবা লাক্লিবসে। ইবেমহলনা লকক তৌনা হংই, "কৈদৌবা য়াওবগে ঐ মমানি হেক্তা হায়বীয়ু"।

নিপাদুনা হায়রকই, ঐ স্কুলদগী প্রিন্সিপালনা থারকপনি। মসি হায়দুনা চে অমা পীশিল্লকই।

ইবেমহল অমুক্তা হেন্না লাংতক্লবকই চে অদু হাংদোক্নুনা য়েংগদবা ফাওবা পাঙ্গল অমা ইথোক খোক্তে মবমদি লমহেনবগী স্কুলনা পাওহোম্মকপদা মীব্রা তাদুনা লৈববা ৱাথোক ওইদুনতা লৈববা অঙাংনি। অদুবু, য়েংদবা য়াদদুনা চে অদু ফাক্তোক্নুনা য়েংই। প্রীন্সিপালনা ইবকইবসি পেবেন্টশিং অমুক্তা লাকউ অদুবু নিংথেমগী শেৎনবা ফিরোল খবগা পায়বকউ সিনি।

চে পীবদুনা চৎখিগে তৌকবদা নিপাদু কৌদুনা ইবেমহলনা হংই, "অমুক্তা ঙাইবীখো, ফিবোল পুবকউ হায়ববু কবি তৌবা য়াওবগে অশোক অপনকা লৈবরা"?

নিপাদুনা খুম্নকই, মবমদি থোইনা খঙজদে চুম্না চেসি পীকবা লাকচবনি।

ইবেমহল পোত্থাবা য়াদ্রে। মাগী মবুক্লিংদা লাংতক্লবগী লাংতক্লবা ঙাক্তনি। স্কুলদা তনচেন চেনবা তাই। ইমুংদা চঙদুনা ফি তনহোংন হোংই। মমা কৌবনিনা মচাগীদমক্তা নুংশা থীজে, মসিগী অঙাংসিগী হাক্তক্তা পুন্সিসি লাইমন ওইদুনা তোক্কদৌরি।

নিংথেম ঙাওশিন্নবদা লমহেন্নবদা মীয়াম্না মাগী ঝাদা ঙাঙইবা অঙাং হায়বদু ওইববনি। মানা তৌদবা লৈতে, উথক্তা কাদুনা খোই লোকই, লিন, উচেক ফায়, নাওবী কাম্পী, ইমুং মনুংগী চান থক্লবা য়েহ্মোক্তুনা পুথোক্তুনা চাথোকই, মী ফুন চৈনবা হালেংবা লৈতে। মাবু পোক্লিবা মমানা ময়াম্না হায়নবি পাওবৌ, মচা ফত্তবা চাওবা ঙাইয়ু হায়বদুদা থাজদুনা চাওবা ঙাইদুনা লৈবক্লিবা কুইবে। স্কুলদসু লম হেনবগী ওঝানা পনিশ তৌবদা তোয়মল্লবনি। স্কুলগী প্রিন্সিপালনা মমা মপা কৌদুনা ঝার্নিং পীবদা ঝার্নিং চাদুনা লৈবিবসে মতম কুইবক্লে। ইকুই কুইদ্রি, স্কুলদা নাকপাক তানদুনা ফুনবদা অশোক অপন য়াওনদুনা স্কুল ওথোবিটিনা মথংগী থৌদোক অমদদি স্কুলদগী তাম্থোক্কনি হায়বা লৈখ্রবনি। ঙসিগীসিনা খবগা শাথীবা থৌদোক অমা ওইবন্নবদি নচাসি স্কুলদগী লৌথোকখ্রো হায়বদি শোয়দে। ইবেমহলগী ঝাখলদা মচাদো কদায়দাঅমুক পুদুনা মিং চনগদগে হায়বদুম খনবা হৌবকই। মমাঙদা কনভেন্ট স্কুল অমদগী তাম্থোবক্তুনা ঙসিগী স্কুল অসিদা ঝানা ঙাঙনদুনা চনখিবনি। মপা অসিনদি মসি পূম্বা ইয়াও য়াওবিদবনি। ইবেমহল কনাদা তাইনগদোইনো খঙদে মখোয় প্রোক প্রোক হেক চাকই।

উপূদগী মচাগী অফংবা ফিবোল খবা খন্দোক্তুনা শেম শাবা লোইবগা মপাসু ওফিসতগী থুংলবে। পম্বুবা তৌদনা স্কুল তম্না গাড়ী থৌবা হৌরকই। নিপা হায়বসি ফিংইকো খন্দুনা ইবেমহলনা ইপা পাখৎতবা শাবদুনা শোল্লমই, “কৈসু থোইদোকপা তৌবম্মোইদা, থোইদোকপা ফত্ত নুংদা থোবকপগী ঝাদি নত্তমালে”।

মাগী নিপাদুনা মচীন্দা ঝা অমখক শোল্লকই, “মসিগী অঙাংসি জেলদবা কবিনো অমা থমখ্রসিদা, ঐ খাঙবা ঙম্লোইদৌবি।

ইবেমহল মাগী নিপাগা মচানিপাগী স্কুল তম্না কম্না থৌরকই। মাগী নিপানা ঈশৌ অমা লাংলদুনা মচীন্দা শোল্লকই, “মীগী মচানা মীথোই মীহেল্লিবা, স্কোলাবসিপ ফংলিবা, মীকোক থোংলিবা ঐগী ইচানা লাইমন ওইনবা পোকপা তাবেনে। ঐনা কবি ঝাংখিদুনা ঐবু সি য়ৌনা ঝাহল্লিবনো”।

স্কুল য়ৌখিবা খঙহৌদে। থোঙ্গান্দা এম্বুলেন্স অমা খামদুনা লৈ। স্কুলগী থোঙ্গালদু কানশিন্দুনা চঙলকপদা উবকই, স্কুলগী লম্পাক্তুদা ফান ময়াম অমা থাংদোক্তুনা অঙাং ময়াম অমা ফম্নবি। খবনা কোয়চেন চেন্দুনা চবাংনবি। স্কুলদু মাইক পানখৎলি। কুম্মে অমা তৌগদবা মতৌ মাল্লি। অদু ওইববদি প্রিন্সিপালনা চে থাদুনা পেবেন্ট লাক্লবা হায়বিবসিদি কবিগী ওইবা য়াই।

প্রিন্সিপালগী কাদা চঙলকই। স্কুলগী ওঝা নুপী খবনা ইবেমহলদগী মচানিপাগী ফিদু লৌখ্রে। মচানিপাদু মনুংগী কাদা লৈ হায়, প্রিন্সিপাল থোবকই। ইবেমহলনা মবাল লৈববা মী অমগুম প্রিন্সিপালদা য়েংই। অঙাং মপা ওইরিবা অমদুদি তুমিন্না লৈখ্রে।

প্রিন্সিপালনা হায়রকই, "নচানিপাগীদমক্তা তৌবিবা কুম্নোসি য়াওহন্নিংদুনা কৌবনি। মপান্দা সোফাদা মমাঙদা ফম্বিয়ু, কুম্মো হৌগদৌবে"।

ইবেমহলনা পাখৎনা হংই, "কবি কৈদৌবা য়াওবগে"?

প্রিন্সিপালনা খুন্নকই, "অঙকপা থৌদোক অমা থোকখ্রে, নচানিপাগী থৌনা ফবগী থবক্লি, মদুগী মনা পীগদবগী তৌবিবা কুম্মোনি, মপান্দা ফন্নগা তাবীবো"।

ইবেমহল খঙনীংবনা লাংতক্লবমই। অদুবু ফত্ত নুংদা থোকপগী বাদি নংত্রে। মখোয় মমাঙদা ফমদুনা কুম্মোদু হৌবা ঙাইবি। প্রিন্সিপাল থোবক্লে, ময়ায়দা ফমখ্রে। মচানিপা নিংথেম কৌথোক্লুনা মনাক্তা ফমহল্লি অদুদগী ভাইস প্রিন্সিপালনা পাথবকই।

নিংথেম ইবেমহল অমদি বুদ্ধিগী মচানিপানি। স্কুল অসিদা ক্লাস আইট তন্নিবা ষ্টুদেন্ট অমনি। ঙসিগী মাগী থৌনাফবা উৎখিবা থৌদৌ অদুদা পেল্লদুনা মাগুম্বা ছাত্র অমা লৈজবসি স্কুল অসিগী অমদি অপোকপা মমা মপাগী লেমজনিঙাইনি হায়বা বারেপ লৌখ্রে। ঙসি স্কুলগী ক্লাস হৌবকপদা স্কুলগী মনীংদা লৈবা খুনগী পুম্নি অচৌবদা শান্নবদা চহী ৭-৮গী অঙাং অমা ইবাক্লবা মানা ক্লাসকী থোঙনাওদগী উখি। মদু উবদা ক্লাসতগী চেম্ছোকত্রগা লুখ্রবা পুম্নী অদুদা চোংথদুনা শিবমগদবা অঙাং অদুগী মথবায় কনখ্রে। মাগী মীকি লাইকিদবা থৌনা ফবা থবক অদুদা পেল্লদুনা ঈশিংদা তাব্বা অঙাংদুগী মমা মপানা লুপা ৫০,০০০ মনা ওইনা পীবক্লে। স্কুলগী মায়কৈদগীনা নিংথেমবু থৌনা ফবগী মনা ওইনা স্কুলসিদা ক্লাস টেন ফাওবা ফী লৌদনা লেম্না তমহন্নবগী বাবেপ লৌবীনবা প্রিন্সিপালনা গোর্ভনিং বোডিদা থাগৎখ্রে। মাগী থৌনা ফবদুগীদমক্তা গেলেন্টবি এবার্ড ফংনবা স্কুলনা বিকমেন্দ তৌখ্রে।

মমা অমা ওইনা ঙসাইদগী শাগৎলম্বা বাখল ময়ামদু ইওন ওন্নরম্বদুদা হবাওফম খঙব্রে। মপাদুদি মচানিপাদুদা ফুবা চৈবদা তৌদুনা লাকপদু লমহেনবা মচাদু নুংশিবা অমা ফাওরকই ঙসিদি।

মথক্তা শোল্লকই, - "থীদা অঙাওবনা ফৌশুবা চবা নোংখন্নৈ হায়বদু তাবেনে"।

# অমুক্তা উখিদ্রিবা হয়েংদো

লিববা ঈশৈদো অয়ুক্কি খববয়োনবা চৎলিবা কনাগুম্বনা ফুবিৎখাওদগী মোবাইলদা খোংলকই- মৈনে পিনা শিখ লিয়া। পাপ হো য়া পুন্য কহো, মৈনে পিনা শিখ লিয়া। কয়া নুংশিত্রবা ফিলম ঈশৈনো 'ঐ য়ুথকপা হৈবে পাপনি হায়গেরা পুন্যনি হায়গেবা'। হোয় পুন্যদি কদায়দগী ওইগদগে য়ু থকপদবু পুন্য ওইবা য়াবা মপা লৈত্রা অমাঙবা মক্তনি। কবিগী থক্লিবনো ঐসু খঙদে, কৈদৌঙৈদগী হৌখিবনো মদুসু খঙদে, কবিগী হিংলিবনো মদুনা হেম্না খঙখিদ্রে ঙসিদি য়ুগী মপান তাংবা মী ওইরে। নিতীগী অখঙবা মীশিংনা হায়, "নশাদু য়াববোইনে খবা লেম্লুনে। য়াম্না চুম্বা বানি ঐ নিতীগী বাশকই হয়েংদগী থক্লরোই। অদুবু, ঐনা বাশকখিবা হয়েং হায়বা নুমিৎতুদি নোং ঙাল্লকপদা ঙসি ওইদুনা হেক্তা লৈবমই অদুনা হয়েংদগী য়ু হেল্লগে হায়বা বাশক্তুদি ঐগী কায়দ্রি। হয়েং হায়বদু ঐগা অমুক্তা উন্নদ্রি মহাগী শবিৎ শবাৎ হৈব্রবনি মাগী হয়েং হায়বদো।

ইনুং ঙাল্লক্লে! চীংখৈ ফীদুপ হল্লকই।

অমম্বগী লোক্লুংদগী লৈহাও লৈবেনগী মচুনা চীংখৈ পাংবদা পাক্তক্লনা শন্দোবক্তুনা উষা হায়না মিংগৌবী অয়ুক মাদি মোংহাদনা মাগী অকক্লবা তাম্ব্রাদা থাংবা পংতপসু তপ্তুনা পংকনসু কন্দনা চপচাবী খোঙথাংদা থাংলক্লি নোংপোক্কী তময়াদগী নোংচুপ পাংনা, পাক্লা শন্দোক্তূনা লেপ্লিবা নোংমাইচিংগী নম্লোন্দগী অফা অপুন লৈত্রবা অতিয়াদা মনীংতম্না অদুগা ঐসু থাংলক্লি শোন্দম নাদম্লবা খোঙথাংদা লাল্লদুনা খোংবান ওল্লবা অমোং অকাইগী তুংফম ওইববা য়াঙ্গংলবা তুবেলদুগী মথক্তা শাবিবা মল্লবা চেকথোং অদু লাল্লদুনা। মীবোন কয়ানা শোন্নদুনা লাকপদগী ঙসিগী নহাশিংনসু অদুম খঙনববা নিপাগী মিংথোন্দা মমিং লৈববা তুবেন্দো নম্বুল। নোংমা থায়না মাগী হিদেন্দা মাঘস্নান নুমিৎতা মৌনব্রতা তৌবদুনা বা ঙাঙদনা তির্থ লুপখিবদো লৈ কৎনদুনা। লোংজম লৈবক্কী তাপ্রবিম্না মৌনী থুগাইদৌবিবনি হায়দুনা মৌনী নুমিৎতা মথৌ হেক ওইবমখৈ হোৎনবদা ঐনা ঙমদুনতা লাকখিবা চীন্দা শোল্লদুনা অবোক্লা তম্বীবা শ্লোক অদো গঙ্গা-যমুনা, বাধাকুন্দ, শ্যামকুন্দ, গীবিগোবর্দ্ধন তুরেল মাগী হিদেন্দা কুমদুনা লুপখিবা ঙসিদি প্লাষ্টিক অমদি অমোং অকায়গী তুংফম মহীক চেল্লবা কোম ওল্লবা মসি অওনবা হায়বদু ওইবা তাই, ঐসু য়াম্না ওল্লে।

থোংয়ায়দু য়ৌরকপদা শদৌ থোংলদুনা থোংগী পান্বোমদুদা ঙাবদুনা লেপ্লুই। অয়ুক্কি ৱাকিং চংপা কনা অমা অনি নত্তনা কনাসু চংলমদে। ঙবাং থকখিবগী পুকসি ইশা শাই অদুবু, ময়াই কাদবা মতমসিদা অইংবা নুংশিং চখোম অমত্তা হোনগে হায়না চিংশিল্লুববু তুবেল মপানগী অমোং অকায়গী হঙ্গোইরবা মনমদু নন্নকই অদুদদি মপুংফানা হোঞ্জিদ্রবা শোব অদু তপ্না হোন্দোকই শাংনা মদুসু য়ুনম চেল্লবা কার্বোন্দাই ওঞ্জাইদনি ঙবাং থকখিবগী। ঙসি ইনুংঙানবী লৈবল্লবদি শোয়দনা শৃক্কোক্লুনা হায়বক্কনি, "চো নমথী ওনশিল্লক্কনু"। মা তরু তনান্না লৈজবী কেজা মৌজা তৌবনা মাগী হৌনশা ওইবীনি। মা লৈবল্লবদি মা নুংঙাইতনবা ঐসু তৌবমদবা য়াই। মানা পামখিবা মা মমা অমা ওইবা, অদুগা ঐনা মনীং থুংহনবা ঙমখিদবা।

নীংশিংগনু য়াদে, উগনু য়াদে, খনগনু য়াদে। নোংমা খববদা হাপখিবদো "মৌ নহা অমা মাঙগ্রে" কনাগুম্বনা থেংনবীববদি মাগী মপুবোইবদা শিন্নবীযু নৎত্রগা পাও পীবিয়ু। অদুবু, মা মাঙখিবা ওইবমদ্রে নীংতমখিবা ওইবগ্নে ঐগী য়ুম থুপচিল্লন্নগা অনৌবা ময়ুম অমা অমুক লেপ্পনবা। থোংগী অৱাং থংবদা মোংশোঙ ওইবপ তৌনা লৈবিবদো লৈকাইগী মংনি। মীওইবনা শিবগা মফমদুদা মৈতান্না ৱাখৈখিবা মক্তনি। "ডষ্ট দাও আর্ট টু ডষ্ট বিটর্নেষ্ট"। মতম খবা ঐগী মকপ মপাং ওইবম্বা হৌমিন কামিন্নবকপা খবা মায়াগী সংসাবসি হন্দোক্লন্নগা পঞ্চভূতনা শাবা মখোয়গী হকচাংশিংদু মং অসিদা লৈশা অমত্তা ওইনা তিনগ্রে। অকোন অহানগী ৱানি ঐগীসু নুমিৎ অদু লাক্কনি। শোবাং নুংদাংগী দিবোসতা ঙা থোংদুনা থক চাদুনা হবাও মখোই কাগনি, হিংহৌবিবা ময়াম অমনা। ঐসু কয়া অমা চাবা থকপা য়াওগ্রে। ঐগীদনা কনা কনা য়াওদৌরিবা?

ঐগী ৱাখল কায়বে।

অয়ুকসিদা মখুৎতা লীচৈ অমনা চৈঙাক ওইবদুনা তক তক লাওবা চৈশু মখোল থোকহল্লদুনা ইচে মালা ৱাকিং থোবক্লুনা ইনাক্তা চংশিল্লকই। কনাসু ইনাক নক্লীংদ্রবা কানসিদা ঐগা ৱাবী শাসি হায়না ইনাক্তা নকশিল্লকপা ইচে মালাদা ঐনা হান্না কৌকই। মালা তপ্না থাংবা খোঙথাংদা ঐঙোন্দা নকশিল্লকই। গাড়ী অমসু লাকপদগী হেন্দোকখিবা ঙাইবা ওইনা ঙাইহাক লেপ্পী।

ইচে মালা লৈশাবীনি চহী অহল ওইবে সবকাবগী থবক তৌবমই হৌজিক্তি পেন্সন চংলে। মচা মশূসু লৈহৌদা ফাজিনবিনবসু লৈতা মা নীংতমই

চৎনীংবদা চৎলি কনানসু ইথৌ থৌওইবিদে। কবিগুন্না অহিং নোংমাওদসু অদুম মথোবকই। মাগী মপূক্রিংগী ৱাকৎ য়ায়া লৈ মদু কনানসু তাবিদে মানদি ঙাঙথোক্লীংই।

গাড়ী হেন্দোকপা ঙাইবগী মা তপ্না তপ্না নকশিল্লকই অদুগা হায়বকই, “নঙ ঙসিদি য়ায়া নাপ-পু তানা উইনা”।

ঐনা ইকাইনা খুমই, “ইচে ঐ মরম য়ায়া ওক্লবনি করিমত্তা তৌদ্রে, পুরা লেপ্লবনি”।

মানা হায়বা হৌবকই, “পেন্সন কায়বা য়ারে হায়বনি, ইবুঙোগী কায়কবব্রা”?

ঐ খংনীং নীংশিংই ঐসু পেন্সন ফংলবা মী অমনিকো। ইনুংঙানবী কন্না নাখি মদুদা শেল দবকাব লৈবদগী মংহিদেনগী অইংবীদা পেন্সন বুক অদু বন্ধান থমখিবদগী হন্দোক্লদ্রি, ঙমগদবা মান্দ্রে। অদুবু, ইচে মালাদা খুমই, ইচে মী খবা ইন্নবা ফবগা তপ্না কায়কগে ঐদি”।

পেন্সন্দা অদুক য়ায়া মাগী ৱাবী মখা তাবক্লে অদুবু মাগী অনৌবা ৱাবী অমা লৈবেন্লে। মদু ঙেক ঙেক শংলদুনা মানা ৱাবী অদু লীবকই।

“ইবুঙো ইনাওনুপীনা পোকপা ইচানিপা অমনা লোন লৌনি হায়দুনা ঐবু থবক তোক্লমদাইদা চে অমদা সোই অমা লৌখি শ্মোল লোন লৌবগী গেবেন্টব ওইনবনি হায়, ফনা কুইবে, অদুগা নহান থা মঙা তকক মমাঙদা ইনাওনুপীগী মচাদুনা ইন্সটোলমেন্ট থীদ্রে হায়দুনা ঐগী পেন্সন্দগী ককই হায়দুনা তৌবি, ইবুঙো মসিবু আইনলানে”। মা ঙাইহাক শোব হোন্দোকই অদুদগী অমুক ঙাঙথবকই, “ইবুঙো শেল পূকবা মীদুনা ইন্সটোলমেন্ট থীবক্লবদি অহানবদা মঙোন্দগী হান্না থৌগদবা নৎত্রা? মানা থীদ্রগা চুমদ্রিং গেবেন্টব ওইরুবা ঐঙোন্দগী লৌখৎকনি হায়বসিবু কবন্বা আইন্নোনে”?

ঐ হৌজিকমক্তি নিশানা খুদুম চনখিবা মতম নৎত্রি। অইংবা উষাগী তম্পাক্তগী হন্নকপা জীবনি শক্তি চেল্লবা ব্রহ্মমুহূর্ত্তগী শেংলবা নুংশিংনা পূক্লিং হকচাং ইতেক তেকখৎপা মতমনি। হংলক্লিবা ৱাহংদু ঐনা স্কুলগী ওঝা ওইবিঙৈদা ছাত্রনা হংলকপা ৱাহংদা পাওখুম ওইনা খুন্বগুম মীনা নুংঙাইবোই

খঙদনা খুন্নুবে, "ইচে গেবেন্টর ওইক্‌বা হায়বদুদি পূক্‌বা মীদুনা শিংফম থোকপাদুমক নঙোন্দগী অদুম লৌখৎলগা লোইরে হায়বসি আইন্নি। মঙোন্দা হান্না থৌবগা মানা শিংদ্রবা মতমদতা গেবেন্টবদগী থৌগদবনি হায়বা ৱাখল্দু তায়োন্নববনি"।

মানা খুমহন্নিংবা পাওখুমদু নত্তবদা মা ফ্রং শাওগৎলকই - "হেবা নঙগীদু ঐগী বি পি হাইগৎনবা ৱানিদা, ঙবাং সুগব ফোব হন্দ্রেদ লৈ হায়বকই হকচাংনা মরোল অমা ঙমদবনে মী হাৎনীংলকইদা"।

ঐ খল্লি, ঐ ৱামখা তাদুনা মাবু অনা লোয়হনবা চুম্মোই। কবিগুম্বা খংপা পাখৎখিবদগী লেকথদুনা লৈখিদবা থোক্লবদি ঐনা হাৎপনি হায়না তাইনবকপদি শোয়দে। মাবু থেমদুনা লৈবক মনুংদা থাজিনখ্রে। মানা ঙাঙ ঙাঙলদুনা চঙখি, "মহা চন্দান্দো, সোই অমত্তা তৌ হায়দুনা তৌহনখিবদুদি ইখোঙনা থোংনা ইমং থিবা তাখ্রেনে। থবক মচা অমা তৌবম্বগী খবা অদুক তুংজবা শেন্দু মহা পাপী অদুনা পূশিল্লুবা শিংনবা তৃংশিনবা তাখ্রেনে। মা নূংঙাইবা ঙমদনা মাঙগনিকো ধর্ম্ম লৈতবা শিগৈজন্দো"।

অঙনবা অয়ুক্কুদা ইচে মালাদু ওম্থোক্লা নুংঙাইতনা চৎখ্রে ওম্থোকপা হায়বদুনি ঐসু খনফম খঙদে। অদুবু, ইচে মালা থোবকপগী কান্নবা অমদি লৈ। মঙ্গিগা মোবগা থোবক্লবনি। নিতীগী ঐখোয় অহুম হৌনবগা থোং ৱাংমদা চৎতুনা খবঃ পায়শিল্লুবনি, চানবা যাওবা নত্তে শদিংদা চিংলুগদৌবিবনি ময়াম্না থোনবিববা হিদাক হায়না কৌবা বস্তুদো। ইচে মালাগা ৱাবী শাবদুদা মখোয় ঐবু ঙাইবা ঙমদ্রে মবমদি মতমদু য়ৌবে নুংদগী কৌবক্লবনি নুংপান ওলহল্লদুনা মদু পম্বুবা য়াবা নত্তে মাগী ময়াইদো। মখোয় ঐবু হৌবমদনা চৎখ্রে। ফবে, ঐ ঙসিদি থকপা মতম অমদি নাম্থোকপা ঙল্লে। ঐসু খৌনাওকাদি খ্রক খ্রক কংলবনি অদুবু ঐনা ঙমহৌবে। য়ুল্লোমদা থোঙ থাংলক্লবনি, অদুবু তুবেল ৱাংমগী পাথবীদু কদাযদা চঙলুবিবনো লৈবক মনুংদগী থোবকই, ঐবু উবদা কৌবকই, "ভাই নঙ পাও অমা তাব্রা"?

ঐ ঙকই কবি পাওনোনে মানা হায়বিবসিবো চঙক্লনা লৈবদু উবদা মানা হায়বকই, "লাওনে সোবোক ফাওবা থোকউখিসিনে ঈংবা ফনবা খীতং পায়কশিনে"।

মায় হায়না খুম্বা ঙম্বা ঐগী ইচিন্দু লোন অমত্তা থোকউ য়াদ্রে লৈহৌবগে হায়নদি খল্লগা তৌফম খঙদনা লৈকই। হায়গে তৌক্‌বদি "ভাই ঐ পায়দ্রে"।

অদুবু নুংদা থৌনা ফনা লৈজরবসু চীনবান্দা থোক্লক্লে ৱাহৈদো মবমদি নুংদা ঈখৌ অমা কন্না লাংখৎলকপনে অনম অহা চুববা হকচাংদু পাথবীগী তুং ইনবা হৌরমই। নুংদা ৱাশক্লমই ঐ সুকপায় পায়বোইকো হেবা, মদুবু ঙমদ্রবদি ঐ নিপা নৎত্রেদনা।

পাথবীনা হায়বকই, ইনুংঙানবীদো মচানিপা অমা পোকখ্রে নঙ তাব্রা"?

- তাদেনা, ফবে অদু কৈদৌরগে। ঐনা খুমদোকখি। ঐনা তানীংবা পাও নত্তে অদুগা মানা মদু কবমহায়না তম্লকইবনো। হায়নীংলম্বনি, মদুগী পাওদু ঐঙোন্দা খঙহনবগী কবি কান্নে অদুবু মদুগী মহুত্তা ইশানা ইশাবু নোক্লবা ওইনা আর্থ য়াওদবা মীনোক অমা নোকখি হি হি হি।

মফম চিংলিবা পাথবীনা ঙসিদি চানবসু খবা য়াওহল্লে, ৱাশক্লসু কায়খ্রে। খল্লম্বনি পায়ববসু খজিক্তং মমিংতা ওইনা পায়গে অদুবু মমিংতা ওইনা নত্তে মমিং হেক মুৎননবা পায়শিল্লক্লে।

লমজাও সোবোক হেক য়ৌবদা উবমই মশক মতৌ ফজরবী মপোপ মতাং ফবী লৈশাবী অহুম। মখোয়সু খোঙনা চৎলি। মখোয় তশেংনা ফজবীনি মদুদি য়েৎননিংঙাই লৈতে। ফজবা হায়বসি মীৎকি কুপ্লেনি। মখোয়না ফজনা শেৎ চাবিবদো মীনা য়েংলগা থাগৎনবনি, অদু ওইববদি থাগৎফম থোক্লা? লমহেল্লবা নীংতম্লবা চীন অসিদগী খাম্বা ঙমহৌদবা ৱাহৈ খবা থোকখ্রে, "ইস লৈশাবীশা, নখোয়সি ওল্থোক্লা ফজব্রেদকো তশেংনা ফজৈহে"।

নুপী ময়ামদু য়ু ঙাওবা অমনা ফজৈ হায়বদু ঙাওশিন্নবনি অদুম খনগনি মশানা তাবনি থোইদোকপা পাওখুম পীবা অমদি নোকপা তৌবক্তে। ঐনা হাযবমই, "নখোয ফাগি মানব্রা তশেংনা ফজৈ হায়ববু ফজৈ হায়বনি"।

মখোয়গী মনুংদা নুপী অমনা হায়বকই, "হৈমা ওঝানিনহৈ, ওঝাবু কমদৌবিবিবগে। ঐ ওঝানা তম্বীবকপনে নিংশিংবিদ্রব্রো ওঝা, ঐ তম্ফানে"।

# প্রোমোসন

পূক্লিদি লাংতক্লবরসু আশাদি চাওনা অবুংচা ও সি সাহেবকি ময়ুমদা লাকই। মহাক তৃম্ববু হৌগংলমদ্রি। শঙ্গোয়দুদা মী ফমফম ওইবদুদা মী খবসু ও সি সাহেব উন্নবা লাকপদু ফম ফমদুনা ঙাইনবি। অবুংচাসু ঙাইবা মবক্তুদা য়াওরি। খবব মশীংশুনা টেবলদা তাবি। মকোক ইখং থংবদুদা ইরিবদো কম্বাইন্দ ফোর্সকা কাপ্লবদা নহা অমা শিবে। মঙোন্দগী পিষ্টোল অমগা কাপ্পা য়ারিবা মক্দ মঙাগা ফংই। অশিবদু মোর্গতা থম্লি। অবুংচা লাংতক্লরকই, মদুগী কম্বাইন্দ ফোর্স অদুদা য়াওকবা ময়ামদু লোইনা প্রোমোসন ফংব্রগদবনি। ময়াম মরক্তুদা ফমদুনা লৈবদু থৈদোক্তুনা লৈকোল শেংলিবা ওরদবগি অদুগী মনাক্তা চঙলুই। মাসু মথৌ চিল্লি অদুদদি লৈকোলগী মচি অমদা লেপ্তুনা ঙাইহাক লৈরুই, বাখলদা তাওদুনা, চুমচৎ চৎপনা মী ওইবা ঙল্লোইদৌবি। ঈশ্বরগী বায়েন্দি তপমল্লি, লাইগী মথক্তা মীগী খুৎকি চলাক খবা হাপ্তবা য়াবক্লে। মদু হৈবা খাবাখোয় মী ওইখ্রে মাদি মী ওইবা ঙমহৌদ্রে। নহান মখৈ কম্বাইন্দ ফোর্সকা কাপ্লবনি হায়খিবা ময়ামদো খববদা হাপ্লকপদা লোইনমক পিষ্টোল অমমমগা কাপ্পা য়াবিবা মক্দ মঙাখক ফংখিবা ঙাক্তনি। মদুদা য়াওখিবা ফোর্সকি মীওইশিংদু চহুম চহুম্মুকপু শুখি। মদুদা য়াওখি হায়দুনা মিং ইখৎপদা য়াওব্রবদি প্রোমোসন্দি শোয়দে। অদুবু ফোর্স অদুদা য়াওকদবদি লায়বদুনা য়াওকবা মী ফাওবা মিং ইখৎপদা য়াওহনবা অবায়বা নত্তে। ব্রাচৎ ব্রানোম য়াম্না চঙই, খুৎকন পাঙ্গনবশিংতনা মহৈ লোকপা ঙমই। খাবসু নোংমাইখোংগী থৌদোক্তুদা কাপ্লবদা য়াওখিবা কম্বাইন্দ ফোর্সকি মবক্তা অমনি প্রোমোসন কাখিবনি। মা অবুংচাগা পুন্না থবক চঙমিন্নবদু ফম কাব্রবনিনা মফমসু চেংশ্রে মীনা ব্রানোস্বামক্তা লাকপদা অথেনপোৎ চাবদা ইমুং মনুংপুম্বা কনাগী চিবি য়াঙ্গং ওইবম্বী হল্লকপী মনেদুফাওবা লোইনমক মপুক নোয়বে। নুপী অঙাংশিং পুম্বা সনানা তেকথশ্রে। অথুম অহাও চামনব্রদুনা ঈশিং পুকচৎকি লায়নানা প্রলয়দা নাবকপা ফনা য়াম্না য়াওনশ্রে। ঙসি ও সি উন্ননবা লাক্লিবা কাংবুসু অতৈ নত্তে, খববদা য়াওবিবা কম্বাইন্দ ফোর্সকা কাপ্লবা অমা ঙবাং থোকখি হায়বদুদা মিং ইখৎপদা য়াওহন্নবা ও সি সাহেবতা ব্রানোম্বা লাকপনি।

মাগী ব্রাখল কায়রমই।

ও সি সাহেব থোবক্লে। অবুংচা প্রপ প্রপ চঙশিন্দুনা মখোঙ হৌনা থীন্দুনা সলাম তৌই। ও সি সাহেবনা হায়বকই, "অবুং নঙ ঙাইহাক ঙাইখো, ঐ ময়ামসি হান্না অমুক্তা থাদোকখিগে"।

-ফনি সার, ঙাইজগে।

অবুংচা অমুক লৈকোল ময়াদুদা থোবক্তুনা ও সি সাহেবনা হংলকপদা কবি খুমগদগে খন্দুনা লৈ। খাবা প্রোমোসন ফংগ্রে। মখোয় লোইনা কমান্দোদা চঙমিন্নবনি। ঐহাখক্তা থবক মচা অমত্তং ফংননবা হায়দুনা তৌবদা ইমুং মনুংপুম্বা মরোই মরাং তাক্লবনি। ময়াম্বা হায়নরকখিবদো, পীক্কেরা চাওগেরা থবক অমদা হেক্তা চঙহৌ। মদু চঙবদা তিংখিবা পৈশাদু চহী ওন্দনা অদুম হঞ্জিনগদবনি। মদুসু অচুম্বা খরা লৈ। খাবাদি শেল হঞ্জিনবদা নত্তনা দবল স্তোরিদ বিল্ডিং হাইগৎখিদুনা অহনবা কার অমদুম নম্বর থাফমদা "এপ্লাইড ফোর" হায়না থারদুনা থৌরেগ্র। মানা হন্না হন্না হায়, "ভাই কাপ্লবদা অমুত্তংবু য়াওরুদ্রবদি প্রোমোসন পাক হেক ফংবা য়ারোই। ঐখোয় ময়াম শৌত্রী য়ুংবদৌনা লৈবসিদা মশক থোকপা থবক খবা তৌথোরক্রবদি কদায়দগী প্রোমোসন ফংনবা খনগৎপা য়াগদগে অদুনা নোংমৈ পায়বা ঐখোয়দি কাপ্পা হৈবা তাই"।

বাখল ময়ামসি খন্না খন্না অবুংচাগী মকোকসি ঙাওবক্লদৌই। মাগী ভানিম্নাদু মানা য়াম্না নুংঙাইহন্নি হায়দুনা বাশক্তুনা ময়ুমসিদা পুরকখিবনি অদুবু মা নিপা থোকপা ঙমখিদ্রে। থবক অমা চঙনবা ময়ুমগী মাল চাং কয়া কায়খিবদো হঞ্জিনবা হায়বসিনা অহানবা থৌদাং ওইবা তাই মদু থা থাগী ফংলিবা পীকপ্রবা তলবসিনা মাল চাংদু হঞ্জিনবা ঙম্বগী বা নত্তে। ভানীম্নানা মরোল অমা নোক্লরকপগী চাংসি হেনগৎলকই, "নমান কৈমান্নবা পুম্বা বিল্ডিং অনৌবা হাইগৎনদ্রে, কার লৈনদ্রে, নঙ গট লৈতবা ঐবু নুংঙাইহন্নি হায়দুনা পুরকপ্রগা উকায় তক্লবা ওইরম্মেদনা, নঙসু নমান কৈমান্নবদৌনা নিপা থৌদাং উৎলকউনহে, হোমো হেক মাল্লদনা ফনেক শেৎপনা মতিক চাবনি নঙদি"।

অবুংচা তশেংনা মাগী নুপীনা পৌরক্লিবা নিপাগী চাংয়েংদু মায় পাকপদি লায়বদুনা উৎনবা তাঞ্জা অমুত্তংবু ফংদ্রি। অদুবু কৃপা অমদি উরকই। ঙরাংগী থৌদৌ অসিনা লাইনা চাল্লবদি প্রোমোসন অমা ফংবগী আশাদি লৈ। ভানীম্নাগী মমাঙদা নিপা থৌদাং উৎপা শোয়দনা ঙক্লগনি। ইমা বাবানা মাগী থবক চঙনবা শেল তিংখিবদুদি মচা অমা পোকপগী মখোয়গী তৌফম থোকপনি। মদুগী তিংখিবা পৈশাদু হঞ্জিনবা লায়রি, য়ুম কায়বা য়ারবা ভানীম্নানা য়ুম অসিদা লৈনিংলক্লিবসি সনাকা খরা শাবীরগা কৈ কৈনো খরা তৌবীরগা ফাথদ্রবদি মচা পিশক অমসু চেল্লিঙৈসিদা, মৌ নহা অমা মাঙদ্রে

হায়বা খবরগী কাখলদা য়াওরকপা তারবদি, অবুংচা খল্লুবদা জ্ঞান মাঙই মোবাইল কোয়া নুংশিংমুক হেক কুংলবসিদা য়ুম কায়দনবা থবকসি অমুক্তং মায় ওনশিনবা তাই।

সোমদা ও সি উন্নবা লাকপা কয়া অমসু চংনখিদুনা মী অমত্তা ঙায়রে। অবুংচা পংকুই কুইনা ঙাইররোই অদুবু নিংশিংলকই মধুচন্দ্রগী প্রোমোসনগী মতাং। গার্বেজপীট তা অমোং অকায় মরক্তা পোং খুমন্বা চুদংনরবা মোবী অঙাওবা হায়বা নিপা অমা নোংমৈনা পান্দুনা শিখি মধুচন্দ্রগী মখুংতা। মীনা ওম্মোক্লা পেন্নদনা শোন্নখি, অশোন অনাকা হিংবা ঙম্বা লৈবাক ওইদ্রে হায়দুনা। অমোং অকায় খুদুনা লৈজবা অঙাওবা ফাওবা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংলি। কনাসু ফৈ নংক্রগা ফত্তে হায়বিদে। নোংমৈ পায়বনা মচাওরে। মখংগী নুমিৎকি খবরগী মমাঙদা হাপ্লকই, অশিবদুদগী পিস্টোল অমগা মরূ মঙাগা ফংই। মা কম্বাইন্দ কোর্সকা কাপ্পখি। অখঙবা কাংবুনা নোকখি, ফনবু খৌনা ফৈ ফিমন শেংপা অঙাওবা মোবীদো নোংমৈ অফবা পায়বা লাম্নী চাম্মমুক্তা মাগা কাপ্পখি হায়বদো। রিপব্লিক ডে নুমিৎতা মধুচন্দ্র বিরার্ড ফংখি অদুগা মোবী অঙাওবা হাংখিবগী প্রোমোসনসু ফংখি। অবুংচাসু তাঙ্গা অমা ঙাইরকপনি, ঙবাং মদু খোকখিবনি।

কৈখেলগী চিখেক্তা থবক শূবা চবুন চবুন লেপ্তুনা লৈবদুগী মনুংদা য়াইমদি মখুং মশা হৈবনা শূবা নোম্বা কনবগা য়ুন্নক য়ুন্নক্তা চঙদুনা থবক্কী অরাংপা লৈত্রে। ঙরাংদু অবুংতোন্না থবক হল্লকপদা য়াইমা উকরে। সন্ধ্যা য়াচঙবা মতাম্ল, ফিজিদা শোংয়োম অমসু য়াম্লি অদুগা মখুংতা ষ্টিলগী পুখম অহনবা অমা কোল্লদুনা কিকম কিরুম তৌনা য়াচঙবা মতমদুদা চেনবোই চংশোই তৌনা থুনা চংলি। অফবা হায়বদু ইহৈ হৈবক্তবদা মমান কৈমোন্নবনা নত্তবা পাম্বৈ অমদি থবক তৌনবিবা শূম্বা উবকপা মবাল লৈতবা মীদা মবাল থংজিনবা হৈনবী ওইবক্লবা পুক্নিদুনা অবুংতোনগী মমীংতা অফবা হায়বদু উবা ঙম্লক্তবা মতম ফনা শাংলক্লবসিদা ঙসি য়াইমনা তৌবিবা মতৌ অদু হবানবগী মবাল অমা শিজিন্নগা হাজোংতা নমশিনবা ঙম্নবদি খল্লকখি প্রোমোসনগীদমক্তা ইখংহনবা ফজনা য়াবে। ইবু ইখংলবদি লোকেল এম এল এ দা নোমদুনা প্রোমোসন অমা ফংনবা মতাং চপ চাবে। ভানীম্নাগী মমাঙদা নিপা ওইনা লেপ্পা ঙম্লে। মৌ নহা অমা মাঙম্রে হায়দ্রিঙৈদা সনা অমা করি অমা লেপ্পীদুনা ফাখহৌবা য়ারেদনা। য়াইমবু ফারে বা অমত্তা ঙাঙনবা খুদোংচাবা পীদ্রে, মমীং পুনশিন্দুনা পুরগা ঙবাং ও সি সাহেবতা শিন্নরম্বনি। ঙসি মদুগী বাফমদু মবী লৈননা ও সি সাহেব উনবা লাকপনি।

ময়াম অমত্তা লৈতবা মতম্রদা মাগী ৱাবলদুদা লাকখি, মরমদি মী অমুক লাক্লবদি মাগী হায়নবা মতম অমুক ফংহৌবরোই। মানা সাবধন্দা লেপ্পুনা হায়জরকই, -সার, সাবনা হন্দক প্রোমোসনগী মতাং ইখৎপদা ঐগীসু খবা য়াওবিনবা হায়জবা লাকচবনি, ঐ সারগীদমক্তা অদুম খঙনা তৌজবক্কে।

ও সি সাহেবনা খুম্লকই, "প্রোমোসনবু পংইদা ইখৎপা য়াত্রাও, নঙগী কবম্বা স্পেসিয়েল কেসনো ঐনা ইখৎকদৌরিসে?

-সার, ঐনা ঙবাং হবানবা অমা ফাদুনা সারদা শিন্নবন্দু মদু য়েংদুনা খরা ইখৎপীয়ু।

ও সি সাহেবনা পেন্দবা খোঙ্হোক্তা খুম্লকই- ইডিওট! ঙবাং নঙনা ফারকপা নিপাদু ইন্টবোগেসন তৌকবে। মাগী পোৎয়োমদু শোবাৎকী তল ময়োম্নি অদুগা ষ্টিল পুখম অদুনা শোবাৎকী থুংলকপনি তল ময়োমদুগা কোন্ননা মানা চংলুই হায়বিবা শোবাৎ মফমদুদা হংহল্লুবে। মা য়ুমদুদা থবক শৃবম্বনি অদুনা ষ্টিল পুখমদুগা তলগা পৈশাগা মাগী শকক থুংখিবনি হায়বক্রে। নঙনা মবাল লৈতবা মীদা মরাল পীশিল্লগা নঙগী প্রোমোসন ফংনবা হোৎনবা নঙ নথৌদা মতীক চাদবনি। মতুং তৌদনবা তৌ, ঐনা ৱার্নিং পীবিবসিনি। চৎলো।

# শরোয় খাঙবা

ডাক্তর নন্দিনী থবক্তগী রিজাইন তৌরম্মী, লায়েংবা তোকখ্রে। মা ডিষ্ট্রিক্ট হোসপিতালগী সুপরিটেন্দেন্ট ওইরম্বনি। মা কা মনুংদা তুমিন্না লৈবা মী অমা ওইখ্রে। কারৌ মায়োক্লদবী, মায়খুম চিংথবী পার্দা মকমগী মীরকতিঙ্গদবী নুপীদু মণ্ডায়খ্রে। কাদুদা লৈবা রেডিও, টেলিভিজন পুম্বা পাও তাবদা শিজিন্নবা নত্তুনা কাদু মখোল অমত্তা থোক্তে। খবর য়োনবা লাক্লুনা খবর পুবক্লগা কাদুগী অহোবদা ইনশিনখি। ডাক্তর নন্দিনীনা মদু ইমুংদগী শৎতুনা লৌখৎলগা আনোক হাপ্তুনা য়েংলকই। অহানবা লামায়দা য়াওরিবা পাওদুদা মীৎয়েং তাবকই, "ইডুকেসনগী ডাইরেক্টর ইবোপিশক ঙরাং মাগী ওফিসতগী থোক্লকপদা শকখঙদবা মীওই খবনা ফারগা পুথিবদু নোংমাইজীং চীংখোঙদা হন্দোক্লখ্রে, নোংমৈনা পানখিবগী দাগফম মশাদা কংই হায়রি"। অতোম্না কাখল অমদা পাও চেদুদা ইরি, "মখোয়গী মায়োক্তা থবক তৌদুনা মঙক কনবগীদমক অহক্পা চৈরাক পীবনি হায়না লুপ অমনা ক্লেম তৌরি"।

ডাক্তর নন্দিনী খবরদু পারম্বদগী বাখলদা তাওরকই। মতমসি মীশিংসি ওখোক্লা অশোনবা হায়বদু ওইহল্লি, মিহুন চেঙুম চেঙ্গানহল্লি অমত্তা পূক্লিং লৈতাহন্দে "চক্ম কায়রগা ফাক হবাওই হায়বদু মণ্ডায়, মসিদা পেন্নবা মীসু ফন্না য়াম্না য়াওই। মীগী অৱাবা উরগা পেঞ্জবা মীশিংসু য়াম্না লৈ। নিংশিংগনু য়াদবা বারী অদুসু নিংশিংলকই-

নোংমদি লাকখি অঙাংশিংদো ওফিসকি কা মনুংদা। মখোয় হায়নবা য়াদে অকনবা য়াথংনি, "ইমা ঐখোয়গী দিমান্দ ফংহন্দবা য়ারোই। ঐখোয় মথং অমুক লাকখিনি মদুদা শেনফমদু খোমজিন্দুনা ঐখোয়দা পীগদবনি"।

ডাক্তব নন্দিনীনা খুমখি, "ইচাশা য়েংওই, হোসপিতালগী ঈ নাই শেংলিবা কেজুয়েল এমপ্লোই ময়ামদো গোর্ভনমেন্টনা চহী অমদা ইনক্রিমেন্ট লুপা তরা ফাওবা হাপ্নিবা নত্তে। মখোয় য়াওদনা হোসপিতাল চলাইবা য়াবা নত্তে। নখোয়সু ধর্ম্ম অমা য়েংউ, ঐখোয়না মখোয়দগী শেল কক্লদৌরিবসে কয়ানো হৈক্রে মনাদা য়োম্বা পৈশাদুদগী"।

অঙাংশিংদুগী মরক্তগী অমনা খোল য়াক্লপ্না হায়রকই, ইমাদগী পাওতাক তাগে হায়না লাকপা নত্তে"।

নোংমদি অনা লায়েংগী মফমদু অকনবা অনাবা কয়া পুখৎলকপগী ইরাঙ লাঙই, ডাক্তরশিং মায় হাইগংপা ঙম্নদে। ডাক্তর নন্দিনী মশামক লায়েংবদা

য়াওশিল্লি। নুমিৎ অদুদনি কাদুদা ফমদুনা ঙাইহন্বশিংদো। ডাক্তর নন্দিনীনা বেগতগী শেল খবা লৌথোক্লগা টেবলদা থম্লগা হায়, "ইবুঙো মসিখক্তি ঐগী শেনফমদগী ঐনা পীথোকপা ঙম্বা শক্ক, অদুগা অতৈদগী শেল ককপা হায়রবদুদি ইমাদা হায়রনুকো সনা"।

নিপামচা অমনা চোংশিন্দুনা নন্দিনীগী মফি চিংই অদুগা ফিদু চিংবদা ব্লাউজ অদু শেগাইবে। মহাভাবততা দ্রৌপতিগী ফি মুনবা মতমদদি লাইনা শং শঙনা থোবক্তুনা নুপীগী ইজ্জৎ কনবিখি অদুবু নুমিৎ অদুদদি কনাসু থোবক্তুনা খাল্বিনবা লৈখিদে। দুশাষন্না চিংথোবকই দ্রৌপদিবু মাগী কাদুদগী অদুগা মাগী কাব অদুদা ইনখৎতুনা কাখৎহল্লি। মাগী ড্রাইভরদু কৌথোক্তুনা কাবদু থৌদোকহল্লি অদুগা গাড়ী অমনা মতুং ইন্দুনা থৌবকই। কোল্লোংদা হোসপিতাল ঙাকপা নোংমৈ পায়বা সিফাইশিংদু তৌবিবদু কুম্লে য়েংদুনা লৈহৌই।

ডাক্তর নন্দিনী বি পি লৈবনি, কোক ঙাওবা হৌবকই। নিংশিংলকই তাঞ্জাদুদা মাগী ময়ুম মকৈ পান্দবা অঙাংশিং লৈবি ফবে লাইদা শিন্নখ্রে। মশামক মীৎ তন্দন পাইবকই। কদায়দা চৎলিবনো অমত্তা খঙদে। চীংয়া অমা য়ৌবক্লবদা গাড়ীদু থৌহল্লকপা ড্রাইভরদু গাড়ীদগী কুমথহল্লগা চৎহনখ্রে অদুগা ডাক্তর নন্দিনীবু গাড়ীদগী চিংথবগা উ অমদা ঙাবগা ফমহল্লি। মথংদি মাগী কাব অদু মৈ থাবকই মৈনা ড্রুং ড্রুং চাক্লকই অদুগা নোংমৈ মক খবা কাপ্লকই। নোংমৈ মকদু মঙোন্দা পান্দে ব্রেক্ক ফায়াবনি। ডাক্তর নন্দিনী বাম্বখ্রে।

ভাব তাবকপা মতমদা ময়ুমদা লৈবমই। পাও তানবক্তুনা পুলিসনা লৌখৎতুনা মাবু থিল্লকপনি, মাদি খঙহৌদ্রে। মথংগী অয়ুক্তনা খববদা ফোঙলকই। অশম্বদা লমহেনবী মঙক কনবী ডাক্তর নুপীদো য়াওল্লুপ্তা শীংনবগীদমক্তা চৈবাক পীবনি মথংদি অহকপা চৈবাক পীগনি।

কনানসু মাগী মতৌদুদা নুংশিবিবা পোকপা উদে অমবোমদা মী কয়া অমনা হায়নৈ, অফবা কোল্লেং শাবা ডাক্তরদু মথবায় মাঙদ্রিবদু মবাইবক ফৈ, থৌনা ফবা শাবদুনা লৈবাক্কী চৎনবী খঙদবী মানা চুমথোক্তুনা লৈবাকসি কয়াম চুমথোক্লদোইনো।

ডাক্তর নন্দিনীনা খল্লকই, মা থবক বিজাইন তৌবনা চুমই। মা মীয়াম্না পামদবা মী অমা ওইবে। মী লায়েংবদা মানা কনাগীসু মবুক নানবা

তৌথিদ্রি কনানা চুমই কনানা লাল্লি লাইনা লেপ্পসনু অদুবু মা থবক তোকপনা চুমই হায়না খনখি। মদুমক পাঙথোকখি।

মপান্দা কনানো খবনা কৌবগুম তৌই। মাগী মচানুপীনা থোক্তুনা মমাগা উনবা নুংঙাইবোই হায়না হায়বা তায়। থোঙনাওদগী মানা উরকই লৈকাইগী মৌশিং জাম্বো, মালতি, মঞ্জুবী, তোতোবী, নাগেশ্বর, ইবেমহল, থোইবীবৈনচিংবা ময়াম অমা শূমাঙদা লৈপ্লে। নন্দিনী থোঙ হাংদোক্তুনা মপান্দা থোরকই।

ইনুংনা ঙাল্লকপগী নুমিৎনা তবং তবং থোবকপদা মঙায়রি। য়েনীংথানি, মেঙলবা বসন্তগী মালংবনা লিবি লিবি হুন্লি। হৈপাল লৈপাল পূম্বা মপান শাৎলি। থোইনীং লাবা অমোম্মা হুই থোংলদুনা শুবগী ঈনোৎ অমসু হাপলি, পূক্লিং নুংঙনবা মতমনি। মতমসিদা লৈকাইগী শবোয় খাঙবা মকপকি মৌশিং শবোয় খাঙবা থোবকই লাকপদা থুলোক য়াল্লদুনা খুৎতা য়াম্বোক, থুমোক, থাঙজৌ, হৈজ্রাং পায়রদুনা মকোক্তা কোকশেৎ শেৎলদুনা নন্দিনীগী শূমাঙদা লেপ্লবি। মখোয় য়ুমথোঙ খুদিংদা চঙদুনা চেঙ, মনামশিং অমদি শেল খায়বা লাক্লি চৎলি। য়ুম্লোম্নবগী মৌ মালাতিনা হায়বকই, "ইবেমা ডাক্তববাবুনি, ময়াম ঐখোয় লাকচবিয়ে অঙম অঙম্বা শবোয় ঙাবোয়শিংদা থানবা চেঙ হবাই মনামশিং ঙমজা ঙমজবা হাপ্পু।

চহী অমগী মনুংদা লমতা থাসিদা লাকই শবোয় খাঙবা লমতাগী থাংজা নুমিৎনি। অকনবা নুমিৎনি হায়না লৌনৈ লমতা থাংজা নুমিৎ। হেঞ্জুনহা অমদি লাইবৌ লেম্বীগী বাবীদু নিংশিংনৈ। হেঞ্জুনহা অহিংগী মতমদা থবক চৎলুবদগী ময়ুমদা হঞ্জিল্লকই মখুৎতা লীচৈ কাঙহু অমা পায়বদুনা। লম্লোঙ অহুম ফাংব: মফমদুদা লৈবমই শরোয় ঙাবোয় ময়াম অমা লাঞ্জারদুনা। হেঞ্জুনহা লাকপা উবদা তান্নরকই। হেঞ্জুনহা লীচৈ কাঙহদু হাই হাইদুনা লাকপদা শরোয় ঙারোয়শিংদুনা মাবু শোকপা ঙমদে। মানা মাগী নুপী লাইরৌলেম্বী কৌ কৌদুনা চেল্লকই, "শাবী ইবেমা চারগী পৌরোন শংলো, থোঙগী নাত্তে কাঙলো"। অদুবু, য়ুম থোঙ্গাল কানশিনবা ঙমদ্রিঙৈদা মখুৎতগী লীচৈ কাঙহদু নাম্বোকখি। শরোয় ঙারোয়শিংদুনা মাবু নমদুনা মঙক থংলগা ঈ চুপখি। লাই ফত্তবা

চবান চায় হায়বদুনি। মবাল ইবৈ লৈজদবা মীবু হাংলি তুপই মখোয় মদু নত্তনা হৈতে, মীবু অবাবা পীনিংই। মখোয় শূবগী মথৌ তাদে নমজা নমথেক্লদুনা মীগী পূন্সি পিখম্নহল্লি পূন্সিবু খাঙুথক্তা মাঙহল্লি মীগী অবাবা উবগা মখোয় নুংঙাই। মখোয়গী চৈথেংদা ইমুং কয়া কাং খোং চাইখি, নূপী কয়া লুখ্রাবী ওইখি, অঙাং কয়া পীতং পাতংপা ওইখি।

নন্দীনীগী মচান্দগী বাহে খবা থোবকই, "ময়াম ঙাইহাক্তং ফম্বিয়ো ঐ থোকচরক্কে। মা ইমুংদা চঙখবে ময়াম শূমাঙদা অদুম লেপ্তুনা লৈনে অমনা অমদা ৱাবী শাদুনা। মঞ্জুবীনা হায়বকই, য়েংউনেসে ডাক্তবদো কেবদা, ফজবদা, মীচঙ মীথোক্তা মপা লৈতবী অমা ওইবমইবনিসে। পাতেশ্বরীনা অমুক হায়বকই, মী লায়েংবদা মীচঙ শঙ্গ নাইদবী অচৌ পিশক য়েংদবী, শাগে জাৎ খায়দবী ডাক্তব অমনিনে। অমনা অমুক খুন্নকই, থবক মফম্নবু চাওববদি শেনখায় তৌবা লাক্লে য়াদ্রগনা থবায়না পোম্থা ওইবা। ইবেতোম্না খুন্নকই, থায়নদি য়াওশঙ মতমদুতা নাকথেঙ হায়দুনা শেনখায় লৌবা লাক্লবম্বনি অদুবু, মতমসিদা য়েংলুববদি নিতীগী য়াওশঙদা ওইদুনা লৈস্রে।

ইমুংদা চঙখিবা ডাক্তব নন্দিনীদু ইপন পম্থদনা থোবকই। মা ফনেক কৌতক শেৎলি মকোক্তা কোকশেৎ অমা মখ্বাংদা খ্বাংচেৎ অদুগা মখুৎতনা থাঙজৌ অমা পায়বদুনা থোবকই অদুগা শবোয় খাঙবা চৎলিবা ময়ামদুগী মাঙ থাবদুনা চৎপা হৌবকই। ময়াম মানা তৌবিবা মতৌদুদা ইঙক ঙকই অদুক কুইনা মীবক তিল্লক্তবা মানা শবোয় খাঙবা য়াওবা থোবক্লে।

ঙসিদি নন্দিনী মখুৎতা থাঙজৌ অদু পায়বদা শোকথরম্বা পূক্লিং হকচাংদু পাঙ্গল অমা ফাওরকপগুম তৌই। মাদি অদুক লূম্বা খুৎলাইদি পংপায় পায়খিদে। ডাক্তরগী খুৎলাইদি অয়াংবা ঙাক্তেনি। ঙসিদি মা মখুৎতা থাঙজৌ পায়রদুনা চৎলি লম্লোঙ অহুম ফাংবদা শরোয় খাঙলুনবা কামজাও হল্লবা খোঙথাং অমদা ।

# ফৈজাওগী হূইজাও তোঞ্জাও

বামনাথ ব্রাকিং চৎলি সহবগী লম্লোঙ মবি ফাংবদা, লেপ্তুনা ঙাইহিবি ফৈজাওনা মাগী হূই তোঞ্জাও পুদুনা ব্রাকিং থোবকপা। ঙরাং মঙোন্দা খাঙঙমদবা চৈনা অমা ফাওখি। ব্রাফমদুবুদি কবিসু লৈবা ব্রাফম নত্তে, লোক্লাওবুংগী ফৈজাওগী হূইজাও তোঞ্জাওদুনা নহানমখৈদি মমৈ ফেৎ ফেৎ হাইদুনা য়াম্না তেবদু ঙবাংদি খাম্নবা য়াদনা চোংশিন চোংশিন্দুনা চীক্কে তৌই। মানা হূই খোংদুনা তোঞ্জাও তোঞ্জাও হায়না মমিং ফনা পন্দুনা থেম্লবসু মনাক্তা নকশিল্লকউ য়াদ্রে। বামনাথ হূই য়াম্না লুনা তৌজবা মীনি। হূইগা কুইনা থেংনবকপদগী মা খঙই হূইনা মীগী মাঙনবা কবিসু তৌদে অদুবু, মখোয়না য়েক্লবনি হায়না হেক খনস্ত্রবদি খাম্নবা য়াদে চীক্কে তৌই। মখোয় মনমদা অমগা অমগগী খেন্নবা খঙই অবাপ্পদা থোকপা মখোন তাবা ফংই, মখোয়দা মকুপ ওইবা মী মশক খঙই। বামনাথ ঙবাংদি ইকাইবা অমা ফাওখি ব্রাকিং চৎলিবা ময়াম মমাঙদা হূইদুনা মাবু য়েক্লবনি হায়না উৎপ্রে। মাগী কবম্বা মবাল লৈবনো খনবদা জ্ঞান মাঙই। ঙবাং নুমিৎচুপ্পা অমা মদুনা মবম ওইদুনা খঙনীংদুনা মী কয়া অখঙ অহে খবদা চৎতুনা মবম থিকবে ব্রাফমদি, মাগা ফনা শাংনা খঙনববা হূই অমনা ঙবাং মঙোন্দা কবিগী মকুপ ওইদবগী লীচৎ চৎলকপনো।

খবব অমনবা খবা ফাক্তুনা থিকই নুপী কলম্লিষ্ট অমনা শা ঙাগী মবমদা ইখিবা মতাং কয়াদো মদুদা য়াওবম্বা য়াই হূইনা কবম্বা কান্দা মী অমবু মাগী য়েক্লবনি হায়না লৌবগে হায়বদো। অদুবু মদু থিদা থিক্ববসু ফংখিদে। মথংদা চৎলুই ডোগ মাষ্টব জয়কুমাবগী ময়ুমদা। মাদি হূই ট্রেনিং পীবদা হৈশিংলবা নিপা অমনি।

মা অয়ুক অদুদা মাগীদা লৈবিবা ট্রেনিং তৌবিবা হূই ময়ামদু লেপহল্লদুনা ফমথহল্লদুনা এক্সর্সাইজ তৌহন্দুনা লৈবমই। হূই খবদি বামনাথ উবদা খোংবা হৌবকই অদুবু, মখোয়গী মাষ্টবদুনা ব্রাহে অমা হায়বদা চপ লেপখি। হূই মপু কয়া অমসু মাগী মাগী হূইদু ট্রেনিং তৌবদু য়েংবা লাকখি। য়াম্না লুরবা তাঞ্জানি

মতমদুদা রামনাথনা বাকিং চৎপদা নহানমখৈ খগুনরবা হূই অমনা মগোন্দা কবিগী খোংখিবনো হায়বসি হংবা য়াবা মপা নত্তে। বামনাথসু হূই ট্রেনিং তৌবদু ঙাইহাক য়েংথদুনা লৈকবে।

ইমুংদগী চা পুথোবকই মদু মাগীসু শক্ক থুংলকই। চাদু ময়ামসু পায়নৈ, বামনাথসু অশাবা চাদু পায়দুনা অমুক অনিরক চিংই। থংননা লৈববা হূইমপু অমনা খগুনবা হৌজিল্লকই, "তামোগীসু হূই ট্রেনিংদা য়াওবিববা"?

বামনাথনা খুমই, "ঐগীদি য়াওজদে, ডোগ মাষ্টব জয়কুমাবগা খগুনজবনি অদুদা বার্কিং চৎলুবদা হূই ট্রেনিং তৌবা য়েংবা চগুলকপনি"।

নিপাদুনা চা থক্ল থক্ল হায়বকই, "তামো যুগসি হূই লোইবা লুবেনে। হেক থাদোক্লুবদা হেক্তা হঞ্জিক্তবা, ঐগীসু অমা অদুম মাগুম্রে। অগুাংশিংনা নুংঙাইতবদু উকব্দা অমা অমুক লৈরুবনি জর্মন সেফর্দনি, অহানবগীদুনা আলসেসিয়ান্নি। মখোয়সি ট্রেনিং পীহৌদ্রবদি ইপগু পগুদুনা লৈ লোকেলগা মান্নদে। লোকেলশিংসিদি ট্রেনিং পীদ্রবসু য়াই তৌবতবু হায়ন তানা খবা য়াদবগী বানি অদুনা ট্রেনিং খবা পীহৌববদি মপুনা হায়বা অদুম ইল্লি। অদুদদি ট্রেনিং পীগে হায়দুনা সিদা থম্বা থা অমা ফাবে"।

জয়কুমাবদি মথৌ চিল্লি মাগা বাবী শাবা য়াবা মতম নত্তে অদুদদি হূইবুশিংদু মতম লেন্নবা বাবী শাবা হৌনবকই। খরা অহন ওইবা অমসু য়াওশিল্লকই, "ইচিন ইনাওশা, লোইগদবসু হূইনি অদুনা লোইবোইদবসু হূইনিকো, ইয়াম্বনা হায়গদবদি"।

মচীন্দদি থোক্তনা রামনাথনা মায়থোগুনা বাহং হংবগুম নিপাদুদা য়েংলুই। অহন্দুনা মখা তারকই, "নত্তে ইয়াম্বনা হায়বিবসে ভাব অমনি য়েংউ ঐখোয়না তৃপ্লিগুদা নংত্রগা চৎথোক খোংতোকপদা যুম শগুদুনা যুম ঙাক্তুনা লৈরিবা ওম্বোক্লা থাজবা য়ারবা মরুপ অমা ওইরিবসে নোংমা হঞ্জিল্লকখিদবদগীদি ইমুং পুম্বা অদুম চাবা থকপা তৌনদ্রে ইমুংগী মী অমগা হেক কায়নবমক্লি অদুদদি লোইরোইদবনি পুক্লিং লাইমন ওইনবনি হায়বগী বানিদা"।

নহা ওইরপ তৌবা অমা য়াওরি। মাসু ৱারী তারম্বনি অদুদগী য়াওশিল্লকই, "পাবুং হূইবু ইঙ্খাংনি হায়না অমুক লৌনবা কাংবু ৱরসু লৈবিবনি। নহান ভাবতকি ষ্টেট অমদা মখোয়গী এসেমব্লিদা ৱা লেপ্লবদা লমদমদুগী মপু লৈত্রবা হূই পূম্বা ফারগা ঐখোয়গী নোর্থ ইষ্ট অসিদা থাদোকসি হায়না লেপ্লখিবা ৱবরদা য়াওরে। অদুনা ঐখোয় সোম মায়গৈসি হূই চাবা জাংনি হায়না অতোপ্পা লমদম্না হঙ্না খন্নরে হায়বসিদি ময়েক শেংলে।

অহল অদুনা অমুক খুন্নকই, "ইবুঙো অদুগীবু হায়রুবদি শান্ন খোংনবদা লময়ৌনা থাক ৱাংনা কারবা শান্নরোয় অমগী টেলিভিজন্দা ইন্টভিয়ু লৌবদা করি ইঙ্খাংনা খায়দগী হৈনবগে হংবদা হূইখোংবনা ইপাম পামই হায়না খুম্বা লৈখ্রেনে।

চা থকপা লোইনরে। হূইশিংদুসু ডোগ মাষ্টরদুনা ব্রেক ফাষ্ট পীজবা মতম য়ৌবদুনা ব্রেক ফাষ্ট পীজবি অদুগা মশামক চঙশিল্লকুনা রামনাথ লাকপগী মবম হংলরি। রামনাথসু চুম্না চঙলকপনি খুমই অদুগা তাঙ্গা লৌদুনা হংলকই, "ভাই হূইনা অখন্নবা মীদা খোংই লোইনমক্তা খোংদে, মসিবু করিগীনো অমুক্তা হায়বীয়ুনে"?

জয়কুমারনা খুন্নকই, "হূইনা মাগী মকপ নত্তে হায়না হেক লৌববদি হেক্তা খোংই চীক্কে তৌই"।

রামনাথনা অমুক হংজিল্লি, "মরুপ নত্তে হায়না লৌবা য়াবা মতাং অমত্তা হায়বিরকউনে"?

জয়কুমারনা খুন্নকই, "মরম অতে য়াম্না লৈ অদুবু, অচৌবা মরম অমদি কনাগুম্বনা হূই চারবদি মাগী মশাদগী মনম অমা খোকই মদু অতৈদি খঙদে হূইদি থাপ্লিঙৈদগী খঙই। অদুগুম্বা মীদু হূইনা মরুপ্নি হায়না লৌদে খাম্নবা য়াদনা খোংই। সিদা নত্তে অতৈ মরমসু য়াম্না লৈ"।

জয়কুমারনা ময়াম চংহন্নিংলে মরমদি হূইবুদু নক্লা লৈরবদি হূইশিংসি ট্রেনিং পীবদা অকায়বা ওই। রামনাথসু খোম্রক্লে। খোক্লা খোক্লা ঙসাইগী অহলদুনা হায়রকই, "কনা হূই চাবগে হায়বসে হূইনা অদুম ইরাই লায়না খন্দোকপা জাংনি"।

রামনাথতি ৱাফমদু য়ানীংদে, মরমদি হূই চাদবা মঙোন্দা ঙরাং ফৈজাওগী হূইনা কবিগী চীক্লে তৌখিবনো? অদুবু ৱাহংদু হংদনা অহলদুনা মখা তারকই, "ইবুঙো মসিগী মনমসি কয়াম কনবগে হায়ববু হূই চাবা মী অমগী মফি ৱায়দুনা শেংপদা ফাওবা ফিদু শেংপা মীদুদা চোংশিন চোংশিন থোংবনি"।

রামনাথতা পাওখোঙ অমা ফোঙবগুম তৌবকই। মা নিংশিংলকই, ঙবাং মানা লীংপা জেকেটতু সন্দে মার্কেটতগীনি অদুবু শূদোক্লবনি। অদুবু কনানা খঙবনো হূই চাবা লমদমদা মদুবু চাবা মী অমনা লীংনবম্বজাংলা। ঙবাং মানা মদু লীংতুনা ডোগ ট্রেনিং তৌফমদা চঙবদসু ট্রেনিং তৌবিবা হূই থবনা থোংখি।

ঙসি অয়ুক বামনাথ জেকেট অদু লীংলক্লে। মানা লীংলকপা ফিবোল শূদোক চামখোক্তুনা হোংদোবক্লবনি। লম্লোঙ মবি ফাংবদা কুইনা ঙাইদ্রে লাক্লে ফৈজাও মাগী হূইজাও তোঞ্জাওদু চেন থাংলদুনা ৱাকিং লাক্লি। বামনাথনা লৈবিবা মনাক্তুদা নকশিল্লক্লে। বামনাথ তোঞ্জাও হায়না কৌব্বদা মমৈ ফেৎ ফেৎ হাইবদুনা ঐ নঙগী মকপ্রি হায়না কৌব্বদা মনাদু লেকথবকই। বামনাথনা চঙদুনা তোঞ্জাওবু নানবিবমই ফুবিংখাওদগী হান্ননা পুবক্লবা বিস্কুট অমা পীবদু লৌদুনা চাখি।

রামনাথ নুংঙাইবা অমা ফাওই, তোঞ্জাওনা মাবু ঙরাং য়েক্লবা ওইনা লৌরিবদু মানা শেংলুবা ফিদুনা ওইবা তারে হায়বা খুদম্লি, মা ভাব তবে।

